**PRABHU EI KHRISTMAS YAOJARAROI**
a collection of stories in Manipuri
by Lai Imo




ফাওজবী ঃ খাইদেম নিংথোল গৃহবালা দেবী
অহানবা থোকউবা ঃ জুলাই, ২০০৫ ইং

মখুম য়েকপা ঃ অরুন য়ুমখাম

মমল ঃ লুপা ১০০/-

Printed at : LAMYANBA PRINTERS, Konung Lampak, Imphal



শর্ব্বশ্রী লাইশ্রম ঁঅঙাংমচা সিংহ (মথক),

শ্রী থাউঁকালেনসিং চোথে (মখা ওই) অমশুং

শ্রী মরিমঁখুমন্থৌ চোথে (মখা য়েৎ) অহুমগী মিংদা লাইরিক

অসি মনিপুরী মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি।

- লাই ইমো

# করি হায়গনি

মতমনা লাংতক্লহল্লি। অমত্তা নংহৌররোইদ্রা পাখৎলি; লমদমশিগী অচিক-অশাশিংনা ইহল্লিবা খরসি ইথস্তগী তাদুনা তোক্লদ্রা! অমরোমদা হোরেল করি থোক্কনি হায়বা ঙম্নদ্রবা ফিভমসিদা শক্কা-শক্কা, মায়গা- মায়গা, নাকোংগা-নাকোংগা পাও ফাওনরিঙৈসিদা লীথোক্লিংবা ৱারীশিং অসিদি লীথোক্লম্বা চুম্মী শিখস্তনি খল্লিবা। অদুবু চিংনবা অমদি অকিবদি ফাওই। মপাল মউ ফরবা মনিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা ওইনম পান্বী নৈহৎলুবা ওইনা থোক্লদ্রা! অকিবদুবুদি খুদুম চনশিনবা ঙম্লে খল্লগসু মথোং হুক্তবা তারদ্রা মসিমদি খল্লি।

হৌজিক্তি লোইরে, ৱাবীশিং অসিনা মপোক ফরম্লগনা কুইনা হিংজবা, ফৎলমদ্রগনা হিংবা ফাও' ঙম্লোইদৌরিবনি। তৌবতবু মরাইবক লেপচরুনবা মীযামলক্তদি থাদোকচবে। হায়নিংঙাই করিশু লৈত্রে, হায়বিরক্কদবা মঙায়রে তাগদবসি। মসিনা অরোইবা ওইবা ওইদবা হায়বসিমশু প্রভু মাতনি খঙলমগদবা।

লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবিরকখিবা মরুপ মপাংশিং, মখুমগী মওং পুথোক্তুনা য়েকপিখিবা অরুন যুমখাম, চাউরাকপা বনান মান্ননবা য়েঙশিনবীখিবা মাইবম ধনবীর, গেট অপ তৌবিখিবা তাওরেম মঙ্গি, ডি টি পি তৌবিখিবা শুদেশ নিংথৌজা অমদি লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইচিন-ইনাও খো-খোৎপগী লমন তোল্গিঞ্জরগা লাইরিক অসিগী মরাইবকশু খ্বাই তরাগী খূৎতা শিন্নজরি।

লাই ইমো

তাং ৩০ ।৬। ২০০৫ ইং

# য়াওফম

# মোরেল ইডুকেসন

হৌজিক্কালগী অঙাংশিংগী খুৎথক অসিগা য়েংনরুরবদি ঐখোয়গী মতম হায়গদ্রা পুন্সিসিনা য়ং য়ং লাওরিঙৈ মতম অদুদা থক্লম-চারম্বশিং অদুদি করিসু নৎত্রে। অঙকপনি লেপথকনি, লানচাক চাবগুন্না হোবে হোবে ঙাক্তনি। থিংবসু ফজনা থিংলে। অদুবু থিংলিবা খুত্থিং অসিসু ওস্থোকপা মওংগী শেন্দাল খুত্থিং ওইরমাল্লেদা। পাউনা বজারগী গলি অমদদি হোটেল মমিংদুবু লেপচিং হায়নবু থাইনে। নহারোলবু ওইরিদ্রা পুলিসপু ওইরিদ্রা খঙদে, যাচংলকপসিদা মখোয়সু খুৎলাইকা পায়দুনা অদুম মরি মরি চংলক্লগা লেপচিং চিংলগা অদুম চৎখি। শেলসু অদুম মপিরম্মী। ওস্থোক্লা লৈবাক মচা তাখ্রবা পোৎয়োন অমদি পোৎলৈনি। মসিনা মতমগী ৱারী হায়বদুনি। উহৌই হায়রুবা য়াদবা।

কুইরে পায়রক্তুবা। থাদোক্তবা ময়াদ্রদনা থাদোরকপসি পূক্নিংদি য়াম্না নুংশিবা জাৎনি। কৈদৌনুংদসু ঐ মসিদদি শোকচররোই হায়না ৱাশকখিবা লৈতে। অদুনা শাথিনা ৱাবা মতাং কয়া য়াওখ্রে। পায়রিঙৈ মতমদুদা অমম্বা অহিংদা য়ুমদা হল্লকপা খোঙচৎ কয়ানি। একাগাড়ী থৌনা-থৌনা হল্লকপা। মতমদুদা তৌজখিবা আশাদি মাগী লাইককাদু থেংনরবদি ফারগা ৱাফংনগে সিনি। নোংয়াই ইতুদনি। অঙাং ওইরিঙৈদা অহলশিংনা লীখিবা ৱারীদা শুম তাখিবদা লাই হায়দুদি নোংয়াই-ইতু তাইবং মীনা খোল্লেন তুমখুন হুন্নখ্রবা মতম অদুদতা থোক্লক্তুনা খুন্দিম্নগল্লি। মতমদুদা কুপ্পা হংদুনা কদাইৱাইদকাদি খিৎ নম্না থোকল্লি হায়বা কাদুবুদি হংহৌদ্রে। তাখিবা ৱারীদুগী থাজবদুদি মুৎত্রি। অদুমক্তননি থেংননিংবগী ময়াইনা অকিবা য়াওদনা কোম্না অহিং

থেংনা চৎপা ঙমখিবসু। অদুগুম্বা থামম্বা অহিংগী শিংনবা খোঙচৎ কয়াদা লম্বী ময়ায়দা সাইকল তুশিনবা কোঙ্গাইনি। হৌগৎলগা থৌরকপদা যুমলোমদদি থৌরমদদুনা ফৈবেংননা হন্দুনা থৌগৎলম্বা কোঙ্গাই য়াওখ্রে। অঙাওবা ইতৌদুদবা, নৎত্রে হায়রগনা মনমদুদা মওইরিদ্রা থাজনরিবা লাই হায়নরিদুনা মশককাসি অমুক্তফাওবা শুকউৎউৎপিরকপোৎতে, ওইনজরিবা নৎত্রগা ঐঙোন্দা কেজবিবা হায়দুনিশু খঙদে। ভাবপু হায়রিবা। নৎত্রদবু ইশোক শোক্তমখৈ তুবিবা ঐনা হৌগৎলগা থৌবকপদা লম্বীদু ওন্নরে হায়না তাক্কনি হাযবসি লাই মানা খঙদবা উদবা হৌনব্রনে। তৌবুদি মখোযসু ইতৌদু কুম্মে ওইনকা যেংলম্বসু ময়াবিপোৎনি। ব্বা-ব্বা ককা নোক্লদনা। সৈত্য মশক উরবা, মখোলককা তাবম্লদি মখোয়দা ঐনা ওঙ্গিন্দুনা নৈরক্কদবসি মখোয়সু লাইনিনা খঙলিপোৎনিদো। অদুনবু অথেংবদা লাই অমা নুপা ওইগে মনিং নুপী ওইগে মনিং হেক হেক থোকই হায়নরিবা লম্বী,লম্লোং মরি ফাংবা, চহি খুদিং লমতা থাংজ অমদি চৈরাওবদা শরোই খাঙনরিবা মফম অদুদা ঐগী অথেংবা অহিংগী তেমশিংনবা খোঙচৎশিংদুদা মখোয় কনামত্তনা ফের লাওরকখিবা কৈদৌবা লৈরকখিদে।

হন্দোকপা মশিং খঙখিদ্রে। হন্দোক্লিংঙাই করিমত্তা য়াওদ্রবা পুক অসিদগী মচুম খরগা মহি খরগতমক ওঙ্গোক্লা নুংঙাইনা মফম খঙদ্রবা, মপা নিংশিংদ্রবা লম্ফাং কয়াদা ইনিং তম্লা হন্দোকপা য়াওখ্রে। মসিমক্লা ওইরম্বা তাই ঙসিসু লম্বীদা থোরকপা অহল ওইরবা হুই কয়াদি নোংমা ফাদোক ঐনা খোঙনা য়ুমদা অহিং থেংনা হল্লকপদা খোংলকপদি হায়রুরনু ফনা য়াম্না শাংনা চেক-মোক লাওদনা ইতুংদা শোৎ-শোৎ হেক হেক ইন্নরকপা য়াওরি। হৌজিক্কাঙ্গিদি মখোয়ফাওবা নিংবা কায়না লৈহৌবা ঙাক্তনি। অদুমকপু ঙসিসু পোৎ অসিমদি ঐ থাদোক্লগে হায়না খক ব্বাশকত্রি। খল্লি অসুক ব্বানা হোৎনদুনা শেম শাবিবা শুংলিবা অসি মখোঙ মরি পানবা, মীরোল থোক্তবা জিবশিংদা পীথক্লনবা মতম চংনা থব্বায় য়াওনা শুংনবদি নত্তেদনা। নাতৈ চাদবশিংতনা মসিবু থক্লবগা ঙাইহাক শা ওঞ্জরকপদুনা ভাব অমনি। অদুনা থাদোকচরবসু মনম তাবদা হৈনদবা পোকপা তৌদ্রি। খঙবদি হেক্তা খঙই, কনাগুম্বশিংনা ইনাক্তা হেক নকশিনলকপদা মনমদা হেক্তা খঙই *ও মসে পায়রুরেসে*। হায়বসু হাযবনি মসিনকা গুলা মহিমক য়ৌদ্রবসু থুম্পেৎ-লাকপেৎককা

তৌরম্লবা, মনমসিনা গুলাব মনম য়ৌদ্রবসু নাতোনচাবীগী মনমদৌনকা নম্লমলবা ইসঃ হৌজিক থিংবদা ৱানরিসিদগী কোকথোং অমা হেন্না ৱানরমগনি। করিনো খুল খরদদি ৱায়ু হায়দনা ঈংখ্রবা অদুগা থুল্লি-থুল্লিবা, শিল্লি-শিল্লিবা মখলগী পোৎসিদি নুপী অঙাংশিংনফাও পান্নখ্রে। কুম্মৈ হৱাউদা, করিদা ফজনা থক্লরি, সুন্নমক্তবু হায়রিবা।

থাদোক্লবনি হায়না থাদোকচরবসু পামজবা হায়বসি অঙকপনি। *থাদোকপা ঙমজদ্রিবা* ইচা ইনাওশিংনা থকচনিংবদা পিথকপা, সেবা তৌবসি ওন্থোক্লা নুংঙাই। মচিন থিবা, মকোক পুবা ঙমদবশিংবুদি ওন্থোক্লা হৈনদবা ময়াওই। নত্তবা, মোং হাজদবা ইনাও খরা লৈরিয়ে। মখোয়বুদি মরক মরক্তা তর্পোন চাক পিজবগী ভাবতা হেক হেক সেবা ফংজে। ফংজখিদৌরি। মসি পাঙথোকচরগা ঐমক্লা হেক ফংবগুম্না নুংঙাইবা পোকই। মখোয়না পেনখিবদো ঐগী আত্মানা পেনবগুম্মী।

নহান্দি ওন্থোকপা হায়বদুনি। তোমচৌগা কুমারগনা ঐবু চৎমিন্নদবা য়াদে, পায়দ্রবসু মখোয়গী মনাক্তা ফম্বদং ফম্লগা চাননবদু চাও, শেল-থুম মখোয়না ঙম্না তৌদৌনি, ঐবু পুথোকউ হায়রোই হায়দনা চৎলি। হোতেলদুনা মরোল অমা মমিংকাদি ফজে, নাৎকী মমিংনি, *ইমোইনু হোতেল* । চীংমী কাংলুপ অমনদি য়ুগী লাইরেম্বীবু মখোয়গী লোন্দা *য়ুমোইনু* কৌনৈ হায়। হোতেল মপুসি ৱারী খঙবা ওইরম্মি। অদুগী ৱাদি, *পুরগা চৎপিখো। হৌজিকশি থনাশিংসে তেক্স থিগে য়াদ্রে। য়াচংবদা পুল্লপ পুল্লপ অথকপা মখৈ খোমগৎলে* হায়দনা হেক চংবগা হায়রক্লিদুনদি ৱারী খঙদুনা হায়রিবা নৎত্রদো! অদুবুনে ইনাও অনিদুনা শিরগে মখৈ হেক য়াদে। কুইরোই তম্খাই অমত্তনি। অহল য়াওরি, মখোয়নিনা থোকপা ঙাংননি হেক্তা হায়। ইক-আকতা অদুম ফমথরে। ঐশু নুঙ হৱাই অফুৎপদু থৱায় তানা চারুই। ফনা হাওই। মখোয়দি তম্খাই অদুমতং হায়রগা ফিরিঙ্গি লম্নৌদা পৱা অমতংগা, গ্লাস অমতংগা হায়দনা মখা শুম-শুম শমথরকই। কয়াদি নুংশিরগেদো। কদাইদৈনো বিল অমা কায়রে অদুগীনি হায়নে। নহানমখৈ শোৎলগা খরা, নিরগা খরা তৌবদুদা ঙসিসি মদুগী অৱাবা ফোংদোক্লিবনি, মখোয়সু লৈরগা থক-চাবা ঙম্মী হায়বা উৎলিবনি সিনিনে।

হায়বগা তৌবগা ফোর জিরো সেবেনগী হিগোক মচুগী গাড়ী অমা থৌজিনলকই। করিমত্তা নংহৌদে। থনানা য়ুঙাওবা নৎত্রগা য়ুথকপা ফাবসিদি নুংঙাইনা ফাখ্রজাৎনিদা। তুরেলদা ব্লিচিং পাউদর থাদরবা মতুং নৎত্রগা য়াই থারবা মতুংদা তাওখৎলকপা ঙা ফাবগুম্বনি। তান্ন-খোৎনবগী ৱা লৈত্রে। চীং লেম্না ফাই। ৱা লান ঙাংনদে। ঐসু য়াওনা অদুম গাড়ীদুদা কাখৎলি। মী ওম্থোক্লা য়ামখ্রে, গাড়ীদু পিক হেক থল্লী। তোঙান তোঙানবা মফমশিংদগী খোমগৎলকপা ওইরম্বা তাই। ময়ামদু থনানা ফারে হায়বগী ঈকাইবা, নুংনাংবা অমত্তা পোক্লদে। অয়ুক নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈদা ব্রোইলর ময়াম কেজ মনুংদা নুংঙাইনা হাপ্লগা হোতেল তম্না পুবসিমঙাই। গাড়ী থৌবা হেক হৌরকপদা ৱারী শান্নবা হৌনরকখি অথকপা মশেলদু।

ঐদি ফনদুম নুংঙাই। থনাগী লোক অপ হায়বদু হৌজিক করি কন্দিসন্দা লৈরিবগে হায়বসি য়েংবদি ফংলনি খল্লি। মহৌশা ষ্টুদেন্ট লাইফতা অমুকখক ষ্ট্রাইককী ফাবা অমদা মখারোমদা লৈবা, তাংদাংবা মফমদি নিংশিংদ্রে, লোক অপ অমদা অহিং পুং তরামাথোই ফাওবা লৈরুবা অদু নত্তনা কুনমাথোই শুরকপা চহিচা অসিদা থেনখাং কয়ারক মোর্ডনাইজ তৌখ্রবা মনিপুর পুলিস ষ্টেশন অমগী লোক অপ উবা ফংলনি খনবদা ফনা নুংঙাইখি। ডেমোক্রেসিনি হায়দুনসু লোক অপ অমদি জেল ককাইসি মীচম অমনা পাক হেক চংবা ফংনপোৎ নত্তে। চংনিংববুদি কনাসু য়াওনদেকো। জেল মপা য়ৌবদা *খাংজেং লাইরেম্বী ইবেম্মা ননাক্তা অমুকফাও লাকচদবা* . . . . হায়দনা খুরুম্নরিবনিদনা।

পুলিস ষ্টেসনগী লম্পাক ওই রমাল্লে, মমলি মমলি তৌবদুদা আনোকশু য়াওরক্তবনিনা মশেন মরাং উবনি। কেম্পসতু য়ৌবগা লোক অপতগা গ্রোং হেকমক্তি হোইজিন্দে। ময়ামদু পুল্লপ অহাংবা মফম অমদা লেপহল্লি। থনা অমা থোরকই, ওখাক চাওবা ওইরমাল্লে, মচা মনাওশিংদুনা শলাম তৌবা য়াওই। মতুংদা নোংমৈ অশাংবা পায়বা অমনসু কোইন ইন্নে। মানা ময়ামদা চৎনা-চৎনা লেকচর তৌই। মাগী লেকচরদু য়াম্না ফজে। য়ুথকপগী অমাঙবা, মসিনা মনিপুরী খুন্নাইদা পিরিবা চৈথেং, মচা মনাওদা ৱারকপগুম্না য়াম্না নিংথিনা লেকচর তৌই। খাংজেং লাইরেম্বী তোংলবা

মাইবিসি মঙাই। য়ুগী মতাংসিদা য়াম্না কুপ্না থিগৎলবা মী ওইরম্বা তাই। তৌবতবু মতমদুদা ঐনা ঙক্লিবসিনা য়ু থক্তুনা ঙাওরিবা অমদি ঙাওরি - ঙাওরি তৌরিবা কাংবুদুদা মোরেল ইডুকেসন তম্বীনি হায়দুনা হোৎনরিসিবু কবম্বা লোগী, ইডুকেসন পোলিসিগী লাইরিক্তা য়াওরিদগে 'সিনি। তৌবগীদি মদুগী থনাদু লাইরিক্তি ওখাক পাবজাৎনি। মানা ঙাংলিবশিংদু চুল্লম্বা য়াবা য়াম্না য়াওই। রিফরেন্সকাসু পিরকখি। ওঝা ওইরম্রা খঙদে, তাকপিবা হৈখ্রে। তাবিবশিংদুনা তাবিবা তাবিদবা চুমদ্রিং হেক্তা তাকথৈ, মথৌমক হেক ওইনা। মতুংদা ময়ামদু মথং মথং শুম চং চংদুনা মমিং মথা হংই। ইনাক য়ৌরকই। ইমায়সিদা মুন্না য়েংলকই। অদুবু মঙোন্দগীরা মাবু ঙাক্লিবদুদগীরা চপ চানদি খঙদ্রে মনম অমদি ৱং লাওনা ফাওরকই। মানা হংলকই - অহলদি করম্না সিদা?

ইচা-ইনাওগুম্বনিনা মখোন ৱাওরপ তারবসু ঐনদি ঈংনা খুম্মী - ঐদি ইমোইনু হোতেল, ইমোইনু হোতেল হায়নবদুদা য়েংগে'দনা য়েংলুবনি। ইপামক্তি থক্তবা কুইরে, ঙসিসু য়াউম অমফাওবা হেক থক্তে। নুঙ হৱাই অফুৎপদু য়াচংবসিদা ফনা ফৈ খন্দুনা খরদি মচারুইকো, হাওখ্রে। ফৈ মখা চখৌ, ঐ তারি ইবুংঙোনা ঙাংলিসি য়াম্না ফজখ্রে। খবরদা করিদা খরা ইগে খন্দুনা ঐ মুন্না তারি-য়েংলিবনি। মখা চখৌ ইবুংঙো। ইপাসু রিটায়ার্ড তৌঙৈদগী খবরদা খরা-খরা ইরিয়ে। মচাক ফনা য়াম্না ফংলে।....

ওফিসারদুনা ফৎ লৈথোক্তুনা লাওরপ্না হায়খি। - *হাই অহলসি কনানা পুরক্লিনো, হা? সি কনানা পুরক্লিনো হায়বা?* মাগী লীচৈ মচাদুনা ইঙ্গিৎ তৌখি। কন্সটেবল অমনা ফৎ চংলক্তুনা - *পাবুং লেংথোক্লসি ঐখোয় থিনজগে, ঐদি ঙসাইনা হায়জবনিনে।* নাকোং ময়াদা লোন্না মখা শমথরকই - *ঐখোয় সারগা করি থোক্লবিগে পাবুংবো?* ঐ খুম্ফম খঙদে, অদুবু কন্সটেবল বেব্যহার লৈবদুগী ফনা য়াম্না লোন্না ঙাংজরকপদা ৱাহৈগী খোম্থোক মরক্তা ইফোং ফোংনা থোরকপা শ্বর মনমদুদি ওসঃ মখোয়সিদনা মখোয়গী হজুরসিনা তাক্লমগদবা পাড়াসিবো করি পাড়ানো?

# মফংতা হুল্লকপা য়েন্নিং

মপাদুনা মপাঙ্গল কল্লিঙৈ ওইরম্লবদি সি য়ৌনা ৱারম্লোইদবনি। শুম্লমক্তবু পাৎপান তাবা ওইরম্বসিমক্তনা মাসু শোল্লি-শোল্লি, লাং খরা, খোই খরা থাকপা তৌবদুনা ইমুংসিগী চরা নোংখন্নবসিদা মতেং ওখাক্লা পাঙবদি মঙম্মি। অদুগা ঐনা তৌরীবা কারবার অসিমক্তি মানদি তৌনু হায়না য়াম্না খামজবনি। ঐসু হান্নদি কারবার অসে য়াম্না ঈকাইরম্মী। সি নত্তবা জাৎ-জাৎসু য়েংলুরে। তৌবতবু ঐঙোন্দদি মসিনা মপক্লরে। মতাং অমদদি ইতোমতা নুংশা পংথিদা থিজরম্মী, কদাইদবু য়োল্লুসিনো খনবদা। শীংজমৈ, উরিপোক, কৈশাম্পাৎ, থাংমৈবন্দ, চৎলমদবা মফম য়াওদ্রবনি। হৌজিক্তি ৱাঙ্খেদা য়োল্লেদনসে। অসুক য়াম্বা মফমশিং অসিদা ইঙাই কয়া অমা লৈহৌরিবনি। মখোয় ময়াম অমা লৈনা লৈনা পোৎশিং ফমনবদগী নুংশা থিমন্দুনা মফমশিংদো মথং মথং থাদোক্তুনা লাকখিবনি। লুপা মঙা তরা তোন্নহৌবা কয়া অমসু য়াওহৌরিবনি। শেল্লেপ শোক্তদি কৈদৌরুগবনো হায়দুনা হন্না চৎলুদে। ঐখোয়সু নুপী পীদা অমনিদা। অদুমক্তবু নুপী হায়বসিদি কান চাদনা ইতিং ফুদোক্লুবা য়াদবা য়াম্না লৈবজাৎনি। ইমুং মনুং কায়নবদি লায়খ্রদনা লৈবাকসিদদি থৱায় ফাওবা লৌথোকপিবা ঙম্বা থেংনরকপা য়ারিপোৎনি। অদুনা অনা শিকিদা কুপথদুনা ইজ্জৎ শোকহনবদি পামদবদো।

য়াওশঙ ময়াশি মহৌশানা পোৎশিং য়াম্না ফগল্লি। নুমিৎ মঙানি চানবা হায়দনা অয়াম্বনা পুল্লপ পুল্লপ য়াম্না লৈনৈ। মসিমক্লা ঐসু য়াওশঙ মতুংদা অঙাংগী য়ুনিফোর্ম, লাইরিক-লাইশু খো-খোৎপা শুননবা লৈবা ঙমগনি খল্লিবনি। মদু ঙম্নবা তাল্লিবনি। নহান্দো ৱাঙ্খে কোনুং মমাংগী ওফিস খরা

লৈরিবসিদা থবক তৌবা কাংবুদুনা য়াওশঙগী মৈজাও নুমিত্তা মুগা ঙা, ঙমুনচিংবা অয়াইবা ওইনা পুরকউ হায়দনা য়াম্না শীংনহৌবনি। মদুগী ঐসু ফনা কন্না মহোৎনবনি অদুবু য়ামদ্রে লুপা চানিপানগী পোৎতগী হেন্না খোম্বা ঙমদে। মহৌশা নৎত্রেদা, ঐখোয়' ঙারম লৈকায়গীসিমক্তদা কদাইদগী মৌ নহা কয়া অমসু ইম্ফালদা ঙা পুন্না পুন্না খোল্লগা পুবা ওম্থোক্লা য়াম্না থোরক্লে। ঐতদি অতেকপা পুবসি কয়া পরুদে। শিত্তবা নুমিৎতকাদি ওম্থোক্লা ৱাখ্রে। মদুনা অমুক্তোইবা য়ুমদা পুথরক্লগা মাঙহনবদি য়াদবনিনা য়াইথোক য়াইশিনবু তৌবগা, ঙা তিকপা হারোই হারোই অমুক চেনবগদা তুম্ফম চাফমককা খঙবজাৎ নত্তে। মসিগুম্বা থবক অনি থোকপগী মথক্তা নিংদোল তিং-তিং চোংবগী থৌদৌসি ঐ কয়া পামজদে। অঙাংশিংনদি খঙদবনিনা চাথোক্লসি হায়রক্লো মদুদসু শেল্লেপতি মাঙদৌরিবনিদো। মসিগী খনবদা অকংবা-অয়াইবতনি পুরিবা। তশেংনা ইশানা পাৎতগী লৌরুবফাওবদা থওইনা যাইথোক্লিবনি। মসিনা নাখৈ অমা শেংনা নুংঙাইজৈদা।

ঙসাই অয়ুক অঙনবগী গাড়ীদা য়াওরকপনি। অদুগদি ইম্ফাল য়ৌবদা পুং ১১ তারল্লে। ইসঃ করিনোনে কদাইদনো অমা বোম পোকখায়রে হায়দনা ঐখোয়গী লম্বীসিদা চেনবা গাড়ী পুম্নমক্কিনে আর্মি ময়াম্না লম্মখাংদা থৎলিবা। চুম্নদগী থৎপদা নত্তে, নুপা-নুপী খো-খোৎপা গাড়ী মনুংদগী কুমথহল্লি। অয়াওবা পোৎ পুম্নমক মখাদা পুথহল্লগা কোয়ফাক ফাক্তুনা য়েংই। পুং ২/৩ চংনা চিফেৎ-চিফেৎ হাপ্লকপা মপু মান্নদবা ময়াম অমগী য়ামখ্রবা পোৎয়োমশিংদু অমুক থাংথবা হায়বসি হল্লা নৎতে। মদুদসু নত্তে, লল্লোনবীগী পোৎয়োম হায়রেদনা, মানা-মানা নোংমা নুমিৎ চুপ্পা অমা চংনা খোম্লুবা মনা-মশীংবু ওইরো, ঙাতেক-ঙানৌবু ওইরো শাংলবা লমশাং অসিগী লম্বী মতা অসিদা পুং অমা-অনি গ্রোং-গ্রাং তৌদুনা চৎকদৌরিবা গাড়ী অসিদা হাপ্পদা মপোপ কায়দননবা হায়দনা ওম্থোক্লা চেকশিন্না তাশিন খোমজিন্দুনা পুল্লী-য়োম্লিবনি। বোড়াদা হাপ্নবনা হাপ্পা, খুদৈ মপুমনা য়োম্বনা য়োম্বা, থুমোক্তা, তিনদা হাপ্পনা হাপ্পা। মদু পুম্নমক অদুসু ঙম্না থোক্লগা নোংমৈ য়াওব্রা, বোম য়াওব্রা হায়দুনা য়েংলীবনি। নিংথি নুংঙাইনকা তৌবা নত্তে, নোংমৈ মতোন্দুনা হাইদৎপকা য়াওরক্লিদবো। ইমাইপেম্মা পায়রম্বা লীচৈ, য়োৎচৈনকা থিনজিনবসু য়াওই। মথোং-মরম অমা খঙবা নত্তে। নুপামচা,

পাখং তনাপ তনাপ্পশিংদি অমুক তোঙান্না হোইদোক্লগা চেক তৌবদা নত্তে, ৱাহং পাওহং কুপথনা তৌই। *কদাইদা চৎলিবনো, করি তৌই, আই কার্দ য়াওব্রা, কৈদৌনা অয়ুক্তা চৎলিবনো....*। মদুম্না মখোয়গী মনিং থুংননবা চেক তৌহন্দুনা ৱাহং-পাউহংনরবা মতুংদা মশা মশাগী পোৎশিং অদু অমুক তাশিন খোমজিন্নদুনা য়োমশিনলবা মতুংদা নে তানা গাড়ীদু থৌদুনা হাইগৎলকপনি।

লাইমক্কদি য়ারোইকো চাক লাম্মনখ্রদনা ক্ষেচি অমত্তদি মচাথোক্লুরে। মদু চাবীঙৈদনি হোতেল ফম্বী, তোম্বীমচাগী মমৌদুনা মুগাঙা অয়াইবা লুপা চনিগী মফম অমা লৌখ্রে। অবেম্বদু পুরগা ওফিস মনুংদমক হেক চংলুবদি খিৎ হঙ্গোইরিকৌনিনা মখোয় ময়াম্না হেক হেক ক্বা চাবা থোরক্কনবা পান দুকান অমা লৈরিবদুগীদা চংই। মখোয়' কাংবুদুবু ঙসিগী থোক্লরক্লমলদ্রা খঙপোৎ নত্তেনে তৌরিদো। পান দুকান ফম্লীবীদুসু মচিন মখা য়াম্না নুংঙাই, ঐগা খঙসু খঙনরে।

প্রমোগী পান দুকান অসি ফনবু কান্নরিয়ে। কয়াবু য়াম্না তোংলিদনো হায়বতবু খংদ্রে, নোংমতা নুংশুক-নুংজানবদি উদে। ইহিদা হিগৎলি। ফন কুইরে, মানা দুকান অসি ফম্লকপা। ঐগা খঙনদ্রিঙৈদগীনি। অদুবু ফিভম অসি হম্বরকপসু তৌদে, চাওখৎলকপসু উদে। মচিন-মখা, মীচং-মীথোক নুংঙাইবা হায়দু ওইবা তাই। ঐমক্তসু মাগী মনাক্তা চংলুবদগী খঙনরক্তুনা হৌজিক মাগীদা লমদনফম ফাওবা ওইরেদনা। ঐঙোন্দা বেরী অমা, চুরুট অমা, ক্বা মতপ অমা অদুম মরানলকই। মামক্তি ঐঙোন্দগী পোৎশে ইরৈ হেক লৈহৌদবসু য়াওরিপোৎনি। অদুবু মাগী দুকান্দা লাকপা ওফিসকী কাংবুদদি মাগী খুত্থাংদা ঙা শোৎতোকপা ফাওবা য়াওই। নুংঙাইখ্রে। ময়া চৌরপ তৌরসু রাসি লৈ। ঙাংথোক শক্তোরকপদা তানিংই। মীনা তথি তথি চৈরম্বসু য়াওই। মদুদকা মা শাওবিবজাৎ নত্তে। মানদুম থোক ওক্সিন্দুনা চৈশিল্লি। ৱা-ৱা হেক নোকমিম্লে। মসিনি মাগী কাইদাসি।

মহৌশাগী মহৌশা প্রম্মোগী দুকান মমাংদা ক্বা-মচেৎ অমত্ত ং চারগা ফমথবদা ঙায়রি। মশক খঙই, নুপামচাদো, ওফিস অমদা থবক তৌবনি। মা ঐঙোন্দগী ঙা হেক হেক লৈবনি। মখোয় কাংবুনিনে নহাল নোংমা মৈজাও নুমিত্তা লাকউ হায়খিবদো। ঙসিদি মথক্তবু থোরকই।

- ইতৈমা কমাই তৌরবা, কয়াম শিৎলবা ? ময়া ইহি হিগৎতুনা হংলরৈ।

- কদাইদৈনো ইবুংঙো লাল্লক্তা লাক্লিবনি। য়ৌরকপা নংলরোইদ্রা খল্লম্বনি।

মাগী হৌনবীনি, মোল্লি-মোল্লি তৌদুনা, লুবাক হাংদোক্লে।

- এ: ফবেদা ইতৈমা । ঙমু অযাইবা করি করা ময়ামসি পুন্না কয়াগীনো?

- লুপা চানিপানখক্তগীনি। শে, শিনা পোরোমনি, মতুম মতুমসে, সি ঙাক্তনা লুপা চাম্মা য়াখ্রেনি। ঙস্মরোই কোয়চৎ চৎপা, শিৎলে ফরে শিৎত্রে ফরে।

খরা থোইরপ য়োনগে খল্লি। অদুননি কাওখৎনবা খরা ঙাংদ য়াব্রদো। পোৎ য়োনবা হায়বসিদি অমুক্লা থোইনা য়োন্নি, অমুক্লা হাদুনা য়োন্নি। মাঙবতবু য়াদে। অসুক তোংলে হায়বা অশেংবা হায়দোকপসু য়াদে। নুপামচাদো মামক্তি ঙা-শোৎ খোৎপসি তৌগন্দবনি। মখোয়গুম্বসিদদি খরা থোইরপ্পা য়োন্দবা য়াপোৎ নত্তে।

- ইতৈমা চাতরুক পীরগে, অবাৎপা য়াওশঙ লোইরগা পীগে হায়বা য়ারদি পুল্লপ লৌরগে? ফাগী নত্তে, খরসু তাও।

শ্বাই লাওই, - করিনোনে ইবুংঙো লোইনা লৈগে হায়সিবো, ঐদি করি য়োন্দোইবা!

মানা নোক্তুনা খুম্লকই - হৈমা, ইতৈমগীসিবু য়োন্নবা নৎত্রো। শোৎকে হায়দুদা চিংনবৈ বারো, শেলবুদি য়াওরি, অদুদা পুমতেং তেংলদৌদো।

ঙাইহাক খল্লী। পুল্লপ য়োম্থোক্লম্বসিবুদি ফরবনি। কোয়চৎ অমুক চৎলুদৌ শরুক। নহালবাইদি কোনুং মমাংসি লুকমাই থাফম পংলে মরৈরম্বনি। হৌজিক্তি লুকমাইনা অমুক্তোইবা কৃক কৃক হেক ইন্নরে। কদাই কদাইদগীবু থোরক্লিবনো খঙদেনে। পুল্লপ লৌথোকখ্রবদি ঙস্তাসু হনবা য়ারেদনা।

- য়ারব্রো ইতৈমা করিনো শুম উংদুনা লৈরিদুবো করিনো। চাতরেৎ য়ারগনা পুল্লপ থিরগে হায়বনি।

- নত্তে, মদুদি য়াদে। নতৈমগীসে লুপা য়াম্বেদনিকো হেন্না হায়রিসে। ঙসিদি লাক্লরোইবু তৌরম্বনি। শেল খরসু খোমজিনহৌগে তৌনি। য়াওশঙ মতুংদা চৎলদি ঙন্না ইকোক কোক্লরম্লনি। তাহল্লনু, য়াওশঙ লোইরগা নতৈমা প্রমোগীসিদা চনিদো থম্মু। ৱারেনে ইবুংঙো, ঙাসু ইফা ফাদ্রে। ঙা য়াইননবা শীং-য়েন পুম্বা পুমলৈ লৈরিবনিদো। পাথোক্লরুরবদি থোইনা তোংপোৎ নত্তেনে। ঐখোয়না ফারগা য়াইজবা ওইরগদি খিত্তংসু ফৈদো, মীঙোন্দগী অমুক তিক্লক্লীনিনে তৌরিসে।

- খঙলেদা ইতৈমা, ঙায়োনবীনা ঙাংবা ৱাবু।

- হাই, অদুদি হায়নু মীদা মীদা য়েংঙু কৈনোনে। য়াম্না তোংববুদি য়াম্না শিৎপনা ফৎত্রো। ঐখোয়দি শেন্দোং য়াম্নকা পামজদেকো, য়াম্না শিৎপা সিনি খল্লিসে। লুপা অমা অনিগী য়া কাদুনা ঙাইবকাদো তঞ্জখ্রে।

- অদুনবু পুল্লপলৈহৌরগে হায়রিসিনিদনা

- পুল্লপ লৈগে হায়দুদনিনে ঐনা খল্লিসে।

ওঙ্হোক্না কান চাদনা ৱারী অমদুম নিংশিংলকই। থৌদোক অদুদৈনি ঐনা শীংজমৈ মাইকৈদা ঙা য়োনবা চৎখিদবসু। নিপাদো মহৌশা কলেজ তম্মিন্নরিঙৈদা ঐবু য়াম্না তান্নজরম্বনি। লৈকাইগা ওইরে, মোল্লি-মোল্লি তৌই। নুপা থোক্তে হায়দনা খনখিবনি। ইমাখোয়নসু মতমদুদদি য়াম্না য়াখিদে। মশক অদুগা তুমিন অঙাও মাল্লি সিনিদনা। কদোমদৈনো মখোয় তাচৌশিনা অমুক্তোইবা মাসে কৈশাম্পাৎতৈনি, মমাগী মপামনা থাংমৈবন্দনি হায়। ঐশু থোইনা থিরুদে। হৌজিক্কানগী অঙাংশিংসি ওইরম্লদি ময়ুম হান্না য়েংলমগদবনি। মামক্লা ঐঙোন্দা লৈফমগী মতাংদুদা অদুক চাউনা মীনমলমগনি হায়বসি শুপখন হেক খল্লুদবনি। অদুগীসু মথক্তা মাগী মচিং খুৎফত্ত অমগা লৈবদুদা কোক য়াথোকলুই, কি হঙ্গোইনা হায়বা তাই। মদুসুনে চুম্না য়াবা নত্তেনে, ফাবিরবা মতুংদা য়ানখিবনি। মাগী অশেংবা ময়ুমসি ময়াং ইম্ফালদৈনি খঙলকপদুদদি ঐমক্তি য়াম্না শাওনিংখি। নুপা অমত্তা লৈত্রবদৌনা আ লৱাই নুপাদা চেল্লি হায়দনা ঐখোয়' ইমানা লুহোংবিবদি হায়রুরনু ওঙ্হোক্না কুইনা ইঙ্হোকখি। মখোয়রোমগীনা নুপা কোকহন লাইহন্নি অদুনা লুহোংদবা য়াপোৎ নত্তে হায়দনা নুপা ময়ুমদা হোংখি।

তা'ইবোহলদো পাওসি তাবদা তকশি য়ান্না শোনখি হায়। ইমান্নবীশিংনা তম্বনি। কাইনথংদা মহাক ইঞ্জিন্নিয়ার ওইরে হায়বসু তাখি। মরক মরক্তা ইপামদা লাকপদা উন্নে। থোইদোক্না মলোম লৈনদবগুম্না অদুম ইতিং তিংনা মকৌনৈ। অদুগনে মাগী নুপীদুনদি ঐঙোন্দা ওম্থোক্না উশিত্তবা মতৌ অমা উৎলি। অদুগীবুদি ঐনশু করিমত্তা হেক উশিত্তে। মানা মেত্রিক ফেলনি অদুগা ঐনা বি এ। ঐসে সরকারগী তলব ফংবা থবক মচা অমশু তৌরম্বনি। মখোয় তাচৌনা নমদনা তোকহনখি। খঙদে ঐখোয়গী লোনগী লাইরিক খরা হৈদুনা চিন-খা য়াওবা ফনা যান্না থবক ফংনখি। অদুদা থবক তৌবী খরদি মাগী মাগী হান্নগী নুপাদু থাদোক্লম্লগা মা-মাগী ওফিসতা থবক তৌমিন্নবা ওফিসারদা চেন্নখিবা মরি মঙা লৈখিয়ে। ঐমক্তি অদুম্নকাদি খনখিদে। অদুবু ঐগী ইশকশিদা মখোয় তাচৌনা শুকথা থাজদে। মানা ইস্ফাল কাবা থবক অমা তৌবসু নত্তেদো। ইমুং মনুং শান্তি লৈননবগীদমক ঐ থবক তোকপা তাখি, তোকখি।

কারবার অসি হৌরকপদনি, ইচে অমগী মতুং ইন্দুনা ঙা অকংবা লম্লোনবা হৌরকপনি। য়ুমদা শুম উংশিন্দুনা লৈদৌ শরুক মঙা তরাদা তোংবদুনা ঙারি-ঙাতাইদা ওইরসু মরৈননি খনবগী থোরকখিবনি। মতাংদু কোম্বিং ওপরেসন অমদা সিফাইনা ফুরম্বদগী মখোয় তাচৌসি কুইনা, ইসঃ চহি মঙা তরুকপু ওইরমগনি কুন্দুনা লৈবা মতাংনি। উপাই লৈমন্দদনা থোরকখিবনি। নোংমদি তা'ইবোহলদো কোক থেংনৈ। ঐনা বসতগী হেক কুমথরকপদনি, ঙারুবাক্তুগা। মোল্লি মোল্লি ঙাইরপ তৌদুনা চংশিনলক্লগা

- লৈবাক্লে নৎত্রো? করিনো তৌরিসিদি?

মখা তাদে, মাগী ড্রাইভরদুদা হায়দুনা লুবাক্তগী ঙাশিংদু পুল্লপ মাগী গাড়ীদা হাপচিনম্লগা লুপা চাম্মঙা চৎপী অনি শৎ পিরকখি। ঐগী মায়সে পুমঙাং ঙাংলমগনি। *ইস অচোইবকা য়াওদেদা।* সৎ হায়দোকখি।

- হন্দোরকউ হায়বা নত্তেদা!

মসি হায়রম্লগা মোল্লি মোল্লি মাগী গাড়ীদা কাখৎখি। কোম্না তারকখি, মাগী নুপীদুনা ঙাশিংদু থোঙ্গাল খাংমদা লোইনা হৈদোকখি। চুম্নকা

হৈদোকপদা নত্তে, মদু চারুবা মখোয়গী হুই অদুফাওবা নুমিৎ কয়ানিনো চাক পিজদে হায়। মদু তাবদগীনি ঐনা শীংজমৈদদি ঙা খক য়োনখ্রোই হায়দনা য়োনখিদবনি।

- করি খল্লিনো ইতৈমা। সে সে সিদা হাপচিল্লোসে। তু লুপা চাতরেৎনি চাম্মা য়াওশং লোইরগা হাপকে।

ভাব খঙতা তারকই। ওস্থোক্না কুইনশু উংলুরবোই। কয়াদা মথোং হুকখিদ্রবা থম্মোয়নো। হনুথংসিদা য়েন্নিংকাশু হুঞ্জরকপা শারিনেসে।

- য়াইদা য়াইদা। শোম্থাংননা খুমখি।

# জেকেৎকী ৱাফমদি য়ানরে

হোস্পিটালদা চৎসি হায়বসু য়াদে। মাগী য়াম্না পক্লজবা ডাক্তর, নুপী মানবা অমা লৈবদুগী মনাক্তা মনাওনুপী অদুগা চৎলুচো হায়বসু খুমদে। কৌরু ঙাংলুবসু অদুম খুম্মী। চাক ঈশিং থোং-থাকপা অদুম্মক মহৌশাগুম্না ইকাই কায়দনা তৌই। ফিশু-ফিজাম অদুম তৌই। অদুগীবুদি তোংশিল্লুরবা খোঙ মোজা নমদুনা লৌথোকহৌরগা ফাওবা শুহৌরিবনি। মসিবু শাওনবগী খুদমনি হায়বা য়ারিব্রনে! অহিং অমদি অয়ুক য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা নোংমতা মহাক চাক খক চাথোক্লমদে। ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। অৱাংগী ইতৈমা থবাতোনদি করিনোদা মৈরা পায়বীগী মকোকনি, অহিং ঙন্না থোক্লগা মৈরাশঙদা ফম্লুদৌরিবনি হায়দুনা চাক হেক লোইবগা মাগী শরুক কোৎথোক্লগা চারগা বেড়ী মচৈ অমা ফুৎ-ফুৎ চিংলদুনা মৈনম উত্রেং অশাংবা অমগা হৱাই শেন্দল য়েৎ-ওই মচু মান্নদবা মরি পানবদু তোংদুনা তেৎ-তেৎ তৌদুনা চৎখিদৌরিবনি। মপুরোইবকা ঙাইবিপোৎ নত্তে। মখোয়' তাদদুনা ফনা ঙাওনা ফৈনা লাকচরবসু মাগী চাক শরুক থিদুনা অদুম চাজৈ। মদুসু নুংশিনদে হায়বদি য়াবা নত্তে। য়ান্নজবা অমা য়াওরিবনি।

পুন্নমক ওইনিংবা অমা ওইরবসু ঐমক্তি নোংমা নিনিসি য়ুমদা তশেংনা হন্নিংলক্লবনি। নুপী মপামদা য়াওং ইনবা হায়গদ্রা, শাইদাংবা হায়গদ্রা মসিগী য়ুম্বান খুৎলৈ অসি চিন থোক্লদুনা মুক্লরকপমক নৎত্রবসু থনুং-থনুংদা নাইনু কিশি থাংনরকপা মতমদা য়াম্না পাঙ্গল থোক্তে। শুন্নমক্তবু হন্দক মহাক্লা মরম ইহায় হায়দোক্তবিদা লৈখৎলিবা খুৎলৈখৎ অসি য়াম্না লৈবাক মচা তাবা অঙম অথৌনা লৈবাক মীয়ামদা শাওবা খুৎশাওগী মতৌ তম্বা ওইরবসু ইয়ুমদা ওইবম্লবদি মঙোন্দমক খুৎ থাবা মঙমদ্রবসু কোল-লিক খরা কোপ্লা লোয়ননা উপুগী মিংশেল খরা ফাওবদি কায়বা য়ারবনি। অদুবু মাগী মপাগী ময়ুম

ওইবম্বসিগী মথক্তা, মমা অমদি মৌপ্বা নুপা পুলিস ওফিসার অমগসু লৈরিবা মফম অসিদা ঐনা পোৎ-চৈ থুগাই খোৎকাইবা তৌরুবা হায়বসি ইন্দিয়ান পেনাল কোদকী মতুং ইন্না ঐ চৈরাক ফংনিংঙাই লৈরম্বসু য়াই। মসিদা নত্তে ইনেম ইবেম্মদু পুরা পোলিটিসিযাননি। য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈবিবা নত্তে। অহিং কয়া অমা পার্টিগী কনভেনসননি, দিল্লি চৎলিবনি অদুদা চৎলিবনি হাযদনা পঙচৎতা চৎলি। মচানুপা পুলিস অদুসু মোরেদা করিদা পোষ্টিং তাই। মাগী নুপীদু পু-পুদুনা চৎখি। ঐনা ইমুং অসিগী অঙাং ময়াম অমদি লৌ-শিংগী, দুকানগী লোইনা যেংশিল্লিবনি। ইকুবোক্তুনা ঙস্তানা মৃতু ওইখিবদু মৈচাক অমদি শোয়দনা লৈরমগনি। খঙদে ঐসু ইকুবোক্কী খুদুং ইন্দৌবিবজাৎলা। খূৎ-শা অসি প্রোক প্রোক থেক্তুনা খাঙই হায়বা তাইয়ে।

ঙসিসি য়ুমশেংবা নুমিৎনি। কনানো ইকুতোনশিং থোকপা অমগী মচানুপা অমা হিদাক কাপ্পদা হেঞ্জিন্না কাপশিল্লুবদগী শিখিবনি হায়বা অমগী যুম মাংলকপনি। হয়েং শোরাৎনি। নুপী অঙাংকা থিরম্বা নত্তে। থবক খুচিন অসিদা ঐনা খল্লিবনা ঐদি শাগৈসু নত্তে, য়ুম পুনজবগী ৱানি, কা তোঙানলিবনি। মাসু ঐখোয়গী য়ুম্নাক শাগৈদা ওংবী হায়রবনি। অদুমক্তনা মা ঐগী শাগৈগী মোংফমদা তিন্দৌরিবনিনা ঐখোয়গীদি য়ুম শেংদ্রবসু য়াই মাংদে হায়দনা ঙস্তানা হৌগৎলগা অঙাংশিং স্কুল থাননবা মথং মথং হোৎনৈ, মহৌশাগী মহৌশানি। গাড়ী লাক্তুনা অঙাংশিং (ইশেনগী মচা অহুম ঐগী অমা) ঙন্না পুখ্রে। মাসু ইম্ফালদা ঙারী-ঙাতাই য়োনবা দুকান অমা ফল্লিবনিনা পুং মাপন তরাদা হেক হেক চৎপনি। মদু নংনবা চাক-ঈশিং ঙস্তা অদুম ঐনা হোৎনরে। অদুক চাওবা ইমুং অদু অঙাংশিংদুগা ঐগা মাগতনি। ইনেম্বোক্তুদি ইলেক্সন ময়ানিনা য়ুমদা থা অমরোমসি হল্লকলোই হায়রম্মী। ফিভমসিদা ঐনা য়েনিংবা ফনা লৈরবসু খামদোকপিনবা, ঐবু ঙক লাক্তুনা ইনবিনবা লৈতবনিনা ফজফম লৈতে। নুপানি ঙম্মী মতাগুম তৌই হায়দনা ৱা থোক্লরকপদা লেমজনিংঙাই ওইদ্রে হায়বসি তশেংনা খঙই।

শুম্লমক্তবু ঐনা ফুদোকলুরো, নুপী মপামদসু লৈরগা মমা, মৌপ্বা লৈত্রিঙৈদা ফুবিরে হেক্তা হায়দৌরিবনি। করিগুম্বা মানা মখূৎ হল্লক্তুনা ঐহাক ইশা ওইনা থিনা হেক মশোক্লবসু মনেমগা মশেনগা লৈত্রিঙৈদা ময়ুমদা পোৎ থৈদৌ' তৌরমগনি, মদুগী ৱাহৌদগী ফুনরকপা ওইরমগনি। মপাঙ্গল মতাশিদা শিবু শিরম্মি হেক্তা হায়নখিবা য়ারিবনি। অদুবু মানা ঙাংফম থোকপা

ৱাদগী হেন্না ইঙাং ঙাংদনা নোংমা নিনিসিদা উংজা পুরক্লিবসিগী মরমসি মাগী পতি-দেবা ওইরিবা ঐঙোন্দা খঙহন্দবসিমক ঐ খোয়দৌ-য়াফম প্রোক প্রোক হেক চাকপা হায়বদু থোকই। থৌদৌ অসি ধর্ম্ম থোক্তে হায়না ঐদি খল্লি।

গাড়ীদা অঙাংশিং হাপকৎলুরগা হঞ্জিল্লকপদা খোঙগ্রাউ অমা মমাংথোঙদগী হুৎ লাওনা পাইথোরক্লগা শুমাং মতোনদা পোপ হেক তাবদু উই। কনানদি ওইনি, ইমুংদা লৈহৌরিদু মথন্তনি। খোঙগ্রাউদু ঐগী শোয়দনা ওইবা তাবনি। ঙসিদি নুমিৎ মরি মঙানি চংনা ইনখৎলকপা মৈগী চীং অসি পোকখায়বা তারবোইরে খল্লি। খন্না খন্না খোঙগ্রাউদু খুনগৎকে চংলুবদদি মদু নহান নোং অমা মাগী মমান্নবী ফজতোননা জেকেট অমগা লোয়ননা তামোগীনি হায়দুনা মাগী দুকান্দা থল্লম্মী হায়দুনা মানা পুরকপা, ঐনা অমুক অনিরকসু শেৎলুরবা খোঙগ্রাউদুনি। জেকেটতুমদি ঐনা লিৎলিসিনি। ঙসিসি য়ুম শেংবনিনা ফিরোলকা শুথরগে হায়রিজৎলা, ইচম চন্না খল্লি। অদুবু শুগে খনবা ফি মহাক্না অমুক্তা অসুন্না খক্তি লংথোক্লক্কন্দবনি। নৎত্রগা নহান ইপান থাবা অমনা চৎলুবদুদা করি করা চুরজাৎলা। মোৎচরবসু ঐ খোঙগ্রাউদা করিদা তৈশিন খোৎসিনবা খক তৌগন্দবনিদা। রুমাল অমা ইথা হেক থাজদবনি। থক্লু চাকরসু লৈখোম মরক উফুল মরক্তা ওন-থোইগনবা নুপাদি ঐ নত্তে। ইশানা কন্ট্রোল ঙমগদবা চাং অদুদগী খক হেঞ্জিন্না থক্লক্তি। শেল তিংনা লৈদুনা থক্লিদুবু করিগী মানা ঙমহনগদবা চাংদা থকচরুনি হায়গে? হোয় নুংশিৎ থেংনরুবা হায়বা তাই, অমুক অনিরক্তি পোপ তুবা য়াওখ্রে। নিংশিংলকই নহানগী হল্লকপদুসু কনাননো অমনা পোরগা থিল্লকখিদি হায়নখিবনি। তাংদাংবা নিংশিংদ্রে। কৈশু নত্তবদা ইনাওশিংদুনা তাচৌ-তাচৌ হায়দনা তৌরকপা ওফর ময়ামদু ওক্লুবদা তাখিবা দশানি। অদুবু নোং ঙাল্লগা হংন-খোৎনবসু অঙাং মমাংদা ঈকাইদুনা অদুম হংখিদ্রবনি।

ৱাখলদা মন্নাম অসি খন্না-খন্না খোঙগ্রাউদু লৌখত্তুনা য়েংই, কৈশু থোইদোকপা মোৎ-খোৎপা তৌদে। ইমুংদা চংই, মা কা অচৌবদু ৱাই তৈদুনা লৈরম্মী। ৱাই তৈরমদাইদা মানা খোঙগ্রাউ অদুতবু অখন্ননা খল্লগা শুমাংদা তারুননবগী চাংদা অদুক কষ্টি থোক্লা লংথোরক্লবনিনা মরম অমদি শোয়দনা লৈরম্বা তারে খন্দুনা ঐসু খোঙগ্রাউদু শুমাংদুদা হান্নগী তাফম অদুমক্তদা হন্দুনা অমুক থম্লুরগা মেন অমা ইতা তাদনা ৱাই তৈরীবী মাগী মতুংদা লেপ্পগা হংই,

- থাদোইস্না, কৈদৌরগে তৌরিসিবো। করিনো নঙনা খোঙগ্রাও অসিখক মপান্দা লংথোক্লিসিবো? করি করি ফিনো পুথোক্কদবা ঐ পুথোক্লগা শুবা হৌরম্লগে, মীনা উবসু নত্তসিবু ...! হায়রম্লগা ঐগী কাদা চংই। ঙরাং নহানগী ঈরাংশিদা পাউখুম শাংথ-লেংথ পিরক্কনি হায়বসিমা খন্দে।

মখূৎ-মশা শৎ হামদোক্লগা কাদা ফৎ হোৎচিল্লকই, লবাইদবু কামথরকই। মখা চিক্তুনা হায়রকপনি। উরাউ-থরাউবদি নত্তে হায়বগী ৱানি। খোস্থোক অদু থনুংদগী প্রোক প্রোক চাকপমখৈ নৈথৎলগা থাদোরকপা ৱাহৈগী শুর-শপুনি।

- শেংনা শেংনা হায়নসি, ইতা ফজতোম্বীগা মোয় তামোগা হান্না মরি লৈনরম্মী হায়বা ঐঙোন্দা হায়বিদ্রিবা করিগীনো, . . . ঐ য়াম্না খল্লবনি হৌজিক ফাওবা মানা ময়ুম পান্দদুনা লৈরিসে মরম অমা শোয়দনা লৈরমগনি। ইসঃ কয়াদা ঈকাইবা খঙদ্রিবনোনে, খোঙগ্রাউদুবু খ্বাং চপ চাবা রেডি মেড ...! নচা লৈশাবী ফারক্লকান্দা মখোয় তামোনা তৌরিসে . . . .! ইতা ইতা হায়দনা তিন্নরগা মানা তৌজ শারিসিনা করিনো! মা খঙলোইদ্রদো, মশোং লাক্তনা চবান থাগে সিআ! ঐ থোইবীস্নানি হায়সি মা খঙদদি মখহল্লগে।

ঐ ভাব তারকই। মানা নোংমা নিনিসি ঙাংফম থোকপদগী হেন্না ঙাংদ্রিবদু ফজতোম্বীনা পীরকপা ন্যু ইয়ারগী খুদোলপোৎ অসিগী ওইরম্লে। চুম্মীনে জেকেৎ অসিবুদি মেদিয়ম সাইজনি। খোঙগ্রাউ অসিদি মানা করম্না ঐগী খ্বাংগী অকোনবা নাপ অসি কমদৌনা খঙখ্রিবজাৎনো! ঐদি মখোয় মমান্নবী মশেন্নিনা হায়দোক্লবা ওইরমগদ্রা হায়না ইতিং তিংনা খনখিবনি। জিনসি ঐনা খিৎসু পামজবগা তরু তরুনসু মশেৎলে। মামক্তি শুবদা পেদ্রিৎ থোক্লা ৱাই হায়দনা মহৌশাদগী জিনগী খোঙগ্রাউ লৈবসি থিংদুনা লাকখিবনি। ৱারীসি য়াম্না লুদৌরি। ফজতোম্বীমক্তি ঐগা হান্না খঙনরকখিবসু নত্তে। মাগী মমান্নবীনি। মাগী খুখ্বাংদা খঙনরকখিবনি হায়বা তাই। হৌজিক য়াম্না লুরিবসি মানা করম্না কনাদগী ঐগী খ্বাংগী সাইজ অসি মহাক্লা খঙলুরিবনো হায়বসিনি। মঙোন্দগী হংখিবদি লৈত্রে হায়বসিমা শোয়দ্রে। মসিমতং হঙদোক্লদ্রিবা ফাওবদি ঈরাংসি নেমথখিরোইদৌরি, জেকেৎকী ৱাফমদি য়ানরে হায়বা তারে। মসিবু করম্না হংনরুগদৌরিনোনে তৌরিসে। থোইবীস্নাদি মখোয়দৌ ফুক্লা শীংনদুনা ঙাংথোক্লম্লগা ফমুংদা মমায় উপশিন্দুনা কপ্লি। করম থোক্লগবা! ৱারীশি পাক লোইখিরোইদৌরি।

# ফুনগৎলকপা

ইবোতোম্বনা মকোক মরুখোরো খোরো খোৎলদুনা মথ্বায় নুংঙাইতনা ঙসাইদগী তুরেল মপাল অসিদা ফম্লক্লি। ঈশিংদা তারিবা মমি য়েংদে। নোংথক্তা পাইরিবা উচেক ঋয়াশিংদা য়েংদে। অঙকপনি মাগী মমিৎ অসিদা নত্তনা থনুংগী মমিৎনা মানা মনুং মপান ফাওনা উরিবা পোৎশক অসি মাগী অকোযবদা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা পোৎলমশিং অদু অমত্তা নত্তে। কুইর কুরগা মানা উরিবা পোৎশক অদু ময়েক অশুম অশুম শেংগৎলকই। নুপা ওইরগা নুপা থোক্তবা হায়বসি মহাক্কী মফমদা ফজনা থোক্লে। হৌজিক মহাক্কী ফিরেপ অমা লৌননবা কন্না হোৎনরি। মহাক ঙসি অসি ফিরেপ অমদি লৌদবা য়াদ্রবনি। ফিবেপ অদু লৌননবগীদমক্তনি মহাক্না ঙসাই অয়ুক অঙনবদগী তোর্ব্বানিসিদা উংজা পুদুনা লৈরিবসি।

খঙহৌদনা শাথিনা হৌবা মখোল অমা তারকই। অদুবু মহাক্তি মদুদা করিমত্তা নুংশা থিবদি পোক্লমদে। মরিন ওম্থোক্না খাবা নুপানি। ইকান কান্নদনা মহাক্কী মতুংদা য়ুনিফোর্ম শেৎপা অমদি খুৎলাই মতিক চানা পায়রবা কাংবু অমা গ্রুং গ্রুং চেম্থরকই। ঈং ঈং লাওবা নোংমৈ মতোন অদুনা ময়াংলেনমক্তদা গিৎ লাওনা নম্লকই। য়াম্না শাথিনা ধব তৌদুনা ঋাহং ময়াম অমা হংই। ইবোতোম্বা করিমত্তা খুমদে। মদুমক্তনা মহাকপু চিংনবা মীওইনি হায়দুনা ফারে। মখুৎ মশা পুনসিনবদা খুৎপাক্লা লীচৈনা খরসু শাম্থবিরে।

লম্বী অচৌবা য়ৌনা পুখৎলকপদা মৈরা পায়বী নুপী ময়াম্না ইবোতোম্ববু খুৎলাই পায়বশিং অদুগী মখুত্তগী মুন্নবা লাক্লে। মখোয়শিংদু অশেংবা ইন্দিয়ান আর্মিদি ওইরম্বা তারে। নুপী ময়াম অদুনা সিফাইশিং অদুদা

ইবোতোম্বগী মরাল করিনো হায়দনা হংই। মরাল লৈতবা মী ফাবা পুবা য়ারোই। এরেষ্ট মেমো পিরমগদবনি হায়দনা নিংথিনা তখৎলকপা নুপী য়াওরকই। হৌজিকশি মনিপুরগী ওইনদি নুপী মঙাইরে সিফাইগা ওইগেরা থনাগা ওইগেরা থোক ওন্সিন্নদুনা দোং দোং ঙাংনবা ঙম্লিবসি। কাপথোরকপা মরুনা থোক থোক পানখিবা, শিখি-শোকখিবা কোঙ্গাইসু য়াওখ্রবনি। অদুবু মৈতৈ নুপীগী থৌনা ঙসিসু হন্দ্রি!

নুপীশিংদুনা য়ৌ-য়ৌ তৌরকপদু য়াম্না হৈনা শিংনা ফাথরদুনা কাংবু অদুগী মকোক লুচিংবা ওইরম্বা তাই। ব্রাং-চাউবা চীং-লেম্বা শিফাই অমনা কাইনথংদা হায়রকই। ঙাংলক্লিবা অদুমদি মৈতৈলোল ফজনা থোকই। মরোনকা খোইদে।

- মনুং য়াম্না কনবা অঙাংনিনে ইমাখোয়। অশুক থিনা য়ৈদুনা হংববু করিমত্তা খুমদে। বোম প্লান তৌবা কাংবুগী মীনিনে। প্রমান লৈগনি।

মৈরা পায়বীশিংদুনা তাপ ওক্তুনা খুম্মী,

- করিনোনে ইবুংঙোনা হায়রিদুবো। কদাইদগী অঙাংসিদি মমা পুক্নুংদগী মনাশু পংবনি, মরোনশু থোক্রবনি। কদাইদগী প্রমাননোনে?

শাথিনা ফুনগৎলবা সিফাইশিংদুনা শ্বর মপী অমা হোন্দোক্লরগা, মখোয় মশেল য়েংনৈ, নোকপদি অমত্তা নোক্লদে।

# থৌরকপা খূৎলাইদুদি হন্দোকখিদ্রে

ইলেক্সনগী অমুক্তোইবা খা-রাই খঙদনা চেন্নরবা মতমনি। অহিং নোংশোইবা হুই-লমহুইনা নাহেবগী মতৌদু মঙাই, *"নুংশিবীয়ু চানবীয়ু হায়জবা নত্তনা উপাই লৈত্রে..."*। হৌর-হৌরবা লাউড স্পিকর শীজিন্নদুনা লাউই, চম্না লাওবা নত্তে কপ্লাও লাওনরকই। অহিং থেংল-থেংলগা অমদি নোং ঙানলমদাইদদি লৈয়েং ফাইবসু য়াওরকই। প্রজাতন্ত্রগী নমাদা ইশাগী অধিকার শিন্নরমদাই তানফমসিদা, ইমা-ইপা শিবগী থম্মোয় তিংনা কপচরমদাইদা মাঙ্গং খিংজিনলকপা, পুং য়ৈশিনলকপদুগুম্মী। ওহ্মোক্লা নাতে চাখিদ্রে। হুমাং তানা রিক্সা থৌরুরগা য়ু পব্বা অমা করি অমা থকচরগা ভরাগী কাখুসিদা নিংথৌগী মোন্দ্রং শান্নদুনা ঙাইহাক্তং শেৎথজগদবা পুংফমসিদা তাবদা ৱারবা হৌরবা মখোলনা নুংশিবীয়ু নুংশিবীয়ু হায়দনা লাওরবসিদি নুপীগী খোঞ্জেলবু ওইরো নিপাগী খোঞ্জেলবু ওইরো অনাবা অকনবা লৈবা ইমুংগী য়েনখাদা হৌবা উজাও মতোন্দা মকুনা *পিয়ো পিয়ো* খোংলবগুম্না হেক থোকই। ঐগী ৱানিকো। কনাগুম্বনদি খোল্লাওদু তাবদা মপি ওরো-ওরো তানা কপ্নরম্বসু য়াই। মীদা মীদাগী ৱানি। ঐদি কপ লাওরবা কনাগী মখোলদা থম্মোয় পেৎথবীপোৎ নত্তে। লুপা মশিং য়ান্না পীরবা মীদুদি শৌ-শৌ লাওনা *থাদবা য়াদে হায়দনা* ধব তৌররসু অদুদত থাদরিবনি। রিক্সো থৌবগী শিস্থাসি পায়রকঙৈদগী ভরা পীরম্বদা হরাও হরাও পীরম্বা হায়বসি ইথেং থেংনরক্রবা ঐঙোন্দদি ভোৎ থাদবিয়ু হায়না মশানা খঙনা শেল য়েল্লবশিংবু মবাহে মখোঞ্জেন ফজে ফজদে হায়না খক চোই চাং ওন্দ্রে। থম্মোয় কনজবা মীতানি।

ঙরাংসি থরায় তশেংনা নুংঙাইতে। দাও ফনা য়াই হায়দনা পুং তরা অদ্বাইদগী ইম্ফাল মনুংসি পুমথুং থুংনা থৌবনি। খনবদি মখল্লি সুম্মাইনা দাওসিনা মহৌশাদগী খরা হেন্না য়াখৎলক্লদি অপাইবা দশা অমা হেক্তা মরাক্কনবনি। অদুনা চেকশিনবা ওইনা পর্চ অসিদদি লুপা তরাতরেৎতগী হেন্না হাপ্তে। অফংবা শেল মখৈ অন্দরবায়ারদা পাল্লীবা অখন্ননা শেন্নবা ফুরিৎখাওসিদা পংহাপ্তা হাপচিল্লি। নাকনগী খোঙগ্রাউ ফুরিৎখাওসিদনা খৈনি কৌতা অমগা বেড়ী মচৈ তরামুক্তংনে অদুগা মৈখেৎ উপু অমতংদ মহাপ্পী। হুমাং তাবা য়াবা তারবসু, মখদাং কনবী, নিয়ম খঙবা তোঙান তোঙানবা পেসেঞ্জর ময়ামগী পীনিংদনা পিরকপা ভড়ানা মনুংগী ফুরিৎখাওদা চিনখৎলকপসি মোন্দা নুংঙাই, অরাবা কাওই।

মপুক মপাও ফখ্রবী হনুবীনি। হান্না মশক খঙনবনি। চৈরাপ মমাং অদ্বাইদগী মাগী মপোৎ মচৈ ময়ামদু রিক্সাদা হাপকৎলগা, মদুগী মথক্তা মাসু অমুক কাখত্তুনা তোংলগা মাগী পার্কিং, কাংজাবী মপা ফাওবা মরক মরক্তা হেক থিনবীবনি। ভরাসু বা ঙাংনদে। মানা খঙনা অদুম মপীরকই। নুংশা থীরিবদি মানা চীংমুক বাংনা হাপ্লবা পোৎয়ামদুগী মথক্তা শামু তোংবগুম বেড়ী মচৈ অমা চিংলগা তোংবদুনি। অদুনা ঐ মাবু তোংলবদি খক থৌদে ইন্দুনতা চৎপনি।

ঙরাংসি পুং মঙারোম তারকপদুদা মানা কোক হেক ফাররে। হোবে হোবে তৌদুনা পোৎ হাপকৎলগা ঙেহঃ ঙেহঃ শংবমখৈ ঐগী গাড়ীদু ইনখৎলকপনি। য়াচংলকপসিদি পাঙ্গলসি ওখাক হল্লি। ঙল্লিঙৈদা নৈখায়বা য়াবা নৈখায়রুরবনিদো। ঙরাংনা খিৎসু মরারে। অদুক বানা ইনখৎলকপদুদা ট্রাফিক পুলিস অমনা লেপ্লবা হায়রকই। ফিভম শেমদ্রবদি লেপ্লু হায়বগা চপ হেক লেপ্লা য়াবা মতাংদি থোক্তে। তাঞ্জা অমা য়েংলিঙৈদুদনি, মমিৎ শুক্তোক্লদুনা ট্রাফিক পুলিসতুনা মখুৎ নাম্মনা হেন্দলদা তাপ পায়রগা মখুৎ নাম্মনা পায়রিবা মতোন চেৎখায়রবা লীচৈদুনা নময়াংশিদা দম-দম পিথরকই। চৈনাদুগুম্বদি অনৌবদি নত্তে, অদুবু ঙরাংদি শিংলী মপা থোক্লুবনরা করিনো কোক উরু উরু ঙাওই, মীৎ তন্দন পাই। পায়রিবা রিক্সাগী হেন্দল শেন্নবা ঙম্লক্তে, মুক্লস্বদু খঙশোন শোহ্রকপা মতাংদুদা মানা খঙইন ইল্লকপদুগা মপা-মপা ওইদুনা রিক্সাদু ফৈনা চেহ্রকই অদুদা নত্তে, মনিংগী চকা নাম্মা থাঙ্গৎখি। মদৈদি *প্রোক প্রোক বুব*, হন্না য়েংথোকখিবদা হবাইমুবী,

হৱাইপ্লাক, য়োংচাক, আলু মরক্তুদা হনুবীদু শন্দুনা তারম্মী। মদুদগীদি ঐ ভাব তাখিদ্রে। তরং পুরা চৎখ্রে। তরংদুদশু পোখাদে তৌরিবা . . . .

ইচেনা লাওরকই।

- হাই, তোম্বা বোমলা কৈনো অনি লৈরেনে। হৈনরোইদৌরি ঐদি! ভোৎসিদা লেপ্পীরনু হায়দনা হায়জবনিকো নঙসে!

বোম লৈরম্মে হায়বসি মতম অমদা য়াম্না পাখৎনফম থোক্লবসু হৌজিক্তি মীদি খঙদ্রে ঐদি করিমত্তা পাখৎত্রে। লংশিল্লম্লগা পোকখায়দ্রবা বোমসিদি মেগজিন মনুংদা লৈত্রবা নোংমৈ মরুগুম্বনি। করিসু শোক্লিংঙাই লৈতে। মসিসু ঐনা খনজবনি। 'সুম্মাইনা থাংমৈবন্দদা কনানো অমগী ময়ুমদসু পোকখায়দবা বোম লৈরম্বদগী পুলিসনা লৌথোকপদা পোকখায়খিদবগী ৱাফম লৈখ্রবনি। অমরোমদা ঐদি ইন্দিপেন্দন্ট মীরেপনি। শেল থুম য়েন-খোৎপসু ঙমগদবা নত্তবনিনা ঐগুম্বগীদা লংশিনলকপদা পোকখায়দ্রবা বোম অনি লৈরম্বা হায়বসি ঐ কৈশু নাচুংদে। লংশিন্দবা য়াদদুনা লংশিনলকপা ওইফম থোকই । করিগী ঐগী য়ুমদবু বোমককা পোকখায়হনগনি হায়গেদো। করিমত্তা হেক নুংশা থিবা পোকপিদে। নিপা হায়সিদি শা-লানশি খরসু থেংনবা মফৈদা।

ইমা, ইচে অদুগা ঐগী ৱার্কর খরদি অমুক্তোইবা পুলিস কৌসি হায়সিনবু। মখোয় মশেলমক্তা মচি-মচিদা তুম্পক- তুম্পক তাশিন্নদুনা পঙখন্দ খন্নে। ফলদি ইতা হেক তাদে। শোৎ লাওখিবা তাহৌই । ঙরাং অহিংসে হুই য়াম্না লাংঙি। অস মেন অমা ইতা তাদে। মখোয় মশেলমক্তা উংখৎনবদা নত্তনা ইনাক্তা হোৎচিন হোৎচিন্দুনা খন্নশিল্লরিবনি। অদুবু পুলিস তাকশি হায়বদুদদি ঐনা শিখাং খাঙদুনা য়াদ্রে। ঐসু মীয়ামগী ভার পুরগে চোংথোরক্ল বা মীশক অমনি। করিগী পুলিসকী মতেং লৌরুদোইনো হায়বসিমা ঐগী ফিরেপনি।

কাইনথংদা ঐ ইশামক্লা বোম লৈরে হায়রিবা মফম অদুদা চংশিন্দুনা য়েংলে। সিফাইনা, পুলিসনা পায়নবা হেন্দ গ্রেনেদ হায়বদু মরাং কায়না উরবনিনা মদুগা ভাবনা লাকশিন্দুনা য়েংবদা ওখাক্তি মান্নরে। মসিদা পিন হায়বা অমা য়াওনবনি। মদু শৎলগা লংবদা ওইরমাগ্লে, হেক্তা পোকখায়রিবা অসিনা। নোলেজ অসিমা লৈবনিনা চিংনবা লৈতনা ফনা য়াম্না নক্লা চংশিন্দুনা

য়েংবনি। খৃৎশিনা পায়দে হায়বদা ঙাইরে। ফনা য়াম্না মুন্না য়েংবদুদা করি করম্বা বোমদানো হায়বসি খঙদোকপা ঙমদ্রে। ফরে অদু মঙাইরে লাইবক য়েংলগে হায়বা ফিরেপ অসি লৌরগা অঙাংশিংদকা থৌদাদ্রে। ইশামক্লা ফিরান য়ুংননবা মৌবী ৱা খরা লৈরিবদুদগী অমা লৌরুরগা থক থক ইল্লুববু থরো থরো ওনখি। পোকখায়দে। মদু য়ৌরবদি করিসু চিংননিংঙাই লৈত্রে খল্লে। হেরা নিপামচানবু শিরবসু অমুক্তনি, লাইফ ইন্সুরেন্স হায়রা য়াওরি। মমা মচা মখোয় মখৈদি নে তানা হিংজহৌবা কোন্ননি। করিগুম্বা ঐ অমা শোয়খ্রবসু মার্সি ভোৎনা ঐগী নুপীদি শোয়দনা কাবদৌনি। শি খন্দুনা তাপ তাপ পায়দুনা থাঙ্গৎলি। লুম লুম লাওই, কোৎহ্লিং ইকা কারম্লে। পিনকা অমত্তা য়াওবজাৎ নত্তেদা। *অমনবা শিজিন্নবা য়াদ্রবা, মী কিহন্নবদা শিজিন্ননবা ওইরম্লনি।* ইচম চন্না খল্লী। ফনবু ফরে ভোৎ কাবা কাদবা পুন্সিগী অহানবা এম এল এ লেপ্পদা ফংবা অহানবা প্রাইজ তারে। লাৎলগা থম্লসু মরম চারে। মোমেন্তো হায়বদুমক হেক থোক্লেদনা।

ইশাদা শীংনরকপদা ফিরেপ অমা লৌবা হায়বসিদা মীগী মতেং লৌবা হৌনদে। ঐসে হন্দক ভোৎ শোয়দনা কারবা য়াই হায়বসি ঙাংনবা য়াওরম্লনি। মদু তাবা য়াওনবদগী ঐগী রাইবেলশিংনা মী থাদোক্লগা ঐসে ভোৎ লেপ্তনবা কিহল্লকপা শোয়দনা ওইরমগনি। নোংমা নিনিগী মমাংদা রুল্লিং কাংবু অমনা কয়ানো পীরগে নোমিনেসন ফাইল ৱিথদ্রো তৌ হায়রম্বা লৈখ্রে। মখোয়' কাংবুদুনা শোয়দনা ওইগনি। ঐদি মদুমাইনা মোইথেম নমল লৌননবা চোংথোরকপা নত্তে। কারসু য়াই কাদ্রসু য়াই। ঐনা তৌগে খল্লিসিদি ঐগীদমক পিরকপা নোংমৈ পায়বা সেক্যুরিটিশিংদু অমুক্তদি তুম্বা হিপ্পা খঙহন্দবমখৈ নৈখায়গে মসি খন্দুনা লেপ্লীবনি। অদুনা নুংশিয়ু হায়বা পূক্লিংদা পোকপা মরৈত্রবা নোংমৈ অমদি লীচৈ পায়বশিং অসি নোংমা নিনিদং শিজিন্নগে খল্লকপদা কেন্দিদেট ওইনা চোংথোকপা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ ইবৈ লৈতদনা কাইনথংদা ঐ মীরেপ ওইনা চোংথোরক্লিবনি। লাক্ষ অমা, ক্রোর অমা পিদুনা তোক্লো থেল্লরবসু ঐ ভোৎ লেপকনি। খোঙফমসি খক হন্দোক্লোই। ঐগুম্বদগীবু কনানা শেল ফংনি হায়দুনা বোম লংশিন্দুনা কিহনলক্তোইনো। অদুনা ঐ কনামত্তা হায়দোক্তনা বোম অনিদু লোৎশিন্দুনা থমজিল্লে।

বোমদু লৌশিল্লগা থল্লবা মতুং নিনি চনবদা পুলিস খরা লাকই। কদোমদগী কনানা হায়নরুরিবনো খঙদে। বোমগী ৱাফমদু চপখত্তনা হংলকই। মতাং চারিঙৈদা হায়দনা ঐনা ইখৌ পোঙনা হায়

- সারখোয়না ঐবু পাওথোকপিগনু, পুন্সিসিদা খুবাক্কা খুৎনম্না মী অমদা শেৎ থারকখিদ্রবা ঐঙোন্দা কনানা কৈদৌবগী বোম লংশিল্লক্কদৌরিবনো। পুলিসনা তোকঙাদা অদুক য়াম্না থাজরবদি কমদৌনি। হৌজিক ফাওবা ঐনা সেক্যুরিতি লৌজদ্রি। অদুগুম্বা থ্রেট লৈরগদবু ঐনা সেক্যুরিটি ডিমাণ্ড তৌরোইদ্রো। চৎনবী ওইনা ময়াম লৌনরবনিনা ঐসু ভোট মঙানি ৱাৎলিঙৈদা সেক্যুরিটিদি লৌজগনি। লৈতে কদাইদগী ঐদি বোম তোপককা লোইবা কেন্দিদেট নৎচদে।

তসঃ অসুম্না লৈতে হায়বদুনা পিখিদ্রে, লৌখিদ্রে। চৎখ্রে, খরদি ঈকাইরম্বা য়াইনা। ঐগী ৱাদু কেন্দিদেট ওইবদুগী চিন্থক্তা খুন্নমদবগী ৱানি। নৎত্রদি পুল্লগা ফু-ফুদুনা হংলমগদবনি। মখুৎ হল্লরোইদবা মীদা ফুবসিসু মনুংঙাই অমদি লৈবজাৎনি। ফুবসিসু এডিক্ট ওইবা লৈবজাৎনি। ফুগন্দবা থনা হায়বসি অমুক্তা থেংনরক্তে, শিনফমসিনরদি খঙদ্রেকো।

নোংমা অয়ুক ঙন্তা নুপামচা অনি লাকই। মশা নাল্লি খোঙউপকাদু ফজে। জেকেটকাদুনা ফজরিবা, ৱাহে ৱাতাকাদি মুক্লপ তৌবা মতাংকাসু য়াওরকইয়ে। শিবা কিদমখৈ ভোট লেপ্লিবা ঐনা অঙাংশিংদুগী অমুকপা ৱাহৈদা কিদৌদি নত্তে। ঐনা হংই।

- ইবুংঙো নখোয় নোংমৈ কাদি য়াওরকপ্রা? ইপাগীদি নোংমৈসু লৈতে, নোংমৈ পায়বা সিফাইসু লৌরুদ্রি।

- কদাইদৈনো পাবুংদা হায়জগে হায়দনা লাক্লিবনি। ঐখোয়না হায়জবসি য়াবীদ্রদি অফবা ওইরোই।

- ইবুংঙো য়াবা য়াদবা হায়দুদি নখোয়না হায়বা ৱাদুগী মতুং ইল্লে। ভোট লেপ্পা নিপা অমগী অফবা ওইরোই হায়বসি ভোট কাদবনি। ইপাগীদি কাদ্রবসু য়াই। কারগদি ইপাদি নহারোলগী য়াইফনবতা তৌনি। করি লাই সোল্লুগে?

- নহান পাবুংগীদা লৈরম্বা বোম অনিদু নচাশিংনা থমজরম্বনি। পোকখায়ররোইদবা বোমনি। পাবুংদা কিহন্দুনা শেল খায়ননবা অহানবা

খোঙথাংনি। মদু পাবুংনা লোৎশিন্দুনা কৈমত্তা কিদনা থম্মীরিদু পিথোকপীরক্লো।

- ফরেদা ইচাশিং লাকপা, ঐগী পার্টিদা য়াওরো। শেলগী ৱাদি ইচাশিংগা তান্নদুনা তাল্লসি। অদুগা পোৎ অনিদুদি ইপাগীদা সুম লৈরসনু ইপা ভোট লোইবা ফাওবদা শিজিন্নগে, হে সৈত্য ইচাশিংগী তৌবীমল ইপা চপ চানা তৌনি।

নুপা অনিদু ফুক হৌগৎলক্লগা ইখুৎ অনিসি তাপ পায়দুনা ইমুংদগী চিংথোবকই। মখোয়গী নম্লগা কাপ্পী হায়দু তৌদৌরিমাল্লে খল্লি। অদুবু ৱাবিদে। মনম ফাওরকপগা লোয়ননা চিং লাওরকই মখোলদি থোক্তনা করি খুৎকাপনো খল্লি। জ্ঞান তাবকই। লৈরিবসি বিমসকী কেজুয়েলিটি ৱার্ডনি। কোকসু কায়রে। খোঙ নাম্মসু তেক্লে। ফুরিৎখাওদা য়াওখিবা শেল-নুং অমত্তা য়াওদ্রে। নর্স অনিনা খুৎ অনিসি চিংথোক্লুনা অশোকপা ময়ামদু দ্রেশিং তৌরি। ইস মঙদুদা গ্রেনেড অনিদুফাওবা পিথোকখিদ্রবা ঐঙোন্দগী অয়াওবা শেল-থুম পুম্নমক লৌথোকখ্রবা? কনানা লৌথোকখিবা ওইরমগবা? ফংনিদি থাজদ্রে।

# প্রভু ! ঐ খৃষ্টমাস য়াওজররোই

পুন্সি হিংবা যাবা শিনফমসি করিবু লৈরিগবা, লাইবক্তা করিবু তম্লিগবা ‘সি খন্দুনা যেংবা য়াবা ওখাক য়াম্না য়েংলুরে। তৌরু তৌরুবা খুদিং ঐগা ইচা হেক চান্নদে। নাপ চানদবা হায়বদু ওইবা তাইয়ে। ঐগা তিন্নরম্বা ইমান্নবা ইমান্নবীশিং অয়াম্বা মী ঙম্না মানখ্রে। অদুঙৈগী মতম অমদা ঐসে মখোয় ঙম্নমক্লা হায়রম্মী। *নঙসে ওঙ্থোক্লা নুংঙাইখ্রবা মীনি,* খো-খোৎপনা ঐবু নুংঙাইনা তিন্নরম্লগা নুংঙাইনা তাম্নখি। মপাম্থোংদদি মখোয় অয়াম্বা ফনা ফজনা নুঙাইবা মালহনবা ঙম্নখ্রে। হৌজিক হেক ফাওবসিদা খ্বাইদগী জুৎ চাহৌদ্রিবসিনা মখোয়না মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইনতা উখিবা ঐসিনি। ঐ ঐগী থনুংসিদা শাথিনা নুংঙাইত্রি, মসিমক্লা ইথন্ত ইশাগী ফোটোদা নত্তনা মিংশেলদা তারিবা ইমিদুদা য়েংজবদা ফাও’ মী হায়বদু ইমান-মাঞ্জদে। য়াহৌরকপকাদি মতু হৌদ্রবা য়োংমক্লি মাল্লিবা। মদুসু মহাবলীদা নাউরি পায়বা অঙাংশিংগী ধমকিদা উপায লৈতবগী ফিভমদা লেপ্পদুমক্লি। অদুনা মিংশেল য়েংলক্তবা য়াম্না কুইবে। করিবু হেন্না হোংগৎলকপা লৈরমগদগে, হামু-হামু অদুম মতারম্লদৌদুদা হায়দুনা কোম্না খন্দোকই। তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিংমক্তা ইপক পকচদবগী রাসি অমা লৈসিনলম্লবনিনা মসিবু শিংনবদা মপোক অসিমদি ব্রেক্ক ফায়ারদা তারে। অদু ফাওবদা রবর বুল্লেট তাদুনা তোক্লদ্রা হায়বসিগী চান্নবা নুংশা থিজিল্লক্লবা তানফমনি। অদুবু হন্দোকপদি য়াদে সুম-সুম চঙশিনবা তাই, মোংফম য়ৌবা ফাওবদি। মসিনি হিংশিন্নরিবা মানবা তাঙ্ককসিগী ব্বাখল।

হন্দক্কী খোঙফম অসিমদি মিং অসি মালেমগী থাক্তা ব্বাংনা, ব্বিংস লাওনা, শেগাক কায়না চৎখিবা অমা নৎত্রগা ব্বার্নিং ফংবা অমা অমদি

শোয়দ্রে। মীনা তৌনদবা নত্তবনিনা ড্রামারোমদা লাইবক য়েংলগে হায়দনা কন্না হেক্তা হোৎনৈ। ঐখোয়গী ড্রামা খুৎপু অদুদা কনামত্তা মীরক্তা থোক্তুনা ৱা ঙাংলকপা য়াওদ্রি, ঐ নত্তনা। কুম্মৈ ফিয়োংদা, শুমাং লীলাদা মমাংদকা ফমদুনা য়েঙগনবা অমত্তা নত্তে। মনিংদা লেপ্লগা হুইশেন ফরক তানা খোংগনবা, তান ইচা চাদনা খুবাক খুগনবা মদুদসু নত্তে লৈপুং ফম্বদা মীগী অশোয়বদা য়েংলগা নিংশিংনদুনা মীতৌ তম্ল-তম্লদুনা ৱা-ৱা নোক্কনবা কাংবুনি। প্রভুমক্লা য়ারোইদবা অমদি লৈ। মদুদি সিনেমা য়েংবদদি ঐখোয় কাংবুসি পুল্লপ পুল্লপ মমাংদতা ফম্লগা য়েংলকখি। সরকাবনা লৈকাই লৈকাইদা থারকপা পাব্লিসিটিগী সিনেমাদা ফাওবা মমাংদা ফম্লগা য়েংলকই। হোল অচৌবশিংদা বেলকোনি, ড্রেস সার্কল ককাইদু অমুক্তা কাখৎনদ্রিবা ঙাক্তনি। হন্দক্কী থবক অসিমদি ইথন্ত মনা মনিল নাইহন্দনা পাঙথোকপা য়াবা হায়বদুদি মওইদ্রবনিনা অমুক্তোইবা লৈকায়দকাদি ৱা-ৱা লাওনরে। তুংদা ঙাংনবা কোঙ্গাইনি - *কাংবু অসিনা তৌগদৌরিবসি করম্নো!*

ঐখোয়সু অঙাং মচামক্তি অমত্তা ওইনদ্রবনিনা চেকশিন্দবকাদি নত্তে। ঐখোয় মশেল মরক্তা অমগা অমগা ক্রক-ক্রক য়েংশিন্নরিপোৎনি। ইশা-ইশাগী অশোয়বদি খক য়েঙনদ্রে। করিনা খঙবা ঙম্নদৌ লৈতবা। অদুনা অমনা অমগী অশোয়বদি বেড়ি চিংল-চিংলদনা ওখাক কুপ্না য়েংশিন্নরে। *"নঙদি 'সুম্না তৌ, অদুম্মাই' তৌরদি পকচনি"* 'সুম্না হায়নবদু ঙাক্তনি, চুমথোক্লরিবা। ঐখোয় লোইনমক ডাইরেক্তর ঙাক্তনি। অদুম্নদি ওইরগা খুল অদুদা শাইদাংলবা মীনৌ হায়বদু ঐনা হেক মওইরুরবনিনা ময়ামদুনা ঐবুদি খিৎ ৱাংলপ্না লৌবিরিয়ে। ড্রামাসিগীদি ঐসি ডাইরেক্তর জেনরেল হায়গে খল্লি, মতাং চারিঙৈদা। পুন্সিসিদা ইৱা সুপচৎ হেক চৎলকখিদ্রবা ঐগুম্বগী ৱা খিৎতং নত্তনা পুমতা হেক্তা তাবীনবা লৈবা মফমদুগী মীরক্তুদা ঐ চাওহৌদবা হৌনদে। মসি ঐ হন্দক চপ য়ুংনা খল্লে। শুম্নমক্তবু হন্দক্কী খুৎপু অসিগী অহানবা ওইদৌরিবা লীলা অসিগী ডাইরেক্টর, ময়েক ইবা খোৎপা ঐনা পুল্লপ ওইরবনি। লাক্লিবা ডিসেম্বর তাং ২৫ সিদা ডাইরেক্ট হেক্তা ফোঙলগদবা লীলানি। পোৎ অসি ফজদৌরি হায়বা কাংবুসিনদি খন্নরিজাৎনি। অদুনা তুংগী আশা কয়া অমা তৌখৎনরকপদগী খুৎপু অসি মমিং অমা মথোল্লসি হায়নরে। ইংরাজিসি ওস্থোক্লা পাম্নবা খুল ওইবদুদা ঐনা প্রপোজ তৌবনি *"মোবাইল আর্টিষ্ট গেঙ"*। ময়াম পুম্নমক মদুমুক ফজবা খনবু খল্লুদে হায়নরকই। নহা

ঙাক্লিদনা, গেঙ হায়সিদদি য়ং-য়ং লাওবা কাংবুদি মমানলেদনা। কোক অসি ওখাক্তি ফবনিদা ঐসে। পোথম্ফম চামন্দদনা মতৌরবনি। মতাং চারিঙৈদা হায়দনা ঐগী মিংসিসু *জেকসন* হায়বা এলাইজ নেম অমা থোঞ্জরে।

ডিসেম্বর অমদগীদি নুংথিল খুদিংগী পুনবদুনা নুমিদাংগী পুং মাপন/তরা ফাওবসি য়ং-যং নি। শেলদি ইথোক থোক্লদবা ঙাকনিনা পুনফমসি খুরাতোন খুমঙ্গৌগীদা ওইরে। মখোয়গীদি অঙাং নুবীসু অমত্তা লৈতে। অদুগা মাদি শেলসু খরা মথোকই। মপূক্লিংনবু পেল্লদি খরচ কাসি জোম-জোমনি। কুমসিদি মানা ফৌসু বোরা চাম্মরোম হাপ্লে, চাবসু মখোয় মরীদনি। মদুগী ফিভমদু য়েংনরগা মাবু প্রোদ্যুসর থোক হেক্তা হাপচিল্লে। মাসু য়াই। মঙোন্দা নত্তনা কনাদদি হাপ্লুনি। মাসু মরাইবক ফদৌরিবনি, মমাংদশু ওইখিদ্রিবা, মতুংদা ওইরকখিনিকা হায়বা ঙম্পোৎ নত্তে। অদুনা হরাওনা য়াই, থরায় য়াম্না য়াওবী। থেংল-থেংলগা মানদুম ঐখোয় ময়ামদা তাকখৎলকপা কোঙ্গাইনিনে।

প্রদ্যুসরগী মথৌসি নুমিৎ খুদিংগী চা লোনবা, চুরুট বেড়ি পুথোকপা, নোংমা ফাদোকসু মহি-মনাই অদুক তৌবা সিখক্তনি। লীলা য়াউ হায়বতদি মহাক ময়াদ্রে। কদাইদনো তুশিনলুবদা য়ামাং (য়াথক্কী) অনি কেনখিদুনা ইহো হোই। মদুমক নৎলমদ্রবদি মাসু য়াওগে হায়রক্তদবা মীতানি। হল্লাগী নিপা নত্তে। কলেজা মতা অমনি। শান্নদৌরিবা লীলাগী মমিংনা *“যিশু ওন দি রে”*। মমিংসিনা ইংরাজী ওইজবতনি, শান্নবদদি মীতৈরোন্দনি, মনিপুরী লোন ঙাক্তা ঙাংনগদৌনি। মমিংসিদি ইংরাজিদা থোঞ্জনিংবগী মরম য়াম্না লৈখ্রে, পল্লরোই। খঙদেনে বৃটিশনা ঐখোয়সি মীনাই ওইবসু তম্বীরম্মী, চাওখৎপসু উহল্লম্মী, লাইরিকসু তম্বীরম্মোই তৌবদুনরা খোয়দৌ লংখৎনরকপদা ফাওবা ইংলিসকী ৱাহৈ থেৎত্রবদি য়ক লাওনা ফোংদোক্তবদৌনালৌনৈ। খুলদুগী ৱানি। লুপকী মমিং, ডাইরেক্টরগী মমিং, লীলাগী মমিং অমদি লীলা ফোঙগদৌরিবা নুমিৎ, পুম্নমক্তু থল্লুবদা ডাইরেক্টর জেনরেল অমা ওইনা ঐনা খনজবদা লীলাসি য়ক লাওদবদি খঙদে য়ঙ-য়ঙ লাওনা ফাওদবৈ ৱাদি মরৈত্রে। মসিগী তোপ তোপ্পা মেরিট অমা লৈরি। মীনা হায়রকপা নত্তে, ঐনা উজবনি। মসি মেডিয়াগী কাংবুনা ইন্টরভিয়ু লৌবা লাকপদা খুম্নবা নোট তৌশিন্দুনা থমজিনলিবা পোৎ অমনি। ফোংবা ফাওবা ফোংদ্রিঙৈসিদা ওর্ডরদি ন্যু ইয়ার নুমিৎ ফাওবসিদা লোন্নবা খুলশিংদা উৎলুগদবদা পুন্না শো তরেৎতি শোয়দ্রে। বুক তৌদুনা পরেং লেংদুনা লৈরবনি।

লীলাসিগী অকক্লবা কাংলোন রুলসশেম্মী। য়ারিমখৈ ইকোনোমি ওইহন্দবা য়াদবনি। সিকি পায়নবা য়াওনপোৎ নত্তেনে। লীলা মওংসিনা লম্বীদা চৎন চৎনা শান্নগদৌনি। শেল চংদনবনি। লাইট, মাইক মথৌ তাহন্দে। নুমিদাং শান্নবগী ওর্ডর লৌদে। মেক অপকী করিগী ইতিং তিংদনবা নুমিৎ লৈথরক্লিংঙৈ নুংশা মঙাল লৈরিঙৈদা উৎতবা য়াদে। ডিসেম্বরসি নিংথমথানিনা য়াম্না শাংনা মতম লৌবসু য়াদবা। য়াম্না লুরিবসিনা যিশু শাদৌরিবদু স্কৃপ্টনা য়াদবদগী ফুরিৎ য়াওরোইদৌরি। ঐখোয়গী কাংবু অদুগী নুপা অমত্তনা এক্টিং তৌরকপদা ইপান পানলোইদৌরে, ক্লাইমেক্স য়ৌররোই খন্দুনা মদুসু ঐনা শাবা তারে। ঐদি মহৌশানা ঈংবা য়াদবা লায়না অমদি লৈরিবনি। অদুবু হন্দক্কী মতাংসিদি ঐগীসি শিংনবনি। আ সহবদদি ঐগা মহৌসা তিন্নরম্বা, নিংথেম পুখ্রি মপালগী থোইবনা মতম অমদা লীলা য়াওগেরা হংখিবদা, লাও-খোংবা, ফুরিৎ লিৎতনা ষ্টেজদা থোকপা লীলাবু কনানা য়াওজৈ হায়গে হায়দনা শুকয়া য়ারকখিদবনি, য়াওখিদবনি। শুন্নমক্তবু মানা হেক পুথোরকপা লীলাসিমক্তবু লাওবা খোংবগুম্বগী, হকচাং শাজেল মানবা ঙাক্তা। ইমান্নবা তিন্নখিবা হায়বসি য়াদবজাৎনি। মাগী নুংশিৎ খরা ঐঙোন্দসু চংলম্লজাৎনি। নৎত্রগা কলি যুগনিনা মাবু নোক্করুবগী ঐসি চুরুংলক্লিবা হায়বদু ওইরম্বসু য়ারিপোৎনি। খুদৈ কংবা নংদে হায়নরিনিদনা অদুগী ৱাদি। তাম্লবা খুল অসিদদি ঐসু ফুরিৎ য়াওদবা হেরো অমুক্তি কুমথবা তাখ্রেদনা। লীলাগী মগুণসি ওখাক লৈবজাৎনি। ঐঙোন্দা মদুগীদমক খনবদা ঈকাইবা পোকউ য়ারক্তুবনিনে।

য়ুম অমদগী ক্রোস অমদা হেরো ওইদৌরিবা যিশু য়োৎপীনা থাজিল্লবা মওংদা পুনশিল্লগা লম্বীদা মীয়াম্না পুদুনা চৎকদবনি। মসি লীলানিকো সুম্মাইনা হৌদৌরিনি। মদুনা সুম পুবসিনা খুৎশেমগী মোংফম অমা তান্না পুরগা ফুমগদবা ঙাইহাক লৈরগা মোংফম হোগাইদুনা যিশু থোরক্কদবনি। মদুগীদমক মোংফম অদুগী মনুংদা ফি-রোল হোংননবা মখাদা পোৎ-চৈ থৌরাং তৌদুনা হান্না লৈগদৌনি। অশুম্না যিশুনা মোংফমদগী হেক হৌগৎলকপদা লীলা লোইগদবনি। মরক্তা বাইবলগী নুংশি নুংশিখ্রবা ঈশৈ ময়াম অমা থৌরাং তৌরি। মনিপুরী লোলদা য়াম্না নীংথিনা মখোন নুংশি-নুংশিবা লৈশাবীমচা পাখং মচাশিংনা ফুল ট্রেডিসনেল ড্রেসতা শকহনগদৌরিবনি। লাইনিং ৱারী অমদা য়ুম্ফম ওইবনিনা শেরান-তুরানকা

তৌরুবা য়াবা নত্তে। বাইবলকাসি পাবদা নত্তে, এভেঞ্জলিষ্ট অমদি পাষ্টরশিং তান্নবা হেক য়াবগী মখৈ তান্নরীবনি। মরৈ য়েৎলক্তনবা। খৃষ্টানশিংনা ও খোংনা কপ্নগদৌরিবা লীলানিদা। পোকপদগী লীলা ইরক্তবা, তম্লক্তবা, তাক্লক্তবা ঐগীদি অহানবা পুথোক্তৌরিনি। পিথোরকপা হায়দু মসি মঙাইদনা, ভাই থোইবদগী হেন্দ্রসু তাদি মতাররোইদা। লীলা অসিগী ফুল রিহার্সেল অমা মথৌ তাবনিনা মদু ডিসেম্বর ২৩ দা তৌসি হায়দুনা আ মমাংদগী লেপ্নরকখ্রবনি। য়ানরে শেম শাবা হৌরে। মেডিয়াগী মী খরা পাউ পিনিংবনি। অদু বু মসিমক্তি য়াম্না এক্সপোজ তৌজনিংবা তারনি খন্দুনা তৌদ্রে। লাইবকপু চুম্লুরবদি মেডিয়াগী ব্রাশিদি মখোঙনা থোংনা লাকচগদবনি। তৌবদি ঐখোয়গী আর্টিষ্ট মনুংদদি কেবলগী মীককা পাউ পিনিংবজাৎনি। অদুবু শমজিল্লে।

ধর্ম্ম অমবু হস্থনা য়েংবা নৎত্রগা করেম কথাইনবগী পোৎ য়াওগদ্রা হায়বগী নুংশা থিবা লৈবনিনা খুলদুগী চর্চ, কেথোলিক শীংলুপ অমদি এভেঞ্জলিষ্ট শীংলুপ অনিমক্কী পাষ্টর অদুগা মিসন স্কুল অমা লিংলীবদুগীদমক লৈবা কেরলাদগী লাকপা ফাদর অমদি সিষ্টরখোয়দুগা য়াম্না চেকশিন্না তান্নে। ব্রারী তাবদা মখোয়না ঐবু য়াম্না এপ্রিসিয়েট তৌই। ফাদরদুনদি ক্রোস শাবদা, নত্তনা ফি-রোল খরসু হেল্প তৌদৌরি। মদ্বাইদগীনি ঐনা ঐগী লীলা খুৎপুসি বার্ল্ড টুর তৌদনিংঙাই লৈত্রে খনখ্রিবসি। মসি কনামত্তদা হেক হায়দোক্তনা খনবা হৌরবনি, ব্রা-ব্রা লাওথোক্লুরগা থুট লাওদুনা তোক্লদি চোপ্নদৌরিনি। খনবা খুদিং লোইনা ওইথোকপদি লৈতেদনা। অদুবু থবক অমা হায়বসি তৌগে খন্না চপ য়ুংনবু লেপ্লবদি তঙ্খাই অমা লোইরবনি হায়না খল্লু হায়নবসু লৈরি।

ডিসেম্বর ২৩, নি। ফুল রিহার্সেল। ২২ গী অহিংকাদু তুম্বা য়াদে। হাইফেৎ তুম্লুবদা এরোপ্লেন তোংবগী মঙ হেক্তা মঙবা। ব্রার্ল্ড টুর শোয়দ্রপোৎনি। অয়ুকতুমা চাক চাদ্রবনি। মমাং-মমাংদসু অরূবা থবক পাঙথোক্কদবা নুমিৎসি ঐদি চাক চাজদে। মসিগী লীলাসিদা ঐনা লৌরিবা রোল অসিগদি য়াম্নবু চুনগদৌরি। অয়ুক্তগী কোয়চেন চেন্দনা মোংফমদু শেম্লে। মদুনা মরু ওইবা মফমনি। কৈসু নত্তবদা মনুংদা লৈরিঙৈদা নিংখায় খোৎকায়দনা তৌরক্লদি হিংগৎলকপদু উৎপদি লায়রদনা চান্নরা হিংফুম ফুম্বা হায়দু থোক্তৌরিনি। থম্মোয়দি ওখাক চাওবনিনা মনুংদুদা মেক-অপ

তৌবীনবা, ফি হোংবদা মতেং পাঙনবা মখোয় মঙাগুম্বা হান্নবা লৈহল্লবনি। মখোয়না মরোল অমা মখোয়দি লীলা য়েঙবা শুকফং ফংলরোইদৌনিনা পংশাওদা শাওই। রিহার্সেল হৌরমদাইদু মখোয় থিনবদা কোয়চেন চেন্নে। নোংমা ঋাৎলিঙৈদৈ ঐদি হায়রবনি, *"মোংফমদুদা মখুল খরা ডিজাইন ওইনা হুৎসি"।* মদুমক্তুবুনে ইঙান-ঙানবা, ইফোং-ফোংবা নুংথিলগী নেচরেল লাইট অদুদা লৈবাক মান্নবা মোংফম মথক ওইনরীবা ফি অদু হোগাইবা হায়বসি মখোয় ময়াম্না শিরগেমখৈ য়াদ্রবা। তঙাই ফদনা ফি অদু রিহার্সেলদু থারগা নিপানলক্তি শিজিন্নবা তারিবনিদো। মতুংদা শিন্ন-শিন্নদুনা যেংনসি হায়নরে।

রিহার্সেল হৌরে। যিশু(ঐ) ক্রোসতা হাপ্পুনা মোংফম মনাক য়ৌশিল্লক্লে। মোংফম শেল্লিবদু খুল অদুগী অৱাং থংবা পম্থোংনি। ক্রোসতা ঐবু পুন-খোত্তুনা শেল্লিবা মফমদুনা মখা ইথং থংনা লৈবা পম্থোং মনাক্কী দুইতলা অমগী শুমাংদনি। খুনলোন্নবা খুলগী নুপী অঙাং য়াওনা লম্বীগী নাক যেৎ মীগী মী ঙাক্তনি। উইরি-উইরি তৌশিন্নবগা ঐনা ঐগী আর্টিষ্টশিংদু কনানা করি শোয়বা খোৎপা হায়বসি ক্রোস মথক্তগী শুপ্পা য়েংশিল্লি। মদু ডাইরেক্টরগী মথৌনি। যিশুদদি পূম্নমক্কা মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংবীরক্লদৌনিনা এক্সক্যুজিবল ওইগনি। অদুগীসু মথক্তা রিহার্সেলনিদনা। ২৫ দুদদি ঐসু ফুল এক্ট তৌদৌরিপোৎনিদা। ফরবসু ফৎত্রবসু ঐসু লীলাগী ডাইরেক্টর হায়বদু ওইরিবনিনা, ইমান্নবা নেস্যানেল ডাইরেক্তর অমা অনি, ফিল্মগী কেমেরা মেন কয়া অমা তিন্নরীদুগী ইজ্জৎসু তাহনবা য়াদে। "লাইরিকশিদং খিৎ তম্লম্লসু ওখাক ফাউরমদৌজাৎনি। মরু ওইনা ইংলিসসি ফজনা ইখায়বা, ঙাংথৎপা ঙম্লম্লদিকো" ক্রোস মথক্তা ঐনা খনখিবা ঋাখলনি।

মোংফম মনাক হেক য়ৌরকপৈদুদা অহৌবা মখোল অমা তাখি। লৈবাক অসি ঙংবা অমা য়াওনা থক-থক নিকই। ময়াম পূম্নমক থরক হুনগৎনৈ। পাউ থুনা ফংই। খুলগী অৱাংথংবা পম্থোং অদুগা শম্নবা লম্বী অদুমক্তদা কলভর্ট অমা লৈ। মদুমক্তদা বোম অমা পোকখায়রে। আর্মিগী গাড়ী অমা ফুট তরামুক ঋাংনা পাইখৎলগা য়ুংনা তাখ্রে। থংনবা মিৎকুপ্পা *দৎ-দৎ-দৎ, দৎ ফিয়োংস-ফিয়োংস ...* নোংমৈনি। নোংমৈনি। তিল্লম্বা মীয়ামদু কায়দনা চেন্নখি। ইথন্ত ঙায়হৌরে। মোংফম মনুংদৈকাদু লিৎথোক্তুনা ঙম্না চেম্নখ্রে। খোঙসু খুৎসু য়োৎপীমক থাজদ্রবসু থাবা মান্না পুনশিনখ্রবনিনা ঐ

লেংবা-ওৎপা ঙমদে। উতুপ্না থোমদুনা হাৎকদৌরবা ওক্লা চোংবগুম ওখাক ফজনা চোংই। উপাই লৈতে। মহৌশা রাম লীলাদা হনুমান শাবগী মমৈ মৈনা চাকপগী ৱারী নিঙশিং নিঙশিংনা তরং চৎখি। হনুমান শাবদুদি মৈশা খাঙবা ঙমদদুনা চোংবদু ভাবোক ময়াম্না খুবাক খুদুনা মাল্লি হায়না থাগৎনৈ হায়দো। ঐগীসিদি লাও-খোংজবা পুম্বা কনা অমত্তনা তাবি-উবিনবা লৈপোৎ নত্তে। মথ্বায় হিংননবা ঙম্না চেন্নখিবনি।

ঐনা তাইবঙ মীরোল তারকপদু আর্মি গাড়ী মনুংদনি। ফাদরখোয় লাক্তুনা কন্না ঙাংনরগা থাদোকপদি থাদোক্লম্লে। অদুবু ঐগী *মোবাইল আর্টিষ্ট গেঙ* অদুদি পুমতেক তেক্তনা লৈরম্মে। মীবু অসুম্না হাৎপা হৌনব্রা হায়দনা পার্টি কদাইদা লৈবগে থিরকপদা লীলা পার্টিনি কৈসু তৌরোই খন্দুনা পুল্লপ থোক্লুবজাৎনি। পার্টি মমিংদু তাবদা হবিলদার অমনা *সালা, মোবাইল গেঙ, মারো!* হায়দনা য়েথরম্বনি হায়। চৈ অমত্তা চাহৌদবসি হেরো, *প্রভু যিশু* শারুবা ঐতা ওইরম্লে। এনিরে ঐগী লীলাসি হৌনবী মতুং ইন্না মীয়ামদা উৎথোক্তিবনি। সিফাইশিংদুনদি ৱাঙ্গুরুবা ঐবুদি ফজনা য়েংখ্রেদনা। সুন্নমক্তবু চৈ ইচা চাহৌদ্রবসু ঐ হেরো ওইনা লীলাসিদা থোকপদি তশেংনা কিরে। ঐমক্লা অসুক কিরবদা ঐগী পার্টিদুনা করি ওইরমগনি! অদুনা থম্মোয়নুংদা হায়জখি শকউদবা মঙোন্দা , হন্দক্তি প্রভু ! ঐ খৃষ্টমাস য়াওজররোই ! মসিদা নত্তে প্রভু ঐ লীলা কৌবতা য়াওজখ্ররোই !

# অতন-লাইনা পুরুবা

মৈগী কান্নববুদি ময়াম চংদনা ফংমিন্নরে। অদুনা নুংঙাইরে, ঐখোয় ইমুংসিদি নোংম-নোংমগী ঈশৌ লাংবা হেনগৎলক্লি। ইচা তরুক অসিনা মরোল অমা খাম্বা-লাকপা য়াদে, নোংম-নোংমগী হম-হম চাওখৎলকই। মপুং-মরৈ ফাগৎলকই। মখোয়গী লাইরিক তম্বী হায়সিনা মরোল অমা শেলসি জুরু জুরু চুপ্পিনিদো। মহৌশা ঐখোয়না তম্লকপা মতমদুদদি মসি য়ৌনা চংলমদে। মফি-মরোলসুনি, কনানবু খোঙগ্রাও অমদা লিশিং, খোঙউপ অমদা লিশিং অমা-অনি। মসি পুন্নমক মমা ইবেম্মসিনা ঙম্না থোকহনবনি। ঐদি ইবা-পাবা খরা ঙম্লগা অদু মঙাই, আ য়ৌনা তমহনগুমসি হায়দনা য়াম্না কন্না মহায়বনি। অদুবু মদুগীদমক মচাশিংগা মাগা অমা, ইথন্ত অমা নাকপাক অনি থোক তাই। ঐবুনা শুনিংদবা, অরিকপা মচা নুংশিদবা, শেম্নিংদবা তাহৌখিবনি। হৌজিক্তি করি শারেশে! মীচং য়াম্বতনা ভোৎ কাবদি য়াই, মায় পাক্তুনতা লৈগনি হায়বদি লৈবপোৎ নত্তেদো, থক্তা লাই অমা লৈরিদবো!

হায়বসু হায়বনি, ইচাশিংবু লাইরিক য়াম্না তমহন্নিংদ্রিবসি, ঐঙোন্দদি মখোয়বু নুংশিজবদগীনি। খম্বনজরীবনি। ঐনা হেক খঙলকপদগী অসুক চাওবা ঈথৎ অসিদা লৈরীবা ইপা-ইচা পুন্নমক্কী ৱানি। লাইরিক য়াম্না হৈরবা, থবক অমবু ফংস্রবা, ময়ুম পানখ্রনি। অদুদৈদি আ ইম্ফালদা করিদা পঙহোঙদা হোঙ্গৎনখি। লাইরিক তম্লিঙৈদসু ভরাদা লৈদুনা তমখিবা। ইচা লৈ কৈদৌনি নুংশিদৌবা মশকশিংদো শেল লৌরমদাইদদা উৎলবোইনা তৌদনা খোয়দৌ শাওগৎপনা নুংশিবদু পুরা কুপশিন্দুনতা লাকখিবনি। নুংশিরবা, ৱানা শেমজরকপা ইচা নিংঙোল পিবাশিং অসিনা খো-খোৎপা মদুম্না তৌখ্রগদি হয়েং শিরমদাইদা মশক উবা ফংখিদবা য়ারীবনি। মদুনা করি কান্ননি। মসিগী

ৱাখল পরিং অসিদনি ঐগীদা নত্তনা মীগীসু খুলসিদা তলব চাবা নুপা-নুপী ইরৈ লৈত্ৰীবা। পোক্নফম মখুঙ্গং *করাং ঈথৎ* সে মখোয়না অসুক য়াম্না তাথিরীবা লৈনিংদ্রিবসি করিগীনো?

ঐসু অদুক হান্না তনবা নিপাদি ওইরমদবনি। নুমিদাংৱাই হিনাও অমা থৌদোক্তুনা পাৎতা খোই ২০০/৩০০ থান্নুবা, লু- ২০-৩০ থুম্নুবা, লাং ৪/৫ থান্নবসিদি নোংমা কাংলম্বা নত্তে। নোংজু নুংশানা থিংবা ঙম্বজাৎ নত্তে। খোই, লাং, লূ কাইরুরগা মখল-মথেলগী ঙানা হিনুংসি থনকোক হেক তৌনা পুরগা কারকপা, মমানা মতমদুদা চোই-চাং ওল্লদুনা *উনজা* (ঙা-ললোনবী) ময়ামগা অৱাই-অখুম তৌদুনা মনতিক্লবা, ওষ্থোক্না নুংঙাইখ্রবা চং-চং লাওবা কুম্নোনি। ফুম নম্বা নুমিৎতকাদি সৈত্য লৈকাই অসিদা কুচু-কুমেন থোকপসি ঐত্র ওইরবোই নিংলম্মীপোৎনি। মরুপ-মপাং ৭/১০ রোম্না অঙনবদগী *থাপা* (ঈনজাও) থাদুনা খোনবা হৌগৎপিনি। মদুদগী পুং ১০/১১ তারকপা অদ্বাইদা মমানা হিনাও অমদা মমান্নবী থরোশংখোয়গা ৱারী শার-শারদনা চাক ইঞ্জাং পুদুনা কুম্লক্কদৌরিবনি। অঙাংশিং অমত্তকা উদবা ঈয়াইদুদদি ইশুং-ইমান্নবা মরক অদুদা পূক্লিংকাসি ঈনৌকা নৌথোকখিবা কোঙ্গাইনি। ইপাঙ্গলসে খংকন কনখৎখ্রিপোৎনি। সিআঃ লোক্তাক পাৎসি ঈশিৎপা ঙমদৌবু মানখিবনিদা। মীনম্বা য়াওদনা হায়রবদা, ঐখোয় মমাসে মশক ওখাক ফজে। মীচং-মীথোকসু ফখ্রবা, করিগুম্বদা মাগী মীঙোন্দা লুনা তৌমনবা থৌদৌ-ৱাঙাংগীদমক ঐগা পাৎপান্দা কয়ারক খিগৎনবা য়াওখ্রবনি। নিপাগী হৌনবী ওইরমাল্লে, ঐগী ওইরমক্তুদা হয়িং ফাওবা হেক তোংহন্নিংদবা হায়দো হেক্তা ফাওরকপা। মদু লাকথজনবা ইদোম হোৎনজবদা থনুং থিৎনা ৱারকখ্রে। মাগী মগুণ অমনা থোং-থাকপসিনি। মানবু থোংলবদি পংহাওতা হাওই। পানগা থাংজিংগতা ইরোল্লবসু খুবী চিকথৎনৈ। ঐতগী মত নত্তে, লৈকাইসিগী মীশিংনসু হায়নৈ, "*ইবেমচাই মমানা থোং থাকপসিদি*"। অদুনবু ঐগী ফুম নম্বদদি য়াওজগে ঙাক্তনি।

কমদৌনি, হৌজিক্তি করি শারে। পাৎ অসি ফুমদি ময়াম অসিনা পুমকোয় কোয়শিনখ্রবনিনা, চহি ২/৩ সি লাং থাকফম, খোই থাফম থিবদা অসুক পাকপা ঈপাক অসিদা অৱাবা ওইরে। ফুম-মক্ত নম্লুরসু মুগাঙা, ফাবৌঙাগুম্বা খরা ফাবা নত্তনা ঙাজাওকাদি ইফা ফাদ্রে! হাকুমনিনে নিংথমথা চংলকপদা নুমিৎ চুপ্না অমা ফুম নম্লুরগা ঙাকুপ তিন ৫/৬ তগী হেন্না ফাদবা,

ময়ামগী চান-থক্লবা লাংবদনা পাম্মুনা য়োকচবা বিলাইটি ঙানু অদুদা নত্তনা য়ুকাসু তিংখ্রিপোৎনি। মদুদৈনি খোয়দৌ শাওগৎখিদুনা ফুম, লাং, খো-খোৎপা যোঙ্খোকখ্রগা ফমগৎলক্লিবনি। কৈদৌনি, ঐসু বিঃ এসিঃ নি। লৈকাইসিদা ঐতনি। অতৈ বি এ, এম এ শিংদি ঙম্না লৈকাইশিদা লৈনবীপোৎ নৎত্রে । মানা মানা থোকপা চৎনখ্রবনি। লেম্না চৎনখিববুদি অমত্তা নত্তে, থৌ অমমম পান্দুনা, ফংনদুনা চৎনখিবা ঙাক্তনি। নোংমা ফাদোক উন্নবদদি মখজাই কাদু তঙাং তঙাংনরি। ঐবু উরগা ইমিং কৌবা খৌতককা তৌবা য়াওক্লবনি।

থা ২/৩ সি মমাগা ঐগা ব্রা ঙাংনদে। ইচাশিং য়াওনা খু-খু কাম্মী। কৈদৌনি শুবা যাবা শুরম্লে। হৌজিক্তি করিনো তৌদৌসে। ঐনা খোই থাকপা মফমদুদা অতোপ্পনসু খঙদবনিনা অমনা অমুক লাং থাকচিল্লম্মী। অমনা অমুক তাইজেপ নৎত্রো লু থুম্লম্মী। শাওনরুবদি অমত্তা য়াপোৎ নত্তে। অহাঙবা মচেৎ খরা খরা উনরীবদুদা দাউ য়েংনবা তাবনি। ঙা ফাজিল্লক্তবা, ফাফম লৈরক্তবসিদি লায়রদনা থাঙ্গ, মোইরাংদা নোংম-ফাদোক চৎকে হায়রবদি চাকঙন চাবগা ফুমদি ময়াম অসি ইনখায়রগা পুং চাত্রেৎ চংনা ইন্ন-কাওনদুনা হি-হোনবা তারক্লে। মসিদবু ব্রারুদনা কৈদৌদগে হায়দনা পোত্থারবনি। পোত্থাফম থিরকপদা য়ুকাসু খরা-খরা থক্লুবদগীদি হৌজিক্তি আশাগী অকিবদি তোয়না লৈরক্লগসু ইমুংগী ঈরাংগী ফিরানদি নোংম-নোংমগী ব্রাংনা চিংখৎলক্লি। মসিগী মৈ অসিগী মৈচাকসিনি ইমুংসিদা ময়াম পুন্না ফংমিন্নরিসে।

ইবেমচাই মমাসি হোৎনবদি কন্দ লাক্তবা নত্তে। অহিং নত্তনা য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতে। ঙারুবাক অমগা তিন-লুবাক অমগা হিনাও মচাশিদা পঙচত্তা চৎলি। অহিং কোঙ্গাই অমসু শীঙ্গৈবাক লৈরক্তুনা মৈ হৌরগা ঙাকুপ ফৌই। মহৌশাগী মহৌশা মদুগী ফংলকপদুনা চেং ব্রাল্লী, শীং লৈ, শেৎ ইন্নবদগীনা চান-থক্লবা খো-খোৎপা পুম্লে লৈবা। ঐখোয়না য়োনলীবা হায়বমক্তবু ঙা খক্তনি। অতৈদি লৈবগী লৈবা ঙাক্তনি। হেক লৈদ্রিবা হায়ববু ঈশিংগা হোল্লীবা নিংশা শ্বর অসিগতনি। ইমুংসিগী মীকোক নিপানসিগী চাদিং পুম্নমক পুদুনা শ্বর তৎতবা ঙম্নবা হোৎনবদা ইবেমচাই মমা ইশৌ খিৎ লাংজরবসু মীঙোন্দগী পাই নাতৎপী অমা ফাওবদি তোনশিনদ্রি। থুম চরা অমা, ঙারী চরা অমা ফাওবা পুরুদ্রি। মীগীনদুম ঐখোয়দা নোংম-ফাদোক হংলৈ, মদুদসু মাদি অদুম মপিখি। শিংলক্তবা হঞ্জিনলক্তবা কোঙ্গাইনি।

লৈকাইগী ঐবু নুংশিদবী মৌনাওশিংনা ঐঙোন্দা করেম্নে - *"তা ইবোহলদি সনা খুদোপ য়াওই বী পায়বনিনা . . ."* ঐসে বিঃ এসিঃ নি হায়বসিদা মখোয়সে ঙসি ফাওবা অদুম কল্লক্করিজাৎনি খন্দোক্তুনা হেক্তা খুম্মী - সিনিনে ইবেম্মখোয়, লাইবক্তা থম্বাল শাৎপা হায়নরিদো ...।

নোংম-নিনিদু ইবেমচাই মমা ফমুংদৈ ইহৌ-হৌগত্তে। ৱামল্লেদা খরসু পোথাজসনু হায়দুনা হংলূদে। অয়ুক চাক চারমদাই, নুমিদাংৱাই খুদিং লুপা ৫/১০ দি অদুম মঙোন্দা নীরুই, পীরকই। *"কৈদৌরে নঙবো।"* অমুক্তদি হংলুদে। তঙাই ফদনা ঐ চাক ঈশিং থোংবা ময়াওই। ইমুংদু পুমচিক চিকপোই নিংই। ইচাশিং অমনি লৈরিদু তুফক তুফাই চন্না উই। করোমদগী হুম্লকপা ঈথিলনো খঙদে। ঐ লাইবক য়েংলগে খল্লকখি। হারোই হারোই চেন্দুনা লাং ৩/৪ লাংখৎলে। খোই খরা শেম্লে। ঙরাং নুংথিল নুমিৎ চুপ্পা অমা পুমনৌ নৌনা ঝঞ্জ তৌরগা য়াচংবদা হি হোন্দোক্তুনা পাৎ কুম্লুই। ইতৌদুদা ইচানুপী অহল ইন্দিরা, অয়ুক্তগী মশা খিংই। ঐবু লুনা তৌবা মতৌ উৎলি। মাদি ইহৈত হে। ঐনা ইহায় হায়রুদনা লাংলী শেম্বা, লাংগোম পানবা, লাংনূং হাপ-খোৎপা ঙম্নমক্তা ইতেং পাংলৈ। মরক্তা হরাওনা চা-লোন্দুনসু পুথোরকখি। মানা য়ুমদা লৈরকঙৈদগী মমাগী মীচংদতা লেপ্তুনা নোংমতা ঐবু মী ওইবৈ ৱা ঙাংলকখিদ্রবী ইচানুপী ইন্দিরাগী শেবাদুদা ঙরাংসি ঐ পুমঙাও হেক ঙাওখিবনি। মপা নুংশিদবা মচা অমা লৈবা হৌনদবোইরে অসুম্নকা খল্লকই। ফাগীকা তৌনিংবনি। অদুবু ৱা-লানকা অমত্তা ঙাংজদ্রে। ময়েক শেংনা নোংমতা ঐঙোন্দা মপানি হায়দুনা নাউথি শারকখিদ্রবনি। করিনো অমত্তং লৈবীয়ু হায়রকখিদ্রগসু লাইরিক হৈগৎখিনি হায়সিগী খনবতদা ইশৌ লাংফমতা থিদুনা লাকখিবনি। মিৎকুপসিদা করম্না ইচানি হায়দুনা ফাগী জুগাই তৌরুবা ঙমগনি।

মফম চাবা য়েংদুনা নুমিৎ লৈরিঙৈদগী পাৎ কুমলুবনি। ঐনা পাৎতগী কারকপদু ফনা থেংলে। অদুবু ইচা-ইন্দিরা তুম্লমদ্রি। মাঙ্গোলদা লেনটর্ন থাউমৈদু পিক্লপ্না লৈথরগা কাং হুম্না-হুম্না কোয়চৎ চৎলম্মী, মনাক্তা ফিজেৎ খরগা কাংহিদাক মকুপ খরগা তোৎলগা মৈ থাদুনা কাংমৈশু খুরম্মী। হি-খোন তাবদা - বাবা! বাবারা?

- হৈমা, ইচাবু তুমদ্রিব্রো?

- বাবা ঙাইরিনে! মী, মখারোমগী খাতোনখোয়দি ঙন্না হন্নরকখ্রে। নুংশা থিরুরবনি।

- নমাদি তুমখ্রব্রা?

- হয়েংদগী ঙা ফাবা হৌরনি হায়। অদুনা হয়েং কনা কনাগী ফুম নমগদবা লৈবগে হংলুনিসু হায়রম্মী। মৈরা-শঙদসু ময়াম পুনগদবা লৈ ঙাইহাক য়াওরুনিসু হায়রম্মী।

- চাকতি চাখ্রব্রা?

- চাখ্রে, ঐদি বাবা ঙাইরিনি। ইঙ্গাং মনা অমত্তা-লৈতে, ঙাক্রাগা শোইবুম খরা লৈরম্বদুগা থোংজিল্লে। ইমানা মোরোক শাই হায়দনা ঙাংলম্মী।

- এ: নমাগী হৌনবীনি। মানা থোংবা ওইরগা হাওশা শাই হেকতা মহায়দোইনি। ইচানা থোংবোইরে, ফরে, চারসি। লাক্লো।

- বাবা মৈফু থাগৎলকখিগে, ঈংলম্লনি।

ইসঃ ইচা ইন্দিরাসে, মপা ঐবুদি ওখাক নিংজবোইরে। অঙাং ওইরিঙৈদবুদি ঐগতা চামিন্নরম্বনি। ঐনা য়ু খরা-খরা থকপা হৌরকখিবা, থবক্তে পোখারকখিবা অদ্বাইদৈ মমা মচা মীচং ওইখৎখিদুনা ঐসে নাইতোম তারকপনি। ঙসিদি ঐতগী ইচা, ইচা সনা ওইরগুম্লে। হাওখ্রে, ইচানা থোংলম থাক্লম্বা, শাসনু শোইবুম থোংবদবু মোরোক শাদে হায়ব্রদো?

অহিংদো তুম্বা পাক য়াখিদে। মচেৎ মচেৎ মিৎকপ থোকই। অদুবু অন্ধানি। তুমদবগী নুংঙাইতবা ফাওখিদে। ওখাক্লা ঙল্লী হায়বদি খঙই। থাঙ্গগী অহানবা গাড়ী মখোল তাদ্রি। ঐনা হৌগৎতুনা পাৎ কুম্নবা থৌরাং হৌরকপদুদা ইচানুপীনা

- বাবা ঙনমল্লিদা।

- ঙনসনু! ঙরাংগী লাং-মফমদু ওখাক থাপই। ঙন্না চৎকে।

হি হোন্দোরকখি। অতাওবা ফুমশিংদু চৈঙাক্লা ঈনথোক থৈদোক্তুনা ফনা বানা হোল্লী। লৈচিন্না মরোল অমা পুম্মম মম্মী। খিৎত্র মঙম শানজদে। কদোমদনো চত্তৌসিবো! হিরমসিনগা মরোল অমা। ঙরাং অহিংদু নুংশিৎ খরা শিৎখিবজাৎলা, হিরম অয়াম্বা ফুমদিনা ইথিং থিংজিল্লম্মে। কয়াম কুইনা

হোলক্রবনো হায়বদি খণ্ডদ্রে। ঘড়ীকাসু য়াওবিপোৎ নৎতে। অদুবু নুমিৎ মশক উদ্রবসু অহিংদি লাম্থোকখ্রে হায়বা মণ্ডালদুনা খণ্ডই। অদুবু অঙৌবা অৱাউবা মণ্ডাল খক উই হায়বগী ৱানি। ইনাক্তগী খুদুপ ৫/১০ হেক লাপখিবদা পোৎলম অমত্তা উবজাৎ নত্তে। ইঙান ঙান্না অঙৌবা লৈচিন্না পুম্মম মম্মী হায়দুদা তারে। ৱাওরী ৱাওরী য়ুম অমথক উই। ভাবনা লাকশিনবা ঙমদে, কদাইদনোনে! কয়াদি কুইরে ঐনা ইমুংগা, তোম্পোকখোয়গী য়াকাফমদুদগী হেন্দোক্ত্রিবা, হংদুম হংগে,

- হো শ্বাইসিবু করাইৱাইনো। কনাই য়ুম ওইরবনো সিবো। করিনো হৌগৎনদ্রিজাৎলা, ঈংবসিদা ...

- হো হা, তৌরনো ই বুংঙো, নখোন খণ্ডঙে, চখোকমন্দদনা লম্মাংনরেনে। নয়ুমনে, হোনগৎলক্লো ওইররোইয়ে।

"ইস: ইন্দিরাই মমানিনে। হৈমা! ঐনা পুং ৭০০ চংনা ইনবগা-নোম্বগা হোল্লুরিবসিদি য়ুময়াদগী ইহেন হেন্দোক্তবীদা লৈশিন্দনা হোন' লৈরজাৎ ওইরে।" য়েন্নখাদা ইচানুপী ইন্দিরা চেম্থোরক্লগা

- হো বাবা, সিদি ঐখোয় য়ুমনে ... হা-হা- হা।

ইচানা মপা ঐবু য়েংলগা শিথ-শিথা নোকখি।

- তসঃ ফরেদনা সে!

# হৈনৌ অমুনবৈ মহাও

ফত্তে, পুখ্রিদা চীন তেংশিনবা ফত্তে। মসি খঙলকপদি ফনা কুইরবনি। অদুমক্তবু হৈনখ্রবা হৈনবা হায়বসে কয়াদা কনখ্রবা নোংলৈনোনেসে। ঙসিসু অদুম্মক পয়া অমা পায়রগা অযুকসিদা চৎলিবসে পুখ্রি অসিগী মপান্দনি। পুখ্রিদুমক্তদা অযুক্কী হৌনবী শিঙ্খা পাঙথোক্লু দৌরিবনি। তৌবদদি ঐমক্লা উশিত্তবা উৎপীদৌরীবা পুখ্রিসি অচম্বা পুখ্রিদি নত্তে। লৈকাইসিনা ইঙ্খোকপিরবী, মাংলবী পুখ্রিনি। নোংমা-ফাদোক হে থোংবা-থোংবীসিংনা ফিসু-ফিজাম্বীরবা নত্তনা, থক্ল-চানবগীদি লায়রদনা ঈরু-মায়খ্নবা ফাওবা কনামত্তনা শিজিন্নবীদ্রবনি। অদুবু ঐদি পুখ্রিসে খক কাওবা ঙমদে, য়াম্না ঋারৌজৈ, মানা মরোল থোকপা জিবা অমা ওইরমদবসিগীসু পেন্দবা কোকথোং অমা লৈরী।

লৈকাইগী লম্মাংদা লৈবা পুখ্রিনি। লম্বী অচৌবা অমগা পংলাপ লাপ্পদনা লৈরবসু নাকল অমদদি মোংসোং ঙাক্তনি। চহি মশিং খঙদ্রবা হৈনৌ পাম্বী অমসু হৌরি। ঙসিদি হৈনৌ মখোঙসিদং নৎতনা পুখ্রিগী মপান অকোয়বসি চমোৎনরে। হৈনৌ মখোঙ অসিমক্তি তীনকী-লাইকীদবা অঙাংশিংনা নৈবদা কোকপনি। অদুগা অতৈ উখোঙ খরদা কোক্লিবসিমক্তি, মমায় হুৎ লৈথোকখিবা শকউদবা লাই-তিনদি তরাইখ্রগা লৈকাইগী মবুং-মৌপ্পা, মনে-মন্দোলগী শমিন ফংলফাও উরম্লোই খঙলমলোই খন্দোকপা ঙম্বা-ঙম্বী চহি মতাংগী নহা মচাশিংনা নুমিদাংব্রাই খোঙবীনা তকপা, খুজিন্না শিকপদা কোকপনি।

খুনাম তারবা খোঙলম্বীসিগী মপান্দা ফজখ্রবা হৈনৌ অমা লীক্লানা চোৎলবা নাপীরক্তা কেন্দুনা লৈরীবদু উরুরে। তঙাং তঙাংলবা মখজায়দো

লীক্লানা অমুক পুমচোৎ চোৎলে। অয়ুক্কী সনা মচুগী মেঙলবা নুমিৎ মঙালদুনগা অমুক মথক্তুদা য়ৈবদুদা য়েংগন্দবা মিৎমাঙসিদৈ নাম্থোকপা ঙমদ্রবনি। কয়াদা অখাঙ কন্না উনারক্তা মসিগী ফিভমসি য়ৌনা খাঙলম্লিবনোনেসে। লাই বক্তবু তম্লবদি থোইনা তেমশিংলুদবা ঐসু মহাওদি ফংদৌরেসে। হোয়, চীন-য়া শেঙদোক্লগা খুল্লগে, অয়ুকসিদা কনাবু লাক্তুনা খুল্লগবনো।

ওঃ হৈনৌদি মুল্লকলেদোসে! কুমসিগী হৈনৌ মপাল ফজনা শাৎকৎনরকপা মতমদো, মিৎতা সং-সং উরকই। করন্নদি কাওরুনি। নোংমা, হৈনৌ মপাল মরক্তা হারোই হারোই চেনলীবা ককচেং নিঙ্গাঙবীশিংদু য়েংলগা ওম্থোক্লা কুইনা ফম্মিন্নখি। বা-লান ইঙাং-ঙাংনখিদে। তশেংনমক ইমিৎ অসিনা ফাওবা মিৎচানদুনা হেক য়েংনখিদবনি। ঐতদি লোন্না লোন্না য়েংখি। মানদি অদুন্না ফাওবা য়েঙলক্লমদবা তাই, মিৎচানবা অমুক ফাওবা য়াওখিদে।

কাইদাদো নুংশুক্লরগসু কয়াদি নোক্লিংখিবা, ককচেংদো পিকচরসু চিক্লক্লদি নাতৈ ইচা চাদনা ময়েক শেংনা নাই। মা ককচেংনা চিকপসে য়াম্না কিজবীনি। অদুবু মঙোন তম্না লাকচবা ককচেংবুদি ওম্থোক্লা মীনুংশি য়াওদনা থৌনা ফনা লৈমায়গা পান্নরা শ্রু শ্রু নৈহক্তুনা হাৎপা ঙম্মী। নুমিত্তুদি মহাক ককচেং মশিং খঙদনা হাৎখি।

কুইরবা মতমগী মতুংদা, নুমিৎ অদুনা অরোইবা ওইনা উন্নবনি। পুখ্রি মপান্দুদা নত্তনা সংসারসিদা ঐখোয়নিতা নত্তনা কনামত্তা উদ্রবা নিংশিংনদ্রবা তাঙপ্পবা অদুগুম্বা চাকপ্পবা তাঞ্জাদু থুগাইদুনা মানা ফুক হৌগৎলগা, ঐগী কুঠিদু ঐঙোন্দা সৎ পীসিনলক্লগা হায়রম্বনি,

- তা'মোনো! থেঙলে, ঐ চৎখ্রগে! মীনা উরগা ফজদ্রে। নঙ শাওরনু। ঐসু য়াম্না নুংঙাইতে, সে।

অদুক কুইনা ফম্বদু মী অমত্তা উখিদবসি মঙাই। কুঠিদু পায়সিল্লগা বা অমত্তা হায়হৌবা নঙহৌদে, মানা চৎখিবনা হানখি। কৈদৌবেনো খঙদে, জুৎ ইচা-চাদনা খৌনাওসিসু হেক খৌগংনরম্মী। ঙানা বা ঙাংগে তৌবদা ঈশিংনা পল্লি হায়বদু মতমদুদা ঐঙোন্দা থোকখি।

ময়াম্না ঙাংবিমনবদগী ঐনা হায়রুবনি '. . . কুন্দালৈ। অদু-অদা খঙদে হন্দক্কী য়াওসং লোইবগীসিদা থবক থোকহন্দবা শুপয়া য়াদ্রবনি।' চম্নকা

*হায়বা জাৎ নত্তে অহকপা য়াথংগুম্বনি। পোমশাংনবী থম্বালবু লিরী হুম্বা মালংনা লোইবোই লোইরোইনহনবগুম ঐগী বাহৈদুদা মহাক নোকমি নোকমি তৌবদুনা জ্বাই-জ্বাইনবা মশমদো য়াম্না তোয়না খোমগৎচখি মখূৎনা।* খুম্ফম থোকপা মতিং থোকপা পাউখুম পিরকপদি তৌখিদে। নোংমা-নিনিগী মতুংদনি মানা ঐগী কুঠি পীরক্ত' য়াদে হায়রকখিবদু। মী থারক্তুনা লোননা মপোৎ তোনখিবগুম্না থৌহনলখি। মদুবু মী খ্বাইনসু হায়নবা বাতারা খঙদে, খনখিদে। অদুবু তাঞ্জা মেঞ্জাগী বা হায়বা অমা লৈবনিনা ঐখোয় বাজিগী বাক্সিদৈ ওম্ফোক্লা লোম্না লৌথোক্লু রগা পিখিবনি, ঐগী জন্ম কুঠি, কুঠিনি হায়বা খঙহন্দনা চেকশিন্না য়োমদুনা।

কয়াদা ঙকখ্রবী, পঙখ্রবীনো! মতমগী ঈরাং কৈমত্তা হেক খঙদবী হায়দুনি। হৌজিক কাপ্সিদি ঐইচ.আই. ভি., হেপাতাইসিস বি. পকই পকতে য়েংথোক্লসি হায়নরকাপ্সিদা মানা চেল্লমদাইদবু কুঠি লৌগে হায়রক্লিবদুগী মরম, অদুগা অমুক কুঠিদু হন্দোরক্লগা শাওনু কা হায়রম্লীবদুগী মরম করিনো হায়বা ঐমক্তি মতমদুদা ভাবনা লামসিনবা শুপঙম হেক ঙমখিদে। মীঙোন্দা, মরূপ মপাং কনাদসু মসিগী মতাংদা হায়খিদে, তান্নখিদে।

মাগী মচে থরো; থরো ঐগা মরী লৈনৈ। কয়া য়াম্না নকশিন্নরবা হায়বদুনো ঐমক্তি খঙখিদে। অদুবু মখোয় লৈকায়নদি বা-বা লাওনখি। 'শোয়দ্রপোৎনি, মোনোনা থরো হেকখ্রদপোৎনি' সিনি। অমরোমদা মখোয়' অহলশিংদি ঐসে শাথিনা য়াদে। য়েক-সলাইগী বাফমদা শুপয়া য়ানদবা অমা লৈমাক্লে। অদুবু ঐখোয়নিদি য়ানদবা হায়বা অমত্তা লৈনখিদে। ঐখোয়নিগী অরোইবা, খোঙচৎ অমগীদমক নুমিৎ অমদি পুংফম খেনফম চপ চানা লেপ্পরবা মতুংদনি। অয়ুক অমা থরো চেনখ্রে হায়দুনা বা-বা লাওনখি। বাথোক ওইখি। নুমিৎ নিনি চুপ্পা পাও হন্দোক্লদ্রবদা খবরদা ফোতোগা কোম্ননা হাপখি। নুপীমচা অমা মাঙখ্রে। কৈসু নত্তবদা ঐ লৈফম চাফম খঙখিদে। থরোগী মরী মখোঙ হংনফমশিংগী মনুংদা ঐবুসু অমা ওইখি। লোম্না কয়া, ফোংনা কয়া তোঙান তোঙানবা মীশিংনা ঐঙোন্দা নাকোইননা হংলখি।

মঙানি শুবা নুমিৎকী অয়ুক্তা লৈকাইদু বা বা লাওনৈ। *লৈকাইগী পুখ্রিদা মী অমা তাও' লৈরে।* থনা-নুংনা তাক্লরে, য়েংনরে, লৌখৎলে। শোয়দ্রে থরো ওইরমলে। পুলিস কেস অমা রেজিস্তার তৌখি। পোস্ট মোর্তেম তৌখি। খবরদা অমুকসু হাপখি *ইচাগী মরাল করিনো?* বাহং অমদি হোৎনখিবা

পুন্নমক্কী মহৈ চহি ৫/৬ শুরবা ফাওবসিদা ফংদ্রি। তৌবতবু পুখ্রি অসিমদি লৈকায়না ঙসি ফাওবা ইহোক্লি। মথোং-মরম ইখঙ খঙদনা ইতৈমগা ইমাগনা ঐবুসু মাম্মগী মনাক্তা জিরিদা নাথৈদুনা থম্বীখি।

চহি অনিগী মতুংদা হল্লকপদা, য়াওশং মনুংদা কুন্দালৈসি থেংনখি। অহানবা উন্নবা নুমিত্তু লৈকায়গী স্পোর্টস মনুংদনি। ঐবু উবদা মমান্নবী ২/৩গা ইনাক্তা চংসিনলক্তুনা লম্পাক মচি অমদা ফম্মিন্নখি। মতমদুদা মা য়াম্না কপখি। বোরা, পাফোর, কাংঙৌ ঐনা লৈবীবকাদু অমত্তা হেক চাদমখৈ হিক-হিক্লখি। লৈকাইগী পাখঙ মচা অমনা মফৎতা লাওথোরকখি

- হল্লো, অমুক্কসু হায়জরীবসিনি। লৈকাইসিদা অবের তৈবা পিচকারী কাপ্পা মতম কক্তনা থিংলে। অঙাং খঙদে অহল খঙদে, ক্লবকী মীওইনা হেক থেংনরবদি অহকপা চৈরাক পীগনি... হল্লো!

কুন্দালৈ, অবের তৈসিনবীরম্বদৈ কপ্পা নত্তে হায়বা মমান্নবীশিং অদুনা তসেংনা খঙই। মানা কপ্লিবগী মরমদি ঐনা তসেংনা খঙই। ইকুই কুইদনা মচেনা থোনজরম্বা নুঙশিগী য়ুম্ফমদা মা-ঐগী অনৌবা আশাগী প্রেম মন্দির অমা শাগৎমিন্নরকখি। অদুবু য়ুম্ফমদু মোংফমগা য়াম্না নক্করুবজাৎলা খঙদ্রে শাগৎলকখিবা মন্দির শঙ্গাবা নঙদনা তাঙ্গোই ওনখি।

কুঠি হন্দোক্লম্লবা মতুং ইকুই কুইদনা কুন্দালৈগী হৈজিংপোৎ অমদি লুহোংবগীদমক ঐখোয় বাজীবু ভাবক ওইবীরনবা বার্ত্তন য়ৌরকখি। হৌজিক্কান্সি পাঞ্জিগী করিগী থবকসি লৈশাবীসিংসিসু ফজনা খঙনবা য়াওরজাৎলা। পেলহৌদ্রিবনা য়েংলুরীবা কুঠিদুগী মরোলদুফাও হায়বীরমদবদুনি। ঐবু কয়াদা কিন্না লুন্না লৌজরমখ্রবীনোনেসে।

মায়, মিৎ তাথোক্লগা মপাল শাংঙৈগী বাথোক্লা নৈবীরবা থবায়সি অমুনবা হৈনৌদু চারগা খঙঈং ঈংবসু ময়াই খন্দুনা প্রপ প্রপ কাখৎলকই। কদোমদৈনো, খুরাতোনগী মচানুপা অতোনবা, নপচোবদুনা ফৎ চেল্লক্তুনা হৈনৌদু শৎ খুল্লগা তাপ চিকখি। ঐগুম্বনা অমুনবা হৈনৌ চাবা ফংবা হৌনব্রদা ইথন্তা খনজৈ। তৌবতবু অঙাংদুদি হৈনৌসিগী মহাও ফজনা খঙবজাৎনি।

# চেগপ অহনবা

থা অমা অনিসি ঐ তশেংনা হকচাং ঈরবা হায়বদুনি। মহৌশা ফনা ফরম্বা হকচাংনি। হকচাং ফবনিনা মীশু উশিত্তে। ইথৌনা লৈবা মীনি হায়দুনা ইথন্ত খঞ্জরিবনি। চুম্নতগী থৌনা ফরুবগী ৱা ঙাকসু নত্তে। তীনকি লাইকিদবা হায়বদুমক্লি। লাই তিনগী ৱাশিমা কয়া থাজদে। অদুনা লান্দ্রগা লোইরে হায়বসিদা মীনা ইনশিনলকপগী ৱা ঙাক নত্তনা সিমা তৌশিরা'দং হায়রকপদা 'হোয়'-নি। 'হোয়' নত্তে শৎ-শৎনি। মায় পাকখিবা কয়ানি, মীৱা তাখিবা কয়ানি। মীগী শেবা তৌবা মতেং পাংবদা থম্মোয় শেংনা পাংবা হায়বসি পাপ নত্তে খল্লি। মখোয় মশেল পাপ লংশিন্নজবদুদি মরান্নংনি। অদুনা ইরন্নাইগী ওইবা নৎত্রগা ঐখোয় খরগী নত্রগা ময়ামগী ওইবা থবক পুম্বদা অনিরক হন্না খঙ্হদুনা মতম মাঙহল্লক্তে। তৌবতবু মসি ইশানা মতম কুপ্না শিজিন্নজবা মীনি হায়নিংবগী ৱা ঙাক্তি নত্তে। শুম্নমক্তবু য়েৎনিংবা য়েৎলকসনু, থিংনিংবা থিংলকসনু থেঙ্গাইনরগে সিনি। মীগা মরৈ য়েৎনবা হায়বসিমুক নুংঙাইবসিদি লৈরমদবনি। নাতৈ চাদবদগী মীনা লাকচরকপা মতাং কয়া য়াওখ্রে। মদুসু ঐঙোন্দদি শিংবা হেনগৎলিবনি। অদুনা য়েৎনবদা মায়থিবা হায়বা অমা লৈতে হায়না খঞ্জরকখিবনি। অদুবু হন্দক্তি খংহন হেক হনলি। য়ুমদা হঞ্জিনবা ফাওবা চাংবুদি নাইদ্রগসু থেংন-মম্নদি মহঞ্জিনদ্রে। মসিনা ঐগী লায়নাগী ইরায় লায়বা মিৎনা উবা লাইওংনি।

নুমিৎতু ছুটিনি। ছুটি নুমিৎ হায়বসিমক্তবু সরকারগী থবক তৌবা তৌদবা ঙম্না ইপোৎ পোত্থানবগী ভাবতা লৈনৈ। খৃষ্টান লাইনিং লৌবা কাংবুদি শুম থেংনখিবদা থবক্তি ছুটি ওইদুনা পোত্থানরবসু লাইনিং-লাইশোনগীদমক্তদি ওত্থোক্না চিন্নবা উই। ইসঃ লৈথোকপকা য়াদবা য়াওরিনে।

লাইশংগী কাংশি মখোলদা তহা-তহানবা কয়া থেংনখ্রে। তৌবতবু মদু মৈরা পায়বীনা খুত্তি পোষ্ট খিংবা মখোল তাবদা তহানরিবা অদুগদি য়াম্না খেন্নে।

নোংমা নিনি মমাংদগী ইবোতোম্বীনা প্রোগ্রাম অমা শিল্লকখি। হায়নখিবা মতুং ইন্না মামক্তি ঙস্তানা হেক্তা ঐবু হৌবা লাকখি। মতম অমদদি সোরোনা, হায়বদি ঐখোয়' সোরোনা *তাইতোম্বী - তাইতোম্বী* হায়দনা য়াম্না লুনা তৌরম্বনি। অদুবু হন্দকসি মা ইবোতোম্বী উবা য়াদে। অয়ুক্তা ঙস্তা ইবোতোম্বীনা ফুৎ ফাওরক্তুনা উরাও-থরাওবদুদা মহাক্কী মমায়দু ইশু-শুগৎনা উই। মীনা উরগা করি খনখিদগে নুংশা থি। অদুবু য়ুমদা লাক্লবনিনা চা গ্লাস অমদি থকখিসি হায়দুনা খাম্মী। মঙোন্দা থৌদাদুনা চা লোলহনখিবনি। কুইমনখ্রে করিনো গ্যাসতা চা গ্লাস অনিখক লোনববু খন্দুনা ঐনা (খরগা চংজনিংবগা) চাকশঙলোমদা হাইরপ য়েংলুববু, চাদুদি শৌরমদ্রি অদুবু ইবেম্মা সোরোগী মচিন্দী সেলসিঅয়স দিগ্রী মরিফুতরা-মপালগী চাং য়ৌরপ্লা শৌরম্মী। ইশঃ মুরুম-মুরুমনি। কিবু কিরুরে।

মা (সোরো) উকিলনি। মাগী মরম্লাই চেম্বরমক্তি তোংঙাম্না হাংবা নৎত্রি। থা তরা অমা করি অমা লৈরগদি ঐসু মাগী কা অমা ফাওবদি শাবীবরা শেমজিনবীবরা তৌরগে খনবা লৈরি। লুহোংদ্রিঙৈদগী মানা মাগী লাইরিক ময়ামদু থম্নবা কা, লাইরিক পাননবা কা নীংথিনা শেম্নবগী ৱাফমসি বার-বার তোয়না হায়দুনতা লাকপনি। হোয়, হোয়, হায়বদা নত্তনা মশানা তৌজগনি হায়না ৱাশকথোকখিবা থবক ফাওবা ঙম্লিবমখৈ তৌনদ্রগা লেম্নফম ওইবা লৈবাক অসিগী নাগরিক অমা ওইনা ঐমক্লসু নুংশি-মমাংমক্তা শরি-নামুংনখিবশিং চাদ কুনমঙাগুম্বতং পাংথোকশিন্নরগা, থা অসিগী মমাংদা মা-ঐ ময়ুম ঈয়ুমগী মী খঙহন্দনা কোর্ট মেরিএজ তৌখি। মদুগী মতুং ইকুই কুইদনা মানা তকখায়রকপদগী চেনমিন্নদুনা লুহোংখি। লৈমিন্নদ্রিঙৈ অদুগা লৈমিন্নরমদাই ঙকয়াদুদা সি-সি পাঙথোক-খোত্তোকপা হায়না য়ানখিবা ঙাংনখিবা কয়া ঐনা ঙমদুনা শুকতৌ তৌদ্রিবা থবকশিং অদুগীদমক ইথন্ত শাখিনা নুংঙাইবা ফাওরি। অমরোমদা মরুপ-মপাংশিংনা নিনফুং নিনফুং ঐবু উরগা ঙাংনরিবসিদি, ঐনা খনবা ফাওবা খনলমদবা থবক খরা সেরিজ ওইনা তৌরকপসিদনি। মসি তৌরোই হায়বসু ঙমদবসিদনি, ঐনা ঐসে লায়না অমদি লৈরে খল্লিবশু। মীঙোন্দা ঐনা নোক্নরম্বা ময়াম অমা চেনবা য়াদবমখৈ ঐনা হোৎনরি।

- তাই'তোম্বী চা থকসি। ঙন্তানা করি থবক লৈবগে তৌবীরিসিবো!

(মমায়কাদু হাইরপ তৈথোক-নাম্থোক্লগা নোকফেৎ তৌনাথোরকই। কয়াদনো হৌজিক্তা চাকশংদা মুরুম-মুরুম শোলহৌরিবা মতৌ অদুগা কয়াদি খেন্নখ্রে। মসিবু মখোয় উকিলগী হৌনবীরা খঙদেনে। চাদু থকপা কিদুম কিরে।)

- এঃ কৈনো, ঐখোয়' বোঙ্খুনা কৈমত্তা হায়দ্রো?

- কৈশু থোইদোকপা হায়খিদমাল্লে . . .

- হেরা কৈশুবুদি নত্তে। ঙসিসে ছুটিনিনা ঐখোয়গী ফার্মলোমদা হাইথরুসি, চাকশু চরা অমা চাথোক্লুসি হায়নবনিমা। কুইরোইদা পঙলাপ লাপ্পা নত্তে, লম্বীসু ফরে গাড়ী মচানা ফৎ, পুংখায়মুক্তনি।

সোরো শকফম হঞ্জিনখি। ঐঙোন্দা য়েংলকই 'অমুক্তা চংবিরকখো' হায়রম্লগা ঈমুংলোমদা চংখি। ইঙ্গিৎতু অফ-নুংঙাইগীদি ওইদ্রে। ঐমক্তি ঙরাং মাবু চেম্বরদগী লৌরুরগা হল্লকপদা ৱারীশি হায়খ্রবনি। হায়দে হেক্তা হায়রিবনিনেসে। ইবোতোম্বীখোয়রোমদনিবুদি হায়খিদমাল্লে। মা-মাগী মতম হায়'সিনা লাক্লদি য়াবজাৎ নত্তে। ফনা নুংশিনা তিন্নবা মরুপনি। তিন্নবা হায়ববু গ্লাস অমত্তনা থকমিন্নরক্লবনি। তাঞ্জাদুদদি চা ওইনা থকমিন্নরবনিনা তোঙান তোঙান গ্লাস অমমম পায়মিন্নরে। মফম মতম হায়বসি কয়াদা ঙকখ্রবনোনেসে। অদুবু পূক্লিংদা ফুং লাওনা ফাওরকখিবা চিংনবদুনা ঙাইঙমদে ঈমুংদা ফৎ চংই।

- চৎখ্রবদি হুজিক-হৌরেল হল্লক্তৌ নত্তে। ঐখোয় ইবুংঙোদু হয়েং দিল্লি চত্তৌরি। ঙসি চাক চরা অমা চামিন্নসি হায়বদুদি কমদৌদৌরিবা? মাগী ইবোতোম্বী হায়সিনা তৌজসারিসিবু করিনো চগৎনরদনা! মতু থিগেদি লৈতে . . .

- হৈমা! হৈমা! তপ্পা ঙাংঙুনে, তাখি'তোক্লরনি। (শোম্থাংননা মখুদাংদা খুজিন্না শিক্তুনা য়া চিক্তুনা হায়বনি)। কমদৌ'তাই অদুদি, ফরে! নঙ চথোক্লুরো। ঐদি নঙনা থোকপা অমা হায়জিনলো ইমাখোয়দা। ইবোতোম্বী' ঐখোয়গীসি কুইরবনি শিন্নরক্লিবা। য়েথোকপা য়াপোৎ নত্তে, ঈকাইনদোইনি।

- খঙদে, খঙদে। ঐবু হান্না অমুক্তা দ্রোপ তৌবীরমখো।

- গাড়ীদু অদুম পুরগা চৎলোনে। ঐদি মখোয়গী অমদা শৎ য়াওগ্নগা অদুম লোইরে।

খঙশোন শোম্থরকপা মতৌনি। মতেক ময়াগী চখোক চৎশিনককা ফাওবা ঐসে ইথা থাদোকপা য়াদবগী ভাবনি। মহৌশাদি মাগী গাড়ী খুৎথৌদো ঐখোয় পার্টিনা *ফয়ার ব্রিগেডকী ড্রাইভর* হায়নরম্লিবনি। যুগ লোইরবা হায়'দু ওইবা তাই। করিদি উপাই লৈ। মতম অমদা থবক তৌবীবু ওইরবশু তৌদবীবু ওইরবশু মাগী মাগী নুপানা মাগী মাগী নুপীবু গভর্নরগীসেক্যুরিটিগুম, গাড়ী ড্রাইভরগুম কোয়শেন শেন্নবা, কোয়পু পুবা কৈদাসি ঐ শাথিনা য়ানিংদবা মীনি। অদুবু চাক্কৌবা নোংঙানবদগীদি ঐসি মাগী অউন গাড়ী মচাসিগী অউন ড্রাইভরগা চপ মান্নখ্রে। চেম্বরদা থিনবা, করিগুম্বদা কোর্টতা চৎপশু য়াউই। নুংথিল পুং মরি, মরি-মখায় হেক তারকপদা মা লৌরুবা, য়ুমদগী অমুক থোক্কে তৌবদনা থনাগী ৱাহং, *কদাইদনো, করিগীনো, কয়াম থেংলক্কদোইনো* . . . . । হোয় প্রোফেসার, ওজা, ওফিসার নিপা কয়া অমনা মসিগুম্বসি য়াম্না লেমজফম ওইবা শিন্থা অমা ওইনা, ওম্থোক্লা থবায় য়াওনা তৌনৈ। ঐগুম্বা কারবার পিকক্রু পীকপা অমথক তৌবা মানবা অমনা উকিল অমগী ড্রাইভর ওইজবা কাইশি মরাইবক ফৈ হায়না কল্লরুবা য়াওরমগনি। তৌবতবু ঐদি মসি নুপা ওইবশিংবু নুপীনা শাথিনা লাক্কবনি, ফাজিনবনি, দন্দি পীবনি। নিপাগী নিং-তম্বা শিংনবগা লোয়ননা মৎপনি হায়না চপ য়ুংনা খনবা মীতানি ঐ। লুরক্লিবদি থৌওং অসি ইশামক্তদা থোকচিনলক্রবা মতমসিদা দিফেন্দ তৌবা ঙমদবসিনি।

মপান্দা তনথোক থোরক্লগা ঐনা মরুপ ইবোতোম্বীদা তনশিন শিঞ্জিল্লি।
- ভাই, শুম্মাই তৌরসি। ভাইখোয় পুল্লপ হেক্তা হাইথরিবম্লো। কুইরোই ঐনদুম হাল্লকপশু য়াই। তঙাই ফদবা অমা লৈর'তৌনি। পোৎতুবুদি ঐনা কেন্টিন্দগী শৎ লৌরগা পায়রক্লগে। ব্রাশু দি ঐখোয়গীদু অদুম তৌরগা লোইরে নৎত্রো?

ইবোতোম্বী, নোক্লকই। মাশু ঐগা তিন্নরিবা মী, চং-চং লাওবনিনা ঙাইহাক্কী ঈরাং অদু হোত্রোং হোনা উরমগনি। তশেংনা ঐশু ভাব তাই, মহাক ঘোর হল্লে। নোক্লিবা মীনোক অদুদশু করেম্নবগী ঈনোৎ অমা য়াওরি। তৌবগীবুদি মানা পাখং ওইবিদনা তৌবিবনি। মসিদি খুবাক-খুৎনমগী ৱানি,

মাশু নোংমদি শোয়দনা খঙলকখিনি। খুম্লকই -*ফরেনে ভাই , অদুবু য়ৌদি য়ৌরকউকো। থেংবা ঙনবা ।*

ইবোতোম্বী চৎখ্রে। মানা থোঙ্গাল লান্না থোকখিবদু রং মনম কোক্ত্রিবা থোংবাদা পায়দুনা পর্দা অহনবদু হাইদোক্লগা য়েংলিবী সোরোনা নোক্লিবা মীনোক অদুমকশু ঐদি খোয়দৌ অদুম শাওগৎলি। খল্লি, উকিল হায়বা জাৎসিমক্তবু কৈদা অমনি। মানা মানা খল্লিবদুনা চুম্মী, খনবা ঙম্মী। মদু ঙম্নবা তাল্লিবনি। মীহাৎপা মীবু মরাল লৈতে হায়বা ঙম্নবা থাগ্ল-থাগ্লবা লাইরিক কয়া ফাকপা, পাবা, মীনা ইরম্বা ময়াম খোমজিল্লগা খঙজিল্লগা শক্তি লৈবা উৎপনা মচৎনি। অদুনবু নুংশিনা তিম্নখিবা মরুপকী মফমদা হায়দোকখিবা ব্রাদুদগী মাবু থিল্লম্বনা মরু ওই হায়বা মরৈদা মানা মায় পাকখ্রিবসিনি। মদুগী কলক পেনবগী মীনোক্লিনে মাগীসে। অচম্বা মীনোক নত্তে। খোয়দৌ প্রোক-প্রোক চাকই। তাইনফম লৈতে।

মশকপুদি সোরোসি থি হায়বা য়াদে। অদুমক্তদা মানা নৌরিবী ওইদুনশু য়ুমগী থবক থানা ময়াম লোইশিনলম্লগা নংহৌররোই মতৌদা তহা তহা লাকপদা থোইনা কে-মৌরপ্পা, হোবে-হোবে তৌবদা কেবা নংলক্তবা মালহন্নবা হোৎনবদুনবু থোইনা হেন্না ওখাক কুইনা চংই। কুইবা হায়ববু ঐদি ঈরুথোকলে, ফি হোংদুনা ফৎ লোইশিল্লগা মাবু ঙাইবা ওইনা মীতৈরোল খবর অহমগী লমায় তরামরিদা য়াওরিবা পুম্বা অমত্তা চিথদনা, সে এডভর্টাইজদা নত্তে ব্রোন,প্রিন্টেদ ইদিট পল্লিস ককাইদু ফাওবা চিথদনা পারে। মা থোরক্তেনে। নুপীনা মপাম চৎপসিবু অসুক কুইনা কেবা চৎনরিদ্রা? মৈ লাক্তবগী মম্বগা, ফেন হুমদবদুগনা ঙাইবগী থরক হুনগৎপমক্তদা হুমাং অনপ্পী কারক্লে। ব্রাখলদি ফার্ম য়ৌখ্রে, মিৎতা তৌরমদৌবা ময়ামদু সিনেমাগুম উরকই।

খুৎলৈ থুবী মতৌদা থোরক্লবী মাবু মপাম লমদম য়ৌনা থিল্লুরে। থোঙ্গালদা ঙাইরম্বা মৌপ্পাদা য়ান্না নে তানা হায় -'নোই নবাইগী তঙাই ফদবা থবক অমগী কোয়চৎ চৎলুবদা খর থেংদোকখ্রে। নবাইদি অমুক চৎখিদবা য়ারোইদৌরে। হোরেল নুংথিল এঙ্গাং মহাউ য়েংলরবা হায়দুদা তারে। . . .অঃ পঙথেং থেংবীরক্কনুকো!' কয়াদা হৈখ্রগেদোসে, মাগীসি ঐবু কনখৎলিবনি খনসিরা নৎত্রগা করেম্নরিবনি হায়না লৌগদ্রা!

হোয়-মাই হায়রমদ্রে। চিনবানখক্তুনা নোকফেৎ তৌবা মানহল্লল্লগা খা চিক্তুনা হোবে হোবে থৌই। ময়াম মমাংদা ঈকাইবা খরা ফননবা রাউগু অনিশু শেৎচিনলে। মায় অমদি নাখোঙ ৰং-ৰংনি। লম্বীদা সিফাই পরেং অমা থেংনৈ। খনবগা তৌবগা খাল্লকই। চিনশি ইংলিস, হিন্দি পংঙাং ঙাংনিংলকপা মতাংদু চপ হেক চানা থোকই। খঙজবী অমশু লৈ সিপোই মচাশিংদদি থোৎ নৌনা ঙাংববুদি খরা হুগৎলপ্পা ঙাংবনা হেন্না ফৈ। অমরোমদা ঐদি পোৎশু য়াওরিবনিদো।

- ক্যা হুৱা, কোই গরবর হৈঁ? ( মখোয়দা ওইনা হংজিল্লি। খোন্দাদু বেব্যহার মচেৎ অমতা পকপা খোন্দা নত্তে। ঐনা তুপিদু চীং লেম্না লৌথোক্লুই। শমকক অমদি খোন্দাদুদা ওইরমাল্লে, সিপোইদুনা - পোলিস হে আপ . . . . ? অটশা জাইয়ে, চল্লিএ, কোই বাট নহিঁ।

তুপি উপশিনলগা চীং লেম্না মুক্লপ থৌদোরকই। মসিমক্তি চৈরমগী ষ্টাইলনি। য়াম্না তোয়না তৌরুবা য়াবা নত্তে। দষা ফত্তবা মতাং থোক্লুরদি চৈবুন চাবা য়ারিবনি। আই কার্ড দিখাও হায়রক্লুদি কদাইদগী কোৎতুনা উৎলুনি, ঐদি থনাসু নত্তবনিনা ফরক হেক্তা তাদৌরিপোৎনি। অদুবু মসিগী নুংঙাইবশু অদুম লৈতবা নত্তে। নোংমশু থবক কৈমত্তা তৌদবা ঐনা ঐগী নোংশা মকোক য়েকপা ভোটকী কার্ড অদু উৎলুবদা ফল্লপ য়েংলগা সলাম তৌরকখিবা থেংনখ্রবনি। মসি শাওং-শাবানগীশু মখা পোনবা জাৎনিদা।

ফার্ম য়ৌরে। ময়ামদো ঐবু ঙাইনরম্লে। চুন্না ঙাইনরম্বগী ৰাদা নত্তে। ওখাক ফজনবা য়াওরম্লে। ৰাউরি-ৰাউরিরবা ঐশু গ্রিন লেবেলগী হুইস্কি বোটল অদুমা টুল বোক্সতগী লৌথোক্লগা চংশিল্লে। মখোয় অহুমতনি। অহুম্মক পুজারি ওইরম্মী। এঞ্জাংদুদি য়ারে। চফুদুতদি মমৈ মকোক ওম্থোক্লগা উপতুনা লৈরম্মী। অদুগদি চাকমায়দু চেং চংলে অদুগী ত্রিটমেন্ট তৌরিবনি হায়।

ইরোনবগা, অথোংবদুগা লাতোন অমদা কোৎথরগা হৌগৎলম্বনি। ফিভমদু উবদা মখোয়গী খোঙজংদুনা য়ৌশিনলমগদবা থাক অসি হাইরপ খঙই। ৰাঙাংদা তোপ্পরিবা বেব্যহার, অদুগা খন্নরিবা হিরম পুন্নমক্তুনা ফজনা উৎথোকচরে। ঐনা পুরকপদু খুৎতগী তাপ ওকখি। পাখঙ ঙাক্তগা ওইরে, শেলশু নিং নিং লাউনা পায়খৎচরকপা মতাংগা ওইরবনিনা ঝঞ্জদি ফজৈ।

মখ্বাং চেংবী গ্লাস, আইস, মিনরেল বাটর, পৌরপ শোয়রবা সলাদ . . . ফজরে কৈনো। পম্বনদে। মখা চথবা ওইরশু পুমনৌ নৌনা হৌগৎপগী ষ্টাইলনি, 'চিয়ার্স!'

অদুবু ইশাশি তংদু লৈতাদে। থক্লিবদুনা কোক অসি নীংথিনা নত্রগশু থিনা ঙাওহনবা ঙমদে। রাউশু খুদিংগী গ্লাস হেক চুপ্লমদাইদা মানা ঙসাই মখোয়গী থোঙ্গালদা ইখি হেক খিগৎলদনা হায়হৌবদো '*পঙ থেং থেংবিরক্কনুকো !*' তো . . . তো. . . মদু নাকোংশিদা হেক্তা চাননা ঙংদুনা লৈবগুম তৌই। গ্লাস মনুংসিদা নম্লপ তৌবা সোরোগী মনাতোন অদুগা শৌ-শৌ লাউগনবী মচিনবান্দু হেক্তা উই। অদুনা ইশাসি ময়ামগা মান্নবা য়াবা নত্তে খননা য়াম্মা চেকসিন্না চেংলবা গ্লাসকী মখ্বাংদুদা কন্না কন্না পায়শিল্লদুনা ইচিনশি খোপচিন তাশিন্না নাননা থবক পাংথোকই। মসি ঐগী অনৌবা লায়ওংনি। তৌদবদি য়ারিবরদো। মসিতবু তৌজগে হায়বগী লমচাক শিল্লিবনিদনা!

- ঐখোয় ভাইসে পুমওন হেক ওল্লে।

- ওনবা নত্তে ভাই, মহাকসে নারবনিনে!

- হোয়নে মানা, চীংয়াগী নুমিৎপু য়েংল-য়েংলদুনা ঘড়িসি ওম্থোক্লা তোয়না য়েংশ্রে হায়বানি। মাগীসি *ঘরকী ঘড়িয়া* হায়বা লায়না অদু ওইগনি। মমাংগী ট্রিপতা কাটমান্দুদা ভাবীদুনা হায়হৌরিদুনি। ফোরেন য়ৌরবা লাইওংনি কৈদৌরগে!

- হায়নুকো নখোয়। ফাগীসু ফাগীনি চাক চানবা তৌরসিদা।

- অদুই বা নত্তে ভাই। মতম লৈরিঙৈদা খন্নহৌশি হায়বগী বানি। লৈনাগুম থোৎলবী থম্মোয় পানবী, লৈপালগুম্বী ইবেম্মশিং অসিনা মপুরোইবগী নিং-খা তম্বগী হক শাথিনা মৎপিরি। মসি ঐখোয়' ভাইদা থোক্লরে। ইমান্নবনিনা নুংঙাইতেদনা। মরুপকী য়েংজরগা ঐদি, জষ্ট মসি কোর্টতা পি আই এল অমা থাঙ্গৎকে সি য়ৌনা খল্লিবনি। ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রবা হায়নিমা।

- রাইট, পোইন্টনিনে। পোইন্ট। হাউ টু সেভ অবার রাইট টু ফ্রিদম ইন হাউস লাইফ...। মসি ভাইখোয়গী সোরোগী লাইরিক্তকা য়াওব্রা অমুক্তা

থিরকউ। ওল এক্সপেন্দিচর ঐ, ঐ তৌগে ভাই। ইন ফেবর ওফ অব্বার ওপ্রেসড মনিপুরি জেন্টলমেন। ঐ ইশ্কোল য়োল্লগু য়োনথোককে। উকিলদি সোরোদি য়াররোইনে। নিপা চং থোকপা নিপা উকিল থিসি। ঐ তৌগে য়েংউদা ...

মখা তানা ফজনা কুপথনা, শুম কুপথনা খন্নরকই। অমরোমদা চাক চফু অদুদি অদুম্মক উপতুনা লৈরি। ময়েঙ তাথরক্লম্বা খাঙ অদু চপ লেপখি। মপুক থল্লমবা লিক্লি অযাম্বা হাংলে। কোৎথরা হাপ, কোৎথরা হাপ তৌরম্বা লাতোনদু থোঙ্গালদা চৈরাউবগী চাক থাদোক্লম্বা লাতোনগুম খুইথরকই। খন্নবিবা ৱাফম লুশিনলকই। ফন্নগা খন্নরম্বদু হিপথদুনা খন্নরকই। ইবোতোম্বী ৱা ঙাংবা ইয়াউ-য়াউবক্তে। অরুবা ৱাফমনি খন্নরিশি। ঐদি ঘড়ী য়েংই। পুং অহুম তাশিনখ্রে। খন্নরিবা ময়ামদুদগী ঐগীশিনা হেন্না লুশিনলকই। মদুগী নিশাদু থকচিনখ্রিবা নিশাশিংদুনা নমহৎপা ঙমদে। উপাই লৈতে। ময়ামদগী বিদাই লৌদুনা হল্লকখি। ৱা ঙাংখিদ্রবা মরুপ ইবোতোম্বীনা য়াম্না ভাব তানা, য়াম্না লুম্না হায়হৌই,

- চো, চো! থিংলুরনু ভাই! মা শগোল তোংবা, মায় পাক্লবা লান্মী ওইরুশনু! থাংজমগী চেগপ অহনবনা লৈতাহ্নেমগী চফুবু চপশ্রবদা কদাইদা নাম্থোক্কনি? য়েংউদনসে, ঐখোয়গী ইনাক্তা উপ্লিবা চফুসে চেগপ লৈতবগী নত্রদো? হৌজিক ফাওবা উপলিসে।

মখোয় ময়াম চিং-চিংদুনা নোকহৌই। ঐদি হন্না য়েংলমদ্রে, অশোমদা চাকপু খাকপিরমখিদ্রনে? মপাম চাকশু চাদা, অমদুগী চাকশু চাদ ঐবু হোতেল চাক ওইনা ফংদৌরিব্রা ...! চপ্পদি চপ্পজাৎনিকো চেগপ অহনবসে! ঐ নাম্থোকপা ঙম্লিব্রদোসে।

# হনবীরক্লো

নুমিৎ চপ যুংবা মতমনি। ইঙাগী পুর্ণিমা হংচিৎনি। অদুবু কুমগী নোংদি মমি তমদ্রি। খোংবান লুক্লাংদা হঙোইনা, কাংনা হরাও মথোই কাজবদু ফংজদ্রি, লৈক্রক চৎলি। ঙরাংদু অঙাংশিংনা হৈনৌ অশংবগা নুংশিদাক মতোনগা মেৎপদু উবদা তিল চুম্মী। খিত্তং হায়বু, খিত্তনিসে, চারুবা। অঙাংশিংদদি ঐনা চৈরম্মী - অঙাংশা নখোয়নে নুংশানগা শাবনে, নখোয়বু পংচা চাশিনগনুনে . . .। অদুবু ঙরাংগী অঙাংশিংদুমক ঙসিসু অমত্তা চিখদনা খিং খিং লাওনা অৱাংথংবগী হৈনৌবোনসিদা লাংবা তাই, মশক উই। জ্ঞান তাবা ৱারক ৱাতেম হৈবা ঐদি ঙসাই নোংঙাল্লমদাইদৈ ৫/৬ লক শুরে চেল্লিবা, ঈহুল খঙবা ইচানুপাদুনা নুংশা থিবা অমা য়াওনা হংলকই,

- করি করি চারুরগে পাবুংবো . . .!

- কৈশু, চাদেনে! চাককা ইঙ্খাংগদনিনে ইপানা চারিসে।

- হেরা, ঐখোয়' পাবুংসু, অঙাংগা চপ মান্নখৎলে। কৈমত্তা চাদনবু, সে গুলিসিমা য়োৎলো । মহিসিসু থকউ। টু সিনা ঈশিং গ্লাস অমদা চামচ অনি অহুম হাপ্লগা থিৎলগা থকচিল্লু।

খকপুদি খকখ্রে। অদুবু ইচোক চোকথৈ। ইন্দ্রিখোয়না মন্থরক্লবদা চারুথক্লবা পুম্বা মতা চাদ্রবদি হু হায়দো হেক্তা মওইবজাৎনি। হৌখিবা মতমশিং কল্লক্লা নিংশিংলগা, ইচানুপানা পীরম্বা পাওতাকশিং ঙাক্লদুনা খোয়দৌ থিৎনা অশাবা মৈশা, কুমজিন কাংলবা কুমগী নুংশাই মৈশা খাঙবা লাক্লবিঙেদুদনি। পেহৌ-পেহৌনরদনা, হোয় মায় শুপহায় হায়দনা ঐগী কাদা গ্রোং গ্রোং চংলকই।

*- খাতোন! ঐ ই শামক্না ই রবনি। হন্দক্কী মতাংসে য়াম্না পেন্দে। হৌজিকমক খবরদা হাপ্ননবা থিল্লুরদৌনি। খাতোন্না অরোইবা ওইনা লোন্দা পুদাসি অমুক্তা য়েংবীয়ু।*

চেনা অমা শৎ পীরকই। উচান মনাগী মোম্পাক মথক্তুদা হিপ্লোই, ফম্বোই তৌরিবা ঐসি, কৈদৌরম্লিনো হায়বা অঙাংশিংনা হায়দনা কৈদৌবগী খঙলমলোইদৌরিনো মা। অদুবু খঙজরগসু সে-মাই করিমত্তা হেক হংদেনে। মাগী হৌনবী মানা মথৌ তাবদুতা হান্না তকশিনলকই। হোরেনবাই নে তারগা ময়ুমদা হনলমদাইদকা হংলমদৌরিনি। শাওনিংবা মতাং থোক্লগনা ফেৎ হাইদোক্তুনা চৎখিদৌরিবা। ওস্থোকপা অঙাংনি।

মপাদু ইমান্নবনি। ঙন্না লৈখিদ্রে; ঐনা ইচাগুম্না লুনা তৌজবনি। *খাতোন-খাতোন* হায়বদৈ হেঞ্জদে। চৈ-থাংলবসু ঐনা ঙাংবদা অমুক্তা চিন্থক্তা খুম্বজাৎ নত্তে। কুইনা ময়ুম পাল্লোই হায়দনা লৈরম্বনি। ঐনা থেম নৌদুনা শিনবীবদৈ, মচা নাওরোন অনি কাখ্রে। মশক খিৎ ফজদে হায়বতনি, লিরী খোইরিরদনা য়ুম্বান-কৈবানদি চেকশিনখ্রে। চৈরাওবদা, চাক্টৌবদা, হেক হেক খুদৈ মতেক অমা মোজাফুরিৎ অমা পুরগা *খাতোন* হায়দনা লাকপা নত্তনা পংনা লাক্কন্দবীনি। মাগী হায়ববু ফিংতক তাই, মীনা লাকচবা য়াদে, সিতনি। ঙসি ফরক তানা লাক্লিবদু অরাইবা ৱাফমদি ওইরম্লরোই। চেদু য়েংই। খুৎইদি হনলমদ্রি ফজখ্রে। মাগী খুৎলৈবী ময়েকসে পাবদসু ৱাদে।

. . . য়ুমদগী থোকখিবদা খাদিগী কুর্তা পাইজমা অমা শেৎখি, ইষ্টি তক্লিঙৈদা মৈ মুৎখিবদগী সৃৎ নানবা হায়বদুদি ওইখিদ্রবনি। ঙকশমগী কুদাম অমসু তৎখ্রবনি। অঙাংবা মচুদগী শিথরক্লবা শউনগী ফিনাৎ অমা তোংখি। কাপ থাখিদবা কুইরবনি। য়েৎ থংবা খুদোনগী অদ্বাইদুদি অনিরক ফোৎখ্রবনি। মখুৎতা ঘড়ী অমা শিখি। ঐইচ এম তি গী চাবী থাবা ঘড়ীনি। ক্বা-মৈখু শিজিন্নদবনি। য়ুদি অঙাংবসু, অঙৌবসু, অতিংবসু, ইথক্তা থকপনি। খৈনিদি কৌতাগীদু ওইনা উম্বনি। তেলিফোন নম্বর ময়াম ইবা দাইরি অমা ওইথংবা থবাক মপাগী ফুরিৎখাওদা হাপখি। অঙাংবা অমদি হিগোক মচুগী মচিন অনি হানবা বোলপেন অনিসু থেৎখি। লুপা ৫০ চৎপী অনি, ৫ চৎপী অমা, ২ চৎপী পুমতোই তোইরবা অমা য়াওবা অমুবা মচুগী অমনবা শউনগী পর্স অমসু কুর্তাগী ওইথংবা ফুরিৎখাওদা য়াওখি।

ফুট মঙাগা ইঞ্চি অনি মখায় ৱাংবনি। লুখমদা খরা হৌবদু নত্তনা কোক্কী অয়াম্বা শরুক মশম হৌদ্রবনি। অদুবু উৎ মচুগী নেহরু তুপী অমা ইথা থাদবনিনা পাক খঙদে। আনোক অমুবা অমা উপখি। মরাইবক্তা থাংনা শোকপগী দাগ অমদি লৈবনি। মহাক্না থোকখিবা নুমিৎতু চৎলিবা চহি অসিগী এপ্রিল থাগী তাং ১২ সগোলশেন নুমিৎ, অয়ুক পুং ৯ তাবদনি। ৱাঙাং-ৱাতাদা থৌগনলোন ৱাহে য়াম্না হাপকনবনি। মমিৎতু মরৌ লৈনা য়েংলগসু রাশি অমদি লৈবনি। নম্বর থাদবা অঙৌবা মচুগী জিপসি অমদা নুপা মঙানা লাক্লগা পুখিবনি। ড্রাইভরদুসু মশক্তনি খঙবা মমিং মথা, লৈফম করিমত্তা খঙদে। ৩/৪ রক ঐখোয়দা মাগা লাকমিন্নবদগী উখিদুনা খঙবগী ৱানি। চৎলমদাইদা শাওরংননা "কেম্পতা চৎলিবনি" হায়রম্মী। লনাই ওইনা শাউনখিবদি লৈখিদে। মানা ঐঙোন্দা শাউনিংবা লৈরম্বদি খঙদ্রে . . . .

ইস মসিদি তহা-তহা পাবা য়ারোইদৌরিনা। মতৈ মনাও ইমুং-মনুং উন্নখিদবা, শাওনখিবদগী হঞ্জিন্নরক্তবগী ৱা ওইদৌরি। শিগুম্বা মতাংসি ৱায়েনবা নত্রগা ঈথিল পীরুবদা য়াম্না লুবা মতাংনি। লেমজফম লৈগন্দে। কোয়নদুনা নুংশিনরম্লগা লৌন লৈনখিবা নত্তে হায়দুনসু মমিৎতা মচা উরবা, চহি ৫/১০ য়ুম লীংমিন্নরক্লবনিনা নুংশিনখিদে হায়রুবদি লানগনি। শুম খন্না-খন্না বেড়ী মচৈ অমা চুপ্লগা মৈখেৎ খেৎলি। ঈংথনা খম্থবা ইতৌ উবদা ঙাইঙমদবগী খ্রো খ্রো খোৎপা মতৌদু, মাগী খুৎফম লাকফম, ফি ইস্তোক-ইনশিন, স্বর খুৎহোন অদুনা ফজনা ফোংদোকই। মায়হিং খর কাজরবসু মদুনা অশাওবগী মমিবুদি লোৎশিনবা ঙম্বজাৎ নত্তে। কনানা কদায়দা তৌবা করিগী কেম্পতনো মানা চৎখিবদুবো। হংলুবা নত্তে, পূক্লিংদা খনবগী ৱানি। মখা পাথৈ -

. . . . মরক্তা য়ুমদা সুপলাক লাকখিদ্রে। শিবা নাবা য়াওদে হায়বদি খঙই। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা ইঙ্গ্লাং ললোনবী ইনেতোনগীদা মনা-মশিং লৈবা তোয়না লাকই হায়। মথন্তা লাকপা নত্তে, সাড়ীকা শেৎপী অমা অনিসু মরক মরক্তা লোয়নরকই হায়। সিদ নত্তে, খবরদা মীতিংগী করিগী ফোতো মরক্তা য়াওরকপা উখিবা লৈখ্রে। টি ভি দসুনি,মচী মরুমদা। মমায়দুদা ইমুং-মনুংগী, লৈত-লায়রগী, লাংতক্লবগী মমি শুপতা তাদে। শেল সিকি অমত্তসু য়ুমদা থারক্তে। কোৎতগী ফৌ তাইথোকপসু মানা য়ারমদে। অৱাংথংবগী ইনেতোনগীদা তেলিফোন্দা

অনিরক্তি ঐবু হংলকখ্রে। ঐগসু অমুক্তি ৱারী শান্নখ্রবনি। সরকার হেক শেম্বগা নুংঙাইরদৌনি, হল্লক্লদৌনিসু হায়খিবা লৈ। কদাইদা কনাগীদা লৈবনো অদুতদি হায়রক্তে। কোন্না খঙলক্কনি হায়। মাগী ৱাতা-খোন্দাদু মরৌ য়াম্না লৈবা মাল্লি। ঐবু ইচানুপা পোক্তে হায়দুনা য়ু-নুং থক্লগা শাউখিববুদি লৈখিবনি। তশেংনা মাবু নুংশিজবী অমনা লৌশিন্দুনা লোইরগা থম্বীবা ওইরবসু ময়েক শেংনা খঙজনিংই, য়েৎচগদবা নত্তে। লৈকাইগী খুনগী সেবা তৌরিনি হায়রগশু মা মহৌশাগা মান্নদ্রবনি, ইম্ফাল চত্তৌগীদা তৌদুনা লৈরকপসি অহানবা সরকার কায়খিবগী অদুদৈনি। . . . .

ইঙকপু ঙকই। করিনোনে মৱা মপাউ ইতা তাদে হায়সিনদি ঐখোয় ইবোহলসি রাজনিতিকাদু য়াওরজাৎ ওইরে। শোয়দেসে অঙাংসে ভোট লেপকে হায়রক্লনি। মীগী শিবা-নাবা, লৈকায়গী সোসিএল সার্ভিস করি করাদা মথ্বাই য়াম্না য়াওই হায়দুনিনে। মসুম্মাইনবু তৌরক্লদি, শুদনা ৱাজাও ঙাংবা, ইৱা ৱাদনা মীগী অৱাবদুতবু চিংথোক্তনা ঙাংলগা মশা-মশানা নুংঙাইনা লৈনবগী বুধি চলাইবা হেক্তা হৌগনবনিনে। ইচানুপী অসিগী শপ্ত মতাসিগা লান অমদি শোইদ্রেসে। লান হায়বু মিসাইল কাপ্পা হৌদৌরেদোসে। করম্নো! পাও ইজগদবা খবরগী লমায়সে, মখোয়গী সিগুম্বসিনা চবাক চবাক্লা হাপ্পসিনা খোয়দৌবু শিকখ্রে ঐদি। কনানবু পাবীরিগদনো। খবরগী কাংবুবুদি শেল মফংলিনি হায়ববু ঐমক্তি ওম্হোক্লা পামদবনি। অদুবু হন্দক্কী মতাংসিদি ঐনকা থিংলুবা য়ারোই। 'খাতোন য়াওনা ইঙ্গিন দুনা শেল্লি বোইরে!' গীত নমদুনা হারকপা ঙম্বীনি। ইচোপ চোপ্নদৌরিনি ইচা-ইমৌগী মমাংদা। ইবোহলমক্লা সি য়ৌরবা! মখা করি ইরিজাৎনো পাথৈ।

. . . ইমুংগী লৈকায়গী অৱাৎপা শিন লাংবা কৈমত্তা হৈতবনি। মাবু করম্না করি ওইনা শিজিন্নবীদৌরিনো! হৌজিক মচানুপী অহনসি য়াম্না কন্না নারে। ডাক্টরনা ওপরেসন তৌদ্রবদি য়ারোই হায়রি . . .

শ্বাই লাউই। পাবা লেপ্পী, হংই

- এঃ কৈনোনে ইবেম্মা, ইশু সনাহলবো কৈদৌরবা?

- মীদা অমনি, খাতোন! মনা নিক্কদবা জাৎ নত্তে! নশুদু কৈদৌদে ...

ভাব পোপ হেক তাই। ইরাংসি য়ক লাওরবজাৎনি। মসিগী নুপীমচাশি ওখাক মনুং কনবনি। মানা সি য়ৌনা পাংথোক্লবা হোৎনরক্লবসিনদি মাগী খাঙবা ঙম্বগী পনখৈ অদু শোয়দনা লাম্থোরক্লবা হায়বদু ওইগনি। মখানা করি ইরিবা?

. . . .ইচা অনি অসি ইথন্তগী নত্তে। অমমম কোন্নসি। তেলিফোন্দা অনা অয়েক হংনবনকাদি য়ারোই। নাখৈ শেংনা-শেংনা হায়দোক্লসি। ৱারৌবা শাওবগী ৱা করিমত্তা লৈতে। লৈবাক্কী কখোককে হায়রগদি, হান্ননা শেংদোকপীরম্মু। মন্ত্রি ওইরকপা য়াবা অমগীদমক্তি হায়দুনা নুপী অঙাং পুন্নমক কাওথোক্লল্লগা কৎথোকপীরিদু মথোং হুকপা থবক নত্তে। মী খ্বাইনা তৌনৈ হায়রসু মদুগী চৎনবীদু ঐনা পামদে হায়বগী রাইট লৈ। অদুনা হৌজিক ৱা ঙাংনগদবা য়াম্না লৈ, হল্লকখিদৌবা ওইরদি তাং ৫ ফাওবগী মনুংদা হনবীরকউ। মতুংদা হল্লকপদা খুদোং চাগদবা মান্দে। পুবিখ্রিবা অমদি পায়শিনবীরিবশিংনসু মুন্না খনবীয়ু। ফবা ফত্তবা নুপাদো ঐগীদি ইপুরোইবনি, মিৎনা উবা লাইনি। অদুনা মিং পনজদ্রবনি। খিত্তং হায়নবদা খঙনসি। হৌজিক্তি নরমদমসু লৈঙাকপা ঙমদ্রদুনা সরকারদো উৎ ওনলে হায়বা খঙলে। ইমুংসিশু তাং ৫দগী ঐনা থোকপা তৌরগবনি। কনামত্তনা খূৎ থিংজিনবীরকপা য়ারোই।

নিংশিংজরিবী

য়ুম্মুরেম্বী থাজমানবী, পুরুকসৌবী মখা

- খাতোন! মথক্তা করি ইসিগে! হায়'দি মমিংসে?

- ইবেম্মা, নংগীসিবো হাপ্তবা ইয়া য়াররোইদ্রা?

- হাপ্তবা য়াদ্রবনি খাতোন। ঐখোয় লৈকায়দুদা রাজনিতি তৌরিনি হায়দনা থবক মনা অমত্তা শুদবা কাংবু অমা লৈরি। মদুদা মাসু য়াওরে। অরেম্বা খরা চারগা ৱারেম-থৌরেম, ৱানোম-শিংনোম তৌদুনা মন্ত্রি এম এল এ গী কাটরদা শ্রু শ্রু নৈদুনা লৈবা। মখোয়শিংসি পারা অমা তম্বীদ্রবদি শেঞ্জা-থুমজা, লৈঙাক-সাসন পুন্নমক নোংম নোংমগী মশক থীরক্কদৌরি। মন্ত্রি নুংত্রিকাসে খাতোন

মখোয়গুম্বসিনা পুমঙাও হেক ঙাওহনবনিনে। চনপ-খোইনপ্নবৈ কাংবুসে, নুপী ঐখোয়না পাডা তম্বীবা হৌবা তারে। হায়বীয়ু খাতোন মমিং করি খোনদোইনো, ঐগীসিবো?

- করিবু খোনগবনো . . . সে সে ইশম শম্না 'হনবীরক্রো' হায়বা যাই। মসিনা ফরে।

- চৎলগে খাতোন। ইকাওবু কাওই, খাতোনদি কৈশু থোইদোকপা না-যেক তৌদবা নত্রা?

- তৌদ্রে তৌদ্রে। চানিং-থক্লিংবদি পোক্ত্রি।

- হোরেল চংলক্কে। থেংশ্রনি। ঐ প্রেস ফাউবদা য়ৌরুখিগে।

শমদোনদো লৱাই-লুতোন ঙকয়াগী শম্বুলদুদৈ লীখৎহল্লিবদো, ফেৎ-ফেৎ তৌদুনা চৎখি। ওম্ভোক্লা লীরি খোইরিরম্বনি। মসিদনিনে ঐনা মৈতৈ নুপীগী মরমদা খঙগদবা য়াম্না ৱাৎলি হায়বিসে। নুংশা মরকসিদা অসি য়ৌনা হোৎনরিসিনদি ইচম চম্বা প্রোব্লেমদি ওইরোইসে। রাজনিতিৱালাশিংসিনা য়ুমগী অমদি ইরমদম অসিগী নুপী অঙাংশিংদা পীরিবা চৈথেং অসি জাৎ-জাৎনিকো।

# খুনবা চৎলুবদা তাহৌবা

শুম শুম লাপথোক্লবগী মতীক কাওথোক্লবকপা হায়বসি ওইথোক্তবা নত্তে। অদুবু লাপথোক্লিবগী মতিক নীংশিংবা হেঙ্গৎলকপসিমক্তি ঐঙোন্দা ফনা ফজনা থোক্লে। লৈবাক খুন্নাইগীদমক শোয়দুনা নৎত্রগা চুমত্রিক চুম্না শিদোকখ্রবশিংবু খক হিংথরক্লিবা মীয়াম্না শমথ শমথদুনা নীংশিংনবসিনা অতোপ্পা বাফম অমনি। মসিমক্তি হেক নত্তবনিনা চিনবান নাতে কাংলুবসু হেক ময়াদ্রি। নাতৈনা চাদ্রিবসু  ফনা কন্না নীংশিংদনবা হায়দুনা চেন চোংদুনা, লাঙথোক-নুংঙাইথোক্তুনা হোৎনরবসু কাওরো হায়বসিদদি ইয়া য়াদে, নীংশিংদুনা অশুম লৈরে। করিদি উপাই লৈ, অসুম্না কাউবা য়ারোই হায়বদি মতমদুদা খনখিদেদো!

ওখাক কুইরে। খুল অদু থাদোক্তুনা লাকখিবদু। নোংমাইজিংনি। মালেম পুম্বগী ওইবা শুপকাও কাওনররোইদবা ছুটি নুমিৎনি। মমাংদা কয়ারক হন্না খুল অদু থাদোক থাদোক্তুনা হল্লকখিবা য়াওখ্রবনি। তোয়না চৎলম্বা, লেক-চাদুনা হিংমিন্নরম্বা তাল্লপ তৌবা চীক্লবা চীংয়াগী খুঙ্গং অদুগী মমিবুদি থম্মোয় লায়ুমদা ওম্থোকপা মওং অমদা তাদুনা লৈরি। মতম চংনা খূৎ-শা, ইয়াও য়াওদনা থম্মোয়খক্তুনা থম্মোয়দা য়েকশিনজখিবনি। ইনশিনলকপা, হায়জরকপকা শুপনৎ নত্তে, মালংবগী শহুমলক্তা মদোম য়াওরকপা ইথিলননি হায়বসিবুদি চিংনবা লৈতনা ইপূক্লিং অসিনা য়ানিংই।

ইহাং হাংদবা খুলনি। তোঙান তোঙানবা হৌরকফমদগী মান্নদবা লোন অমদি চৎনবী খেন্নবশিংনা পুন্না হিংমিন্নরক্লিবা মফম্নি। অদুবু খিৎ হান্না খুন্দা লৈতারম্বা ফুরুপ অদুগী লোন-লি, থাজবারী খো-খোৎপদা নৌনা লাক্লগা খুন্দারবা মীনৌশিংদুনা লুপশিন্দ্রমকসু থাজবদি চেৎনা থাজে। থাজমিন্নদুনা

হিংমিন্নজে। হেন্না নুংঙাইরীবদি অরী-অনৌ য়াল্নিন্নরবা মীয়াম অদুনা মালেমসিদা খ্বাইদগী চাওখৎলবা পুন্সিরোল অদুগা নক্না চৎচনবা য়াম্না থৱায় য়াওনা হোৎনবদুনি। অমুক্কা হেন্না পূক্নিং চিংশিন্নিংঙাই ওইরিবনা অদুক কনখ্রবা অওনবা অমদি অহোংবগী লমজেন অদুগী লমজেনলোয় ওইরিবা খুঞ্জাশিংদুনা মশানা মশাবু মশক খঙজনিংলকপগী য়েন্নিং অমদি অদুম হুন্দুনা লৈরিবা অদুনি।

মথোং মরম অমা খঙগুমসু তৌ, খঙদগুমসু তৌ, থৱায়না খোয়দারুগুম তৌবদৈরা খঙদে, শিরোই-নারোইদবা মফম অমা মালেমসিদা ফঙলবদৌনা ঐদো খুলদুদা য়াম্না নে তানা লৈরকখিবনি। লৈরুরিবদু শাইদাংদুনা লৈবমক্কি, অদুবু শাইদাংলিমাগ্নে হায়বসি করিগুম্বা খুলদুগী থৌদোক কুম্মৈদা হেক হেক কাওথোকখিবা য়াম্না য়াওখি। কয়া কোয়জদ্রবা ইচাগুম্বীশিংদুনা "- য়াইকো! য়াম্না মাগ্নেকো" কা হায়রকপা মতাংগুম্বদা তাঙজদুনা হিংলিবনি হায়বসি ময়েক শেংনা শেংনা নিংশিংলকই।

পাঙথোক্লবা লাকখিবা থবক্কী পান্দম তম্থায় ফানা লোয়রকপা মীৎকুপ অমদা য়ুমদা নৎত্রবসু খুল অসি থাদোক্তুনা চৎলদৌনি হায়বসি য়ং-য়ং লাওনা মায়-মীৎ ঙাংবমখৈ খল্লকপা মতাং য়াম্না তোয়না থোকচিনলকই। মদুসু ইনাক্তা খ্বাইদগী নক্না লৈজবী, অদুগা মনাক্তা নক্না লৈরিমখৈ ঐগী মানবী অমখক্কী *ওইদ ওইরাংগী থবক্নি* হায়বা ৱাহৈ অদু হেক হায়রকপদনি। ৱাহৈদু মাগী হায়জগনবী ৱাহৈনি। মী তাদনা, ইথম্তনা তাননবা হেক হেক হায়রকপা খুদিংগী ঐ ফুক ফুক হৌগৎতুনা চৎনিংখি। মরমদি মানা ওইদ ওইরাংগী থবক্নি হায়রিবসি ময়াম খঙনা পাঙথোক্লিবা থবক অদুদি নত্তে হায়বসি মাসু ঐশু খঙনৈ। ৱাফংনদুনা ঙাংনরুম্বগী মতাংদি ইচা হেক চাদবনি। হৌদোক্লবগী তাঞ্জা শুকফং ফংদে। মদুদা থওইনা ফংননবা তাল্লুগেসু খনখিদবা, মদুনা ওইম্বসু য়াই।

নোংমা চৎখি। য়াম্না শাথিবা ফিরেপ অমা চপ য়ুংনা লৌদুনা অথেংবা অহিংদা। করিবু কান্নরুগবনো পূন্নমক তোক্লগে খন্দুনা ইমুংদুদা, মথি করিমত্তা ফোঙলমদনা ঐ থোরকখিবনি। হায়ফম থোকপা অমবুদি হায়রম্বনি, তাবীনবসু লৈহৌই *"ঐ চৎলবনি।"* মদুদা তাহৌরিবীদুনা হংহৌই, *কদাইদা কৈদৌবা?* খুন্নম্বা নংদে। ফিয়োম মচাদু পায়দুনা ফেৎ হাইদোক্তুনা থোরকখি। স্কুল য়ৌনা থিনবীগদবা গাড়ীনা থোঙ্গালদা হোর্ন খোংদুনা ঙাইদুনা লৈরবদা ফুরিৎ কুদাম

ওন্ন-তৈননা পান্ন-পান্না চেনথোরক্লিবা কেজি তম্লিবা অঙাংগুম পেরি, পেরি তৌদুনা অমম্বা মরক্তা ঐহাক চপ চাবা লমথুং অমদি হেক ফিরেপ্পদবমখৈ খুল অদুতা থাদোক্লম্নগা লোইরে খন্দুনা চেম্ছোক্লকখি।

করম্না লৌখিবা খুদোংচাবনো খঙদে থোঙ্গাল ৱাংমা হেক য়ৌবদদি মানা ঙাইদুনা লৈরম্লে। এঃ করম তৌনা মানা অসুক থেংবসিদা সিদা লৈরম্লীবা! ঐ পুমঙক ঙকই। *"কদাইদেনো নঙনা তৌরক্লসিনা!"* শৎ হংদোকখি।

*"নঙ লৌবা লাক্লিনি! নমায়দো উদবা কুইরবা। অদুদা কয়াম ফজরিগে য়েংগে' দনা লাকপনি। লৈহৌখিদ্রা চৎলদোইরা?'* মোমোন নোক্লপ মচিনবান চিক্লি চিক্লি তৌনা খুম্লকই। ফনা মম্বা অহিংনি। অদুবু মাগী মখজায়, ৱাঙাং খুদিং কুৎশিনবীদু (দিম্পল হায়ব্রা অদো) উই। ইথন্ত চিনবান কাংথোক্তনা খম্লি করি নুমিৎনোনে ঙসিবো। খুমদবদি য়াদে, খুম্মী

- কৈনো, ঐসু চৎলগে হায়দনা থোরক্লবনি।

- কদাইদা - ?

- খঙদে। অদুবু খুলসিগী ৱাংমদদি থোকখ্রদৌনি।

- ঙম্লদ্রো?

- এঃ ঙম্লনি হায়দনা থোরক্লবনি, কৈনো?

- য়েং তারেদনা, নঙনা নুপা ইথোক থোক্তবসিদা থাজদবা। ফরে ঐখোয়দা লেকখ্রো। ঙম্লি ঙাইহাকসু কোয়মিন্নরুখিসি। নঙবু থাবল চোংবা য়েংনিংদ্রা? চোংমিন্নরুসি হায়রসু য়াই।

- অসুক মম্বসিদবো,

- অঙাওবসিদি। ঐগা চৎমিন্নবদা অমম্বা লৈরোই। কয়া কুইরে, নঙদি নোংমতসু ঐখোয়দা লাক্তে। নহাকপু লাপ্পা উবসু নক্লা উবসু য়াম্না য়াওখ্রে। অদুবু অহলশিংগা লোয়নবনিনা ঐনা হৌরুবা ঙমদবা। ঙসিদি ঐগী নুমিৎ ওইরেদনা! ঐগীসু শরুক থুংলে হায়বা য়ারে।

- ঙাইখোনে! নঙবু কনানো! খঙখিগুমসু তৌই। ঐদি ঐখোয়গী ইচম্নুপী আ সোনিয়া ওই রবোই নিংলুরে। নত্তমাল্লেদা? (নিংজিং মাংজিংনরকই)

- নত্তে। সুম চৎমিন্নরগা খঙলক্কনি। ইস, কয়াদা নুংঙাইরবা! নঙগা অসুন্না চৎমিন্নবসে। নঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবা মী ওইবসিননি, ননাক্তা মী অমা নৎত্রগা অমা ইরোইত লোইনদুনা লৈরিদো। অসুক কুইবসে ঐ নথন্তা অচিকপদা থোরকপা ঙাইদুনা অসুম লৈরকপনি। যেংঙো, ঐ ৰা অমত্তা হায়গেনা!

- হায়য়ু। সৎ সৎ হায়রো, ঐ চৎলদৌনি। (চয়েৎ খোয়েৎনরকই খন্দুনা শাওখি। মশক্তু চপ চানা খঙবদি নৎত্রে মহাক অদো। অশাওবা ফাথবা ওইনা মখা তাই) অসঃ মম্মু মমখ্রে! মৈসু অমত্তা হেক য়াওবক্তে।

- মমসনু। নশানবু য়ারবদি পুমঙান ঙালহনবীগেনে। অদুবুরো ঐখোয়নি লৈমিন্নরসি। খুলসিগী ৰাংমদা ইতোমতনি লৈরীবা। খুল অপুম্বনা ঐগী চাকথা পিরীবনি। মখোয়নসু লুনা তৌজবনি। ঐনা মখোয়বু নুংশি। নঙনসু মখোয়বু নুংশিদনা লাক্লিবা নত্রা, খুলসিদা তোয়না তোযনা। অদুদি মখোয়বু নুংশিজবা ঐখোয়নি লৈমিন্নরসি হায়বসিদা নঙনা য়ানিংদবা লৈরোই নৎত্রনে?

- করিনোনে। নশক ইফ হেক ফজরদনা। অদুবু হায়বা য়াবা ৰারো? খুলসিদফাও চানিংঙাই চেঙ, লৈনিংঙাই য়ুম লৈরক্রে, ওইদ ওইরাংনি হায়দনা ইম্থোকপীদৌরকাম্নিদা, অমুক্তসু উন্নদ্রিবা নঙগা, অমুক্তসু খঙদ্রিবা মফমদুদা কম্মাইনা লৈরুদৌরিনো?

- অদুদনি নঙসে নিপা থোক্তে হায়রীসে। সে চত্তুম চৎসি।

- হুম, কদাইদনো।

ইখুদাং পায়দুনা চিংখি। কিলো নিফুমঙাতমক লুম্বনিনা মপোপ মতাং ফবী, ৰাং চাওবীদুনা চিংবদুদদি ঐনা করি উপাইদি লৈগনি। বারুনী কাবনি হায়য়ু, লৈশাবী খোংগ্রাও শেৎপী কনাগী পেটি পায়দুনা য়াল্লুনি হায়সু নত্তে। অমরোমদা মোন মোন লাওবা মখুত্তুনা তাপ পায়দুনা চিংবদুদদি, মালেমগী ৰাংমদা, অপসরাগী লৈকোন্দা হাইনা হুন্না ঙাওশিনমিন্নবদু মঙাই। চপ য়ুংনা খনখি। 'ৰা য়াম্নদবীদা মানা হায়রিবা মফম অদুদা চেক মোক লাওদবা মখৈ লৈদুম লৈরুরগে কনামত্তগী থবক করি অমত্তা তৌররোইদা।'

তুংলোমদগী ঐবু কৌরকপা মিরবা খোঞ্জেল অমা তারকই। ঐখোয়নিমক চপ লেপ্পী। ঐগী ইখুৎ মানা চেৎনা পায়শিনবা হেঞ্জিনলকই। হুন্না য়েংবদা মশম মনা ফারপ তৌনা, ঐনা ইচে কৌজবীদো, ইমুংদুগী অঙাং পুম্নমক্কী ইচেদো লেনটর্ন অমগা শাজে অমগা পায়দুনা থোরকপা উই। ম-ক

ঐনা লৈরিবা ইমুংদুগী নিংঙোলনি। মঙোন্দনি ঐনা চৎলগে হায়রম্বা। খঙখিবী মাল্লগা চপ-চানা খঙদ্রিবী অদু তারমগনি, ঐনা শোম্বাংননা হায়দোকখি, "তৌরদৌনি। চৎলগে হায়রমক্তদা য়েৎখ্রপোৎনি" । ইখূৎ পায়রিবীদুনা মরোল অমা তকশিনলকই, "হনখিবা য়ারোইকো, নুপা থোকউ।" অশোমদনা মরোল অমা ইচেদো ঐখোয়গী ইনাক জর জর নকশিনলকই।

"- হুমঃ কৈনো তৌরিসে। চৎকে হায়রসু নোং ঙাল্লগা চৎলুদনা। লাকও য়ুমদা চঙলসি লাও।"

ঐ' মঙোন্দা অমুক য়েংই, অমদুদা অমুক য়েংই। মৈঙালদুদা খুদাং পায়রীবীদু মশক উদ্রে। 'করিনেগে সিদি। অমম্বদা উবা, অঙানবদা উদবা। হেরা, অমম্বদা অদুক শেংনা উরম্বীদুবো।' তশেংনা ঐ ব্রা ঙাংবা কাওই। চঙক্লরিঙৈদুদা ইচেনা য়েৎকী ইনাসি তাপ পায়রগা শোরো শোরো লাক্তুনা চিংই। খুদাং পায়রম্বীদু কমদৌনা কদোমদা লোৎখিবনো খঙদ্রে। ইচেনা তাপ পায়রকপদুদা মহাক্কা খঙথা থাদোকখ্রে হায়বদি ইশাদা ফাওই। মশক্তনি উখিদবা। 'মদুগী নুপীদুবু কনা ওইরিগবা!'

কালেনগী নুংশা হাইগৎলকপদা মীরৎ নারক য়েংলগা পুখ্রিদা চুপ চুপ লুপ্তুনা শান্নরিঙৈদা ইমানা ফৎ থোরক্লগা ইনা পায়দুনা চিংলগা চোৎলবা ইনমগনদা শাজৈদুনা শেৎ-শেৎ কন্দুনা চিংবদুগুম্বনি, ইচেনা ঐবু কা ফাওবা চিংশিল্লকপদু। ইচেবুসু শাওনিংই, অমদুবুসু শাওনিংই। নুপা থোক্তবা ঐ ইনাও নুপাগী ফমুংদুদা লোংনা হিপ্তুনা কপ্লিংবা খাঙই।

"অসঃ তাইমোসি, মহৌশাগা মান্নদে। সে মসি থকচিল্লু, নুংঙাইনা পোথারো, হয়েং ঐগা পুন্না চৎমিন্নরসি। ইনাও নুপানা হিদাক য়াওবা ঈশিং গ্লাস অমা পিরকপদু থকচিল্লি। খৌগংনরম্বা খৌনাওসি চোৎলে। শ্বর চনিং তানা হোল্লী। ইচেখোয়না নুপা থোক্তবা ইমায় অসি য়েংলগা ওইরমগনি থিক থিক নোকথখিবদো। কয়াম কুইনা নোকহৌবনো খঙদ্রে। মিৎকপ থোরকপদা ইচিন ইনাওতমক ফমুংদুদা তুন্নম্মী। কাম্বল থাদরল্লে।

ঙসিদি ইচানুপা লমহেনবদু কোন্দুনা তুম্লি। ইচাগী মথোঙ হুক্তবা নিংঙাই, খুম্বা ঙমদবা ব্রাহং অমদি চকৃ কয়াদু লাক্লবদা চোকথরবা হকচাংশিনা ফমুংদা লোংনা হেক তাবা মীৎকুপ্তা, করিগুম্বদনা মঙলান্দা নুমিৎ অদুগী খজাই কুৎপীদুগী নিংঙাই অমদি ওইদ ওইরাংগী থিক থিক নোকপা মীনোক

ইতৎ হেক তত্তনা উবক্লি। নুংশিকবা খুঙ্গংদুদা লংথোকপীদৌরবা লৈমন খববুদি খুনজিন্দুনা মফম চানা শিন্নবল্লে খঞ্জবনি। অদুবু ঐঙোন্দগীদি করিনো হায়দোকপা ঙমদবা পোৎ অমদি খুল অদুদা তাহৌরিমাল্লে। হৌজিকসু হাযদোকপা ঙমদ্রি। মতিক চাবি কনাগুম্বীনা খুঞ্জিনবীবগা চেকশিন্না থম্বীরম্লদি লাইবক ফখ্রনিদা। অসিমদি খঙই খুঙ্গংদুগী নিংঙোল পুন্নমক পোৎ চৈ তাশিন খোমজিবদি মচু তাখ্রপোৎনি।

# খুম্ফম খঙদ্রবা ৱাহং

অঙাং ওইরিঙৈ মীৱা য়াম্না তারকই। অপোকপা অপোকপীনা চৈরকই। ৱাশা শাজৈনা শান্থরকই। দাকফম লৈবদি নত্তে, লিংজেননা ফৎত্রিবশু মহানি, মশক উদবদা লৈঙমদ্রিবা মখোয়না মচাবু ফহন্নিংদুনা ফুখিবদু কাওদ্রিনে হৌজিকশু। মদুদা নত্তে, ওজানা শম্বল্লে মশানা য়ৈখিবা, ফান মথক্তা খোঙ নাম্মতনা লেপহনখিবা, মদুশু পারা ফাদবগী নত্তবা নুপীমচাশিংগী মকোক্তা হমেং শম্পকপী মহৈনা থোম্লুবগী, মীনা লেপ্লিঙৈদা মীগী ফম্ফম মপাদা কলম মখুম য়ুংদুনা থম্লুবগী, ফান মখোঙ থুদেকলুবগী জাৎ জাৎনি। অদুবু অশুক হাক্লা কাওগনদ্রেদি হায়ববু লমন খুন্নিংবগী ৱাখলদি পোক্কে হায়দ্রদনা হনুরবা ওজাশিংদু ঙসি উবতদা খুরুম্নিংই, তশেংনা খুরুম্মী। মখোয়দু ওজাদা ওজা হায়বদু ওইবা তাই।

ঙসিনা চহিসি কুনথ্রাকাইদুদি শুখিবা কুইখ্রে। অশেংবা হায়দোক্লিংদ্রে। অদুনা মীৱা মৈশা লাংবসি খর হন্থরক্লদরা হায়ববু হন্থদে। মীনগা মীজাও মীশাং হায়বদুদি ওইরমদ্রবনিদো, তিন্নরুবা ফংই, ইথক্কী অহল ঙাক্তা ; হৌজিকশু পাউখোন শিফম অদুম ওইরি। শন মমৈমক্ত ওইরবশু মতু কোক্লবা মমৈ হায়বমক য়ারবনি। অদুমক্তদা হেক ইল্লুদবদা মীৱা তাথরি। চৈবিনবা ৱাৎপা লৈতে ... নকোক্তু য়াওদে, কদাইদা তল্লিবা লাইরিক্লো অদুক পংলিদুবো ...! মসিদা নত্তে নংগী চহি মতাংসি মীদি ধমাদ ময়ুম মকৈ পান্নবদা নত্তে মশক নাইবা মী ওইবা য়াওখ্রবনি। নঙনা প্রাক্তিকেল অশুক য়াম্না ওইদবসিবু কমদৌরিজাৎনো? .... ওস্থোক্লা মেচিওর ওইখিদ্রে। খন্থবা য়ৌদে। য়েংবশু হৈতে। য়াম্না ৱাৎলিবো। নঙসে য়াম্না পঙলিনে। ঙাংমন্দনা কনানা কদাইদা করি হায়রক্কনি হায়বসিমদি চিনফা পুরবনি। মমায় য়েংবদা, মচিন খিত্তং

কাংথোরকপদা হায়রক্কদৌবা ৱাহৈ-ৱাতা ভাবনা লাকশিনবা ঙম্লবা হায়বদুমদি ঐ ওইরবনি।

নোংমতা *নঙনা তৌবসি ফৈ* হায়বা ৱাহৈশি না পঙনি তারক্তরি। ইথন্ত ইথবাক্তা খুত্তুম্না শুবা কয়ারক য়াওখ্রে। মদুশু নারগা অদুম মতোকচৈ। অদুমক্তদা *মসে শাওরে* ফাওবা হায়বিবা য়াওখিদে। কৈদৌরগা শিংগদগে খনবদা পুম্মম অদুম মম্মী। তাইবং অসিদা মীনা হেক উবদা অশিংবা মান্না উহনবা ঙমজদবা ঐমুক পঙবসি লৈবুদি লৈরমগদবা মান্দে। নুংশিরুবা নুপীনা ফাওবা পাঙদে নুপা মান্দে নুপা থোক্তে হায়বিখীবগী মথক্তা ইখাগী অঙাং খুদুপ মরি শেৎপীশিংনা ফাওবা পাঙদে হায়বশিমদি অমা অনিদনা হায়খিবা নত্তে।

হন্দক্তি থৌনা লিংজেল ৱাখল পুন্নমক ফুদোক্লবনি। করি, নোংমদা পোকপা মচানা নিনি শিবা হৌনব্রা। শেল-থুম মীচং শঙ্গনগী ৱাশু নত্তবা ইপুক্লিংনা খঞ্জবা নিংজবদুবু পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি বুদুনি, ঐ য়াজবা তাই। অদুনা বুদু ওইদনবা কন্না হেক্তা মহোৎনরে। পাওদি ফাওনদ্রি। মতাংদ্ হয়িংখোই নত্রগা কুরাকলা অমদি তশেংনা চপ য়ুংনা ওম্নিংলকপগুম্নকাসু ফাওরকখ্রিপোৎনি। ঙং-ঙংদুনকা পাইরগা শাথেক শাহুম্না পুক্লিংগী ঈথিল পুন্নমক ফোঙদোকপা ঙম্বা হায়বদু খঙওই-খঙওই ওইনিংলকপগী ৱানি।

মোরেগী অয়ুক কৈথেলদা অমদি নুংথিলগী কৈথেন্দা মা হেক্তা লৈরম্মী। নোকমি নোকমি, পোৎ লৈবশু নত্তবা ঐবু হেক্তা য়েংলকই। ইথৌ নত্তনা ইথৌগুম ঐশু মফমসিদবু লাক্লবা কৈথেল মতমদা, কৈথেল মতম লোইদ্রিবা ফাওবা পোৎলক্তা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈ। মরু ওইনা মাগী মমাংদো ফাওদুনা খিৎতি তোয়না মচৎলে। খরকা লাপ্না চৎপীবা নত্তে, মাগী হেক মনাক্তা লিপৎ-লিপৎনি চৎলিবা। কাইনথংদদি উন্নমন্দুনা খঙনরে। ৱা ঙাংনবদি নত্তে। কৈশু নত্তবদা মৈখেৎ অমুক লৈ, খোঙ মোজা অমুক লৈ, চিনবান শংননবা লিপষ্টিক অমুক লৈ ... চন্নফমদি লৈতবা পোৎ ঙাক্তনি। অদুমক্তদা মমাংদা লেপ্পা ফংলগা লোইরে খন্দুনা শুম লৈবনি। তৌবতবু মমল পঙয়াম য়ামদবা পোৎ খন খন্দুনা লৈ। নুংঙাইজরিবশি মীনোক অদুনি। মীৎয়েং অদুনি। ৱারী য়াওদে। ৱাহৈশু খজিক্তনি ঙাংনরিবা '- ব্রম্মা ফিফটি ! - ইন্দিয়া ত্বেন্টিফাইভ? - থার্টি ! - ত্বেন্টিফাইভ ' বস লোইরে। য়ান্নবগীসু নোকই, য়ান্নদবগীসু নোকই মঙক হাইদুনা ...

অঙ্ক মশীং ঙাক্তনি। ঐখোয়নিগী পূক্লিংদা ফাওনরিবা অমদি উৎনরিবা ঈঙ্গিৎ অদুদা ইথন্তা খল্লকই। ঐনা নঙবু নুংশি, ঐখোয় অনি লৈমিন্নরসি হায়বসি অঙ্ক ময়েক্লা ফোংদোকপা য়ারমদ্রিবসিমক ওঙ্থোক্লা পেন্দে। বর্ম্মা লোন তম্বগী লাইরিক লৈদুনা পারুই। অদুবু কৈদৌনি মানা খুম্লকপদু করি হায়রিনো অমুক খঙনবা হোৎনবদা লাইরিক ফাক্লবগী ফিভমদা লাকপা য়াই। কুইরক্লিবা মতম অসিগা হায়রুরদি ব্বারীসি পন্দোন য়ৌনিংচিৎ য়ৌবা য়ারবনি। অদুবু মচিন মৈ মুদ্রিবগুম্বনি। ঐনা তম্লুরিবা লাইরিকশিংদু নোংপোকথোং অশোমদদি চন্নফম করিমত্তা হেক লৈরমদ্রে। কৈথেলদুদা হিন্দি ইংরেজি, ইন্দিয়াগী বি এ, এম এ না করিমত্তা ব্রেং-ব্রেং ঙাংলুবা য়াদে হায়বদি লৈতে। লুরিবসি খঙনবোইদবসিনি।

নোংমদি মিঠাই অমা পীরকই, বর্ম্মাগী মিঠাই। মানা। অদুগুম্বা তাঞ্জা অদু নাম্থোকহনবা য়াপোৎ নত্তে খন্দুনা ফৎ হায়খি - *আই লভ য়ু শো মচ!* তস হায়খ্রেদনা। মপুনা চৈ থাঙ্গৎপদা কিদুনা কুম্থরবা হুইনাওগুম নৌথবা য়াবমখৈ নৌথদুনা ইমিৎ-ইনা তুকথরদুনা য়েংজে। হায়দোকখ্রবা মতুংদা । 'মা ইংরাজী লোলসিদা অতৈমক খঙদ্রবশু মসিমদি খঙলম্বা য়াইনা। অদুবু মা করিমত্তা খুমলক্তে। তৌবতবু কৈদা অদুদি য়ানিংদবা উৎপনি হায়না ঐনা লৌজে। মানা ঐঙোন্দা ফোঙদোক্লবা ব্বাহৈ খঙদবা শোয়দনা ওইরমগনি। মতুং তারকপদা ঐনা মঙোন্দা ব্বাথ্বৈ ফি, ফনেক ময়েক নাইবা করি করা মরক মরক্তা পী । মাশু অদুম মরৌই। শেৎপা হৈত্রগা ফদি ওইগেরা, পর্দা ওইনগেরা অমা ওইনশনু। পিরীবসে ঐগীদি করিনো খরা ফোংদোক্লিবনি। ঐনা পীরিবসি মানা ফদি ওইনবা ফি লৈরম্লোই হায়না পীবদি নত্তেদনা।

নুমিৎ অদুমদি মহাক ফনেক ময়েক নাইবদু শেৎলকই। ফুরিৎতি জিনসকী জেকেটনি ইথা থাজরুদনা মদুদুম ফনা ফজেনে। পোৎশু ইয়াম য়াম্না পুরক্তে। নুংথিল কৈথেল খম্লকপা অদ্বাইদা পোৎ-চৈ শৎ য়োমশিনলম্লগা ঐ উবদা ফুক হৌগত্তুনা থোরকই। ঈঙ্গিৎ অদু ভাবনা শাগৎতুনা ঐনা মতুং ইন্নখি। নুপীনা অশুক থৌনা ফরক্লদবু ঐ শোম্থরুবা য়ারিবরা! হোতেল অমদা চঙমিন্নরগা হোতেল মপু অদুগা করিনো খরা ঙাংনখি। অদুগা টেবল অমগী অকোয়বদা মায় মায় ওম্সিন্নদুনা ফম্মিন্নরে। ওঙ্থোকপা পুক্সিগী মহাও হায়বদুনি।

- নঙ কষ্টমলা?

- নত্তে।

ইমাইপেম্মা মৈতৈরোন ঙাংলকইনা। শ্বাই লাওই। মখা তানদি ঙকপিদে। ভাব তারকই, ও মহাক কারবারীনিদনা। মদু খল্লকপদগী ঐশু অচা অথক অদু চাবা হৌরদুনা ইকাইনা হায়খি

- নঙবু ঐনা য়াম্না নুংশি। শিনফমদু থাদোক্লো। ঐগা লৈমিন্নরুরশি ইম্ফালদা।

মানা খুমদোরক্লিবনা

- ব্রর্ম্মা ! - চা-কফি? - ইয়া য়াই।

ঐনা পংঙাং ঙাংই। অদুবু মানা খঙবা মনিপুরীশি খিত্তং ওইরমালে। অদুবু মাগী মায়থোং অমদি ঈঙ্গিৎশিংদু ঐগী খঞ্জরিবসিগী ব্বাংমদা খক ওইরমলোই খল্লী। পুক্লিংসিনা ওইরমগনি খল্লুবকা শঙদে। চাবা থকপা লোইরগা মানা শেন শৎ থিখি। মখুদাং পায়দুনা খামলুই, কম্থোরকই। মপাঙ্গল ওখাক কনবজাৎনি। উবদদি কয়াদা থোৎ নৌনা উরিবা।

- টুমোরো, সি মোর্নিং মার্কেট।

- য়েশ।

- ফনেক ব্যুটি মি?

- ভেরি নাইস।

মখুদাংদা শিরিবা ঘড়ীদু য়েংলগা হোবে হোবে চৎখি। করিমত্তা হায়বা নংহৌদে, করি লোন্দা হায়সিনো খল্লিঙৈদা। তকশি শোন্দুনা ঐ ঐগী ক্বাটরদা হল্লকখি । ফম্না ফম্না নাউন, প্রনাউন খক্তনা শেম্বা অনৌবা ব্বাহৈ পরেংশিং অদো নিংশিং নিংশিং পঙনুংদা নুংঙাইখি। মহৌসা *ঐগী মনবী অমা লৈ* হায়বগী ইংরাজী ত্রান্সলেসন্দা ঐনা 'মাই কাউ ব্বান এম ' হায়রুবগী ওজা তোম্বনা য়ৈখিবদু হৌজিক্তা নোক্লিংলকই। ইবেম্মদু ঐনদি য়ৈরুবা য়ারিবরা? ঙাংনলোন খুদিং ইবদি য়াদে হায়বসি মতমদুদতা ভাব তারকই।

মহাক্না বর্ম্মিজনি। ঐনা ইন্দিয়াননি, তৌবদি মনিপুরী, হেক লোন্নরিবা খুলগী পাখঙ। নুংশিনবদবুদি য়ানরে। অদুবু লৌন-লৈনবসি ইয়া

য়াববোইদরা? কনাদা হংনি, কনাগা তান্নগনি। কাইনথংদা খল্লকখি, বর্ম্মাদা নোংমা নিনি হেক লৈবা, মনিপুরদা নোংমা নিনি হেক লৈবা চেন চেন্দনা লৈরগা লোইরে। মীগা মীগবু লৌনবা য়াদবা হায়বা অমা লৈবা হৌনব্রদা!' লোন অমদি পোক্লফম খেন্নবগীদমক থম্মোয় অনিবু শীংকুপ শানা শেগাইবা, থুগাইবা হৌনদে।

মা ঐগী ওইরে। মশক মতৌ ফজখ্রবা, মরম ওকখ্রবা ইচানুপা অমা লৈবে। ঐখোয়না কোয়চেন চেন্না লৈবা ইতৌ অদুদা ইচানুপাদুনা ঐখোয়দা নোংমা হংলকখি।

- পাপা ঐখোয়গী য়ুম কদাইদনো?

- মতম ব্বাৎলি , নোংমা হায়গে।

- পাপানা ইন্দিয়ান, মামানা বর্ম্মিজ অদুগা ঐনা করিনি হায়সিরা? ফাদবলেন্দ মনিপুর, মাদরলেন্দ বর্ম্মা ? এম আই রাইট?

কৈশু নত্তবদা ঐ ব্বাহংদুগী পাউখুম শৎ হেক পীবা ঙমদে। মতমগী অঙাংশিং অসি লুর লুরবা ব্বাহং, নাতৈ ইচা চাদনা মপা-মমাদা হংই। নুমিৎ-থা উবা হাল্লুরকৌনিনা খুম্বীদবা হায়বসিসু ফত্তে। খঙদে হায়রুরশু মপা অপংবগী মচানি হায়দুনা মথ্বাই নুংঙাইতদুনা মোরেল দাউন ওইখিবা হায়বসি খুন্নাই অসিগী অচৌবা মাঙজবনি। ঐনা নাপলগা লোয়ননা খুমখি, মনঙ্গন্দা পোপ পোপ ফুবিরদুনা - *বোই, পৃথিবী অসি নঙগী নরৈবাকনি। পৃথিবীদা নঙনা লৈতনা কদাইদা লৈগনি! দিস আর্থ ইজ য়োর নেটিভ লেণ্ড....য়োর লেণ্ড...*

ইশা নোমদুনা ইয়াম্বা পিপিনা হৌদোরকই

- হৈস! মসি অঙাংসে য়াচংবসিদা মমঙকা মঙথরিমাল্লেনে। হৌগৎলু নুমিৎ তাখ্রে, চাক চাননবা তৌরুরসি।

মীৎ পাৎথোরকপদা খঙলকই। হিপ্লীবসি মোরেগী হোতেল অমদনি। সন্ধ্যা যাচংবা মতমনি, মঙ ওইরবশু য়াম্না পাম্মুবা, অরুবা মঙনি। হয়েংমক কৈথেন চত্তবা য়াদে . . .।

# দশা-লাঙফম য়েৎখায়নরকপা

হাপ্তামুক অদু ঐ য়ুমদগী চখোকত্রে। হকচাং ইঙম ঙমদে। করি ওইনা ঙমদ্রিবনো হংলক্লুবসু খুম্ফম হেক মখঙদে। লতানা হন্দক-হৌখিবা তাং ২৯ দাচেনখিবা মদুমক্তা ঐগী লায়নাসিগী হৌরকফম্নিদি হেক মহায়নিংদ্রি। তৌইগীদি মশানা য়ানা চেনখিদৌ মরৈরগদি ঐঙোন্দা ঈঙ্গিৎ অমতসু মপীরম্মুদনা। মতম লেনবগী ৱানি ওইরোই হায়বদো। চহি ৩ লোমশি মা অমা লৈরে, শোয়দ্রে হায়দনা কয়াদা কোম্না আশা কয়াগী মথক্তা হাইনা হুম্না লৈরুরবনি। কুমশিদি মীগী শেন্দোল খরশি কোকথোক্লগা ফাইরেন থা পানখৎলকপগী অদ্বাইদা লৈকাইগী ইনে-ইন্দোমচাখোয় কনা কনানো থাদুনা হেক্তা মহায়নহল্লগে লেপ্লবনি। ৱাফমসি মাসু খঙখ্রীবনি। ইপা-ইমামক লৈত্রগশু ঐ হায়ন-শীংনদুনা লুহোংবসি পামই। পক্ল-ৱাইনকাবুদি মা-ঐ ঙম্না য়েঙথোক্লরবনি, আ - পাৎশোইগী পাঞ্জি, কৌক্রক্কী মাইবী, ৱাংখৈগী ঈধৌ শুরে। ঙম্নমক্তা শোয়রোই হায়রকপা ঙাক্তনি। ইশক ইতৌ ফজবা ইনখৎলকপা মতম হায়র' হেন্দোকখ্রে, ইরন-ইথুম চীংমুক ৱাংনা নত্রগসু খুজোকমুক লৈজবা মীতাদুশু নত্তে। ফিভমসিদা মানা মশানা য়ানা অতোপ্পদা চেনখ্রবা মতুংদা ঐনা লাইওং খঙনা হেদো নাহে চনবা কদাইদৈ য়ারদগে! নুংশিবগীদমক ইশৌনা লাকহৎলগা কংশি শিবা কনানবু পামদোইনো?

ঙসিনা তাং ৩ নি। নুমিৎ মঙানিদি ফারেসে। ফরে অদু মঙাইরে থোক্ল-থোক্লবা হায়বদুনি, নুপানা অসুক য়াম্না শিনরবা মতমশিদা নামা শোয়দ্রিবী পুংবা শেৎনরবী অমা থিবা হায়বদুনি। মরিংনা শাবা শংবাই হায়নবকাদু নীংশিংই। অদুবু খঞ্জবগী বানি, অয়ুক নুংথিলদি ইমান্নবা অনী থেংনা, অহুম উন্ন, ইকোম হেক কোম্না খন্দোকচরগসু অহিংসিদদি তুমথবা শুকয়া ময়াদ্রে।

মিৎ হেক উইশিনবগা মানা মচা অমা শেগাদা ওস্থরগা উশিত্তনা, কৌনিংদা কৌনিংদকা তৌবা মতৌ, করিগুম্বদা চৌরপ তাবা ময়াদু হিগৎলমদুনা মাগী নুপাদুগা মপামদা লাকপগুম্বা সিগুম্বা মথোঙ হুক্তবা ঙাক্তা পংউদ উই। মীৎকপ থোকপগা নিংশিংলক্লিসিনা য়েংমিন্নখিবা সিনেমা, খুরুম্মিন্নখিবা লাই, য়েঙমিন্নখিবা পাঞ্জি . . . খঙদেদা মোইবাং থাংজীং খুরুম্মীন্নবা ফত্তে হায়বদু চুন্নজাৎলা। তৌবদি মথন্তা চঙলগা খুরুমখিবনি। ঐদি লাইবুংদফাও কাজরুবা নত্তে। অহিংগী পুং ১০ তাবগী ঘড়ীনা তরারক য়ৈখিবদা ঙায়রি। থোংজাওদা দোং দোং থিনলকপা মখোন তাই। মদুগী মমাংদা খোঙখিবা হুইদুসু ফন্না লাপ্না চেপ্তোক্তুনা খোঙখ্রে। য়ুমগী হুইনা ফাওবা কিরীবা, থেংলবা অহিংদুদা থোং থিল্লরিবা মীশিবু কন্নানোনে . . . সিফাইরনে . . .

- কন্না ওইরবনো?

-থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ু, ঈা অমত্তা হংজগে তৌবনি ঈারৌবীনু। (বেব্যহারদি ফজখ্রেদা। থোংজাওদি নুংঙাইত্রদুনা থোংনাও ওইনা হাংদোকই। )

- করি হায়বগে? (থাবল মঙালদুনা শুমাং ময়াইদা মমায়দি উদবা নহা খর লৈবদু উই। হৌজিক কানগী য়ারেক্কনবা কাংবুদুরা খঙদে। থোংজাওরোমদৈ নহাদুনা চঙশিনলক্তুনা...)

- য়ুমশিবু ইমোগী য়ুম?

- হোই ইশামক্লি।

- লৈকাইশিনা শাবন লৈকাই?

- হোই

- ঈারৌবীবা য়াদে, ইয়াম্বদা ঈারী অমত্তা শাজগে তৌবনি, থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ু।

ঐ থোং হাংদোক্তবা ময়াদ্রে। চিংনদে, ঐঙোন্দা করিবুদি হায়রনি হায়গেদো। মথন্ত চংলকই নুপাদু। মপান্দা মী লৈহৌবগী মমি উখি। থোৎ-নৌনা ঈারী শানৈ। অদুবু ঈাহৈশিংদি অকনবা ঙাক্তনি। নাকোংদা শীংজা য়ৈবা নত্তে লঈাইদা শীংজংনা য়াম্বরকপসি মঙাই। তাবা খুদিং শেৎ-শেৎ চিঙখাই । *- নুপীদু মশা ঈাই শংদ্রে। ইয়াম্বনা হন্না য়েঙলদবসি কুইরমাল্লে। খবরদা হাপখ্রে। পাবীদ্রো? নুপী সমাজবু উশিত্তবসি ননাওখোয়না তুমিন্না*

*লৈথোকচরোই, অহলশিংগী য়াথংনি। লাকচরীবসি ইয়াম্ববু ইচেদুগী মফমদা শীন্নবা লৌবা লাক্লিবনি* মসিমক গীত নমদুনা হেক্তা হায়রকই।

য়াম্না ঙাংনৈ। ঙাংনবমখৈ ঙাংনরবসু ঐ চৎত বদি ইয়া ময়াদ্রে। চুম্না চৎপা নত্তে। মখোয়না পুগদৌরিবনি। য়ুমশিদা কনাসু লৈতে,ইথত্তনিনে লৈরিসে। লৈকাইশিদা পাও অসি শন্দোকপিনবা, ঐবু অথৌবশিং অদুদা ইশক তাকপীবা ঙম্বা কনাবুশু কৌরুগে য়াদে, কৌমিন্নরুসি হায়রসু তাদে। অদুবু ঐ তশেংনা মখোয়না হায়রিবী নুপীদুদি মশক খঙদে। কংলাতোংবীদবু করম' কান্দা ঐনা কনা খঙনখ্রবগে! নিংশিংবা থোক্তে।

মখোয়না ঐবু থিরকপসি থা অমরোম শুরে। *লমশাং শাবল লৈকাইগী ইমো।* য়ুম্নাকসু মান্নরী। খিত্তং খেন্নরীবা হায়ববু মখোয়না হায়রিদুনা ড্রাইভরনি, ঐনা রিস্কো ফাওবা থৌবা হৈতে। ঐগী তুম্ফম কা, লাইরিক থম্ফম কাশিংদা মখোয় অনী চংলক্তুনা কোয়থি থি। ঐদি ড্রাইভিং লাইসেন্স, ঐনা পায়দ্রি হায়বা মখোয়না থাজদে। থিবা য়াবা থিজরবসু থেঙনদ্রমাল্লে। কদাইদৈদি লৈরদগেদো, ঐদি গাড়ী থৌবসু হৈতনা। ফিংলপ তৌবা নুপামচা অমনা চিঠি লুবাক অমা পুথোরকই। মানি মদু মতম অমদা লতানা থারকখিবা, ঙসাইদা ঐনা মৈ থারসিরা খনলগা থাদোকহৌদ্রবা চিঠিশিংনি।

- ইয়াম্বসি য়াম্না ঈং-তপ্নদি উজৈ হায়ববু অতৈ নুপীকাসু খর অদুম কোয়-খোৎ মতৌবীবোইরে। কান্নদে থেংখিনবনি চৎলসি।

ইখাগী অঙাং ঙাক্তনি। মখোয়গী মচীন মচা মচাদুনা ঐঙোন্দা পাওতাককা পীরি। মখোয়শিবু মনিৎ-মনা কয়াম শিংলবা করম্বা কাঙবুনোনে! করম্বা নুপীনোনে, মখোয়সিবু নেক্কনি হায়না নেক্লগা থারক্লিসিবো। মশক্তি মউরনিদনা, কাংপোকপী য়ৌরগা। লাও-খোংগদবসু কান্নদবদা হোস্পিটাল য়ৌনবা য়াই। শিকি অমা ফাওবা লৈত্রকানসিদা মদুকাদি য়াপোৎ নত্তে। এরেষ্ট মেমোগী করিগী বা হায়নরুবা য়াবা পোৎসু নত্তে। চুমদ্রিং লাক্লবশিংদুগা লোয়ননা ঐশু চুমদ্রিং অদুম্মক চৎপা নত্তনা উপাই করিমত্তা লৈখিদে। খুৎলাই হায়সিগী মগুণশি সি ওইরেকো।

য়ুম শো লোনশিনলম্মী। গাড়ী মচা অহুম্নি। ঐগা অহুম তোংবা অমনা মাঙদা থৌরগা অহুম অহুম তোংবা অনি অমনা তুংদা। পাও অসি খবরদা করিদা বা বা তৌরবদি লতানা তারগা ওস্থোক্লা পেনখ্রনিদা। ইকাইখ্রেদা, অদুবু

অশেংবসি খঙহন্নবা উপাইদি তাঞ্জা অদুদদি করিমত্তা মরৈখিদ্রে। খিত্তং শুক্তোকলুবদা য়োৎনা হেক্তা নম্লকপা। ব্বা লোইরে। অসিগুম্বা দশাসি মী অতৈদসু মতানরীদ্রা! খবরদা পাবা, লীলা, সিনেমাদা উবদা পংনুং নুংঙাইবগী ব্বানি। ব্বাখলকা করিমত্তা থোক্তে।

কাংপোকপী য়ৌরে। অতৈদু কদাই কদাইদা লৈথহৌরবনো খঙদে। থোঙ্গোল অমদা গাড়ী খাম্লগা ঐখোয় অহুম ইখোল অমদা চংলে। শুমাং মতোন্দা অমা লৈহৌরে। অমনা ঐগা মাঙ্গোল কাখৎলে। থোংজাও পোরোল থারমদে। ইম্বোক্তুনা মহাক চঙখি। ঐ ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈহৌই। থবাক্কী মিহুলদি দ্রং দ্রং, খোয়দৌসি প্রোক-প্রোক শাওগৎলি। ইশা কঞ্জনবা খুৎলাই অমা ফাওবা লোইবা ঙমদবগীদমক ইদোম তকশি শোনজৈ। সিবু হৌনব্রা হায়বনি, ঙম্মী হায়দুনবু। করম্ননো খঙদে শিনিংবনা য়ক লাওরম্লবা ঐনা কাপ্তুনা হাৎপবু কিরুবদৈ শি য়ৌরকখ্রিবনিকো। শিননবা কাপচৌ হায়রম্বনদুম ফবজাৎনি। হোয় অশেংবা অমদি খঙলগা শিবসু ফৈ খনলকখি।

লেনটর্ন অমা চাওরপ লৈখৎলগা নুপী অমা হোৎতোরকই। ইমাংদা চপ লেপলৈ। মৈঙালদুদা ঐবু মুন্না য়েঙলকই। মানা ঐবু মুন্না য়েঙলিবদুদগী ঐনা মাবু মুন্না, মুন্নদা নত্তে শাওনা য়েঙবদুনা হেঞ্জে। খুপাকশিনা থাজীল্লসিরা হায়দনা চপ য়ুংনা খল্লকখিবা তাঞ্জাদুদনি, মখুৎতা পায়রম্বা থাউমৈদু বোপ থাদরম্লগা ইমুংদা চেনশিনখি। ঐ করি তৌনি। অন্নদুনা ফুরুসি কদাই, হনসি হায়রসু কদাই। থংনবা মীৎকুপ্তা ইমুংদুদৈ নুপামচাদুনা ফৎ থোরক্লগা চেনচৎ চৎখি। কুইনদে থোঙ্গালদৈ গাড়ীদু ষ্টার্ট তৌখিবগী মখোল তাই। কয়াদা ঙাওশিন্নখ্রবা অঙাংশিংনো। মেন-মান অমা তাদ্রিনে হৌজিকসু। ঐসে কয়াদা পাঙখিদ্রবনো! খল্লু খল্লুরগা য়াম্না শাওনিংলকখি। য়ুমসি মৈ থাদোক্লম্লসিরা খল্লি। মৈখেৎসু য়াওরক্তে, ইমুংদদি মচংলগে, লান্দারগে খন্দুনা থাঙদোকপা অহানবা খোঙথাংদা থাদরম্বদগী মুৎখ্রবা লেনটর্নদুদা - গ্রোং গ্রাং কাউরুই। পম্ব্রে, ইমুংদনি পুদোন মচা অমা থাল্লগা হিদান অমগী মথক্তা অহল ওইরবী অমা হিপ্তুনা লৈরম্মী। তপ্না হৌগৎলক্তুনা ফম্লগা মৈ হৌনা শাওরিবা ঐবু মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলগা . . .

- ইবুংঙো। ইমা ইচাবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু।

- ঙাকপা ঙাক্তবা লায়রি নখোয়না তৌরিসিবু কৈনো। থোরকউ ইমুংসিগী কনা কনানো, অমমমতগা লম্বা তৌবা তারে। ঐবু ইজৎ মাঙহনবা!

ঙম্লগা নখোয় ময়াম চংদুনা হাংলোলাউ। (ঐ লাওই, মিংতা পিসু ঈহৌরকই।)

- শাওখিনু ইচানুপা। য়ুমশিদা কনাসু লৈতে। ইমা ইচাদনি। ইচা নুপীসু মথন্তনি। মপাদি কুইরে লৈখিদবা। মখুরা মতোল কনানসু হন্না য়েঙবিরদ্রে। হিংনবা উপাই থিবদা নচন নুপী অসি পান দুকান ফম্বনি। ইমানা করিদি খঙলুনি। কনানো গাড়ী থৌবা অমগা মরী লৈনৈ হায়। ইমাদি পামখিদে। ইচানি হায়দে, লীচৎ চুমদেনে ইচাসে। ইমা ইকাইজৈ। মশাসি ফিভম চারক্রকান্দতা ইমা খঙলকই। মমিং মথা মশক খঙই হায়। অদুবু লাকখিদবদি থা ৫ মুক শুরমাল্লে। কদাইদৈনো নুপামচা খরদা মমিং মথা পীদুনা থীহনখি হায়না তম্মী। ঙসাই নুংথিল অঙাংশিংদুনা নুপাদু ঙসি পুরক্কনি হায়দনা লুপা ৩০০ শু লৌখ্রবনি। খঙদ্রে, ইমানা তৌগদবা। নহাকপু পুরক্লবা তুংশিদনা মীশক ওন্নরে হায়রিসিনি। ইচাবুদি শা অসিনা অমুক্তসু উদ্রি হায়রিনে। হৌজিক করিনো ঐখোয়না তৌগদবা। মসিনা মমিৎ মমায় পাংলবা মতুংদা মপা পুথোকপা ঙমদ্রবদি খুলসিদা ঐখোয় লৈবা য়াগনিসু থাজদ্রে। কুইরবনি নহারোল অহল্লোল কয়ানা লৈবা য়ারোই হায়রীবা। নুপাদু খঙই, লাকখিনি হায়নবদগী লৈবা য়ারীবনি। ফিভমসিদা ইমানা তৌগদবসি . . . মাগী রাখলতদা ইমা শিগদৌরি . . . .।

ঐনা শাওদুনা লাওগদৌরিবসি কনাদনো পোমফ্রী মরক্কী হনুবী শৈনাইরবীশিদা ঙাংলুদুনা কৈদৌনি। য়ুমশিদগী থোক্তদি মথোকখ্রগে খন্দুনা রা অমত্তা হায়রমদনা মপান থোরকই। হৌজিকপু ঐ য়ুমদা করম্না হনগনি। ফরক তারল্লিবা নুপামচাশিংদু ওঙ্খোক্লা শাওনিংই। শীংজংনা ককনিংবা য়ৌনা শাওখি। 'ওইদবা ঙাংবীনু য়াম্বা। খুদিংমক মুন্না খঙজরবা মতুংদা লাকচরবনি . . .' ইস নোংমৈ মচানকা নল্লকখিবদো! হেরা, লাকচখ্রেদা!

শুমাং মতোল য়ৌবদা ইমুংদুদা নুপী অমা ফিভম কায়বা খোঞ্জেলদা মমাবু কৌদুনা কপ্পকপা তারকখি। খোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রে। চংখিসিরা হন্দোক্লসিরা! মীকপুদা লৈকাইগী মীশু তানবা য়াওরমাল্লে অহল খর লাক্লবা উই। ঐসু শুমাং মতোন্দা উংদুনা লেপ্লি।

- ইবুংঙো! ননেম্বোকসে লোইরে, হৌনবী তৌনবা তৌশি।

অহল অমনা ইমুংদগী ঈংনা থোরক্তুনা নে-না তানা ঐঙোন্দা হায়রে।

# তাইবং মপুদি অমত্তনি

মহাক নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈরম্মী। হৌজিক্তদা খঙলকই, মহাকসিদি কম্প্যুটরগী লমাই অমগুম্বনি। লমাই অদুদা য়াওবা দোট অমগী মমি অমনা মতম খর অঙৌবা চেনা মথক্তা তারম্বগুম্বনি ঐ। মমিদু চেনা অদুনা মন্থরকপদা মাঙখিবা য়াই তৌবতবু কম্প্যুটর মনুংদা য়াওরিবা দোতশিং অদুদি লোইবা হায়বা নাইদে।

ঐনা লৈরুরিবা হকচাং অদু জুৎ কয়া চাদে। ফিভম চাদে। শেমগৎ শাগৎলকপগী মতাংদা অশোয়বা য়াওখিবরা (কম্পনি ফত্তবনা শারকপা পোৎকুম) নত্রগা অকোয়বগী ঈশিং নুংশিৎনা য়েখায়খিবনরা, লৈবা ইনুং হেক নুংঙাইতে। বেরা তোয়না তৌগনবা হৱাগাড়ীগুম ওম্বোক্লা তোয়না ফমুংদতা লৈগল্লি। মপু শারীবা ইপা-ইমা, ইচিন ইনাওশিং অপুম্বনা হকচাংদুগীদমক্তা ৱাজবসি মহানি। মদু শেম্বা হোৎনবদা মরোল-মরাল তাক্লে। ডাক্তর-মাইবা কয়া মায়থিদুনতা লৈরে। মদুগুম্বা হকচাং মনুং অদুদা কুন্দুনা অশুম লৈবদা নুংঙাইমন্দ্রদুনা অহিং অমা ফৎ থোরকখিবনি। ৱাই পুরা শংই। মতম অদুদনি, মানা অহাংবদা মকা লাম্না লৈরম্বা। ঐনা হল্লকপা উবদা মানা হংলকই - কৈদৌরে ঙস্তা লাক্লবদি?

ঐনা খুম্মী - কদাইদৈ ৱানোদা ! মসি থেংবু থেঙমল্লবনি। নুংঙাইখিদ্রে। লৈফম চাফম খঙদে। মদুগী হকচাংদু অতৈ খ্ৱাইগা ইমান মান্নদে। ইবুংঙোদি অদ্বাইদা কৈদৌরল্লিবা?

মানা খুল্লকই - নঙ ঙাইরল্লিবনি। হৌজিক্তি নহাক ঐঙোন্দা তিল্লদৌনি। ঙাইখো তাইবং কুম্মৈশি ঙাইহাক য়েঙখিসি। অদুগা মতুং তাবা খন্নসি। নঙনা লৈবা নুংঙাইত্রে হায়রবনিনা মসিদা অমুক্তি হঞ্জিল্লুরনু। নহাক্লা হায়রগদবা পুম্বা

ঐ ঙম্না খঙলবনি। অদুনবু ঙাইরম্লিবসিনি। করিগী পেন্দবা, ৱারৌবা লৈরিবনো? মফম অসি য়ৌরক্লবদি খেন্নবা অমত্তা লৈত্রবনি।

মতম অদুদদি ঐশু মোমোন নোকচরে। হন্না য়েংথরুবদা হকচাং অদুগী মপু ওইবশিংনা কাংশি য়ৈরি। অদুগা মখোয়না হকচাং অদুবু কোল্লদুনা কপ্পী। কাংশি মখোল তাবদা, অহিং অদুমক্তদা খুল অদুগী য়ুমথোঙ খুদিংগী মী অমা-অনি, অমা-অনি লাক্লরে। ইমুংদু মীনা থল্লে। মখোয় অয়াম্বনা ঙম্না নুংশুক নুংজাননা উই। হকচাং অদুবু অমুক্তং মখোয় খ্বাইগুম্না মীমান্নরক্লবদিকো হায়না ৱানা শেবা তৌজবী ইবেম্মদু মতেক মতেক ৱাষ্টে। মখোয়দৌ ফুক্লা তেঙথাদুনা কপ্পদত মখোন শিরে। অদুবু কপ্পা লেপ্তে। মাগী হকচাংদুদা লৈরীবা থৱায় অদুনা থক্তা লৈরিবা ঐবু য়েঙলগা শাওই। মমিৎ পৈনা য়েঙলদুনা হোয়নি মাইনি হায়রমদনা ফৎ চৎখি, করি শারেশে? হায়না মরক মরক্তা থোরক্লগা হায়রৈ য়েঙলীবা ঐঙোন্দা। অদুবু মাদি ফৎ হেক্তা হনখি।

থম্মোয় কায়রগশু ফাজিনবা ঙল্লিবা হকচাং, নুপী নিপা খরনা লাইরিক অমমম পায়রীবদু লমায় মশীং হায়নরগা হাঙদোকই। অদুগা নুংহিক্লবা খোঞ্জেলদা ঈশৈ শক্লি। ঈশৈদু তারগা ইমুংদগী মী মখৈসু কপ্পি। করিগুম্বদা মখোয়সু য়াওনা শক্লকই। কা অদুগী অহাংবা মফমদা মখোয় পুম্বনা উদবা, শোকঙমদবা মফমদা ঐখোয় অনীনা মীৎ কুপ্তুনা য়েঙখি।

উন্ননি,উন্ননি! যিশুগী খুয়াখাদা

উন্ননি,উন্ননি! নঙবু ঈশ্বরনা লোয়নসনু

নঙবু ঈশ্বরনা লোয়নসনু

ঈশ্বরনা চানবীরসনু

ঐখোয় ওক্লদ্রিঙৈ নংবু ইবুংঙোনা শেনবিসনু-!

মখোয়গী অহিংদু লোইখ্রে। ঐখোয়গীদি অমম্বা লৈতে। মফম পুম্বা ইঙান ঙানলী। লমখৈ লৈতে। শা-লান, পোকপা, শিবা লৈতে। হোয়, মীৎকুপ পুংজা খুদিং ঐনা তিল্লিনজদৌরিবা অথোইবা অদুদগী ঐগুম্বা থৱায়গী মমি ময়াম থৱানমিচাক মথি তাখিবগুমনা মালেমদা হেক হেক নাম্থখিবদি লৈ। শৎ অমুক হল্লকপসু য়াওই, ইহন হল্লক্তবসু য়াওই। ঐমকসু করম্ব মতমদা নাম্থরুদুনা কয়াম কুইনা লৈথোক্লরবনো খঙদে। মফমদো পুমনৌ নৌনা

থোকই। অশেংবা য়ুমদা হল্লকপগী পুক্লিং নৌথোক্লিবা হায়বদু ওইবতাই। ইতৌদুদা অথোইবা মপু অদুনা ঐবু চেৎনা কোনবিরকখি।

কাংসি অমুক্কা য়ৈয়খ্রে। মখোয় মী ময়ামদো কোয়চেল চৈম্নে। কাংবু অমনা উপু অমা চনবা হোৎনরি। কাংবু অমনা শুমাংদা মৈফু য়াইদুনা ফৌ থোকপা-থোক্তবগী, মীরং (খুৎলং) শংবা-শংদবগী বারী শুনরী। নিপা অমনা নুংপাক অমদা ইংরাজীদা রোমান ময়েক্কা ৰাহৈ খরা হক্লি। নুপীমচা খরনা লৈ হেকপা চৎনৈ। খরনা পরেং লেংলি, খরনা মকুপ মকুপ শেগায়রী। ইমুংদা চা-লোন্দুনা পুথোরক্লগা ময়ামদা চাসু য়েন্দুনা পিথক্লী। হকচাং অদুবুনা অহনবা ফী অমনা কুপ্তুনা কাংথোল অমগী মথক্তা থম্লী। অস! হকচাং অদুগী মশক্তো অসুম অসুম থিজিনলকই। অসিদবু ঐনা করম্না লৈরম্লিবনোকো! খল্লকই। অদুবু মখোয় মমা-মপা মচে- ময়াম্বা ময়ামদো, পেলহৌদ্দবা ৰা কয়া অমা তেংথারদুনা কপ্পী। অহিংদু ফাওবদি হকচাংদুদা শোক্তুনা, কোন্দুনা কপ্পরম্বনি। অয়ুক্তুদদি ফিভম খর চারক্তবদুদা মহৈ মহৈ কনানসু মদুবু হকথেঙননা শোক্লদ্রে। কাঙথোল পায়দুনা কপ্পরে। অরাকপা কনানা মথক্তা লৈ থম্বীবসু য়াওই। কা অদুদা ফল্লিবা খরনা ঈশৈদি মখা তানা পোখা-পোখানা শক্লে, লেপ্তে - '*উন্ননি! উন্ননি. . .*'

ফুরিৎ অচোনবা লিৎপা লাইরিক মচা অমা পায়বা, ৰাং-চাওবা নিপা অমা লাকখি। মতুংদা মকোক খুম্লবী, লৈরম্লিবা ময়ামদুগা শক-চু, লোন মান্নদবী অনীসু য়াওরকই। মখোয়দি ফুগাইনা শাৎকায়রবা অঙাংবা, ঈ মচুগী গুলাব মশা য়াওনা থেক্লকপা অমমম পুরকই। লৈ অদু ঐগী ওইদ্রবা হকচাং অদুগী থবাক মপাগী মথক্তা থম্লগা তুমিন তুমিন মকোক নোন্দুনা ঙাইহাক লেপ্পী। অদুগা থোকখি। হনখি। মখোয় মখৈ অমুক হনখি।

উপু চনবা লোইখ্রে। মথক্তা লৈরোং য়েকপা মচু মচুগী চে নপলে, পুম্মমক্তুগী মথক্তা তিনশিন্নবা খুদম অমসু মান্নদবা মচুগী চে অমনা নপ্পি। মদুগা মান্নবা উনা শাবা অমসু শুমাংদুদা পুরকলে। অদুগা নুংপাক্তা ময়েক হক্লিবা অদুসু লোয়রদুনা অঙাংবা মচুনা ময়েকশিং অদুদা তৈশিনবদু নুংশাদা ফৌদোক্তুনা কংহল্লি। উপুদু ইমুংদা পুশিনখ্রে। মনুংদা ফিনা য়োম্লবা ঐনা থোরকখ্রবা হকচাং অদু হাপচিনখ্রে। ফিগী মচিন অনীনা য়েংবা নুংঙাইত্রবা হকচাং অদুগী মায়থোং অদুসু খুমজিন্দুনা কিশিনখ্রে। মপান্দা পুথোরক্তুনা বেঞ্চ অনিগী মথক্তা থম্লগা মখোয় ময়াম মদুদা অমুক ইকোয় কোয়না লেপ্পী।

মরক্তুদা ৱাং চাওবা নিপা অদুসু য়াওই। মানা ইংরাজীদা ৱাহৈ খরা হায়রদুনা লিক্লী মচা অমদা পুরকপা মহী খর হকচাং মথক্তুদা চাইথৈ, খিকথৈ।

ময়ামদু ঈশৈ পুন্না শকই। ঈশৈ হেক লোইবগা মীওই খরনা মথং মথং ৱা ঙাংই। হকচাং অদুদা মতম খরা লৈরম্বা, হৌজিক্তি থোরকখ্রবা ঐবু তাইবং মপুনা হরাওনা লৌশিনবীনবা হায়জবীবা ঙাক্তনি। ঐগী মপু ওইবা লাই, তাইবং মপু অদুনদি ঙরাংনা ঐবু লৌশিনবীখ্রবনি। ঐ মঙোন্দা তিনলবনি। অদুবু মখোয়নদি উবা ফংদবনিনা লৌশিনবীরম্লরোইদ্রা হায়না য়াম্না পাখৎনা হায়জৈ। ঈশৈসু হায়জবা মক্তনি। মপু ওইবা মহাক্কা ঐগদি অমত্তা ওইরদুনা মখোয়গী মথক্তা য়েংথরী। ঐখোয়না কোকহনবা ঙমদবা হায়বমক্তবু মখোয় মখোয়গী পুক্নিংগী অৱাবা ৱাখল অদুনি। মখোয়গীদমক্তি মতম অদুদা ঐখোয়না করিসু তৌবা ঙমদ্রে। তপ্ন-তপ্না পাপ ময়াম অমনা অদুম কাওজখিনি। কপ্লিবশিং অদুমক তাইবংগী ময়াগী মশক ওইরবা '*অপাম্বা, পেন্দবা*' হায়বদুনা নত্রা? পুন্নমক অদুদগী ঐদি হৌজিক নাম্থোরক্লবনি। তাইবংগী হকচাং অসিগী মনুংদবু লৈরিঙৈদদি, মসিগুম্বা ৱাখল অসি থাদোক্লবা হোৎন-হোৎননা কনাসু ঙমদে। করিমত্তা পামদ্রে হায়রবা মী অদু ফাওবা মপু মঙোন্দা তিনজনিংবগী অপাম্বদুদি অদুম লৈবনিকো। অস! পাপ তৌরোই হায়বসিদি মপুগী মশাগা লোয়নরবা মতুংসিদা নত্তনা করম্বা মতমদা ঙমগদ্রকো।

উপু মনুংগী হকচাং অদুগী মথক্তা লৈ খুজোক খুজোক চাইরি, কৎলি। ময়ামদো লৈ কৎপসু য়াওই, কত্তবসু য়াওই। ফুগায়না শাৎচরম্বা লৈরাং কয়াদো, খোইমু কনাগা শকচানবা নংদ্রিঙৈ নৌজরিবী ইবেম্মশিংনা হেক্সীরুরবনা হৌজিক্তি উপু মনুংদা তাইবং কনানা শোকপদা হঙোইরবা হকচাং অদুগী মনাক্তা ওম্থোক্লা নক্লা চাইনা চাইনা তাররেদো। মখোয়গী মপোকসে পাম্মুইদা, ফজবা শক্তম মতোল লোম্না তাইবংদা লেন্নৌ তম্লমদ্রবোই। হৌজিক্তি উপু অদু মখুম কুপশিনখ্রে। য়োৎপি চেৎনা থাজিনখ্রে। মংফমদা পুখ্রে।

'. . . প্রভু! ঐখোয়না হায়জবা তাবীয়ু . . .'

অসুম্না মথাং অনী থোক্লা তৌরবা কোম অমগী মপান্দা কোয়না লেপ্লদুনা মখোয়না ঈশৈ শক্লে। হায়জবা ৱা কয়া হায়রবা মতুংদা উপুদু কোম

মনুংদা থাদরে। বাং-চাওবা নুপাদুনা মখুৎ ওইনা পায়বা লাইরিক অদু হাঙদোক্লুনা ইংরাজীনা য়াম্না শাংনা ঙাংখি '- ওঃ মাই গোদ . . . .'

অরোইবদা মখুৎ য়েৎনা পায়বা লিক্লি অদুদগী অরুবা মহী অদু অসুম্নক খিকথবগা লোয়ননা মানা পীবা ঈশিং অদুগা লোয়ননা কোম অদুগী মনুংদা লৈবাক থাদবা হৌই। . . . তুপ-তুপ-তুপ ব্রোদ্রো-ব্রোদ্রো-ব্রোদ্রো ।

*তামো! তামো! তামো! . . .* হোইনুনা, নঙ্গলদা পোপ পোপ ফুদুনা হৌদোরকই। - *হুম !* হিপ্নম্বদগী হৌগৎলী।

- কাংসি য়ৈবদু তাবরা ?

- হা . . . উম তারে, কৈদৌরগে?

- মনিংগী সান্তীদো লৈত্রমাল্লে। ঐখোয়দি খৃষ্টাননিনা রোজরিকা তৌরুগদবনি। খর থিনবীরো। হৌগৎলোসে।

- করি, সান্তী শীরবা? ঙাইখোনে, সান্তীরো শীরিসে? নত্রগা ঐগীসিবু মঙলা নত্রগা হৌজীক্কীদুবো? হোইনু!

- হাউও! সে হৌগৎলো!

- ওঃ ঐমক্তি পাপতগী নাঙ্থোকত্রিবোইরে। কমদৌনি সিদি-?

# হল্লক্পবা অমদি হঞ্জিন্দ্রিবা

“ঙসাই অয়ুক চাক লোইশিনলকপা মতম অদ্বাইফাওবদি ইচাদো জ্ঞান য়াম্না তাজরম্বনি। কুইরে নহান্দগীনি, মানা য়ুমসিদগী খুভৈ অমা হেক চখোক্তমখৈ ব্রাই বু তৈবও, শিৎপও-শেংবও, নুমিদাং নোংয়াই-ইতু য়ৌরফাওবা থবক্তা শুদুনা লৈজবনি। মসি লাইনা পুবা শোয়রোই। মী অফবা হায়বসিমক্তবু মীনসু লাইনসু ইপামদা পাম্নবনি।...হৌজিকপু নোংয়াই চবুক লোনখ্রে। মখা লৈকায়গী নঙ’ খুরা বিধুদু অমুক্তা কৌরুগেরা নঙবো?” ইমানা মকোক মরু-ইফা ফারদনা, চমোৎনরবা ফিদুপ অমা ইনবোই করিবোই তৌরগা ঐনা হিপ্লিবা কাংথক মনাক্তুদা পুমহিক হিকথরদুনা লেপ্লগা লেকচর মরি মরি তৌথরকই। মাগী মচানুপা ফরক অসিগীদমক মানা ব্রাবসি ঙসিগীসিনা অহানবা নত্তে। ঐদি খনবু খন্দোকলুই “ঙসিগীসিনা অরোইবা ওইরদি ফখ্রনিদকো”।

ঐ লাই-তীন, মাইবা-মাইবীশি কয়া থাজবা মী নত্তে। অদুবু ইমাগী চক্রিসি খাঙবা লাকপা ঙম্বজাৎ নত্তে। হোই-মাই ইহায় হেক হায়দনা ঐনা তুমিন্না ঙাইহাক লৈবদুদা ইমানা *নঙ চৎলু* হায়নদি তকশিনলক্তে হায়বতনি। ঐগী কাদগী থোকখ্রগা লময়ায়দা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা মীঙোন্দা নত্রগা ঐঙোন্দা চৈ-থাংবগী ব্রা নত্তে। মশা মথন্তা চৈজবনি, নুপী ওইবীগী মপোকপু চৈজবনি। ঐখোয়গী চৎনবীদা নুপীনা মাইবা কৌবা চৎনদে। মদুদা য়ুম্ফম ওইরগা মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাকনা শুম ঙাংবনি। “মপাদুমা লৈরম্লদি কো...” ককাইবা ব্রাতাকাসু য়াওশিল্লকই। ইমুংসিদা হৌজিক লৈরিবসি ইচে অমনে, ইনাওসিনে ইমাগা ঐখোয় মরিতনি। ইচেদু, ঙরাং মাম্মখোয়দা চৎখিবদগী হল্লক্তে। ঙসিসি মখোয় লৈকাইদুদা চৈরাওবগী থাবল চোংনি হায়বনি। মদুগী

ইনেনা শোয়দনা ফারম্লগনি। লৈকাইদু লৈশাবীদি লৈ হায়ববু থাবল মকোক পুবদা লেমজবীদি লৈতবনি। ইনেনা চহি হেক খুদিংগী লৈকাইদুদা থাবল লৈবা খুদিংগী ইচেবু কৌরে। চহিসু ফন ময়াম্লবনি, ঐখোয় ইচে। অদুবু মশমকাদু তুবৎকা ককলদনা অঙাং শারি। ঐতদি চৈরাওবগী ওইগেরা জহা মরম অমগী ওইরবসু থাবল চোংবসিদদি য়াওশং মতুংদদি চোংবিরনু হায়নরিবা কাংবু অদুদা শৌগৎচবা মীতানি। অদুনা মাধুরী ডিক্সিট লাক্তুনা চোংলনি হায়বগী হেন্দোক্তুনা মাদর তেরেশা লাক্তুনা চোংলনি হায়রা ফাওবা শুকয়াও য়াওনিংদে। য়াওরুবদি লায়রি শুকয়া য়ানিংদে। তংঙাই ফদ্রগনা ষ্টেজদা ডেমোন্সট্রেসন ওইনা চোংজৌ সিনি।

ইমাগী শপ্ত মতাদুদা তশেংনা নাখোক্তুনা তুমখিবমক্তি নত্তবনিনা হিপ্পা-লাকপা ঙম্বজাৎ নত্তে। লম হৈবী তিম্খংনা য়াংলেন্দা থিল্লকপগুম্বনি। ফুক হৌগত্তুনা টোর্চ লাইটতু পায়রগা খূৎলাই য়াওদ্রদি নুংঙাইতে হায়দনা য়োখোক পান্নগে তৌরম্বা ব্রাখোক্তুমগা পায়রগা মাইবগী ময়ুম তন্না চৎনবা থোরক্লে। ঐনা থোরকপদু ইমা উহৌবনি, মদুদদা রাধা নাম শোন্দুনা শোর মপী হোন্দোকহৌই। অদুমহাইনবু মানা হেক হায়বদা চৎহৌদ্রবদি নুমিৎ কয়ানি ব্রা অমত্তা ঙাংক্লক্তবদা নত্তে কৌবা ঙাংবা খুম্বীরক্কদবা নত্তে। খঙদে, চহি য়ামশিনলকপনরা মহৌশা নৎত্রে ঐখোয়' ইমাসি ফেৎ-ফেৎ শাওগনবসি হেনগৎলকই। হৌজিক্কানগী বি পি কাইদু লৈরজাৎলা! মশা খূৎপা অসিগা, অদুমক্তবু ডাক্তর হায়বসে পনবা য়াদে, ব্রা লোইরে। করিদগীনো খঙদে ইমানা ডাক্তর অমদি ফার্মাসিগী হিদাকপু অসুক য়াম্না তাথিখ্রিবা। খোঙ হাম্বা, লোক লাইহৌ, চিকপা-নাবা, হকচাং থিন্দোকপা খো-খোৎপা অসিদা মাগীদি কদাই কদাইদগীনো হিদাক্কি হায়দনা মশানা মনা মশীং কোয়থি থিদুনা শেমজরগা শুদুনা মহি থকপা, ফুৎলগা হুমাং ঙানবা হিগা য়েবা মথন্তা পঙহোৎতা হোৎনজখি। ঐখোয়দকা ঙমদে-খোৎতে হায়বিপোৎ নত্তে। হিদাক চাউ, ডাক্তর চৎশি হায়রক্কনি সিনি। কুইনা লৈমিন্নরকপগী খঙজবী অমদি লৈ, ইমান ইশৌ লাঙখৎলক্লক্তুনা উনা-ব্রানা থিবা হৌরক্লদি মশা ঙম্লম্মরোই হায়বসি মচা ঐখোয় ঙন্নমক্লা খঙই। অঙকপা অমনা মহাকসি তোপ তুনা ঙমদবা হায়বদু অমুক্তা থেংনদ্রি। মনুং ওখাক শেংবজাৎনি।

মাইবদুগী হুই পিক্কু ১/২ লৈবনি। হৈনখিদ্রবা। হৌজিক্কান্সি মৈতৈগী হুই, তাম্বুল হুইককা হায়বা মহৌশাগী মনিপুরদা য়োক্লরম্বা হুইজাওশিংদু

ইরোই লোয়নখিদ্রে, উখিদ্রে। মতু পোন-পোন লাওবী মচা, ময়াং কংত্রিক কংলগা ঝাংথ্রং ঝাংবা, হুইদি অদুম মানবা জাৎ-জাৎ ঙাক্তা লোইখৎনরক্রে। মমলনা তাংজরিবা। পিক্কক তৌরগা মতু জোম জোম লাওবদু ওম্থোক্লা খোংগল্লি, থৌই হায়বগী ঋনি, হৈনদে য়েঙবদা, খোন্দাদুগা ইমিৎশিদা তীল-কাং মাল্লদনা, থোক হেক কাও-খোৎ তৌনিংলকপা। ঐমক্লা পামজবদি মসি পুলিসকী হুইনি ককা হায়নবা হুইজাওদুনি। মদুদি ঐমকসু থিরিবনি ফংদ্রি।

মাইবদুগী ময়ুম য়ৌরে। হায়বগা তৌবগা মপু অদুনা থোং গে লাওনা হাংদোরকপদা চিৎ লীৎথোরক্লগা গৌ গৌ তৌরকই। শিংবদি ওম্থোক্লা শিংই। পায়রিবা য়োৎখোকশি উবদা ইনাক্তকাদি নকশিনলক্তে। খঙদেনে, নহালঝায়দি হুইসি হুরান-চিম্থি শংননবা মপান্দা থম্নরম্বনি। হৌজিক্লা হুইসি ইমুংদা থম্নরে। মতমগী অওনবা হায়বসি ভাব তাবজাৎ নত্তে। হৌজিক্কানগী অঙাংনা ইরকপা হুইগী রচনা ঐখোয়নকা নম্বর পীবা ঙল্লরোইদপোৎনি।

চুম্মী, ইনাওনুপাদু হন্দক মরকসি, মরম ওকই। মৈতে পাখংশিদি য়ুমগী ঋাইরম তৈবা য়েনখা-লুখা পংনান নাল্লগসু কাংবু অমদি পোম্ফ্রী, কাংখলকাসিদি চৈরাওবদত শুনৈ। শেৎতোক চাথোরকপদা মশা নানলীদি হায়ববু মুগা ফনেক পাক শুদবা, করিগুম্বা কান্দা চহি অমদা অমুক্কা দমক শুবসিমদি অদুম ময়াওদবা নত্তে। মসিমক্তি মশা নানবগী ওইনা খুদম পীনিংদে। ঋাফম অমনা ইনাওনা হন্দক তিন্নরকখিবা শঙ্গশি ঐমক্তি খরদি চিংনখিবনি। অদুবু ইমাদা হায়রুবদি ইঋা লৌবিখিবা পোৎ নত্তে। ইনাওনি হায়বগী ঋনি। ঐনকা ঋারক্লুবা য়াবজাৎ নত্তে। ঐগসু হেক থংনবগা ওইরে। বেব্য হারতবু কায়নদে হায়বগী ঋনি, উশিৎনদে। অদুনা মানা থঋায় য়াওনা য়ুম কৈ শেমজিল্লগে খনবগী মমি অমা হন্দক নোংমা-নিনিসিদা তারক্লিবসিদা ঐনদি পুক্লিংদা ইচিং চিংনরকপনি। মীগী মচা নিংঙোল অমা শৎকা হেক পুশিনলক্কদ্রা। ঐমকসু মতাং চাবা অমা কন্না য়েংলিবনি। মানা শৎ হান্দৌরিজাৎলা হায়বগী নুংশা থীরম্লিবনি। হৌজিকপু চেল্লম-খোৎলম তৌরো . . . অস! মথাদুম ফজনা শাগৎলকই। ঐখোয় ইমাসিনা মতোমতদি শুপখন হেক খন্দেনে, মচা পাখং হল্লক্তুগা মাইবা কৌরুচো হায়রিসিনি। মৈরা পায়বী তাক্কে, থানা তাক্কে হায়দেনে।

মাইবদু চৎশি হায়বদি ময়াদ্রে। মাগী খঙজবী অমা লৈরি হায়। ঐবু ঙাইহাক ঙাইহল্লগা সনামহি কাচিনলোমদগী কাপ অনীমুক শাংবা তেন মচা

অমা পুথোক্লকই। মৈতৈ য়ুমজাওনি। মাগী ফম্নেন কাদা থারিবা ফম্মাং অদুদা ঙেক ফমথরগা লীরুং অদু ময়ায়দা তাপ পায়রগা ঙাইহাক মমিৎ মনা উইশিন্দুনা লৈখি। মমিৎ তপ্না পাংথোরকই। অদুগা শ্বর ফুইনা হোন্দোরক্লগা হায়রকই। -'লাই অমুক্তং খুরুম্লগা য়েংথোকসি। লমলাইনা পুবা ওইগদৌবা মাল্লিনে অতো!' হৌজিক্কী মতম অসিদা লমলাই হায়বকাশিবু লৈরমখিগদৌরিব্রা হায়বসিমা ঐনা লনাই ওইনা চিংনৈ। অদুবু মাইবা অদুবু থ্যজদুনা লাক্লগা মঙোন্দা মরৈ য়েৎলুবদি য়ারিব্রদো।

নোং ঙানবগা মাইবা য়ুমদা লাকই। চেং শুদুনা শেম্বা য়াম থিৎতুনা লাইরেন শারগা মৈরম মপাগী ইশ্বোল কাচিন্দা লাতোন অমদা থম্মী। য়েন অমুবা অমা কোয়থি থিরুরগা মদু থাঙ্গোলনা মঙক কল্লগা লা মথক্তা লৈরিবা অশাবা লাইরেনগী শক্তম অদুগী মথক্তা তপ তপ তাহল্লি। য়েন অদু পদ্রাক তাদ্রিবা ফাওবা মমিৎ উইশিন্দুনা পায়। ফ্রিং ফ্রিং কাওরম্বা য়েন অদু পদ্রাক তারে, শিরে। মাইবদু মমিৎ পাঙথোরক্লগা তারিবা ঈ অদুদা য়েংই। হায়রকই, '-ইবুংঙো ননাওসি কাল হায়বা লাইদুনা পুখিবা জাৎনি। য়েংউ ঈ অসিনা পিরিবা খুদম অসে!'

ইমাদি মাইবদুনা হায়বদু ফজনা থাজখ্রে। হনজিনলক্লবা মখল মখা কয়াগী ঈরাৎ-থৌনি হাপ্তা কাংদনা পাংথোকখি। অদুবু ইনাওদু হল্লক্ত্রি। খবরদা মাগী ফোটোগা কোন্ননা ফোংখ্রে। ঐনা য়ামন্দদুনা পুলিসতা রিপোর্ট অমগসু তৌখ্রে। পুন্নমক অসি তৌফম থোকপা হায়বদুনি। মরি মখোঙদি হৌজিকসু খঙদ্রি। অদুবু ইমা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্কী খবর য়েংলি, মরক মরক্তা ঐসু ইমাগী য়াথং পুদুনা রিমস হোসপিটালগী মোর্গতা চৎলি। হল্লকফম থোকপা মীসু হল্লকপা লৈত্রি। অমরোমদা মদুগা মরি লৈনবা চাদিংদি চৎপা লেপত্রি। তুমিন্না লৈথোক্লসি হায়বসি ইমানসু য়াদ্রি, উপাইদি করি লৈরি?

# লৌনম-মীনম

অহিং ফনা থেংলে। য়েন খোঙবদি তারে। ৱাখলসিদদি য়াম্নমক্তি থেংবা মওইরমখিরোই খল্লি। করিনো হায়বদা মখারোমগী মেমচাতোনবীনা ফি শাবগী ক্রোক-ক্রাক ধং হায়বা মখোল নীংথিনা তারী। হায়বগী ৱানি য়েন অসিশু ফরক তানা খোঙবা অদুম ময়াওই। সন্ধ্যা য়াচংবদা খোঙবা য়েনদি য়েনখোং কায় কৌই হায়দুনা হাত্তোক্লবা থেঙনখ্রে। মদুশু চুন্না হাৎপা নত্তে, শুক্না থোম্লগা হাৎকদবনি। পাবুংনা হায়রম্বা ৱানি। তাঞ্জা অদুদনি ফুঙ্গা ৱাংমদা ফম্লিবী মানা খঙহং হংলকই।

- য়ুমশিবু কনাগীনো?

- ঐগীনি। নোংমা ফাদোক হেক-হেক লৈরে। অৱাংলোমসিদা লৌবুকসু লৈরি। খুরাতোনখোয়না য়েংশিনবীবনিদা, য়ুমশিশু!

- অদুদা তাইয়ে। কৈ-কান্নদবদা, তুমদুম তম্মুরসি থেঙখিনবনি। হয়েংদি নঙ য়েঙবা ময়াম লাক্লদোইনি।

- ঐদি তুমখিরোই।

- তৌনুদা, থৌনা মতাদুনা। ঐদি চংলে, মৈ কাদু ওমশিনলম্মু। নহালৱাই ঐখোয় ইমাদো ফুঙ্গা মৈ মুৎপা য়ারমদে, পাবুংসু।

- করিনোনে হায়বীরিসিবো?

- কদাইদৈ হৌজিকসিদা মরম ময়াম অদু নঙোন্দা লোয়না খঙনবা তাকথোকপা য়ারিব্রনে?

ফমুংদা কাখৎতুনা তুম্লে। ওইদবা ঙাঙবসি ঐদি হৈনদবনি অদুবু অওইবতা ঙাঙলক্লবসু ওইজবা শিংলী হায়বগী এক্সপিরেন্স অমা লৈদ্রবনা

হৌজিকসিমক্তি অচুম্বা অওইবা ঙাংবসি তাঞ্জা য়েঙ-য়েঙদুনা ঙাংলে। ঐনা ওইদবা পরেং অমা ঙাঙলকপদুনা ফিভমসি য়ৌরক্লিবনি।

ইমুংদু ব্রাহ্মনগী ইমুংনি। ঐসু অকোয়বনা ব্রাহ্মন মচা ওইনা লৌনৈ। তঙাই ফদবা মতাঙদা লাইগী শেবা তৌবা য়াওখ্রে। অমাঙ-অশেং য়ক লাওবা ঐজ্ঞ্যানা ঐবু লুনা তৌবদুমক্তনা ঐ হিংলিবনি। ইশেং শেংবদা ঐসে ব্রাহ্মনদি নত্তে। লাইরিক তম্বগী ভরাদা শুম লৈরম্বদগী মচাগা লৈজদবদুদা কদোমদৈনো লাইবক-শা তিন্নরুবা হায়বদুনি ঐজ্ঞ্যশিনা মচাদ মচাগুম্না হেক তৌবিরকখিবনি। অমরোমদা ঐগীদি ইমাসু ইপাসু লৈত্রবনি। খুরাতোন্দুনা অহলনা থম্বীরম্বা সম্পতি য়েংশিনবীবদা নত্তনা ঐগী ইহৈ তম্নীংবা মখে তমহল্লী। য়ুম অশেংবদি মনিপুর ৱাংমসিদনি।

কুম অমগী য়ুহার হাবদা ঐনা লৈরিবা ইমুং অসিগী, ঐজ্ঞ্য পাবুংগী লাইশং কিন্থদুনা লাৎনরিবা মুর্ত্তিশিং ননবা য়াওখি। থৌদোক অদুদা মতৌ থীনা শোকপসি জগৎকী মপু শ্রীজগবন্ধুগী অঙ্গদুনি। ইবুংঙোগী মপাম্বোম অনিমক তেকখি। পাবুংনা মুর্ত্তি অদু অনৌবা অমা শিনবা য়ানিংদে। ইবুধৌ হাক্তক্কীনি হায়বদৈ ইবুংঙোগী মখুৎতু শেম্বা হৈবা ঐজ্ঞ্য অমগীদা থওইনা পুখি। ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা হায়বসি ফজবা থিবগী ৱা নত্তনা মিৎনা উদবা মরি অমদি অদুম মরৈবজাৎনি। শুম্নমক্তবু লৈমিন্নক্লবা হায়সিমক্তবু হুই-হৌদোং শিবগী দিহে হিকথনবা য়াওরিবসিনিদো। মতমদু ইঙেন থানি, কাং ময়ানিনা খুৎহৈবা ঐজ্ঞ্যাদু থবকসি মৈনি। অহিংদা থাউমৈ অঙানবী থান্দুনা শুই। পাবুংনা লোইবিরব্রা হায়না হেক-হেক হংবা চৎলম্বদগী ৱারক্লমালে ঐঙোন্দা শিন্নরকপদগী ঐনা চৎলি। শুক্লোই লোইদে। অদুবু পাবুংদো শাওবা ঙমদে। খুৎহৈবা অহল অদুনা শাথিরীবসু মখোয় থোঙ্গালদা ঐ চংলকপা হেক উবদা, নাশোন খিৎ ফংবদা ঐখোয়গী মুর্ত্তিদু শৎ পুথোক্তুনা শিৎপগা তকপগা হেক্তো তৌই। ইমাংমক্তদা ঐঙোন্দগী খর ফিংবা অমা হেক লাক্লবসু মাগীদু হেক্তো তাপপায়খৎলি। খর তপচরবসু শোয়গন্দে তৌবদবু চি লাওনা নংগল্লি হায়নৈ। মসি নত্তবা মগুণ অমনা মশক্তু হেক য়েংবদা য়ুমদগী মৈ হৌনা শাওদুনা, খোয়দৌ প্রোক প্রোক চাকনা লাক্লবসু মাগী শিনশং হেক য়ৌদুনা চাঙাং গ্লাস অমগা ৱারীগা হেক মারিবদা খোনসি খিত্তা কন্না ঙাংবা ঙমদে। ঐদা নত্তে, মাগী কষ্টমর পূন্নমক্লি। মসি মখোয় খুৎনাইবশিংগী মগুণ অমা হায়বদু ওইরম্বা তাই।

তোয়না চৎমনবদগী ঐজ্ঞ্যদুগী ইতৈমদু খঙনরে। চা লোন্দুনা হেক-হেক পিথকলকই। থা অমরোম ফাজিনখ্রে। নোংমদি ঐজ্ঞ্য লৈরমদে। কনাগীনো শ্রাদ্ব অমা চৎখি হায়। ওন্থোক্লা নে তানা ইমুং মনুংগী ৱারী লীরকই, ইতৈমদুনা। অব্বা-নুংঙাইগী। মমৈদা ৱারীদু ঐঙোন্দা তারকই,

- ইবুংঙোদি য়ুম পান্নব্রা?

- পানজদ্রি।

- য়ুম্নাকতি করিনো? অহল মশেলবুদি খঙনরমনিকো?

- আ! লাইরেনলাকপমনি। (ঐ, লকক তৌই। মরমদি ঐদি পক্কা মৈতৈনি)

- এঃ ব্রাহ্মননিদনা।

- হোয় অদুম্মাইনা হায়' তাইয়ে।

- চহি মতাংদুগা হায়রবদি য়ুম পান্নবা তৌবা য়ারবনিনে ইবুংঙো। ইকাই হঙ্গোইদনা হায়রবদা য়ুম পানবসিদদি ঙনবদা ফত্তে হায়রবসু থেংবদদি তোংজবা করিমত্তা লৈতবনি। মতাং মতম চারিঙৈদা গ্রোং-গ্রোং হেক লোইশিনহৌবা মদুনা ৱাই ইশং শংবনি। খঙদেনে, ঐখোয়গীসু ইপামদা হেক পোকমিন্নবী ইনাওনুপী অমা লৈরীয়ে। মাতা ঙায়রে ময়ুম পান্দ্রিবা। মরমকাদি মোকখ্রপোৎনিদা। পাবুংদুনা ব্রাহ্মনদা থাজনিংবা। অঃ মতমগী ইরাংকা করিমত্তা য়াওজবজাৎ নত্তে। ঐখোয়না ফরে হায়বদো মাগীসু ফরবনি। খঙদেদা ঙাই-শেনদুম ওইনরসিরা?

ঐ নোক্ত মনোকখিবনি। মখাকা করিমত্তা তাজখিদে। ওন্থোকপা হায়বদুনি লাইগী অঙ্গ রিপিয়ার তৌবদুদি ইয়াঙ য়াঙশিনলক্তে। মফৈদা ইতৈমদুনা মনাওনুপীদুগী ৱারীদুদি প্রোগ্রেস লৈখৎলকই। মাগী গ্রোং-গ্রোং হেক তৌহৌবনা ফৈ হায়বগী থিওরি অদুগী মখাদা গৃ-গৃ তকশিনলকপনি। উন্নহনখি, খঙনহনখি। ঐখোয় অনীগী মরক্তা য়ানরোইদবগী মরম ইরৈ লৈশিনলক্তরে। তোয়না উন্নবা হায়ববু ইতৈদু মশা ঙমদে হায়জিন্দুনা মাগীদা মনাউনুপী অদু থম্নক্লবনি। থবক্তুগী চৎপদা শিনশঙদা ফম্নম্বদু মখোয়গী ৱাইতিং রুমদুদা ফম্নক্লবনিদনা। ঐজ্ঞ্যদুসু ইখঙ হেক খঙনা খঙশিন্নদে। নুংশা থীরিবদি ঐগী ইমুং-মনুংগী ৱানি। মরল-মথুম, শাগৈ-জাৎ পূন্নমক তোক্লগা

শেবা-লাঙবাদা, লেঙ-ওৎপদা নুপীবু ওহোক্লা য়াম্না মানগ্রে, তুংগীতবু খঙদ্রে। চুং-ফিরালদা নোপ্পপ তারবসু মশক্তি চন্নবা য়াই। মশম খোয়রপ তাই। শম্বুলদু থাদোকপা নোংমতা উদে। অদুবু মঙোন্দদি মদুনদুম হেন্না পকচৈ। চা লোনলুরগা লাম্থোকপা থোরকপদা মাগী শম্বুলদুদা ইপ্পীবা ফিদুনা কোক কুপ্পনিসু হায়বা য়াদবা কুপ্তেসু হায়বা ঙমদবা মওংদা পলহল্লি। মদ্বাইদু য়ৌরকপদদি ঐ নুংশা থিরকখি। ফঙহৌদ্রগা ঐঙোন্দা করম থোক্লদগে শিবো। খন্দ খল্লুরগা অসুম্না খল্লকই - "বামোনগা মৈতৈগসিবু করিদা খেন্নবগে, মীওইবনি, শিনফমগী অদুক খেন্নজরসু, অমরোমদা ঐদি বামোনগী শিনফমদি নাকপাক অমা পুরিবনি"।

ব্রাফমসিদা নাকোয়ননা ঐনা পাবুং কৌজবা ঐজ্ঞ্যনা পাম্বোম অনিমক ঐগী তিংলকখি। হায়নরে হায়দনা নুমিৎ থাবান পক্ল-ব্রাইন য়েংগদগী হৌরকপদা ইতৈমদুগীনা ঐনা পাখৎপসিগা মান্নরুদুনা নমদুনা চেনথোকলে। মদুদৈ পাবুংনা "এঃ চেনলবদি পক্ল-ব্রাইন য়েঙ-খোৎপা পুম্বা বন্দ, দরকার ওইদ্রে। ইচানিনা ঐদি লুহোংবরা হোংনি। মপোক নুমিৎ নত্তবা, মপোক থা নত্তবা থাগী নুমিৎ অমা য়েংনরগা লোইরে।" মব্রা চৎপা ঐজ্ঞ্য পাবুংগী ব্রাদুদা নুপীরোমগী পাবুংদুসু য়াই। তেক্ত-কায়দনা লুহোংবদু পাঙথোকখ্রে।

অঙাং অহলশিগী চুড়া করন তৌবা মতুংনোং হেক ঙানবদা মখোয় মপাবুং লৈখিদ্রে। শ্রাধ-কর্ম্ম পুন্নমক লোইরবা মতুংদনি। কুইরবা মতুংদা নোংমা খুরাতোন্না চিঠি অমা থারকই হায়দনা ঐজ্ঞ্য পাবুংনা ঐঙোন্দা লোন্না পি। মরোল করিশু হায়রক্তে। শেল থুম থারকউ হায়রক্ত্রিবা করিগীনো। ব্রারৌরব্রা, ইন্দোমচাদু য়াম্না কন্না ঙমদ্রে। মাগী লায়েংবদদি খরা ব্রারুরে। হৌজিক ফরক্লে, ঐবু উন্ননিংই সিনি। ঐ লাকনি হায়না পাও থাখ্রে। মরম ইহায় হায়দনা মাগা ঐগা চৎপা তারে। ঐজ্ঞ্য পাবুংনা মশুদু পুখিবা য়ারোই হায়বদৈ অঙাংদি লৌহৌরে।

বস অমুক তোং, ত্রেন অমুক তোং অমুক্তা লমশাং চৎলক্তবগা মাদি ব্রারবা জাৎনি। য়ুম য়ৌবদুসু নোং ঙানলমদাইনি। খুরাতোনখোয়দা অঙাং খরগা কা লোইশিন্দুনা ঐগী ইপানা থম্বীরম্বা ঐগী কাদুদা চংদুনা পোখারি।

- সিবু নখোয়গী কনানো, লাক্লীবশিনা করিগীনো?

- হৈমা নঙ তুমদ্রিব্রো? (ঐ জ্ঞান তারকই)

ইমুং অসিগী মীওইশিংনা কৌন-ঙাংনরিবা মওং মতৌ, য়ুমশা-কৈশাগী মওং পূন্নমক অসিনা মরম ওইরগা মহাক মপূক্লিংদা চিংনবা খরদি পোক্লে হায়বা ঐ খঙই। ইমিৎতা ইচা উরক্লবা মতাং য়ৌদুনসু কায়নবা হায়বসি য়াদে হায়বা অমা লৈতবনিনা নিংদোল চোংলিবদি ঐসুনি। তুমশিন্নবগী ৱানি য়ুম য়ৌরগা খো-খো নাখোক্তুনা হুমাং হন্দোকপমখৈ পোথাবা ফংদবা হায়বদু হন্দক্কী মতাংসিদা অহানবা ওইনা থেংনরে। শেংদোক্লিবনি, চমথোক্লিবনি হায়দুনসু মতাং চাদ্রবদি চৈ অদুম মচাবা য়ারিবনিদো। অমরোমদা ফিভমসি হৌজিক্তদা খঙলু লুশিনলক্লি। ঐনা হংখিবা মতুং ঙাইহাক কান্নরগা তপ্পা হায়রকখি।

- তুম্বা লাইরি। ঐ য়াম্না চিংনরক্লে হায়রিবসিনি।

নুংশিবা ফংননবা হোৎনবদা মীনম্বা ঙাংখিবা ফনা লৈদুনসু শেল্লকখিবা নুংশি মরি অদুদদি অকায়বা অমত্তা লৈরকখিদবনিনা ঐ অদুক হাক্লা লাল্লবা মীশক অমনি হায়নদি হায়নিংদে। উ লৈতবা মফমদা কেগেনা য়ুম্বী ওই হায়রিবনি। মদু কেগেদুনা উ লৈতবা মফমদুদা হৌজিনলুবগী মরাল লৈ হায়বসিমক্তি ঐমক্লদি য়ারম্লরোই। মানা হংনিংলমগদবা অমদি চিংনরক্লিবা পূন্নমক ঐনা পোথাফম খঙদ্রিবা অসিগা শোয়দনা মান্নফম থোকই। শ্রীকৃষ্ণ মক্লসু ইবেম্মা রাধিকাদা মখোঙ কোন্দুনা হায়জখি হায়দুনা ঐসু মঙোন্দা হায়জসিরনে।

- চিংনবা খুদিং চুম্বা য়াই হায়বা লৈব্রনে। অদুবু সাস্তি, মী হায়বসে কুচু লোল লৈফম লাইনিংনা খেন্নবা মানবগী ৱানি। মুন্না খললু, খঙলকখিনি ঐখোয়সে ইমান্ত মান্নবনি। হৌখ্রবা খন্দুনা নিঙদোল পোমদৌ শরুক ঐখোয়নি হৌজিক্তি পুন্না ইচা বোবোসনাগী খনমিন্নবা তাবনি নত্রনে? বামোন, মৈতৈ, ময়াং পাঙ্গল হায়বসে মীওইবনা শেমজবা, হৌফম শাৎফমগা মরি লৈনবা পোৎনি হায়বসিখক্তি নঙনা চেৎনা থাজগদবা পোৎনি। হিংনবা হোৎনবদা শিবা কিনপোৎ নত্তে। তৌবতবু তৌশিন্নরিবনি হায়দুনসু য়েক্লবদা চৎকদবা লীচৎ অদুতা চৎত্রগা লোইরে।

- চিংনরিসি চুম্লমদোইরো, নঙশে থাজদনা য়াম্না ঙক্তৌরি।

- নোংসিদা ঙানখিসনু, ঐনা করিমত্তা হায়দ্রসু নঙনা ঙম্না খঙলদৌনি।

# নিঙোল কাওজ মমল

নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। মমাংগী নোংম-নিনি ইপাঙ্গল থেক হেক তেকপা মখৈ ঙা ফারক্লবনি। ঙসিদি পোখারগে খন্দুনা ফমদুনা লৈরে। মতৈমনা কোনবা চুরুট মচৈ অম'নি পুরগা থাঙ্গরোম থংবা চীংমাইসিদা নুংশা হাইবপ যাইদুনা ফম্লকপা ফনা কুইবে। ঙসি অয়ুক্তি চাওতোন মশেন-মবাইনা ইথেং থেংই, পাৎতগী কারকপসি। মরাইবকপু লৈরবদি নাপীচাবী, কতলা অচৌবা ঙাক্তা মপোৎ ফানা পুরকই। হন্দক মরক্তি ঐদি দাউ ইয়া য়াদবা হায়বদুনি। ফুম নমই লীশিং ৫/৬ তগী হেন্না ফংদে লাং থাকই ইফা ফাদে। মপু মানা কবি পেন্দবা লৈরবনো খংদে। অয়ুক্কী পুং ১০ রোম তাশিল্লকপদুদা মোতোর বোট অমদি হি তোংদুনা মোইরাং থাঙ্গনচিংবদা ওংখিবা নিংঙোলশিং মথং মথং লাকপা হৌনরে। ঐখোয়গীদি নিংঙোল য়াওদবনিনা চাক্কৌদ্রে। ইমাসু ঙসাই পাৎতগী কারকপগা মাম্মনা চাক কৌরি হায়দুনা হোবে হোবে অদুম চৎখ্রে। ইচানুপী ঙানবীনা মমানা ঙাইহৌরে হায়রবদুদা নিংশিংলকই। ঐসু মাবু থিনবা চৎকদৌরিবসি থাঙ্গদনি। মদুসু হিদনি। ইশামক্কী হি লৈনা-লৈনা মীগী হি ৰাইদুনা, মী নেক্তুনা থিলহনবা ইচানুপীনা লৈশাবী ফারক্লবসু ঐ তৌনিংদে। মোটোর বোট তোংহন্দনা থাখ্রগা মী চিনখ্রবা গাড়ীদুদা অমুক তোংহন্দৌ শরুক ইশামক্কা হি হোন্দুনা থিনবীরুনা মথ্বায়দুম নুংঙাইজরমগদৌরিবনি। ইশেনখোয়, করিখোয়না মবাই অহলনি হায়দুনা ঐবুদি য়াম্না লুনা তৌজবনি। ঐবুসু চাক চাখো শোয়দনা হায়রক্লদৌনি। তৌবতবু নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎ অসিদদি ঐ নুপী মপামদা চাক চারোই হায়দুনা খক চারক্তবনি। ঙসিসু চারক্লোই, ঙসাইনা ইথন্তগীদি করিনো অমা থোং-খোৎতুনা লোইশিনলগা চাকউপনা উপ্তুনা থম্লমলনি।

তাঞ্জা অদুদা অশোম ৱাংমদগী মোটোর বোট থুংলরে। নীংথিনা কে মৌরবী মৌ অহল নহা খর মরি মরি কুমথরকই। অঙাং ৫/১০ শু ইরাং হেক লাংলী, ইস কপ্পববু য়াওরি, লাপ্পা ওংখিবীশিংগী মচানিনা হি, মোটোর বোট ককাসি তোংবা ইফং ফংদবা ওইরমগনি। কদাইদনো, লৌকোই পাৎতা হায়মাল্লে অমদি সরকারনা হি হোন্দুনা শান্নবা হি খরা থওইনা থাদরগা মা পান্নদুনকা থম্মী হায়। নোরোক হেক তানি নোংমতা মদ্বাইদকা চৎলুদে। ঐগী হিনাও মচা অসিগা লোক্তাকশিদা লৈওন্দুনা লৈবসিদা। মীনা ৱারী শারকপদগী তাবা ৱানি। নুংশানা মায়দা য়ৈরকপগা ৱাখলসিনা মোন্দ্রং ঙাইহাক তৌরুবদুগা থোইনা মুন্নবু য়েংলুদে, কৌরকপা অমা তাই।

- তাতোন কমদৌরি নুংঙাইরিদনা?

- এঃ নুংঙাইরি থাঙ্গ-করাঙদা লৈবা মীগীবু ৱাবা লৈ হায়বরনে?

মৌ নহা অমনা হরাও হরাও কৌরকখি। থওইনা মহাক কনানো হায়না নীঙশিংলুবা তৌরুদনা খুমদোকখ্রে। নিংশিংলকপা মিৎকুপ্তুদনি ঐ লোক্তাক ঈয়াইদা লৈরিঙৈদা ঈমায়না ঈথক হৌরকপগুম্না নিংদোল চোংলকখিবা। পম্ভুরম্বা তৌদনা য়ুম য়ৌনবা চৎখি। করিনুংগী ফম্ফম চাদনা ফম্লুরিবনো, য়ুম য়ৌরগা হেন্না নীংশিংলকখি থোকখ্রবা থৌদোকশিং মথং মথং। কান্নদবদা মাঙখ্রবা মতম অমদি আশা।

- খিত্তা ঙন্না চৎচগে হায়রগা, কনাবু য়েংলুরিনো?

- হেরা মী কনাসু চৎনদ্রি। নঙসু মোতোর বোটতা চৎলোদনা . . .

- খোঙনা চৎপকা ঙমজরোই। হিদা চৎসি কৈনো! মখোয় বাবা লৈবিহৌগে হায়রিরো?

- অদুম্না খল্লিবা।

- কৈনোনে? ইমানা নমা নচা নখোয় অহুম ঙন্তা লাকউ হায়দুনা ফৌ শুবগুম পাউ চেনজরক্লগা কান্নদে থেংখ্রে চৎসি।

- ফাগী তৌবনিদা চৎসি। নতৌ য়েংগে তৌনি। নংশু পুগদবা পোৎলমশিংদো হিদদুম ঙসাইনা হাপচিল্লম্বা য়ারিপোৎনি, মদুসু ঐ ঙাইরিনিনে?

পাক্লবা মোং হাদ্রবা ঈপাক অদুদা ঐখোয়গী পিক্লবা ইমুং অমখক হিনাও অদুনা পুদুনা চৎলি থাঙ্গা তম্না। তান্না উরিবা মপাম লমদম য়েংদুনা

নোকমি নোকমি তৌরিবী ইবেমনুংশিনা করি খল্লিবা ঙসিদি ঐ ভাবনকা শাগৎতুনা শান্নরুদ্রে। মচানুপা নুপী মমাং থাদুনা চাগী বাস্কেট অমা য়াল্লগা ঙৌরোক ঙৌবা অচৌবাময়া হিগৎত্তুনা *তাতোন নুংঙাইরিব্রা* হায়হৌবী লতাদো ইমিৎতা শংশং উরক্লি। খুৎতা পায়রিবা নৌনা লোক্তাক্কী ঈশিংদা হোন্না হোন্না হিমাই চুম্বদুদি অরিবা নূঙগী রেকোর্দতা গ্রামোফোনগী পিন্না খোৎপগুমখ্রে। মদোমদা ওইনা নীংশিং খুৰ্জ্জি থাখ্রে।

মখোয়গী (লতাখোয়গী) মপা মমানা ইনাক কৈরাক খুনবা, লৌচা লৈজবা ওইজবগী ৱানি। মতমদো ইরৌ-ইশিং লৈজদবা ঐবু মখোয়না ময়া-মমাক ওইনিংখি। মখোয়গী অহলশিংগী কাইদা অদুগা ঐগী চহি মতাংদুগা য়েংদুনা ঐখোয় পাবনা খুনগী অহল, ঐখোয় খুরাতোন, ইপনধৌখোয়গা লোয়ননা চত্তুনা অহুল্লক ৱাচৎনরগা মহাক ঐগীদমক ৱারোইনখিবনি। মশা ইশা খঙনদবা নত্তে। থোইচৎনবী লতানি খঙনা খঙনা ঐবু নুংশিবিরমদ্রগসু মপা মমাগী ময়াথংদি শোয়দনা ইল্লক্কনি খনখি। য়ানিংলমদ্রবদি ৱারোইপোৎ পুরক্লবা হায়বসি মহাক ৱা খরদি হায়রকপা য়ারবনি। হোয় মাই হায়রকপগী পাউ, মমান্নবীগী খূথাংদগী নৎত্রগা লৈকাইগী মৌশিং, ষঞ্জেন্নহাশিংদগী ফাওবা লতাদো মমা মপানা হায়না শিংনরকপদুদা য়ানিংদে খোত্তে হায় হায়বা করিমত্তা হেক তাখিদবনি। মদুদবু মতমদুদা ঐনা করিগী চাওথোক্লোইদৌরিবনো!

মোইরাংদগী য়াল্লুরগা পুরকপা মপোপ মতাং ফজখ্রবা মরিবোপকী অচৌবা ৱাশাং অমা মেরাগী পুর্নিনা নুমিত্তা মখোয়গী শুমাংদা য়ুংখি, **মেরাপোন**। ঐখোয়রোমগী অহলশিংনা মমৌ ওইদৌরবী লতাগীদমক। মতমদুগী করিগুম্বা মেরা থানুংগী অথেংবা অহিংদা লোক্তাক ময়াইদা ইদোম হিদা লাং থাক্লিঙে, তাইজেপ কাইদুনা ঙা ফারিঙে, তাম্না উরিবা মেরাপোনগী মৈঙালদু উজরুরগা কনামত্তনসু ঐবু উবিদ্রবা মফম অদুদা ইতোমতা ঈকাই-নুংশি য়ান্নজদুনা খোইরুম নোকচখিবদো নোংমখক্কী ৱা নত্তে। ঐগী শোয়দনা ওইদৌরবী লতানি হায়বা মশিং থিঙমদনা খনখিবনি।

কুম্মে হরাও থোক্লকপা খুদিং মমৌ ওইদৌরবীদুগী মপোৎ মচৈ তমজখি মীতিক-মীরৌ খঙবী ইমানা। ওষ্থোক্লা থবাই য়াওনা মথৌ অমা ওইনা মতম কাইথোক্তুনা মথন্ত মোইরাং কৈথেল কাদুনা মথ্বায়না খোয়দাবা

ফি, অথুম-অহাও লৈরগা হরাও-হরাওনা থিনজখিবদুসু অমুক অনিরক্কী ৱা নত্তে। ঐনসু ইপাদুনসু খিৎ মতা ফজবা ঙা অমতং ফারকপদা ইমাসিনা হল্লা য়াদে ইমৌগীনি হায়দনা হেক্তা থিনখি। ঐদি শাওনিংবা মতাং ময়াওখি, পাবদি মথ্বায় তানা নোকচখিবা ঙাক্তনি। তেঙবানবা অসিদা মপুগী খুৎশেমদি খিৎ শক্তি লৈবা মাইবা মাইবীনদি খরদং ওইরসু তম্বা মঙমই। অদুন্নদি ওইরগা মপু মহাকমক্লা শেম্বা মীওইবগী পুক্লিংদা খল্লিবা অমদি খল্লকপা য়াবসিদি কনাগী মীনা খঙলুবা উরুবা ঙমদে। ঐমকশু অহল-লমশিংগা লোয়নবদগী অতিয়াগী ঈরাং য়েংজদুনা লাক্কদৌবা নোংলৈ নুংশিৎ মাঙজৌননা অদুম মখঙলে। লোক্তাক পাৎ অসিগা কুইনা লোইনজরকপগী মতিক পাৎ অসিগী লাইজ-ঈশিংগী মচু মনম উজ-তাজরগা লেপ্লে ঙাগী খোঙ্গুল লীরুবদা নোংমতা শোয়রকপা লৈত্রি। ফুমগী মনাক্তা য়ুংলিবা তৌগী ঈরাং উরগা মদ্বাইগী ঈরোলনুংদা লৈরমগদবা লেপ্লেশিংগী লিচৎ মখঙই। অসুক য়াম্না খঙজবা ঙমগনবা ঐমক্তনা লতাগী মীনোক, মৱাহৈ, মায়থোং পুন্নমক্তু য়েংলগা চেম্থরক্লিবা পুন্সি ঈচেল অসিদা মঙাও থিবা নোংলৈ অমা থেংনরকপা য়াই হায়বসিদদি ঐদি লায়রদুনা মাবু পোক্লিবা মমা মপানফাও তশেংনা খঙহৌদে হায়বসি ঈবুধৌ খুমনপোকপা পনবমখৈ ৱাশক্তুনা হায়খি।

হৈজিংপোৎ পুগদবা শুপ্নগী নুমিৎ হুন্নিখক্তা মঙাইরবনি। নুমিৎ অদুদা অয়ুক্কী লৈচিন হায়দোরকপদা লেংদবা কোরৌদি উবা ফংখি, অদুবু লতাগী নিংঙোল কাগী পর্দা হায়দোক্লুবদা লতাদি লৈরমখিদ্রে। লৈকায় পুন্নমক ৱা ৱা লাওখি। ঙাংলি ঙাংলি তৌনরবা মমুন ফারগা কেনদৌরবা কালেন হৈখাগুম্বা ইমুং অনিগী মাইথোংশিংদো শাওনিংবা ঈকাইবগী শহুম লাংনৈ। ৱাইনরমদাই মতমগী কাও অনিনা ফুইনা হোনবা শ্বরগুম ইমুং অনিমক্লা খাঙনখি, খোঙ্গুল লীনখি। থোইনা চাউবা খুল নত্তবনিনা লতা ঙরাং অহিং থাঙ্গদা চেনখ্রে হায়বসে অঙাং-নুবী খো-খোৎপা খঙনরকখি। অনি তিন্নবদা ঙাংনৈ, অহুম পুনবদা শোন্নৈ।

থৌদৌ অদুদা পাবগা ইমাগদি মৈ হৌনা শাওখি। খুৎ থারুবা য়াদে হায়বগী ৱাতনি। মচানুপীগী মরমচৎ খঙদনা অরেম্বা চানিংবা হায়দনা পাবনা লতাগী মমা-মপাগী মথক্তা শাওখি। মখুৎ-মশা প্রোক-প্রোক থেক্তুনা খাংবা হায়বদু য়ৌনা খাঙখি। ইমাদি ইমুংদা মথন্তা লতাবু মখুৎ য়ান্দুনা ফজদবা ৱাহৈ

কয়া অমা হায়রদুনা চৈখি। ঐদি, ঐ য়াম্না ঈকাইখি। ইরল লৈতনা শঙ্গোম চানিংলুবা, থিক নেম্বনা থা লাম্লুবা অসিনচিংবা কয়া খন্দুনা ইমাগা পাবগগী মথক্তা য়াম্না শাওখি। চিন্না থোক্লুদি ঙাংলুদবগী ৱাতনি। লৈকাই মচা ময়াম লৈবুং ফম্বা য়াওবা ঈকাইদুনা লোক্তাক পাৎনুংদতা লৈরকখিবদো কয়াদি কুইখ্রে। চাক চাবতনি য়ুমদা হল্লকখিবা। চাদবসু য়াওখি। মখোয়রোমদা লতাগী মমা মপানা মচানুপীগী মথক্তা অশাওবগী মৈ মহি হৈথখি হায়বা তাই। মতমদুদা ঐদি লতানা পুর্নিমা থাশি কয়াগী অহিংদা ঐনা মাগী য়ৌনা ফজবা নত্তবা শক্তম অমদি শাবাস্তবু নুংশিরুবা মায়কৈদগী জগৎকী খঙজ উজবা ফজবা পুন্নমক্তগী হেল্লি হায়না শৈথাদুনা শকখিবা খুল্লং ঈশৈদুবু তারগা নোক্লমগদ্রা নৎত্রগা শুপতা হেক তাবীদনা ফিরুপ খুমদুনা তুম্লমগদৌবদো খল্লক্নু হায়বা য়াদে। মদুদনি ঐগী থম্মোয়না অঙাং নিংঙাই ফত্তবনা নোইখায়রবা পাফরগুম শিংকুপ শানা তোইখিবা। অদুগৈ নোংখোং কোইরুবা পাখঙবনা মনাও সনামহিগী মমাংদা নংখিবা ইকাইবদু ঐগীসি য়ৌরমগদ্রা! অদুবু থোকখ্রিবা থৌদোক অদু শেমদোক শেমজিন য়াবা, হঞ্জিনহনবা য়াবা থৌদোক্তি নত্তবনিনা মায় ঙাংনবগা লোয়ননা হায়জবগা ঙাকপিবগগী ৱাহৈনা তেশিন্নরকপা নত্তনা করিদি উপাই লৈ। মদুনা ৱারী মতাং অদুগী অরোইবা হায়বদু অদুম মওইখি।

নুংশিনবদি হোংদোক হোংজিন য়ারমদবা য়াই। অদুবু নুপী নিপাদি ওহ্লোক ওনশিন তৌবা অকায়বা লৈতে। পুন্সিদি লীলানি হায়নৈ। মিৎসিদা উরকখি পোৎ-চৈ থন্না য়াওরবা হি অনি ঐখোয়গী হিদেন্দা থাংলবদো। মদো থাঙ্গগী কাংবুনি। ইখা পোনবা ইনাইগুম পোল্লি পোল্লি তৌরদুনা শুমাংদা লেপ্লখি। ঐবু ঐগী শাগৈবু ইকায়বা পিবগী নিংঙোল কাওজ মমল, ৱাকোংশেল হিরাল্লখিবদো ঐগী য়ুমদা। মদুনা কল্লক পেনবা হায়বদু শক্লখিদনা।

- ইচা লাক্লেদনা। খিত্ত ঙন্নসু মরাকউ। কদাই ইশুদি লাকও লাকও।

ঐগী লম্ফৈ চৎলুরবা ৱাখলদুনা ইনেমদা ভক্তি তৌখি। ইনেমবোক্লা - *মঙ্গল ওইয়ু*, হায়দুনা মখুৎমক্লা কোক্তা তপ্না নাম্থবিরকখি। ইশেনশিংদুনা য়ৌ য়ৌ তৌরকপদুদদি ঐগী নীংশিং ঈচেল অদুম খকখ্রে। খল্লকখি, ঙসিসিবু মহৌশগুম য়ুমদা হন্দুনা চাক চারুখিদ্রনে।

# রোমিলাগী ৱাহং

ইথৌনা মরোল অমা চিনবসিদা থোইদোক্লা নীংশিংলুদরে। নহাল অহিংসি ফোন অমা লাকই। অহিংদা লাকপা ফোন অসি কয়া থৱায় তানদে। ইচানুপী চাওরক্লবনিনা কৈশু নত্তবদা পাখং মচাশিংনা দিল লেনশিনলকপসু য়াওখ্রে। অদুবু নহালদুদি কনাশু লৈতবা মতাং অমা থোকপদা নত্তে এস টি ডি গী মখোল মানবদুদা ঐনা থোক পায়খৎলুই। খ্বাইবু লাওই, তাদা বেঞ্জামিন ওইরম্মী। কদোমদগী মানা চহি মঙা তরাগী মতুংশিদা ঐঙোন্দা ফোন! ঐমক্লা হেক পায়খৎলকপা অদুদা মহাক্লা ঈশ্বরবু থাগৎখি। মরমদি ঐগী ইমুং অসিদা মাবু নীংশিংবীবা কনাসু লৈরম্লরোই হায়বসি মানা খঞ্জরুবজাৎনি। মানা মশক ফনা তাক্লবসু মখোন নীংশিংবা কনাসু লৈরোই, অদুগীসু মথক্তা মামক্লা মখোল খঙবা কনাসু লৈরোই সিমশু মানা খনলুরিবা। ৱারী হৌদ্রিঙৈদা হান্নবা হায়রকই মানাচেনগদৌরিবা পাও অসি অরুবা পাওনি। অদুগা নুমিদাংদা পাও অদু পিরকপগীদমক শাওবা য়াদেসু হায়রকই। ঐখোয়গী চৎনবীদা নুমিদাংসি বার্তন পিনদে অদুগীনি। মহাক মৈতৈগী চৎনবীসু নীংথিনা খঙবনি। অয়ুক নুংথিলদদি ঐ য়ুমদা লৈগন্দবনিনা থওইনা মহাক নুমিদাং পুং তরা তাবা ঙাইদুনা ডাঃ জোনখোয়দগী তৌরক্লিবনি হায়। পাও অদু অতৈ নত্তে লাক্লিবা নোংমাইজিং নুমিৎ অসিদা মাগী শাগৈগী, মরু ওইনা লৈখিদ্রবা মাগী ইমাগীদমক লাইদা অচা-অথক কৎকনি ঐবু লাক্তবা য়াদে সিতনি। খুল অদুগী হৌনবী মতুং ইন্না লাংবন থা অসি শাগৈ শাগৈগী ওইনা লৈখিদ্রবা মীশিংগী মফমদা চাক এঙ্খাং থোংলগা থোঙ্গালদা মাইবনা লাইশোন-তিনশোনগা লোয়ননা থাদোক্লবগী চৎনবী অমা লৈবনি। মদু লোইরগা খুলগী অহলশিংবুসু পীজ-পীথক তৌদুনা শেবা তৌনৈ। মাসু খুল অদুদা লৈরুরবনিনা মফমদুগী

চৎনবী মতুং ইন্না ইমাদুগী মিংদা ঙমজবা খরা কৎচনিংবজাৎনি। ঐমক্তি য়াম্না কুইনা মাগী মনাক্তা লৈদুনা খুল অদুগী মরমদা রিছর্চ তৌরম্বনি। ঐবু মানা নীংশিংলকপা অসিমক্না ঐখোয় অনিগী মরক্তা লৈনরকখিবা নুংশিনবগী মরি অদু ঙাইহাক্কী খুদোংচাবা ফংননবগীখক নত্তে, অশেংবনি হায়বদুমদি তশেংনা পূক্নিংদা ফাওই। অদুমক্তনা ঐসু ইশাগী অচিনবা কয়া শিন্দোক শিনজিন তৌরম্লগা বেঞ্জামিনগী খুলদা অয়ুক ঙন্তা চৎখি।

বেঞ্জামিন বর্ম্মাগী তাঙ্খুলনি। মহাক্কী শাগৈদো মকু শরংনি হায়। ঐ থোইদোক্না মদোমদা কুপথনা থিগৎখিদে। তৌবতবু মনিপুরদা মহাক্না মতৌ করম্না লৈরকখিবনো হায়বগী ৱারী অসিদি ওস্থোক্না য়াম্না শাংখ্রে। মদুগী মরমদা মহাক্না নোবেল অমা ইয়ু হায়দুনা য়ু হেক ঙাওবা খুদিংগী হায়দুনতা লাকখিবনি। ঐদি সাহিত্যগী মী নত্তবনিনা নোবেল ইবা হৈতে, ৱারী ইবা হৈতে অদুমক্না ইখিদবনি। কনাগুম্বা মনিপুরী নোবেলিষ্ট অমনকা তারবদি শোয়দনসু ইরমগনি। য়াম্না নুংশিবা ৱারীনি।

মানা অঙাং ওইরিঙৈদনি। চপ চাবা চহি অদুদি মহাক নীংশিংদ্রে হায়। খুল অদুদা কাংলুপ মশেলগী মরক্তা শাথিবা হাৎন-শুনবগী ঈরাং অমা থোকখি। মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়গী ইমুং হুপ্না অহিংদা উমং ফাওদুনা চেল্লকখিবনি। থৌদোক অদুদা মপা-মমা, মচিন-মনাও ঙম্না কায়নখি। পল্লেপফম অমা লৈতনা মহাক মথং মথং অমগীদা খরা অমগীদা খরা শাইদাংদুনা লাকপসিনা কাইনথংদা ইম্ফালদা লৈবা পুলিস ওফিসার অমগা বর্ম্মা বোর্ডরদা থেংনরুবদগী মাবু মচা শক্না নুংশিনা য়োকপিরকখি। মতমদু মহাক লাইরিক লাইশুকা তম্বা হৌদ্রি। খুল অদ্বাইদা মনিপুরগী পুলিস আউট পোষ্ট অমা হাংলম্বজাৎনি। মদুগা ওফিসার ওইনা পোষ্টিং তাবদগী মহাক্তি ইচম চম্না কোয়থোরকপদা থেংনরুবনি। ওফিসার অদুনা কনাদসু হায়দোক্তনা ইম্ফালদা লৈবা ময়ুমদা থম্বীরগা মখোয়গী লৈকাইগী স্কুল অমদা থাদুনা লাইরিক লাইশু তমহনলকখি। মতমদুদদি থাক ৱাংনা তম্বা চিংলে, মেট্রিক পাস তৌবা ফাওবা তমখি। মাসি মরাইবক্তি ফবা হায়বা তাইয়ে। ইৱা ৱাদনা এক্সাইজ ডিপার্টমেন্টতা ইন্সপেক্টর ওইনা থবক ফংখি। মসিনা মহাক্কী পুন্সি তাক্কক অমগী অশম্বা ৱারীনি।

মনিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট কয়াদা মথং মথং চৎলুরবা মতুংদা মহাক কাইনথংদা লমাংদোংদা পোষ্টিং তাখি। মফম অদুদা চীংমী নিংঙোল অমা খঙনরক্তুনা

লুহোংখি। মাগী পুন্সিগী ৱারী অসি খণ্ডবিবদগী নিংঙোল অদুগী খুল অদুনা থোইনা চক্ তৌখিদ্রে। খুঞ্জাশিংনসু থোইনা হেন্নদুম মাবু লুনা চান্না তৌখি। খুল অদুদা মাগী য়ুম অমা ফাওবা শাদুনা লৈখি। ঐগা মাগা খঙনরকখিবসু খুল অদুদনি। কাইনথংদদি মহাক মানা লৈরুরিবা চীংমী ফুরুপ অদুগী মী ওইনা লৌশিন্দুনা খুঞ্জা অমা ওইনা লৈরকখি। কাংলুপতুগী লোন অমদি চৎনরোল পূন্নমক খণ্ডলকপগা লোয়ননা খুল অদুগী থৌবৈগী ইতোন তোনবা ফম্নাইবগী ফম ফাওবা পীরক্লবনি। মানা ঐঙোন্দা তমখিবা অমসু নীংশিংলকই। চহি খরগী মমাংদা নোংমা মহাক মোরেদা চৎলুই। ফনা কুইনা ময়ুমদা হল্লক্তে। অদুগা মহাক্না হল্লকপদো য়াম্না নুংশুক নুংজাননা হল্লকখি। মতম পুম্বদা য়া-য়া লাংগনবা মহাক্না মতম খরা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎলুরগা তুফক তুফাই চন্দুনা হল্লকপদু উবদা ঐদি মহাক মেলরিয়া হায়বা লায়না অদু নারক্লবোই নিংলুরে। চিংনমন্দুনা নোংমা মনাক্তা চংদুনা হংলুবনি। নুমিৎ অদুদা মহাক্না অসুম কোইথোক্লুসি হায়দুনা ঐবু চীংখোংগী লম্মাং অমদা পুখি। মফম অদুদনি মহাক্না মাগী পুন্সিগী ৱারী কয়া মচেৎ-মচেৎ লীরকখিবা। মতমদুদি মহাক য়ুসু য়াম্না থকত্রি।

মানা মোরেদা চৎলুবদু মতম অমগী মাগী ময়ুম অদুদা চৎকে তৌবনি হায়। অদুবু ঈরাং ফত্তবা মতাং অমা থোক্তুনা বোর্ডরদা সেক্যুরিটিনা য়াম্না মিৎকুপ নাহুম শিংনা ঙাক-শেনখিবনা মাগী খুল অদুদি য়ৌশিনলুবা ঙল্লকখিদ্রে। মদুগী মমাং, চহি খরগী মমাংদা মাগী মচানুপী অহল অদুনা মরোল নীংথিনা থোরকপা মতম অদুদা অমুক্তি লোন্না চৎলুরমাল্লে। মদুদা মচননুপী অমগা মমাগা য়ুমদোমপোক অমদা লৈরম্মী। মহাকপু হেক উবদা মচন অমদি মমানা মহাকপু মশক খঙখিদে। মানদি খঙবনিনা কাইনথংদা মৱা-মপাউ করিসু তাখিদ্রবা, শিরম্লগদ্রা, হিংলমখিগদ্রা করিমত্তা খঙখিদ্রবা মচাবু উবদা কোন্দুনা য়াম্না কপখি। মমিত্তা অহানবা উজবা মশুনুপীগা লোলদি ফাওনদ্রবনিনা নুমিৎ খরনি লৈরকপদো মপুক্লিংগী ৱা অমত্তা মশু-মবেন ফাওদোক্লরকখিদে। লোন্না চৎপা খোঙচৎনি, অদুগীসু মথক্তা মহাক্তি ইন্দিয়ান ষ্টেট অমগী মী অমা ওইনা গভর্নমেন্টকী থবক ফাওবা তৌরবনিনা মফম অদুদা মনিং তম্না বর্ম্মিজগী জাটি অমা ওইনা ইফোং ফোংনা লৈরুবা য়াবা নত্তে। লৈকাই ময়াম্না হংনরক্লিঙৈদা মহাক মনিপুরদা হল্লকখি।

হন্দকসি মাগী মমঙদা মমাগা মচনগদো য়াম্না তোয়না উই হায়। অদুমক্তনা মহাক্না কনামত্তদা হায়রমদনা মোরেদা থবক্কী চৎলিবনি হায়দুনা চৎলুবনি। অদুবু মফম অদু য়ৌনা চংশিন্নবা তাঞ্জাদি ফংলক্তরে। য়াম্না ৱানা খুত্থাংদা পাউ লৌনবা মতমদদি মমাগা মচন অদুগদো মতমদুগী মেলেরিয়াগী লাইচৎ লাকপদা কনবা ঙমহৌদ্রে, শিখ্রে হায়বা খঙলকখি। মফম অদুদা মাবু খঙবীবা কনাসু লৈরম্লরোইদবনিনা মহাক মখা তানা খুল অদু য়ৌনা চৎনবা হোৎনরুদ্রে। মোরেদগী অদুম হল্লকখি। ৱারী অসি মহাক্না ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতনা লীখি। পাউ অদু মাবু মপা-মমা শক্না কোনবিরকখিবা সোইবম লৈকাইগী পুলিস ওফিসার অমদি মাগী ইমুংদুগী মচিন-মনাউগুম্না লৈমিন্নরকখিবা মীওই পুন্নমক্তসু তম্লম্লগা হল্লকপনি। মহাক থোইদোকপা পোৎ-চৈ করিসু লৈরক্তে মসি য়ৌনা হায়। নুমিৎ অদুদগীদি ঐনা মাবু ইচম চম্না *তাদা বেঞ্জামিন* হায়না কৌদুনা তিন্নরম্বদো খঙনক নকশিন্নরকপগুম্না তৌখি, পূক্নিংদা পোকমিন্নবা ইয়াম্বগুম্না খনখি। ৱারী অসি মানা কনাদসু লীথোক্কনু হায়বদগী ঐ কনাদসু লিথোকখিদে। ঐগী থবক লোইরবা মতুংদসু খুল অদুদা চহি খুদিংগী কুম্মৈ মতমদা অমুক অনিরক্তি হেক-হেক চৎলি। অহিং অমা অনি লেক্তুনসু লৈথোকই। মতৈমা ওইবশিংনা মনাওনুপাশিংবু মচাগুম্না লুনা তৌই হায়বদু তাদা বেঞ্জামিনগী ইতৈমা অদুনা ঐবু লুনা তৌবসিমুক য়ৌনা তৌরমগদ্রা হায়বসি ইশাগী ইতৈমা কৌফম লৈরক্তবা ঐনা তত্তনা খনবা ৱাখলনি। তশেংনমক ঐগীদি পোকমিন্নবা ইয়াম্বা লৈতবনিনা মসিমা খঙদবনি, চাংদম্নফম লৈতবনি। মাগী মচাশিং পূম্নমক্না ঐবু কাকা কৌই। লুনা-চান্না তৌজে। হাকুমনি মহাক্না ক্লাস টেন থাখ্রবী মচানুপী অহল রোমিলা অমদি মচানিপা য়াইমা জেক্কি পুদুনা ঐগী য়ুমদা লাকখি। রোমিলাদো ঐনা খুলদুদা হেক চৎলুবা খুদিং *কাকা মিঠাই পিরো* হায়দনা হেক্তা নিগনি, পিশক পিক্লিঙৈদগী হৈনরকখিদো। খুল অদুদা অহানবা চৎপা মতম অদুগা রোমিলা ক্লাস টু কারম্মে। মৌপ্যানিপাদু স্কুল চৎলু হায়বা য়ারমদে। মদুগী মপাগা মমাগনা ফুবসিনা মহানি। কোন্নথংদা কাকাগা চৎলবদি য়াই হায়দুনা ফনা কুইনা ঐগা লোয়ননা স্কুল কাথোক-কাশিন তৌরম্মী।

কুমসিগী চহি হৌবদি থবক চিনমন্দুনা চৎহৌদ্রে। অদুনা ইয়াম্বসিনা মচিননা থোক্না কৌরক্লবা হায়বদুনিনা মসিদা চত্ত-লাক্তবা য়াদে। মম্লিঙৈদা হৌগৎলগা ঙস্তানা অহানবা থাবা গাড়ী নংনবা চৎপনি। লম্বীদা সিফাইনা চেক

অনিরক তৌবদগী থেনখাং অনিরক ফনা কুইনা পনখি। খোঙনা হেক চেন্নিংবা হায়বদু য়ৌই। উপাই লৈতে।

লমাংদোং কৈথেলদা কুম্লগা অঙাংশিংগী মিঠাই অদুগা লাইগী থৌরমদা কৎননবা হে-রা খরা লৈরগা ওটো রিকসা অমা ফাদুনা খুল য়ৌনবা থিলহল্লি। থোঙ্গালদা গাড়ী খাম্বা উমাল্লে, জেক্কি মচিন-মৌপ্পা চেম্থোরকই। খাও অদু কোইফাক ফাক্তুনা য়েংই। মিঠাই ময়োমদু জেক্কিনা তাপ পায়রগা চেনগে তৌবদা মচেনা মখুদাং পায়দুনা য়ান্নে। কোয়লাং লাংবদু তারমাল্লে তাদা বেঞ্জামিন চুরুট উপু অমগা মৈখেৎ অমগা পায়রদুনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা থোরকই। খূৎ শোক্লরদুনা হায়রকই, 'নহাক শোয়দনা লাক্কনি হায়বা ঐ খঙই। নতৈমনা থবক চিনখ্রবনিনা লাক্লরোই হেক্তো হায়বা। ঙরাং অহিংসি ঐখোয়নি অদুগী খৎনরিবনি। মঙদসু নহাক লাক্লম্বনি, ইনাউনুপীখোয়দি পুবিরক্তুবা . . . ?'

- 'কাকা মমাদা মসিনা ফুবিরিবা,' রোমিলানা মখা তাশিনলকই।

য়ুমদা চংলে ইতৈমদুসু ময়াম এঞ্জাং-নাপী শেল্লম্বা অদুদা য়াওরম্বজাৎনি। চেম্থোরকই। খূৎ শোক্লগা কন্না পায়শিন্দুনা হায়রকই। - 'ইনাও লাকপসি য়াম্না নুঙাইরে। ঙরাংসু ঐ মঙদা উরম্বনি। ঐদি লাক্লরোইদ্রা খল্লুরবনি। নয়াম্বনা হেক লাক্তুবদি মনা ককচৌ হায়রিবনিনে। ঙরাংসি ইবানি খৎসু খৎনরিপোৎনিনে নহাক লাক্কনি-লাক্লোই হায়বগী মরৈ য়েৎনবদা। নুঙাইরে ইনাউ লাকপা। রুমদা চংউ। হাই! রোমিলা নঙ কাকাগী ফি পিয়ো, থুরো-থুরো।'

ইতৈমগী হৈনবীনি পূন্নাং লাংই। খুঞ্জা অহল খরসু ইনাক্তা লাক্তুনা খূৎ শোক্লরে। মতমদি অসুম হৌখিবনিনা লাইগী থৌরম হৌবা তারে। ঐসু য়াওবা তাই। অদুগী লাক্লিবনিদনা। ইপা খুল্লাকপনা ঐঙোন্দা হায়রকখি।

- ইচা ইবুংঙো, খুলসি অসিগুম্বা থৌরম তৌরকপদা য়াম্না নুঙাইত্রেনে। মাইবা হৈবা লৈতবা। নঙ তাতোমালসু তমেংলোংদা চৎখিবনি। নংনগদ্রা তৌবনি নংদ্রে। আ মখারোম খুলগী অবুংতেসে মাদি হৈবনি। মানা লাইগী থৌরমসি তৌবা তারে। ইপানা ঙরাংতা হায়রুবনি। কাইদেনা ইবুংঙো?

- করিমত্তা কায়দেদা পাবুং। থৱায় হায়বসিদি অমত্তনি হকচাং তোঙানবগী ৱানি। থম্মোয় শেংনা কৎচবা অদুনিনে মরুদি।

তাদা বেঞ্জামিননা তপ্না নাকন্দা ঐবু কৌথোক্নুনা অমুক হায়রকই।

- ঙরাংদো ফোনসি ইফং ফংদবনিনে। ঐদি ইনাওবু শোনবা খোৎপসি তৌহনগে খনবনি। নতৈমনসু য়াবনিনে। নখোয় মৈতৈগী তর্পোনগুম্বনিদা ঐখোয়গীসে...(লকক তৌনা নোক্লগা) হায়বদি নতৈমা-খোয়গীসে।

ঐনা মৈতৈগী ঈরাৎ থৌনি খরা হৈ হায়বা মানা খঙবনি। অমুকসু ঐনা মখোয় ইমুংগী ফৌগৌবা থৌরম অমা তৌবিখ্রবনি। কয়াদি নোকখ্রে। তা বেঞ্জামিনদি লৌ মনা অমত্তা উবা নত্তে। খুল অদুনা মহৈ মহৈ চৎনবীনি হায়বদুদা মাগীসু লৌ উবা উদবা কুম অদুমদি ফৌগৌবা তৌনি হায়দনা কোয়লাং হেক্তা লাংই। ঐঙোন্দা নঙনা লাই খুরুম্মু গিত হেক্তা নমসিনলকখি। ঐসু মখোয়গী চৎনবীদি খঙবা লোন অমদি লাইশোন অদুদি খঙদে। অদুবু মৈতৈরোন্দা নীংথিনা থৱায় য়াওনা খুরুমখি। অদুগদি নোং হেক ঙানবগী অয়ুক্তুমক্তদনি ৱারোক খুলদগী নুপী অমনা ফৌ শম অমা লৈবিদবা য়াদ্রে, মচা নাবগী হিদাক লৈগদবনি হায়দুনা মাঙ্গোলদা থারৈ। মদুদনি তাদ বেঞ্জামিননা খুনগী মীপুম খুদিংদা হায়খিবা, 'ইনাওসে হৈখ্রপোৎনি। মানা ফৌগৌবদি লৌসু উদবা ঐগীদা নোং ঙানবগা অয়ুক্তা ফৌ কারকই। ময়ামগীদি মরু চংলকপদা ঙাইনরি।' মদুদগী ইতৈমগা তাদগসি লাইগী থৌরমদা ঐবু য়াম্না থাজবনি। অদুনা মানা হায়রক্লিবদু ঐদি থাজৈ। পাবুং খুল্লাকপমক্লা ঐঙোন্দা ৱাফমদু হায়রক্লিবদুনা মখোয় হান্না ঙাংনৈ হায়বদো থাজরে। তৌবসু হৌজিকসি খুলদুদা মহৌশাগী লাইনিং অসি থাদোক্লরকপনা মশীং হেনখিদুনা মসিগুম্বা অসি পাংথোকপিনবা মাইবা থিরকপদা মখোয়দা ওঙ্থোক্লা অৱাবা অমা ওইরবনি।

লাইগী থৌরম হৌখ্রে। তাদা বেঞ্জামিন মপুক্লিং নৌথোরকই। ইতৈমা মচাশিং অমদি ঐবু কৌশিন্দুনা থোঙ্গালদা থাদোক্লিবা পোৎলমশিং অদুগী মনাক্তা মায় নোংপোক ওন্দুনা পরেং শানা নিঙ্গাং ফম্মী। মাইবদুনা থৌরম পাংথোকপা লোইরগা খুরুম্লো হায়রকপদা তাদদো মখোল থোক্লা কপ্পি, ইতৈমসু মখোয়গী লোন্দা করি করিনো তেংথাদুনা কপ্পি। মচা অনিদু মপি ঈরা চেল্লি। ঐসু কপথোকখি। খুঞ্জা খরদি শোয়দনা ঙক্লমগনি। লাইগী থৌরম

লোয়বগী অদুদনি ইচানুপী রোমিলানা কাকা হায়রগা খুদাং পায়দুনা চিংই। ঐসু মতুং ইল্লি।

মাগী কা য়ৌরবা মতুংদা ঐবু মাগী চৌক্রিদুদা ফমহল্লগা নুংহিক্লনা হংলকই।

- কাকা ঐ ৱা অমা হংগেকো!

- করি ৱানো হংলোনে, কোন্না হংলবসু য়াই, কাকা ঙসি হল্লোইনে।

- য়াদে হৌজিক হংগনি। ইপাঙোন্দদি হায়বীগনুকো। অদো ঐখোয়' শিখিবা অবোক্না ইনেগদো ঐখোয়গী লোনশি খঙদবনি হায়বা। লাইরিকসু হৈতবা। অদু হৌজিক মাইবা অমনা শোনখিবদো, অদো কবুইগী মাইবনি হায়বা, ৱারোক্তগীনে। কাকানা হেন্না খঙলমগনি। অদু মানা শোনবদো কবুই মরোন ঙাক্তনিদনা, ময়াম অদু লাই লৈবাক্তা ইনেগা অবোক্না খঙলমগদ্রা-কো?

ঐ নাখোং অসি ফুং লাওই। কদোমদগী অঙাং মানা অসুক য়ৌনা খনজিনলুরিবনোনে। করি খুমসিগে খলহৌবা নংদে, মনঙ্গন্দা পোপ-পোপ থারদুনা হায়খি -'য়েংঙোই ইবেম্মা মীওইবগী থৱায় হায়বসি খেন্নবা লৈতে। খেন্নরিবদি হকচাং পোলাং অমদি অকোয়বগী ফিভম অসিনি। অদুগা লোন হায়বসিনা মীওইবতনা ঙাংনবা, মাগী মাগী কাংলুপকী মরলনি। লাইওইশ্রবদি মখোয়গী তোঙানবা লোন অমা লৈতে। মী খুদিংনা মাগী মাগী লোননা লাই ওইশ্রবা থৱায়শিংদা হায়জবদা মখোয় ঙম্না তাবিগনি। য়েংঙু নহাক নোংমাইজং খুদিং চর্চ্চতা নমান্নবী ময়ামগা লোয়ননা নখোয়গী লোলদা প্রেয়ার তৌই। মদু প্রভু যিশু অমদি অথোইবা ঈশ্বরনা ঙম্না তাবিরি হায়বসি নহাক য়ানিংবা নৎত্রা?

ইচানুপী রোমিলাদো লুরুক্লনা মপি ঈরা চেল্লদুনা খুম্লকই - 'য়ানিংই কাকা'।

# থম্মোয়দা তাহৌরিবা মমি

**থম্মোইবু কৌরিবা লমদমদুদা ঃ**

নক্লা-লাপ্পা লৈবা, কাওরগে খনবতনা নীংশিং লাইৱা ওইবা, হৌখিবা থৌদোক মচা-মচাশিংনা লেঙ-লেঙ চৎলিবা মপোকসে নোংমা মালেমগী ৱাংমদা চৎখিনবগীদমক শেম শারক্কনি, শকউদবা অমগী থৌইনশিননা। মদুগী খনবদা কাওথোকহনবমখৈ হুমদুনা পুরী তোপ তোপ্পা সংসার অমদা। কপ্পা নোকপা, ৱাথোক-লাম্থোক, অথিং-অরাক পুন্নমক অসি করিসু নাচুংদনা পুন্সিগী পুংজাসিনা পোলোই তম্না শুপলেপ লেপ্তুনা চঁখৈ হায়বসি থেংনরুবা কয়া নীংশিংহনবসিনা কাওথোকহল্লি। মসিরা তাইবংগী ময়া মরিচিকা নৎত্রগা য়েন্নখা পাউদাবী হায়বদো। অৱাৎপা পুন্সিগী পৃংফমসিদা হুন্নক্লিবা মলয়া নুংশিৎ নামিবা, করিগী পুরক্লি অচিকপা তাঞ্জাশিদা তান্নহনলবা লোইজিং লোয়াগী মপাউ! করিগীনো, পুন্নমকসে মহাক্লা ইনৌতা নৌথোকহনগে তেমশিংলিবা? মঙাও থিনসু ঙাওইদকো, থনুংদা হুল্লিবা মালংবা নঙসে!

অতোং অকুৎ নাইনা উবা মতুম তাবা মালেমসিগী মচি মচিদা লৈতা-খুন্দারিবা মীওইপোক খরনা ভাবনা শাগৎচবা পূক্লিং ৱাখলগী শম্বলনা নক্লরম্বা কয়া হেক-হেক লাপথোকহনবিখি। নিংজদুনা শাগৎনখিবা আশাগী তাইবং পুমকাই কায়হনবিখি। অনৌবা সেনচুরিনা অসিগী অহৌবা পন্দুপ অসিদা অসিগুম্বা ইরাংগী শহুম অসে ইবুধৌ পাখংবনা পাল্লম্মী হায়রিবা মনিপুরসিদা মতৌ থিনা হুন্নখি। পাক-চাউরবা মালেম অসিগী মচি অমদা চহি চা কয়া-কয়াগী মমাংদা হিংলম্বা লাইগুল্লবা অহলশিংনা খাজরম্বা চাইগোইনুং অসিবু মচেৎ-মচেৎ তাহল্লগা নক্লরম্বা কয়া লাপথোক্লবগী ৱাখল ঈহুল শাগৎনবা পোরম কাংনরকপদগী ঙাইবা তাই, পোলোইদা করি ওইরকপা। ৱারবসু ৱানা

মচিং মশোন নাইবা হকচাংশিংদুনা লৈবাক ওনখিবদু ঙাইবা তাবনি। নংদ্রগনা নংদ্রেদনা কোঙ্গাই অমদি উজহৌনিদনা।

থাউ ফংদ্রে। থাউ শুপথোক থোক্তবা লমসিদা থাউ ফংদ্রে হায়বসিনদি, থাউ পুদুনা লাক্কদবা গাড়ী শুপলাক লাকখিদ্রে, সি নৎত্রা? চোইখোম খোমজিনলগা পুনলবনি খঞ্জবা কাংবু অমনা অচৎ-অওক কন্না থিংখিবদগীনি। থাউ য়োক্তুনা থম্ফম পুম্বা খ্রক খ্রক কংলে হায়দুনা লোইজিং-লোইয়া, লৈরক-খুল্লক পেসেঞ্জর হোন্দুনা চৎনরম্বা গাড়ী পুম্বা পুমলেপ লেপখ্রে। অথিংবা চাম্মা-চাম্মা লৈদুনসু শিবা-নাবা অদুগা ঈরাৎ-থৌনিগী থৌরম-কুম্মে কয়াদি থৈদোকপা য়েথোকপা য়াদে। লোইদাম থাজ কয়া ব্রাৎলিঙৈদগী খূৎ থেক্তুনা ঙাইরকপা লমাংদোং চোথে খুলগী অথোইবা চহিগী কুম্মে *অচুইলিন* গী নুমিৎ নোংম নোংমগী নকশিনলকই। অথিংবশিংগী খূৎথিংসু কনশিনলকখি।

মীয়াম্না খনখিবা মীহুৎ পুম্বা পুন্সিন্নবা য়াদ্রে, লুচিংবা ওইবিনবা লৈত্রেসু হায়, লুচিংবা ওইনিংবা ঙাক্তনা ওইখিবননিসু হায়। হায়নবা ঙাংনবা পুম্বা উথাইখ্রগা মনিপুর এসেমব্লিগী এম এল এ শিংগী মথক্তনি মীয়াম্না শাওরিবা। কুম ২০০১ গী জুন ১৮গী থুক লাউবা থৌদোক অমদা উৎ ওনখিবা মনিপুর এসেমব্লি হোল অমদি অতৈ অতৈ ঙন্নমক ঐখোয়গী মীহুৎশিংনা সরকার শেম্বা, লৈঙাকপদা জুৎ চামন্দবদগী থোকখিবা প্রসিদেন্ট রুল মনুংদনি। থাউ লৈতবদগী গাড়ী চেন্দবগী থৌদোক প্রসিদেন্ট রুল মনুংদুদনি। মীয়াম্না খন্নরম্বা থাক য়ৌনা শক্তি খঙফু ফুদোরক্তুনা তিনফা কাকফৈ লৌথোকপগুম্না নৎত্রগা ফারবা মী ফৎ-ফৎ কাপথৎপগুম্না লম্বী থিংলিবা পল ফৎ-ফৎ থুগাইবা ঙম্বা শক্তি লান্মীনা, লান্মীগী লুচিং পুরেলশিংনা ফুদোরকখিদে।

অখঙবশিংনা খঙলবসু, মনিপুরদা মতমদু কদাইদগীনো খঙদবা মখল খরগী পেট্রোলদি অচৌবা অমদি অপিকপা লম্বী কয়াগী মতাইদা লৈবা দুকান মচা মচাদা অদুম মফংই। অনাবা পুবা, লাই খুরুম্বা, সোরাৎ, লুহোংবনচিংবা ইদুনা থেৎপা চকা মরি পানবা গাড়ী কয়া অদুম চেল্লি। তঙাই ফদবা ওইনা ওফিস কাবা, লৈশাবী পাখংশিং তোংমিন্নবা গাড়ী মচা কয়া অমা মহৌশাগী খোঙজেল কায়দনা নুংনাংবা অমদি লাংতরুবগী মমি মায়থোংদা শুপতা তাহন্দনা অদুম মচৎলি। খনখি, লাইগী লমনি হায়রিবা মনিপুরনিনা লাই'

মচাশিংসিগী থাউসে কদাইদনো অমদি খরা-খরদি ময়ুরক্লম্বা তাইদা। মমলগী ৱাদি নীংশিংলুদুনা কৈদৌনি। চৎকে লেপ্লুরবা ৱাখলশিনা খোঙবু থিখি। ওহোক্লা নকখ্রবা লমনি, কয়াদা তাম্নহল্লবা।

তাং ২৭/৮/২০০১, নিংথৌকাবা নুমিৎনি, হায়হৌবদি পুং অমা মখায়গুম্বদদি থুংলোরাও সিনি। মমাংগী অহিং অদুদি মিৎকপ তোয়না থোকখি। পুক মচাসি মওল-মওল য়াম্না কল্লি। খাফেৎ-খাফেৎ তুমথখিবশিংদুগী মপুং ফাদবা মঙলান মচা-মচাশিংদুদা ইশাসি খুল অদুদতা লৈরম্মী। শোয়রোই, মহাক্লসু ঐবু লাকদরা-লাক্লোইদরা শোয়দনা খল্লমগনি। মাগা উন্ননিংবগীদমকনি, মাগী মতৌ য়েংনিংলুবগীনি, মানা হরাউজনবনি, ঐনা চৎকে নীংলিবসু। মদুগীদমক্কি ঐনা লাংতক্লরিবসিসু। ঙস্তানা সাইকল অমদা সৎ চৎখ্রসিরা . . .। পুং নিপাল ফাওবদি মদু চপ য়ুংনা খল্লম্মী। অয়ুক্তগী খোঙ থাংদোরকখিবা পুংফমদুদা থেংনখিবা পূক্লিংগী চক্ ময়াম অদু ফোংদোক্তুনা ইননবা লমায় লৈরোই, তমথোক্লুরসু তানিংলোই। নিংঙাই ফত্তবগী মপাউসি লমদমসিদা ইখা খানরে, খায়াক্লরে।

গাড়ী মচা অমদি লৈরে। শেলসু মরাং কায়দে। মরাং কায়দবা নত্তে, ইপায়মক পায়দবনি। থাউ লিটর অনিদি হাপ্পা তাই, লুপা চাম্মা। অদুবুদি লৈরে। ঈকাইরিবদি শেনজা-থুমজা, ব্লেক-মার্কেটকী মায়োক্তা ঙাংদুনতা লাকখিবা, য়ারিমখৈ মদুগুম্বদগী থৈদোক্তুনতা লাক্লগা মদু পুম্বদু করিমত্তা নীংশিংদবা শাদুনা ব্লেক্তগী থাউ মোমোন নোক্তুনা, নোঞ্জরদুনা লৈরুবা তাখিবদুনি। ইনাউ অমগা চত্তুনা থাউ য়োনফমনি হায়বা অমদা চৎলুই। অঙকপা ঈরাংনি। য়োনফম্নি হায়না ইফোং ফোংনা লৈরিবা মফমদুদগী থাউ পুথোরক্তে। কয়ানো, কনানো, কুপয়েং য়েংলগা নাকন্দগী পুথোরকই। খবরদা ইবদি উই, ব্লেক্তা থাউ য়োনবা থেংনরবদি অহকপা দন্দি পিগনি। নোক্তবা ঙমদে, করম্বা মনা পংবা, মমিৎ পান্দবা খুৎপুনোনে মখোয়দুবো!

খিৎ ঙম্না পুং তরা অদ্বাইদা খোঙশাননিংখিবনি। ঙমখিদে, হোৎন হোৎননা ঙম্হেংনখি। তরামাথোই মখায় খিৎ হেনলকপদুদনি খোংশানলকখিবা। ইয়াম্বা ইনাওচা (থাংমৈবন্দ), ওঝা দিলিপ, ইনাও যোগেন গাড়ী মচা অনিদা ঐখোয় মরিনি চৎখিবদু। য়াওনি হায়দুনা চৎলবনিনা থৌরম অদু মকোক্তগী হেক য়াওনিংখি। অদুনা খিত্তং ওইরবসু ঙাইথোক ঙাইশিন তৌবিরম্নবা টেলিফোন তৌদুনদি পাউ থাখ্রবনি। শুম্নমক্তবু ঐনদি চপ চাবা

মরম খঙদবমখৈ লুনা চান্না ঐবু খনবীরিবা মহাক্না মাগী খুলদা, মাগী মনাক্তা য়ৌরক্লবা খোঙদোই হুনলক্লে হায়বদুমসু মশাদা খঙহন্নিংবনি। অদুমক্না পাউ থাবদুদা থবায় য়াওরুরিবা। ঈকাই খঙদবা নৎত্রগা হেঞ্জিন্না খঞ্জিনবা তারম্বসু য়াই, অদুবু মসিমদি হায়নিংই, মহাক্তুগা ঐগগী থম্মোইদদি ঈনোৎ অমদি কানরি।

চৎনা চৎনা নিংশিংবনি। মাগী ঈং-ঈং লাওরবা মখূৎতুনা ইখূৎ য়েৎ অসি চেৎনা পায়শিল্লগা হেক হেক হায়বা ঝাহেদো, *চাকতি ঐগীদা চাওকো, কনাগীদসু চাবা য়াদে। হাওবা হাওতবা . . .* ঐনা খুম্বদি, মানা করিমত্তা তাবিদৌবা পোৎ নত্তে। মায় পাক্লোই, নিংবা থুংলোই হায়বা চাম্মা-চাম্মা খঙলবসু, মহাক্কী মনাক্তা কুইনা ফমদোকনিংই, অব্রা-নুংঙাইগী হৌখ্রবা ঝারী মাগতা শান্ননিংই। হোৎনখিবা কয়া মায় পাকখিদে, ঙসিসু পাক্কনি নিংদে। সিমক্তদা মাগা উন্নরুদৌবা মরৈরমক্তদা নংহৌররোইদ্রা হায়বগী লাংতক্লবা মৈরিসে খক নেমথদে। মা শোয়দনা লৈরমখিনিদা! মিৎতা উরি নোকমি-নোকমি তৌরদনা *চৌতনম* ফি খাওন ইল্লগা, থাংজিং তারবা লংনা কিশিল্লবা ফ্রেম পানবা আনোক্তু উপ্লদনা তঈং তঈংবা মখূৎতু তিংথোরক্তুনা *বুংকুং* দা মানা লেপ্তুনা লৈবদো। *ইপা ঐ নহাক্না লাক্লো হায়বা খুদিং লাকপা ঙমজবা ঈবুধৌ পাখঙবনা, ইমা শুনুলেম্বীনা থৌজানবিসনু! ঙসিসু লাক্লি নশাইকোন্দা . . . .।*

**উজনিংবা মায়থোংদুদি কদাই।**

পুং অমা মখায় তাগদবা মিনিট তরানিথোই ঝাৎলি, খুনগী অব্রাংথংবা পম্থোং য়ৌরে। লমলাংহুপ্পী চোথে ভিলেজ। খুল অসি বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্ট হেড ক্বাটর অমদি রেজিষ্টার ওফিস অনিগী মরক্তা লোইরোইনা কাখৎখ্রিবা কয়লাস থারবা লম্বী অদুদা কাখৎলগা ওইওইননা থেক্কোই-নাকোইননা ঙমথখ্রিবা লম্বী অদুদা চংলক্তুনা য়ৌরকখিবনি। টিদিম লম্বী লমখাইদগী খোঙনা চৎলবদি মিনিট কুনমঙামুক্তা মচংই। মদুদা হেক কাখৎখিবদা ইবুধৌ ময়াংঙম্বগী মান্দব অমদি শাগৎপা লোইশিনদ্রিবা শঙলেন লৈরি। মাঙলোমদা চুম্না হায়গৎখ্রিবা অদোমদা চৎলগদি অদুঙৈ মৈদিংঙু কিয়াম্বা হাক্তক্তা শারম্বনি হায়নরিবা, মনিপুরগী খ্বায়দগী লিরবা চেকনা শাবা লাইশঙ, বিষ্ণু মন্দির লৈরমগদৌরিবনি।

নৌনা থুংলুবা খুল ওইদ্রগসু কুম্মৈগী অহৌবা নুমিৎনিনা কনাগী মনাক্তা হন্না চংসিগে খন্দবা য়াদবনি। উননিংই হায়দুনসু মাগী য়ুম তন্না গ্রোং-গ্রোং চংশিল্লুবদা হৌনলোনচৎ খঙদবা তাখিগদ্রা খল্লি। অমুক্তা য়াওরুদ্রিবা কুম্মৈনিনা চৎনবী থৌরম পরেংসু খঙদে। পিক্লবসু পিক্তা শোল্লবসু শোন্না মহাক খুল্লাকপনি। মচাগুম লুনা তৌজরগসু, ইদোম ইচম চম্বা পুংফমদা থুংলুবা নত্তবনিনা খুল্লাকপা অমদা উৎফম থোকপা ব্যেবহার অদু করম্না উৎলোই। পারা পুম্বা তম্নবা/হংনগদবা থৌবু ওইরিবা ইপু থম্বালজাওগীদা হাল্লগে খল্লে। হন্দক্কী মতাং অসিগীদা খুল অসিগী লুপলাকপা ওইরিবা ইপা থম্বালজাওগী পাল্লিনি, মানা থৌবুনি হায়ববুদি খংলবনি। ওস্তোকপনি থৌরক্লিবা গাড়ীদুশু থোঙ্গাল হায়জিল্লমদাইদা পুৎ মুৎখি।

হন্না য়েংই, জোগেন, দিল্লিপ য়ৌরক্লি। মখোয়না কৈদৌহৌরিবা তাংনা ফংবা মমল য়াম্বা থাউ হাপ্নরগা থৌরকপনিনা গাড়ী মচাদা লাক্লগসু পুক্লিংদি লুমদে। গাড়ীগী মরমদা থোইনসু খঙবা নত্তে। মুৎখ্রবা গাড়ীদু কিক কাউই হৌদে। কাউই হৌদে, মায় ঙাংখৎলি, হুমাং অনপ্পী কাই। "হেরা থোঙ্গাল য়ৌরবু. . . " হায়দনা তা'ইনাওচাগা পোৎয়োম-চৈয়োম খরদু য়াল্লদুনা ইন্দুনা চংলে। মমাং শঙ্গোইগী মরুমদা থনম্লগা নোকমি নোকমি চংই। ইপানা মাঙ্গোলদা নোক্তুনা "লাক্লেদনা! নখোয় অনিতা মরাক্লব্রা। ঙাইহাক পোখারখো"। তরাম তরাম্না ওক্লকই। শোল্লবী ইমাদুসু হরাওনা নোক্লকই। ইথন্ত খনখি, "মায়দাসিগা কোক্তাসিদা ফরজম্লনি ইশকসে।" য়েংবদা নুংঙাইবা জাৎতি নৎত্রে। রুমাল পায়দে খঙবা ইপাদুনা, তবেল অচোৎপা অমা পুথোরক্তুনা "সে সে হুমাংক্রাদো তৈথোক্তুনা ফম্মখোর্সে। ঙস্তা য়ৌরকপসে ফরে নঙ'তা মায়পাক্লা লাক্লনি হায়রক্তুনা ঐসু ঙাইরিবনিনে. . ।

ৱা ঙাংদে, ঐ ফোং ফোং শাগৎলবা হকচাংশিং নুঙ চন্দুনা শৃৎ নানলবা লৈমায় অদুদা ফম্বদুনা খিৎতি ঈংখি হায়ববু। উননিংবদুগী মপাও হংদ্রি, লাকমিম্নবা অনি য়ৌরক্লি। ইম্ফালদৈ বিষ্ণুপুর কৈথেল য়ৌরকপা ফাওবদা অসাম রাইফলস অমসুং বি এস এফ না শৃৎ শৃৎ নাননা চ্যেকসি থেঙখাং অনিরক তৌগনবনি। নুমিত্তুদি মখোয়না লময়ায়দা শেম্বা গোলায়দুদি লৈহৌরি, সিফাইদি অমস্তা মোংহৌদে। থাউ ফংদ্রবা মতমসিদা ২৭ আগষ্টকী নিংশিং কুমওলগীদমক মহৈরোয় থন্না হাপ্তুনা ৱিং ৱিং থৌগৎখিবা

গাড়ীশিংদুনা থেংগাইনহৌরব্রা নৎত্রগা গাড়ী চক্ থাংলব্রা সিগী খনবদা ফম্বা চংদে। মমা-মপানা মচানা অহিং থেংনা হল্লক্তবদা ফমুংদা হিপ্পা য়াদে হায়'দু সুমদৌরমতাইয়ে।

তাদা মায়পাকখোয়দা ঐখোয়গী য়ারেকফম শিল্লি। য়ুমসিদদি ঐনকা হেক হেক য়ারেকখিবা কা ককাদু হন্দক্তি হাংদ্রে। মখোয়না থৌবু ওইরবনিনা মচা নিংঙোল পিবাশিংদগী মরুপ মপীজা ময়াম্না খরা চিনবা তারে। ব্রাদু তাবদা নম্বো থাবো ময়ামদু থম্লুরগে হায়রম্লগা থোরকপদা ইপানা "চাবদি সিদা চাদবা য়াদেহে, মাগীদকা চাখিনু।" সড়ক অদুদা শৎ হঞ্জিন্দুনা লোন্না হংলুই "ইপা খুল্লাকপদু কৈদৌদেকো?" কৈসু তৌদবা হায়বদি য়াই। উন্নবদি নুংঙাইররোই। কুম্মৈকা লোয়রগা ঈংনা উন্নরুনবগী ব্রা হায়রকই। য়াম্না শোল্লে। হৌগৎ কাঙ্খৎপদা মদোম ঙমদ্রমাল্লে। থৌরমদু মা য়াওদ্রে। মখোয়সু খন্নরম্মি।

তা'মাইপাক্তু, ঐনা থোঙ্গান্দগী কৌদুনা চংখিবদুদা, ইমুংদগী চেঙ্থোরকই। "ফরে, নখোয় য়ৌরকপা। নখোয়বু ঙাইহাক ঙাইখো হায়দুনা অহলশিংদা পাউ পিরুরবনি, হল্লকপদা ঙাইরি। করম তৌরে, গাড়ী মচাদা লাকপ্রা কনা কনা লাক্লে।"

- 'ঐখোয় মরিনি। অনি য়ৌরক্লি। লাকও ইনাওচা, নঙ য়াওরকপা য়াম্না নুংঙাইরে।" অসুম্না ঙাংনরিঙৈ চৈরক্তুদা জোগেন, দিল্লিপসু য়ৌরক্লে। শুমাংদা গাড়ী থৌজিল্লকই। জোগেনদি মমাংদসু লাকখ্রবনিনা কোইদে। ঙাইহাক ফমদুনা ব্রারী ব্রাতাই শাই। গাড়ী বেরা তৌবা নম্তে। ঐখোয় তুংদা লৈহৌবা মাল্লি হায়দুনা ওইনামসিদা, চা থক্তুনা ঙাইথোক্লুরে হায়। মাগী জোগেন হায়দুনা মমিৎ মনা শিংবসি ওখাক শিংবজাৎনি। মমাংদা থৌরকখিবা ঐখোয়বুনি, মানা লৈহৌবা মাল্লি খল্লিদো। ঙাইহাক্তু ঐখোয় অহুম ওন্সিন্দুনা ঙাংফমসি মা ওইরে।

ইতৈমনা পুথোরকপা মহি অইংবদু গ্লাস অমমম থক্লবা মতুংদা করি করা কমদৌবা প্রোগ্রামগী খন্নৈ। মতমদু তাঙরিনতা লোয়শঙদা চৎকদবনি, মদুদগী পাখংবগী খুভমদা। কুইনা পম্থনিংঙাই তাঞ্জা লৈতবনিনা, ঐখোয় ঙম্নমক লোয়শঙ তম্না চৎলে। থৌরমসি তা'ইনাওচানা ভি দি ও রেকোর্দিং তৌদৌরি। দিলিপসু ঐসু ষ্টিল ফোটো খরা নমহৌগদৌরিবনি।

খুল অসিদা লোয়শঙ অহুম লৈরি। মদুদি তাংঙরিনতা, উরিনতা, অমদি নুঙাই-নুথৈ। ঙসিদি, হৌবা নুমিৎসিদি তাংঙরিনতা লোয়শঙগী মথৌনি। লোয়শঙ অসি লাই লোইশঙ হায়বদুনি। মখোয়গী ফম্বৈ তরেৎ লৈগদবনি। মখোয়না ম রু ওইনা ইবুধৌ চোথে থাংবাই পাখংবগা মরি লৈনবা থবক থৌরম পুন্নমক পাংথোকই। লোয়শঙ অসিগী মকোক মরু ওইবা হায়বসি লাইথৌ তিনথৌগী মরমদা খরা কুপ্পা খঙই। মাসু অহলদি ফনা ওইরে। চহি ৮৪/৮৫ রোম শুরমাল্লে। ঙাংনথিবা মতাং হায়দু ওইরক্লবনি।

লোয় শঙ মনুংদা থৌরম পুম্বা লোই রম্লে। পাখংবগী খুভমদা কারুগদবা অথেনপোৎ করি করা ময়ামদু কোম্পাক অমদা হাপকৎপা, অৱাৎ অপা কুপ্পা য়েংলবা মতুংদা চৎলমদাইগী য়ুপান থারে। য়ুরম চেল্লে। মদু পুন্নমক লোই মকোক্কী মথৌনি। তা'মেরাজাওনা তৌই। নুপীনা তৌবা য়াদে হায়বা লৈমাল্লে। অথেনপোৎ অদু লোই মকোক অদুনা কোকথোন্নদুনা পুরগা, লাইগী শেবা চৎলিবা মাম্মা কালেনসিংনা মখুত্তা তাইরেন মনা হাপ্লগা খুজাই অমা পুদুনা মতুং ইন্নে। চৎলিবদু পাখংবগী খুভম লাইশঙদনি। মফমদু চোথে খুনমন হায়রগা খংনৈ। কিলোমিটর অমমখাই/অনিমুক লাপ্লমগনি।

নিংশিংবা য়াই, তাংঙরিনতা লোয়শঙ অসিগী ফমথৌ মরক্তা পাখংবগী সেবা তৌরিবা *য়ুজোং নাওপোং* হায়বসিদি মথৌ চিল্লি লোয়ননা মানা চাবা য়াদবা অমদি য়াবা হায়বা চিঞ্জাকসু লৈ। মমাংঙৈদা চোথেদা নুপীশিংনা হায়নবা অমা লৈরম্মী হায়। মদুদি "তাংঙরিনতা লোয়শঙগী ফম্নাইবদা য়ুম পানগদবগী শরুক কুম লায়নানা নারবা অমদা পাঞ্জগে।" মরমদি মখোয়গী চাকহেন শাহেন অমদি থৌচিনবা অসিগীনি। *লাই শেন্নবা/পান্নবা য়ুজোং নাওপোং* না চাবা য়াদবশিং খরদং হায়বা তারবদি থরোই, ঙারিন, ঙাপ্রুম, থরাইকোকপী, শেবোৎ-লীনমানবী, মাইরোংবী, তেকতেকপান, লাইরেন অমদি অতোপ্পশিংগী অৱেম অপা (লুখাক) অসিনচিংবা মসিদা নত্তনা লীচৎসু ফত্তবা য়াদে, নুপী মৌ লৌবা অসিগুম্বসু য়াদে হায়বগী থাজনবী লৈ। মসিগুম্বসি, ঙাক্তবদি তুম্বা হিপ্পদা লৈতাদবা, মশাদা লাইথুং-তিনথুং পোকই হায়।

লাইগী খুভম লৈরিবা মফমদু চোথে খুনমন হায়রগা খঙনৈ। ঙসিদগী চহি ১২০ লোমগী মমাংদা মফমসিদা চোথেশিংনা তারম্মী/পাল্লম্মী। ৱারী

অমসু লৈরি। চিংথংখোম্বা মহারাজগী সেবাদা চোথেশিংনা নিংঙাই তৌখিবা অমা লৈখি। মদুদগী নিংথৌগী শাপ ফংবদগী খুল অসিদা মীশি-মীনা য়াম্না তোয়মনখিবদগী খুঞ্জা হুপ্পা ঙসিগী লমলাংহুপী চোথে খুন অসিদা হোংথরকখিবনি। অদুবু লাইনিংথৌগী খুভমদি লৈহৌরি। লাইফম অসিবু ঙাক শেন্দুনা সেবা চৎপা, থৌরম পরেং কয়া কায়দনা পাংথোকপগা লোয়ননা কনাগুম্বা চোথে নত্তবা মীওইশিংনা লাইনিংথৌদা থৌনিজনিংবা পুম্বগীদমক চোথেগী "য়ুজোং নাওপোং" গী খুথাংদা পাংথোক্লরি। নিংশিংবা য়াবা অমনা লমাংদোং (বিষ্ণুপুর) বু কোল্লিবা উমং লাইসু "ঈবুধৌ ময়াংঙম্বনি"।

তা'নাওচাগা লোয়ননা অহল অনিদুগী মতুং ইন্দুনা লাইশঙদা চৎলি। গাড়ী বন্দ মনুং ওইবনিনা টিদিম লম্বী নক্লা লৈরগসু য়াংনা-য়াংনা থৌবা পেসেঞ্জর পুবা গাড়ীশিংনা অমনা অমদৈ হেনগৎনবা মখল মখলগী হৌরগা গ্যাস হোর্ননা পে-পা, পে-পা তৌবা অমত্তা তাদে। অনকপা অমদি তাম্না উখ্রিবা অশংবা ফৌপালশিংনা থল্লবা লৌবুকশিংদুসু তুমিন তুমিন লৈরি। লাংবনগী নুংশানা য়ৈবদা তুকথরবী ফৌপাল মরক চংদুনা নাপী ফোইরিবী কয়াসু মবা মখোল থোক্লদে। লোইরোই লোইরোইনা তম্পাক লৌশিংনা চীংগী চীংখোংগা শম্নখিবদু উরগা মহৌশা খৃৎশেম্না উৎলিবা চীং-তম অনি খৃৎশন্নবা/ঙাথু-থেংথুনজবগী খুদম হায়বদু মসি ওইগনি খল্লি।

মীতৈ কবি অমনা হায়খিবা নীংশিংলকই, লাপ্পা উবদা ফজরিবা চীংশাশিং অসে, চংশিল্লুরবদি তিম্ভং-তুম্বৌতনা থল্লবা মোংশোং . . . । অমরোমদা লাপ্পা উবদা শংবান্নবা উরিবা নীংথিনা মকে শেম্লবী শানৌ নিংঙোল মতৌগুম্বী ফৌপালশিংদো নক্লা উবদদি থম্মোয় কায়নিংঙাইগী মশক্কি। কুমগী নোং হৈগৌনখিবনা লৌবুক্কী লৈমায়' ঈশিং মরিক অমত্তসু তুংলমদে। লৈক্রক পিক্লা চৎপা কয়ানি চাওনা চৎপসু কোঙ্গাইনি। মশা বাই শংলক্রবী ফৌপালশিংনা নোংথক্তা পায়রিবা অমুবা লৈচিন উরগা খৌগংননা য়েংলি। করম্লো অয়ুক্কী লিক্লাখক্লদি ফৌপালশিংসে করম্না মপোক মহৈ য়ানগদবা।

লম্বীগী য়েৎ ওইদা লৈরিবা লবুকশিংগা লেংথৈনদুনা চৎপসিনা ঈবুধৌ চোথে থাংবাই পাখংবগী মরানয়াই য়ৌরে। চহিনা লুমথরবা মশা মরেং ফল্লবা খোংনাং বোট পাম্বী অমগী মখোংদা পীকতক-চেংতক্লা লৈরিবা লাইশঙনি।

মৈহৌরোলগী ৱারী শীংবুল কয়ানা চেৎনা কিখিবনা পোইরৈ লমদম অসিদা পোকচবা খুদিংগী পূক্লিংদা উমংলাইনি হায়বশিংবু চেকশিন্না ঙাক্লরগশু উমংলাইগী অয়াম্বগী শঙলেন্দি শৈথানবনা হেঞ্জিন্নৈ, অওইবদুদি থোইনা পিদোন্নবগী কাইদানি। সরকারনা হিষ্টরিকেল মোনুমেন্টনি হায়না লাওথোকখ্রবশিং য়াওনা, লাইশঙ-লাইফম খুভম কয়া লৈকায়না ইম্ভোকপিরবা কনাগী শেমজিনবিদ্রবা খাংপোককুন্না লৈবনা কোঙ্গাইনি।

অনম-অথৌ কোক্তুনা শঙলেনগী থোং হাংলে। পুজরকপা অথেনপোৎ কৎলি। লাইপুগী থৌ পুরীবা কালেনশিং চোথেনা কোনয়াই হুনলি। মখূৎ য়েৎকী খুবাক ময়ায়দা পানা য়ৈথোক্লবা মিশি মচেৎ অহুম ফুঙ্গা নুংদুম শানা হাপ্লগা লাইমাংদা হুনবনি। অসি অহুম্লকনি। অমুকনা লাইনিংথৌগী মিংদা, অনিশুবনা লৈমরেল অদুগা অহুমশুবগীদুনা লম্বুগী মিংদনি। লাইগী শঙলেন মনুংদা লাই অহুম অসিগী খুভম য়ারি। থৌরম অসিমক কুম্মৈ পুমলোই লোইবা নোংমা কোনবগী অয়ুক্তা অমুক হন্না পাংথোক্কনি। অহৌবগীসিনা "কোয়নাই থিনঙাক" অদুগা অরোইবগী অদুনা "কোনচন-য়াইচন" হাযরিবসিনি।

কুম্মৈ অসিগী লোইরকপদা "কোনচন য়াইচন" পাংথোক্লুরবা তুংদা তাংঙরিনতাগী ফম্নাইবশিং য়াওনা বুকুংদা লাক্লগা কোয়াই হুনবদা ফংলিবা খুদম চাংদম পুম্বগী পাওদম লাইপুনা ফম্নাইবশিংদা তম্লগদৌরিবনি। মরক্তদি কনাদসু হায়দোক্লদে। ঙসিদি তাংঙরিনতা লোইশঙদা ফম্নাইবা শুনা লৈত্রে। অদুম ওইনমক লৈরিবা খরা অদুনা চৎনরোল পুন্নমক মথং মনাও কায়দনা কোয়চেন চেন্দুনা হারোই হারোইনা পাংথোক্লিবা থৌরম ময়ামদু উরুবদা মখোয়না হায়বদো নিংশিংলকই, "চোথে নিংঙোলনা ফম্নাইবশিং অদুগী তালোই ওইনিংদে"। য়ুজোং নাওপোং (কালেনসিং) গী মমৌনুপীনা মকুনা তৌরিবা ঝঞ্জ ময়ামদুদা "ঐখোয় হনুবসে ঈরাং তৌরক্লদৌনি" কায়না শোম্থাংনখিবা তাখিবা লৈরি।

ঈবুধৌ ময়াংঙম্বগী লাইশঙদি নীংথিনা শাগৎনবা থৌরাং লোইখ্রে। শাবা হৌগৎখ্রে। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ইবুধৌ পাখংবা অসিগী শৃৎ নানবা শংলেন শাগৎলকপা ওইরকসনু। মনজুনরবা খুভম ওইদুনসু জেনরেল ইলেক্সন ময়াদদি কেন্দিদেটশিংনা নৎত্রগা মখোয়গী খোঙলোইশিংনা লাইশঙ

অসিদা অথেনপোৎ কারকই। কোনয়াই হুন্দুনা খেল চাং য়েংবীয়ু হায়রে, য়েংলৈ হায়। ভোৎ হায়দোক্লমদাই, মশিং থিবা হৌগৎখ্রবা মতাং ফাওবদা কোনয়াই হুনবিদবা য়াদে হায়রবা য়াওই হায়বসি লাইপু তাদা কালেনসিংনা থম্মোয় শেংনা তৌরকপা বারীনি। ভোৎ কাখিবা, মন্ত্রি ওইখিবা কয়া য়াওখ্রে। মখোয়না লাইশঙসিবু খিৎ তরু-তনান্না শেমগৎকে হায়বদি খল্লক্ত্রিমাল্লে। খঙদে ঈবুধৌসিবু মখোয়না পাৎলিঙৈদতা খুরুম্বা লাইগুন্না খনবা জাৎলা। অমনা মনিপুর সরকারগী আর্কিওলোজি লোইশঙনদি খুভম অসি হিষ্টরিকেল সাইটনি হায়না ফাওবদি লাওথোকপীবা ময়াবনি।

অথেৎনপোৎ কারুরগা হল্লক্লবা মতুংদা শরোই খাংনবা অমুক শেম শারে। হল্লকপা মতমদা লোইশঙদা পাখংলা হায়বা ফম্নাইবদুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। শরোই খাংগদৌরিবনা খুলগী পনথোং মায়কৈ মরিদা পাংথোক্লগদবনি। মসি তোঙান তোঙানবা মায়কৈ মরি অসিদা লোয় মরিনা অমুক্তদা পুন্না লোয়শঙদগী চৎলুরগা পাংথোকদবনি। অদুবু ঙসিদি মী শুদ্রবনিনা লোয় মদোম ঙাইরবা তাদা মেরাজাওনা পাংথোক্লি। নোংপোক্কী পম্থোংদগী হৌরগা অবাং, নোংচুপ অমদি খা পম্থোং মথং মনাও নাইনা পাংথোকই। শরোই খাংবগীদমক চংলিবা পোৎচংশিংদি, চেগাই মরি, লাশেৎ মরি, হামৈ মকুপ খরা, হৈবী মনা শিংজু অসিনচিংবনি। শরোই খাংবা হল্লক্লবা মতুংদা তাংঙরিনতা লোয়শঙদা শিংথাবা "থিংতেয়া" হায়বা থৌরম অমসু পাংথোকই। মদুদা ফম্নাইবশিংনা কুম্মৈ অসিগী মনুংদা পুগদবা থৌদাংশিং ময়াম মাংদা লাওথোকই। মতম অদুমক্তদা উরিনতা লোয়শঙদসু ফম্নাইবা ময়াম পুল্লি। খুল্লাকপনা য়ুপান থারগা লোইশঙ অসিগীদমকসু শীংতেক শীংথাবগী থৌরম পাংথোক্লিবনি। ঐখোয় অনিদা নত্তনা ঐখোয়গী খোংবু দিল্লিপ অমদি জোগেন, ঐগী মরুপ তাদা মাইপাকনা চিংদুনা উরিনতা লোয়শঙদা চৎলি।

য়াচংবা মতমনি। মমথরক্লে। পুক্লিংদা তথকপা অমদি ফাওরি। মহাক থোরক্কদরা-থোরক্লোইদরা! মাগা বারী শানবসি অবাবগী মশকনি, পাউ ফাওনবা য়াম্না বাবা। মদুগী নুংঙাইবগা লোয়ননা মঙোন্দা ঐগী নুংশিজবা লৈ। তাঞ্জাদুদা ফম্নাইবশিংদু লোয়শঙদগী মরি-মরি থোরক্লম্মী। লুপলাকপা য়াওনা ফম্নাইবা খরা য়াওনা ফম্নাইবা অমগী য়ুমদা ময়াম ঙাইহাক বাতাম্নবগী থবক অমা পাংথোকক্লবা শিল্লে। খুনগী অহলশিং ফম্নাইবশিং অদুদা মীথুং ওইররিবা

ঐখোয়বু শক্তাকচবসি তাদা মাইপাক অমসুং লুপলাকপা ইপা থম্বালজাওগী অপাম্বনি। ৱারী ঙাইহাক শুনবা অদুদা খংলকপনি। ঐনা আশা তৌজরকপা খুল্লাকপদু য়াম্না কন্না নারে। হৌগৎ কাংখৎপদা মদোম ঙমজদ্রে। মনাসু হান্না তাথিরবনিনা মশা শোষ্থিবগা করিগা য়াম্না ঙাংনথিরমাল্লে। কনামত্তদি হায়দোক্লুদ্রবসু মাবু উন্নরুবা নুংঙাইররোই হায়না উন্নবা ফাওবা ফংদবদু ওম্থোক্না নুংঙাইতে। অমরোমদা খুলগী ওইনশু মশা লৈনা লৈনা খুল্লাকপনা থৌরম অসিদা য়াওবা ঙমদবা হায়বসি য়াম্না লুনা খন্নে। করম্বা ফত্ত-নুংদ থোকপা য়াবগী ঈঙ্গিৎনো হায়বনচিংবসিদা ফম্নাইবা পুন্নমক্না কোক চুংশিন্নে। ঐগীনা লনাইগী নিংবা থুংদবনি। অদুগা খুঞ্জাশিংদুগীনা খুন্নাইগী ওইনা লাইবক থিবনি।

অরোইবদা ৱাখৈনথি। কুম্মৈ অসিদা খুল্লাকপনা পাংথোক্কদবা থৌ পুন্নমক মাগী হেক ঙমথং ওইরিবা লুপলাকপনা পাংথোকপা তারে। অসিগুম্বা চৎনবী অমসু চোথেগী লৈরি। মদুদি ফম্নাইবা অমনা মশা লৈরগসু না-য়েক্তুনা মানা পাংথোক্কদবা লাইথৌ নৎত্রগা ময়ামগী ওইবা থৌ অদু মাগী মথক্কী ফমদা লৈবা অদুনা নহা ওইরবসু অহল ওইরবসু পাংথোকপা য়াদে। মাগী ফম অদুগী হেক ঙমথংদা লৈবা ফম্নাইবা অদুতনা পাংথোক্কদবনি। ৱারমসি লৈবনা চত্থগদৌরিবা থৌরম অসিদা খুল্লাকপনা পাংথোক্কদবা থৌ খিবিক লুপলাকপনা পাংথোকপা তাখি।

**য়াইকনগী মুৎলমদাই মৈঙাল ঃ**

কুম্মৈগী নিনি চনবদদি মপুং ওইনা (অহল) উরিনতা লোইশঙগী থৌরম ঙাক্তনি। মসিদা নুপী অঙাংকা অমত্তা য়াওহনবজাৎ নত্তে। হোয় ঐখোয়না অখন্নবা মীথুংনিনা ইয়াওদা য়াওরে। ঐখোয়শু মায়নৌদি ওইদ্রবনিনা অহল মরক্তা তিনবদু ইমান-মাম্নরম্বসু য়াই । তোঙান্না নহালোয়শঙদা লৈশা পাখং ময়াম জগোই ঔরাইবগী পুংখোল, নোক-খেবা লোয়না তাই। শুন্নমক্তবু চংবিরকউকাদি হায়রক্তে, ওকপিরিবা মরুপশিংনসু হাইরপফাও য়েংলুসি পল্লক্তে। অদুনদি ঐখোয়গী মায়সিদা মদুদা খোয়দারমদৌবগী মমি তাদ্রে হায়বদু থৌদৌদুনা তাকচরবা নত্রদো।

মপুং ওইবা থৌরম অয়ুক্তা শাশেম-ঙাশেমদুনা থোং থাকপা লোইরগা উরিনতা লোয়শঙদা হৌনবী থৌরম য়ুপান থা-খোৎপা লোইরগা ফম্নাইবা

অনিনা তাংগুরিনতা লোয়শঙদা য়াইপুং লৌবা চৎলুগদবনি। অসোম লোয়শঙ অদুদসু মখোয়গী ফম্নাইবশিং অদুনা পুং-কাদু পুথোক্তুনা ফম্নাইবা ময়ামদু ফমদনা লাকদৌরিবা অদু ঙাইগদবনি। মসিদসু য়ুপান থাননবা থৌরাংদা নত্তে, শা থোংদুনা ঙাইহাক চামিন থকমিন্নদৌরিবনি। মদুগীদমক ওম্থোক্লা খুৎলৈ থুনা নুপী নহাকা য়াওহন্দনা থবায় য়াওনা হোৎনখ্রপোৎনি।

পুং লৌবা লাক্রে। থৌরম মথং মথং চখে। অদুবু অয়ুক্তু নোংহৌ অমা ফরক তানা চুরক্তুনা উরিনতা লোয়শঙগী থবক্তু খিং তপখ্রমাস্লে। পুং ১১ খরা হেনবদুদা ফম্নাইবা অনিদুনা নোমহৌ-নোমহৌ পুং লৌবা লাকপদুদদি, তাংঙরিনতা লোইশঙ মকোক খুরা য়াইকন ব্রেং ব্রেং ঙাংথরকই। উশিত্তবা মাম্লি ককাইবা য়াওই। ঐগা তা'ইনাওচা, দিল্লিপ ঐখোয় মশেনসু ফল্লপ ফল্লপ য়েংনৈ। মায় য়ং য়ং লাওই। খুরা য়াইকন শাওই কাইনা পংনা ফিংনা শাওবজাৎ নত্তে। জ্ঞান য়াম্না তাবজাৎনি। চোথে লোন্দা ব্রেং ব্রেং কাপথরম্বদগী মনিপুরীদা শৎ লৈথরক্তুনা "ইচাখোয়দা নত্তে। চুম্বু চুমদ্রো। য়েংউ বারো-তেরো য়ৌগদৌরে। মী ইবুংঙোখোয়সিসু কয়া বাহল্লে। ফম্নাইবা ওইবগীরা, য়াম্না চাওনিং'-বারা। উশিৎমন্দে. . . । মিনিট মঙা/তরাদি চৎথে। কনামত্তা চেক মোক লাওনদে।

তাদা মেরাজাওদো, মশকতবু মুই, য়ামাং অনি য়াওদ্রে হায়বৈ বানি, রাশি লৈবা লোয়নি। অহলদু মপুক লোয়নবা ফাগী শাদুনা থৌরম শৎ শৎ চখে। শা থোংবা য়েনবা, য়ুপানগী থৌরাং ফৎ-ফৎ লোইশিন্নকই। চৈবা ঙাংবা লেপ্প্রিবা খুরাদো খুরপ তৌবা মমিত্তুনা মেরাজাওগী অশোয়বা, তাদা কালেনশিংগী ওই-ওইনবা, লানগে তৌবা থৌওংশিংদা মোং হাদনা, শাওবগী ঙাংলিবা খোম্থোক্কী চাং অদুদা অদুম তাক্লকই। তাকপা লোইবগা মখা তানা ফম্নাইবা অনিদুদা অমুক ওনশিন ঐখোয়দা অমুক ওম্থোক ফান অদুদা ফম্না ফম্না চৈথে। ভাব য়াম্না ফরিবা অহন্নি। খরা ঙাংন-থিবগী বাতনি। মানা চৈবা ঙাংবা শৎ লেপথিবসি, তাদা মেরাজাওনা য়ুপান থাবিরো হায়না লৈয়ু পাত্রদু ফৎ লানশিনবদুদনি। চৈবা লেপ্লি হায়বগী বানি, য়ুপানগী লাইশোন অমুক ব্রং ব্রং নি। খদাংদি লেপ্লা নত্তে। অহনদু বাদি বাবজাৎনি, মমায়দৈ হুমাং মরি মরি চেম্থরকই। মিহল অমনি, তৌরিবা থবক্তুদা চপ য়ুংবীনি। হুমাংকা তৈথোকপিপোৎ নত্তে। হায়সু হায়জে। 'তৌগদবা লৈরবো, তন্দে মান্দে করিগী তৌগদ্রা?'

য়াইকন চহি ৮৪ রোম শুরে হায়জে। মাসি খুলসিদা থবক থবায় য়াওবদা ওখাক্লা শিংথানরিবা নুপানি। মপাল ফরিঙৈদা খুলগী লম্বী শেম্বা, স্কুল লিংখৎপা করি করা কোয়চেন চেল্লম্বা, মখোঙ য়াংবা অহলনি। তাংঙরিনতা লোইশঙসিদা মানা কাবা য়াবা ফম লোইরে, ফমচাক খাঙ-খাঙদুনা মথং মথং ঙম্না কারকখিবনি। মানা চহি অহল ওইখ্রবদুদা উরিনতা লোয়শঙ লোমদা ফম ওইরুবা নাতে চাররোইদবদগী সুম লৈরবনি। অসোমদা অমুক হৌবা তারবদি কানবা য়াদবনিনা আ মখাদগী হৌবা তাবা। মখাগী অঙাংখৈগী সেবা চংখৎলকপা তাবা মদুদনি, মানা তাংঙরিনতাদা মকোক ওইনা লেঙদনা লৈরিসে।

ঙসিদি উরিনতানা থৌবুনি, মখোয়গী মথৌ ঙাক্লি। শোয়বা ঙাম্বা নৎত্রগা ঙনবা থেংবা চৈনবা ঙাংনবা তারবসু মখোয়’ ফম্বৈগী মকোক-মথংনা ৱারক-ৱাতেমজদৌনি। তশেংবগীদি তাংঙরিনতা লোয়শঙনকা ওনখৎতুনা ঙাংলু-চৈরুবা য়াবজাৎ নত্তে। অদুবু খুরা য়াইকনদি অহলনি, অদুগীসু মথক্তা লাক্লিবা ফম্নাইবা অনিদুসু মাগী শাগৈ অঙাং ঙাক্কা ওইবদুদা ফজনা ঙাংথখিবৈ ৱানি। অঙাংদা মমা-মপা অহল ওইবনা চৈবা ঙাংবদা চৎনবীনা ওইরো আইন্না ওইরো করিমত্তা খেৎলুফম লৈজাৎ নত্তে। হায়রিবসিনি খুলসিদা অহলদো মতা অমনি।

অহলশিংগী নুমিৎকী পাউ মরক্লিনা, অহলসিগী তোপ তোপ্পা ৱারী খরসু মতাং চাদবা শ্বাইদা থেৎহৌগে - মমাংদসু পনখ্রে, য়াইকনসি তৌগবা থবক হৌরেন হয়েং ঙাইবীবা মীতা নত্তে। মাগী মতৌ তম্বা নৎত্রগা মতুং ইনবা ঙম্বা মী খুলসিদা লৈত্রি। মচানুপী মশুশিং ঙাইবা লৌতানবীবা অহল নত্তে। মানা হায় ‘ঐগীদি তৌগদবা পুম্বা লোইরে। করিমত্তা য়েৎত্রবনি . . .।’ হায়রিবদু অচুম্বা খরা য়াওরি। মাগী ওইনা ফমচাক খাংবা খোৎপা ঙম্না লোইখ্রে। লোইশিল্লম্বা হায়ববু মা শিখ্রবা মতুংদা শারক্কদবা ফুরা/মেমোরিএল পিল্লরকা য়ুংলে, চাক খাঙখ্রে। ঐখোয়না হায়নবা শিদ্রিঙৈদা শোরাৎ শোন্দোকপা হায়দুমক্লি মাগীসে। হল্লাগী অহল নত্তে। মাগুম্বা অহলনা ঙাংথরকপদবু কনানা হঙ্গৎনা খুম্লুনি। তা মেরাজাওগুম্বনা ফাগী তৌবিদুনা শাওবা ফাথবিগবা মঙাইরে।

চামিন থকমিন্নবা লোইরবা মতুংদা উরিনতা লোয়শঙদা পুং পুদুনা লাক্লে। ইমুংদা চংদুনা খুনবু খুল্লাক্তা পুং পুরক্লে হায়বসি খেন্নবা পুংলোন্দা

অনিরক থোক্লা য়েদুনা তাকই। মতুংদা য়ুপান থারে। য়ুরম চেল্লে, শা থোংবা চামিন্নরে। থৌরম মথং মথং চখবদা লোইশিনবা অমদি হৌবদা য়ুপান থাবা য়ুরম চেনবা হায়বসিমদি চিখবা য়াদে। চৎনবী হায়বসি অঙকপনি। ঐখোয়মকসু থৌরমদুদা তপ্না তপ্না লুপশিনলকখি।

থৌরমশিং অদু চখবদা খুল্লাকপগী ফম্ফম ইহাংদ হাংদুনা লৈবসি য়াম্নমক নুংঙাইতে। শিখি খোৎখিবা নত্তনা মিৎসিনা হাংলম্লনি খংলবা মাগী ফম্ফম অদুদা হেক হেক মীতাফম ওইরুই। ফম্লিবোই নিংবসু য়াওরকই। মসি মখা থাবা ফম্নাইবশিংনসু খনবজাৎনি। থোইদোক্লা ফজবা চৎনবীদি, ময়াম্না তংদ্রিঙৈদা য়ুপান থাবা লোইবগা মাগী শরুক ময়ুমদা থিনবিরুই, মদুনি। মদুদা নত্তনা খিৎ লুবা ৱাফমগী ৱারেপ লৌরবা ফাওবদা শোল্লবসু শোন্না মাগী অয়াবা লৌই, নহা থাদুনা হংহল্লুরিবনি। চে-চাং ইনদুনা চৎনবদবু তৌদে হায়বগী ৱানি। পরম কায়দনা চখরিবা থৌরমশিং অদুগীদমক্তি ঐখোয়নসু চাওথোকচদবা ঙমদে। ফম্নাইবা করিশিং ময়াম হৌনবগী লোইরবা মতুংদা চরা অমা চামিন্নরে। দিল্লিপকা খোগেনগদি হল্লগে হায়রে। ঐখোয়গীদি গাড়ী য়াদবগী মথক্তা কুম্মৈদু লোইবা ফাওবা য়াওবগী তংঙাইফদবা লৈবনিনা লৈহৌরে। নুংথিল ঙাইহাক পোখানবা মতমদু ঐ, য়াম্বা বেঞ্জামিন্না পুদুনা মাগী ময়ুমদা চৎলুই। বেঞ্জামিনসি, মশক ফজবা পাখংসু ওইদ্রবনি। হায়বদি মা চোথে নিংঙোল অমা পান্নদুনা মচা, পাখং লৈশাবী লৈরবনি। অদুবু মফৎতা করম্না নকশিন্নখিবনো খংহৌদে, মা অমসু ঐবু লুনা তৌজবা নুপা অমা ওইখ্রে। মাদ নত্তে, ইতৈমদুসুনি। পোকমিন্নবা ইয়াম্বা ইতৈমনকা ঐগী অশোয়বা য়েংশিনবীনবা লৈজদবা ঐঙোন্দা ইতৈমা বোরনি তরাইনা খনবা ঙমদে। ইথন্ত খল্লি করিগীনো ঐবু মখোয়না অসুক লুনা তৌবিরিবা, মখোয়না ঐঙোন্দা নুংশিবা উৎপিদুনা ঐবু লমন তোনবা মশিং হেনগৎহল্লে। অদুবু লমন্না খ্বাং কোয়রবা ঐসু মখোয়বু নুংশিদে হায়বদি ঙল্লোই।

বেঞ্জামিন, উরিনতা লোয়শঙগী লোই মকোক্লি। মা পোখাবা য়াবা নত্তে। নুমিদাংৱাই ওইরকপগা মানা মাগী মথক্তা লৈবা ফম্নাইবশিং মথং মথং হৌবা চৎলে। চৎলুরিবা ফম্নাইবা খুদিংগী য়ুমদা অচা অথক লাংলম্মী। লুপলাকপগীদা ফম্নাইবশিংনা পুন্না মাবু লৌবা/হৌবা লাক্লবা মতুংদা মখোয় পুন্না খুল্লাকপগীদা চৎলি। মশা থোরক্লোই খঙলবসু চত্তবদি য়াদবনি। অহিংদু উরিনতা লোইশঙদা ফম্নাইবশিং পুন্দুনা য়ুময়াইদা স্বাইজু য়ুখুং থাংদোক্তুনা

য়ুপান থাই। লোয়ননা চথরকখিবা থৌরমসিগী শরুক অমা ওইনা লৈশাবী লৈবা ইমুংদা চৎ-চত্তুনা হয়েং চেং শুদুনা তন শেন্নম্মু হায়না পাউজেনবা পাখং মচাশিংনা চৎলি। থোংজিল বাংমদা লেপ্তুনা অসুন্না লাউনৈ 'রোমোশাও, তুতিংঙা, শিয়াংঙা নারংপনম, শিমারেও'। য়েংবা তাই, হয়েংদি লৈশাশিংনা য়াম করন্না শেম্বা, তল করন্না শাবা। নুমিৎ অদু ফাওবদি থৌরমশিংদো, পাখং লৈশা অঙাং অমত্তা য়াওদ্রি।

**নঙগী নমিংতো করিগী পি তাবনো।**

পাচা মৈতৈনা মাগী নোবেল অমদা ইম্ফাল সহরদ লম্বনলম্বা নুপা অমনা উখিবা, অদুগা খঙখিবা খরা ইখি। নারুমদা থুংবা শম্ভু ইশানা কল্লক পেন্না য়েংজবা ফংদবা অদুগুন্না নুপাদুনা খঙখ্রি উখ্রিবা পুম্বা ইম্ফালগী জিব পুন্নমক্তা খঙলমগনি থাজদবা লৈ। মী খেন্নবগী মতুং ইন্না ইম্ফালসু ওইসনু যহাসু ওইসনু থেংনরিবা পুম্বগী মনুংদা থম্মোয়দা হকচিনবা নৎত্রগা হকচিন্না লৌবা থৌদোক্তি মখেন্নবা তাবনি। সনা কোনুংগী অকোয়বদা নোংমা ফাদোক য়ারেক্লুবদা মীৎকপ ঙন্না থোক্কনবা ঐঙোন্দা থনুং য়ৌনা চৈথেং পিবসি গোবিন্দগী শরিক মখোলদুনা অহানবনি। চাওরাক্লা অহানবা য়ুথক হায়বদু ওইরিদ্রা খঙদে ইন্দিয়ান ষ্টেন্দার্দ টাইমদদি পুং ২ দগী ২.৩০ ফাওবগী মনুংদা (ঐগী ঘরিদা) ওইগল্লি গোং-গোং-গোং, তরানিথোইদগী তরানিপান লককুম্বদি থেনখাং অহন্নক য়ৈরক্কনি। মোইবুং কাম্বগী মখোলসু তাই। মামক্লা খিংউ/খিংলকউ হায়বিখিবা লৈরম্বদুদি য়াই সুন্নমক্তবু করিগুম্বদা পাপ চেন্নে খঙ্জদুনা শরিক্কী মরি পায়দুনা অদুক ঙন্না য়াহৌরগা থম্মোয় শোক্লা শরিক খিংলিবা ভক্তদু পাপ কোকচরে খঙ্জরম্ববুদি য়াই, তৌবতবু ঐবু খংপ্রেক খংনা শাওনিংহনবগী পাপ অমদি লংশিনজরোইদ্রা! নৎত্রগা মাগী পাপ কোক্লবা হোৎনবদা ঐগুম্বদি শাওদোক্লকগী পাপ হেনগৎলদ্রা!

ইঙা-ইঙেন থাগী নোংঙানলমদাই অমদি য়াচংবদা খোংবা মতোং য়াওজদ্রবা হরিনোংনাংমক্লা থেনখাং মশিং নাইদনা খোংই। মাগীদি থেনখাং খুদিংগী স্বর ছন্দ চপ-চপ মান্নে। মখোয়গী অওক অথোম তৌদুনা খোংবদো। অদুবু পাপ কোক্লবা ভক্তশিং অদুনা য়ৈরি-খিংলিবা শরিক্কী মশিং থেনখাং অমগা অমগা মান্নদে, নিংথম থাগা, নোংজুথাগা, ওলাংথাগা অমত্তা ইমান মান্নদে। মসিমক্লা মখোল তারিবা ঐঙোন্দদি পুক্লিং নুংশিবা মতাংসু য়াওই, খোইদৌ শাওগৎহনবা মতাংসু য়াওই।

কোকিলমক নৎত্রবসু মফম হোংহোংদুনা য়ারেক্কনবা ঐঙোন্দদি ইনুং ঙাল্লকপগী খেন্নবা খোঞ্জেলশিংসে লোয়ালমদনা খিৎ নুংঙাইনা থোকই। খুলদুদশুনি অকক্কবা পুংশিং লৈতে অয়ুক হায়রিবসিনি। লৈশাবীশিংনা অয়ুক্তে চেংনা য়াম শুবা হৌগনি হায়বদু মিৎকপ থোক্লকপা খুদিং শুক মখোল তাব্রা হায়না নাক্লোং থাঙ্গৎতুনা তাই। তাদে খিৎ ঙনলি মাল্লে। লমলাংহুম্লীদা অয়ুক্কী অহানবা য়াকাইরোনদি চোথেগী য়েনবা খোনফবা, শগাই থক্তা য়ারেকপা, কাইরৈ য়েঙ্গোন্দা য়াতাবা মানা ওইরে। করিগুম্বা গাড়ী বন্দ লৈতবা মতাংদদি অথাপ্পা কুম্বী, চুরাচান্দপুররোমদৈ মনা-মশিং য়োনবী হোনগৎলকপা লাইন বসকী অহৌবা গ্যাস হোর্ননা ওইরম্বসু য়াই। তাঞ্জাবু চারবদি মদুমা তারক্তে। অওক অথোম্নদুনা য়েনবাশিংনা খোংলকপদুগী মরক্তা য়েনখোং তম্লকপদা ঙায়রিবা য়েনবা খরগী বেঙ্গুল চ্যেক তৌবা মতৌগুম সম্পৎ সম্পৎনা খোম্থাং শুদনা খোংলকপা খোঞ্জেলগী মচলদুমক্লা পুক্লিংসি ইনৌ নৌথোকই। অতৈ উচেক কয়া অমসু খোংই। অদুবু ইনক নক্লা থেংনা শাৎপা কফোই মপান মরক্তা ফ্রৎ ফ্রৎ পাইদুনা খোংলিবা খোইনিং লাবশিংগী খোঞ্জেলশিংদুসু ফজে। ইংগ্রাজি ঙাংগনবা কনানা মচা-মশু হৌদোকপসি মঙাই, 'গেট অপ গেট অপ, ক্রেটস ক্রোর'। অয়ুক্কী মঙালনা তুখোং উরকপা মতাংদ্বাইদদি য়ুমগী উচেক ঙানুশিংসু বা-বা লাংখৎলক্লে।

পোম্বী চেক্লা খোঞ্জেলনা কৌজেং হারৌগী খোম্থাংগা শিন্নবগুম শমথরকই খুনগী নিংঙোলশিংনা য়াম শুবা শুককি লুম্লবা মখোলনা 'ধিগঃ ধিগঃ ধিগ' ওঃ য়াম শুবা হৌনরমাল্লে। খা-বাং, নোংপোক নোংচুপ শুককী মখোলনা নিল্লকক্লে। থম্মৌ হেরা মানলবী, মতা ফবী পাম্বোমশিংনা লুম্লবা শুক থাঙ্গৎতুনা শুগায়রকপদা পুম্মুম তারম্বা চেং মচংশিংদুনা মতেক-মতেক, মকু প-মকুপ অদৈ মফোল . . .। অমরোমদা থম্বাল অঙাংবা মতৌগুম তঙাংলবী মাইথোংশিংদুদা হুমাং মরিক, মরিক্তগী মরি মরি। মহৌশা কৌবী মহাকসু খাঙবা ঙমদ্রবোই, অঙনবা অয়ুক অদুদা অয়ুক্কী নোংহৌ ওইনা, নোং মরিক মরিক, অদৈ জম জম . . .। লাইবক থিবী ফৌ পান্দোংদা, নহালখৈ অয়ুক্কী লীক্লাতনা চাম্লম্বা ফৌনাশিংদো, ঙসিদি চোথে নিংঙোলশিংগী চেংসু-খোঞ্জেল তাবদা শিম্থরক্লিবা লাংবন ঈখোম্বগী য়াকৈবা নোংজুনা চাম্লরেদনা, লাইথুং-তিনথুং কোকচবা ওইজরোকো।

তা'নাওচাদি য়াহৌ থেংগল্লি। তাদা মাইপাকসু, ইতৈমদা নত্তে, মচা পাখং অনিদুসুনি। চাওরাক্লা ইমুংদু পুং মঙা মখায় তরুক্তা হৌগৎনবজাৎনি। অসঃ নিংথমথাদদি পুং কয়াদা হৌগৎলমগদ্রকো! য়াহৌগী মতাংদদি তা'নাওচাগদি য়াম্না চানখ্রে। ফরক তারুরিবসি ঐনি। মরিমখায়দা হৌগত্তুনা থোং ফৎ হাংদোক্তুনা থোক্লুবদা হরাওনা চেনশিল্লকপা হুইজাও মরিদুনা মনম শৎ শৎ নম্লম্লগা শকফম হনজিনখিবদা নত্তে, হাইরম্বা মমৈ হাইথরগা থাগাই ২/৪ ফৎ হন্দোকখ্রগা ঙংবা য়াও খোংবা য়াও। অসঃ বিকার অমনি।

য়েক্লবগী মায়থোং, মীৎয়েং নায়েং হায়বসি তোপ তোপ্লম্বা তাই। মরোল ইরোল তিন্নদবা হুইয়াম অদু ঐঙোন্দা কুইনা খোং লাউদুনা শাওদে। ঙাইহাক্কী তুংদা ইনাক্তা ঙম্না ওমশিল্লকই। মমৈ হাইবও চোঙখৎলকপও লেকশিল্লকপও, কনাগী মায় মিৎ খঙদে। অমুক্তসু তোরোৎ খদানদ্রিবা জিবশিং অদুনা মখোয়গীসু য়ুম্বুগীসু য়েক্লবা নৎত্রে হায়বগী হরাওরকপদা উৎলক্লিবা লংলবা ময়াশিংদু উবদা থম্মোয় তিংনা হরাওবা ঙমদে। ঐনগা মীজাও ওইদবনিনা য়ুমলৈমা তুশোন্নবী অমদা হুই ময়াম ওমশিন্দুনা শান্নবীবদু মানলমগদ্রা অদুকাসু খল্লকই। অৱাং থংবৈ ইতৈমদুনা য়াহৌরকপা তাঞ্জা থোকপদৈ, মানা চৈবোই, কৌথোকপোই তৌবদৈ ঙম্না হন্দোকখ্রে।

অয়ুক্কী হৌমবী পুম্বা লোইশিল্লে। ইমুংগী মীওই পুম্বসু ঙম্না হৌগৎলে। নিংঙোল অমত্তা লৈতবনিনা তাদা মাইপাককিদদি য়াম শুবগী ইরাং লাংবদু তৌদ্রে, উদ্রে। মোল্লি মোল্লি ইতৈমসু মচা নিংঙোল অমা লৈরম্মী। ময়ুম পানখ্রে। আঃ কৈশামথোংদা। নিংঙোল মদোম পোকচবীনি। অদুনা অসুম্না খুলগী কুম্মৈ লাকপদা লৈশাবীশিংনা অয়ুক্তা মখে লাংজগদবা নুমিৎতকাদি, ইতৈমদো মচা নিংঙোলদুবু মপুক্লিং নুংওনবগীমখৈ নীংশিংবজাৎনি। অৱাং থংবৈ মনাও নুপীগী মচানুপীদুনা য়াম শুরিবদু ফল্লপ-ফল্লপ্না য়েংই। কনানা খঙবা তারিবা শুক্কী মখোল ময়াম অসিনা নিংঙোল পোকপী মাগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম্না থোক্লম্বসু।

মীশিং পংয়াম য়ামজদবা খুলনি। অদুগীসু মথক্তা লাইনিংসু মান্নদ্রিবা। খৃষ্টান লাইনিং চৎলবা শীংলুপ অনি অমুক লৈরিবনি। অদুবু নুংঙাইরিবদি কুম্মৈ হায়বসিদি কুম্মৈনিদনা। লাইথৌ-তিনথৌগী চৎনরোল অদুখৈ থাদোকখ্রবসু জগোই কুম্মৈসিদি ঙম্না থৱায় য়াওনরি। খৃষ্টান পাখংশিংসু লৈশাবীশিংনা য়াম শুরিবদুদা লাক্তুনা থৌবাংলৈ। পাখং লৈশাগী মরক্তদি জাৎ

বিজাৎ লাইনিং ধর্ম্মগী পল অসি করিসু নত্তবগুম্মী। চোথেশিংগী অথোইবা চোথে ঈ মখোয় মখোয়গী লু তোংদা চেল্লিবনি। অদুগুম্বা নহাশিংদু বু লাইনিংগী লীপুন্না পুন্দুনা করম্না থম্বা ঙমগনি। নোংথাং লৈমগী ঈঙ্গিৎতা মচা ই বুংঙো কোঞ্জিল তুথোকপনা খা-ৱাই খংদনা চেনখি হায়বদুগুম, নুজাশিংগী ফৌগুখোল তাবদা ইনখৎলক্লিবা চোথে পাখংগী করম্বা থম্মোয়না করিগী মথুম মরাং হৌরল্লোইদগে। চহি লৈথরক্লবা লম্বনলবা ঐমক্লা অসুক তথক্লবসিদা।

নহাশিংগী লোয়শঙদা চৎলি। লৈশা পাখংশিং শুম্বল অমদা শুক অমমম পায়দুনা ফৌশু লংনদুনা য়াম শুরম্মী। লৈশাবী অমনিনা খৈগৎতুনা মচং খনগৎলি, খরনা য়াম থিৎলি, খরনা লাসেৎনা তল শেমদুনা য়োল্লি। মদু অমুক ঙানগদৌরিবনি। লৈশা পাখংশিংগী মায়থোংদা শিন্থরল্লিবা হুমাংগী ইরিক উরুবগা অদুঙৈ শক্লরম্মী হায়বা চোথেগী ফৌশু ঈশৈদো নিংশিংলকই।

"নিশিপ সুংশি; ৱাতুই তামো

নংপুম ওইনো; ৱাইপুম ওইনো

তামো ওই ..."

(নঙগী নমিত্তা পি তাববু করিগীনো, নংসু ৱাদে, ঐসু ৱাদে) ফৌশু লংনবদা লৈশাগী মমায়দা হুমাং তাবা উবদা পাখংনা শৈথাদুনা ফৌশু তান্থাদা শক্লরম্বনি হায়। ইতৈমা অমনা নোংমা শক্তুনা তাহনলকখিবনি।

**তাদা মেরাজাওগী ফোপ-রক জগোই :**

অয়ুক্কী চরা অমদি তাদা মায়পাক্কীদা চাবা তারে। ঐখোয় ইচিন ইনাওনা য়াম শুবা, তল শেম্বা, ঙানবা মথং মথং য়েংলিঙৈদা মাদি ইতৈমগা তান্নদুনা নিংথৌখোংদকা চৎতুনা ঙা লৈরুবজাৎনি। ঐখোয়নি নহা লোইশঙদা খরসু কুইনা লৈথোকখ্রে। চোথে খুন্নৌগী তাদা হোংবাসু ঐখোয় লৈখি হায়বদুদা মাসু লোয়শঙদা লাকই। লৈশা পাখং ময়াম অদু উবদা মাদি মখোয়না নহা ওইরিঙৈ মতমগী পুন্সি নিংশিংলুরবজাৎনি। ওনসিন্দুনা ৱারী জর জর লিথরকই। ৱারীদা নত্তে। মতম অমদা নহাখৈনা অসুন্না ফৌশু লংনরিঙৈদা মতাইদা ফমদুনা পাখংশিংনা শক্লরম্বনি হায়বা ঈশৈকাসু মানা থৱায় য়াওনা শক্লকই। তা'নাওচানা রেকোর্দ তৌরম্বা য়াই। ঐমক্তি তৌরুদ্রে।

তাদা হোংবা খুলসিদা লৈরম্বনি। কুইদ্রি মানা চোথে খুন্নৌদা হোংখিবসি। মাগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈ। মদুদি চোথে খুম্নুং ঈশৈ অয়াম্বা মা শকপা ঙম্মী। ইবা পাবা হৈবীপোৎ নত্তে। অদুবু মতাং মতাংগী ঈশৈশিং নিংশিংদুনা শুর ইকায় কায়দনা শকপদি হৌজিকসু ঙম্লি। মখোলদা নত্তে, মথবাক খেরে থাংলে। মা মৈখু ফজনা পাম্না শিজিন্নে, মদুননিনে। মৈখুগী ৱাসি অহল য়াইকনসুনি। মাদি হিদাক অসুবা, তিকি ময়োম সুপথা থাদে। ঙাম্বক অউম্বী মচা অমগা। কয়ামুক য়াম্না মথ্বায় তানা থকপগে হায়ববু মাগী মখুৎ য়েৎ ওইগী খুবাক ময়ায়দা, মৈখুনা চুরবনি। য়াইঙং মচুনা বঙ্গালি নুপীশিংনা মখুত্তা য়েকপদু কৎচা, মদুগী হেন্না য়াক্লা চুরবনি। অসঃ মাগী লংসনা ওইরমগদবা ফিভমদো। অদুবু হায়রুবা য়াবা নত্তে, ইরায় লায়না খুমদোরকই "ঐদি মাথাসু য়াদ্রে, ইথৌসু লোইরে, কৈদৌরুনি।" অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, মাগী হিদাক অশুবদুদি মনম তশেংনা নুংশি, মহৌশা ঐখোয় ইনে'বেম্মখোয় মখা থংবগী অবোক দোলাইপাবীখোয়না থক্লম্বা খালিপাগী হিদাক হায়বদু সুম তৌরমগদ্রা নিংশিংবদি ঙমদ্রে।

কুম্মৈ মনুংদা চোথে খুলদা মীথুং ওইরুবা হায়বসিগী নুংঙাইবা য়াম্না লৈখ্রে। তরক তরক্লা মাঙলমচৎকী লীক্লম অদু মুৎতনবা অমদি কায়দনবা হোৎনরিবা মরক্তুদা অতিথিশিংবু নোংমত্তা ওইরবসু চরা অমত্তং হরাওনা চামিন্নবা হায়বসি য়াওরি। য়ুমথোং খুদিংগী অতিথি লাকপা নত্তে। অদুবু লাকপু লাক্লবদি পুম্নমক্কীনি। নিংশিংলকই, পৌমাইশিংগী খুল পুরুল, রোসোফেনচিংবদা পৌকি (লৌ লিংবা হৌবগী কুম্মৈ) মনুংগী থৌওংশিংদো। লৈশাবী মচাশিংদুনা খুল অদুদা মীনৌ ওইনা উবা খুদিং, হেক উবগা খুৎ পায়দুনা চাকশঙ য়ৌনা চিংশিল্লগা পুকয়ু পিথকপা, শা থোংবা/ঙা থোংবা পিজবদো। খিত্তং ওইরবসু তংগদবনি। মীথুং মীনৌ অদুনা পেনখিবা হরাওখিবা অদুনা ইমুং অদু চহি অদুমা চাবা থকপা ৱাৎতনা নুংঙাইনা পালহৌগনি হায়বসি পৌমাইশিংগী অচেৎপা থাজবীনি।

খুল্লাকপদুনা শোনখ্র-নাখ্রবনিনা, ঐবু মচাগুম্না লুনা নিংজরিবা লুপলাকপা থম্বালজাওনা, ঐখোয়না চাক্কোয় চাবসিদা, খিত্তদা ৱারৌখিগদ্রা হায়বগী নুংনাংবা অমদি লৈ। মরমদি থুংলুবা নুমিত্তা হায়খিবনি। "তুম্বদি নঙগী তামাইপাক্কীদা শিনখ্রবনি। অদুবু হাওবা হাওতবা চাবদি ইপাগীদা চাগদৌবনিকো! অয়ুকসু

নুংদাংসু ঐখোয়দি ঙনগল্লি।" অমরোমদা তাদা মাইপাক্লসু পিজনিংবা, অতৈনসু। ঐখোয় হন্দক্কী মতাংসি নুং অনিদসু নত্তে, নুংয়ামগী মরক্তা ৱাইখু ওইরগুম্মে। চাকপাও হায়দোকপা চৎপদা ইচন হোইনুনা ফি ফি কান্মী- "চাকপাউ হায়দোকপদো হান্না হায়দোকউকো! থোংবা লোয়খ্রগা হাযনুকো। চাক চজিক চাবদা ঙমদ্রে। তু নখোয়গী শরুক্কি পৈরিসে . . .।" ইকায় হায়দুনা খুমদবদি চুমদমাল্লে খন্দুনা তাপ ওক্তুনা খুমখি ঐনা - হেরা, ঐখোয়গী ওক ১/২ লৈবদাইনে। মাসু তুমিন্না তোক্তে - লৈত্রে, ওককা লোইনা য়োম্বোকখ্রে। (নোকশু নোকই।)

নুংথিলদি তাংঙরিনতা লোয়শঙদা থৌরম মচা অমা লৈ। মদু য়াওদবা য়াদবনি। চাক তোকপগা ঙাইহাক শেৎথগে তৌরিঙৈদুদা পাউ লাকই "শেম শানহৌরে" লাংবন নুংশা লৌচি কোয়বা ঙমদবা হায়দুমক্কি। ওখাক শাই। অদুবু মৈশাদুনকা থিংবদি ঙম্বজাৎ নত্তে। ঐখোয়নি, মোল্লি মোল্লি থোরকই।

মরু ওইবা থৌরম, ইহান হানবদা লোইশঙ মকোক "পাখংলা" লৌরুগদবনি। পাখাংলা ওইরিবসিনা অহল য়াইকননি (মমাংদসু পনখ্রে) মাদি মোনবা হৈনবা নত্তে। ঙহিবা ঙমদ্রে হায়দনা ফুক হৌগৎতুনা লাকশিনবা য়ারিবনি। অদুনা ফম্নাইবা ২/৩ দু হোবে হোবে খুৎলৈ থুনবা হোৎনৈ। লোইশঙদা ঐখোয়বুসু ঙাইনরম্লে। ঐখোয় য়ৌরকপগা য়াইকনগী ময়ুম মায়কৈ তন্না পাংলে।

হায়বগা তৌবগা অহলদু মফি মরোল হোংদুনা ফম্মেনদা ফমদেংলদনা ময়াম্বু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঘড়ী শিবা অহল নত্তে। মতমসে ওম্বোক্না ফজনা খঙবা অহলনি। ময়াম মাঙ্গোল কাখৎতুনা ফম্লে। ফিদা থারক্লিবদু অমদা অমদা পংফম ফম্বা য়াবজাৎ নত্তে। ফম ফম অদুগী মতুং ইন্না ফমগদবনি। ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক শারগা য়ুপান থারে। চাবা খোৎপা খরা শোয়দ্রেদনা খল্লি। তশেংনমক লানা য়োম্বা তন ময়োম য়েল্লক্লে। য়াইকননা নোক্তুনা 'তন কুম্মেনিনা, ওজাশিংসু তন খরা চাবা তারেনে। হাওবা হাওতবা চোথেগী তন হায়বদু অদুনি।' নুপীমচা অমনা চাঙাংসু য়েল্লকই। চোথেগীদি ইমুং অয়াম্বদা লোল্লকপা চাগী মান্নবা মহাও অমা হায়বা তারবদি থুমত্রিক থুম্বসিনি।

পাখংলানা মাঙ থাদুনা ঐখোয় পুন্না লোয়শঙ য়ৌরক্লে। লোয়শঙদা য়াইপুং অনিদু লৈরম্বা উই। করম কান্দ্ম কনানা লৌরুজাৎনো। য়াইপুংগী মথৌসি ঙরাং অহিং উরিনতা লোয়শঙদা ফম্নাইবশিং জগোই শাবা ঈশৈ

শকপদুদা লোইরে। নোং ঙানবগা তাংঙরিনতাগী তাদা মেরাজাওনা লৌরুরজাৎনি। ফম্নাইবশিং মা মাগী ফম্ফমদা ফম্নগা য়ুজোংনা ৱাকৎলবা মতুংদা পাখংলানা য়ুপান থারে। অদুগা শিংজুসু য়েন্নি। শিংজুদি য়েন শিংজু নত্তনা মসিগী নুমিৎসিদদি অতৈ য়াদে হায়। মরু অমত্তা য়াওদে, মহাও অমনি। মথংদা ৱাই য়ুনা অমুক য়ুপান থারে। চীল তেংবগী ভাবনি। ঙসাইগীদুনা লৈয়ুনি। য়ুপান লোইরবা মতুংদা জগোইগী শেম শারে। মসিদসু য়াইপুং য়ৈবা তাই।

মতম অমদদি মসিদা লোই ময়াম্না ঙস্তাদৈ জগোই হৌরগদবনি। অদুবু ঙসিদি তাংঙরিনতা লোইশঙ অসি মী য়াম্না লীক্লে। অদুনা জগোইসি তাদা মেরাজাও মতোমতনা শাগদৌরি। ফিজেৎ লৈতেংখৎলে। কাওবা য়ারোইদবা চোথেগী মখোঙ য়াংবা ইয়াম্বা অনিনি। অমনা মেরাজাও, তাংঙরিনতা লাইশঙদা, অদুগা অমনা উরিনতা লোয়শঙগী বেনজামিননি। পুং য়ৈবা হৌরে, থাঙ অমদি চুংগোই পায়দুনা ফন ফন চোংদুনা জগোই শাগৎলকই। ঙাইহাক শাবা ওইরবসু কুম্মৈনি, অহল লমন পুন্নমক পেনজৈ। শারিবা জগোইদুগী মমিং *ফোপ রক* কৌই। মদুনা লোয়শঙ অসিগী অরোইবা কুম্মৈনি। য়াচঙলকপদা পাখং মচাশিংনা লৈশাবীশিংগী য়ুমদা চত্তুনা তন খোম্লুদৌরিবনি। ঐখোয়দি মদু অমুক য়াওখিবা তাই।

**তরাকুক তোবর্বান্দ, থব্রায় নিজরি ঃ**

ঙসিদি লৈশা পাখংবগী নুমিৎ হায়বদু ওইবা তারমাল্লে। তাংঙরিনতা লোইশঙদগী হেক থোরকপগা নুপীমচা নুপামচাশিংনা ইরাং লাংবা উই। নহা ওইবা পুন্সিগী মগুণ হেন্দোরক্লবা মতমদতা খঙবা জাৎনি। তিনকী লাইকিদবা ইকায় ইকি খঙদবা চহি মতাংসি কয়ামুক তেনবা হায়বদুসু মতমদু হেন্দোরক্লবা তুংদতা খনরকপা ঙাক্লি। পামজৈ হায়দুনা লৈথরক্লবা কনানা নহাগী মতৌ তম্নরুবা য়াপোৎ নত্তে। হায়নৈ “ষণ লমচানা খৌশাবদি নুংশি, গাড়ী ষণনা খৌশারবদি সিপা চায়।” তাদা মেরাজাওনা খিং খাং লাওদুনা শাখিবা জগোয়দো ফজৈ হায়প্রগসু নুমিদাং জগোয় শাগদৌরিবা পাখংশিংনা “তরাকুক” তুরেলদা ঈরু শান্দোংলিবশিংদুতং উবদা খল্লকখি, মখোয়গী জগোয়দো কয়াদা ফজরমগদবা। নুমিদাংসে শৎ ওইহন্নিংলকই। চোথে পাখং হাক্লা থিবা নত্তেদা।

থৌবুগী য়ুমদা ঙাইহাক চংসি হায়নদুনা চংলে। শুমাং অচৌদু মান্দব থুংনা খল্লি। মীনা পুমনোম নোম্মী। ঙন্না মা মাগী মথৌগী চেনচৎ চত্তুনা হোৎনৈ। "করি য়েনশাং পিজরবা, নংগী তাদা মাইপাক্লা!" লুপলাকপনা নোক্তুনা হংলকই।

- পাবুং, ঙা থোংই

- ফরে ফরে। অহিংদি সিদ চাগদবনি, অতৈদা ফৈদোকখ্রনুকো। চা থকখিসি। মখোয় তন খোম্বা চৎকদবশিংদো সিদা ঙন্না লাকখিগদৌরিবনি।

মমাং শঙ্গোইদা থারিবা সোফাদুদা ঙাইহাক ফম্মী। "থানিদম না চা পুরক্লগা পিরম্বগা লোয়ননা হংলম্মি, কাকাখোয়গী পাখং অনিদো লাক্কদবা নত্রা। (য়াম্না লংতক্লনা হংই।)

- লাক্কনি হায়বনিনে। হৌজিক্তি য়ৌরক্ত্রি, (তা'নাওচানা খুম্মী।)

- অসঃ শৎ শৎ হায়রোনে। চাক থোংলগদৌবনিনে। তা'মো ঐখোয় ইচেদো য়াম্না শাওরবনে। চাক য়াম্না লেম্বগী।

- চজিক্তু চাবা তারেদনা কমদৌনি। মী লাক্কনি হায়রম্লে, য়ৌরক্ত্রি। ঐখোয়বু করি হায়দোইনো, কৌরুবা য়াবসু নত্তে।

- অদু ওইরসু . . .

ফেৎ হাইদোক্তুনা ইমুংদা চংখি। মপাগা ঐখোয় অহুম নোক্তুনা লৈহৌই। পাবুং থম্বালজাওগী মচানুপী অতোনবীনি। থবক ফৈ, মখোং য়াংই। ইমুং অসি খুলসিদদি ময়ায় ওইরপ্পা ৱাদবা ইমুংনি। মচানুপা অহল পি দব্লিউ দিগী এসিষ্টেন্ট ইঞ্জিনিয়ার ওইরি। মচা নিংঙোল অহলদু খুলসিগী ভেটরিনারি ডাক্তর অমদা ওংই। নুপা অমনা কো-ওপরেটিভকী ইন্সপেক্টর, অমনা থবক্তি তৌদ্রবসু শেল থোকই। গাড়ী থৌরি। নীপা অতোনবদুনা দি এম কলেজদা তম্লি। মরৌ মশিং ৱাৎপা নত্তে। পুন্নমকসি ওইদুনসু য়াম্না হেক নুংঙাইত্রিবা, নুংঙাইফম খঙদবদি ইমাদো বি পি ষ্ট্রোক তৌরুবদগী পেরেলাইজ তৌদুনা লৈবদুনি। কুইরবগী তুংদা ঙরাং নহালসি অমুক হৌরক্তুনা বন্দ মনুংদুদা কোয়চেন চৈম্নে। কুম্মৈদু কায়রগদ্রা নুংশি থিনরুরে হায়না তম্মী। ঈবুধৌ পাখংবনা মদুমক্তি থোকহন্দ্রে, অদুবু মানা ইশোন-শোননা মদোম চৎ খোৎপা ঙমদবা অদুনি। মদুদবু কনানা নুংঙাইগনি। অদুবু হোইনু (মচানুপী মরক্কী) না

ফজবা শেবা তৌই। মখোয় ইমুংসি দশা কয়াসু পাংদবা হায়বদুনি, ঈপাদুগী মচে অহল অদুসু হিদাক কাপ-খোৎ তৌদনা হোৎনরি। মখোয় ইমুং অদুদা অশোনবী অনাবী অনি লৈরি। অমরোমদা কুম্মৈসিগী থৌবুগী পালিসু মখোয়দনি। থৈদোক্লবা য়াদবা। অৱানুংঙাইগী ৱারী ময়ামসি, ইপানা মচেৎ মচেৎ লিবনি। অসি পুম্বা ওইদুনসু ইপা থম্বালজাও ৱারৌবা, অৱাবগী মতৌ কনাদসু খক উৎথোক্তে। মাগী তপচ-ঈংজবা মতৌ অদুদংদি কল্লক্তবা ঙমদে।

পুং ৫ রোম তারকপদা পাখং খরা থুমোক পায়দুনা লাক্লগা তন খোম্বা চৎলসি হায়ররবদুদা ঐখোয় অনিসু মতুং ইন্নরে। পাখংশিংদুনা মাঙ্গোল কাখত্তুনা করি করিনো খরা হেক হেক হায়। ইমুংদগী হো-হো, হায়না হেক মখুল্লকই। লৈশাবী অমনা লানা য়োম্বা তন ময়োম পুদুনা থোরকই। মমিং খরা হায়র-হায়রদুনা হেক হেক পিরকই। য়াওশঙদা নুপীমচা ময়াম পুন্সিল্লগা চেং নিবা চৎপদু নিংশিংলকই। চেং লৈরে, চেং পিবিয়ু। শেল লৈরে, শেল হাপ্পিয়ু। অসুম্না মরু ওইনা লৈশাবী লৈবা ইমুং থুংনা চৎলুরবা মতুংদা তল ময়োম ময়াম অদু পুদুনা থৌবুগী য়ুমদা হল্লক্কদবনি। মখোয়দি ৱাবা খঙপোৎ নত্তে, কুম্মৈনিদনা। ঐখোয়দি য়ুমথোং খরা ইন্নরুরগা থৌবুগী য়ুমদা হল্লক্লে।

থৌবুগী য়ুমদগী তন ময়োম খরা অমুক পাখংমচাশিংদুনা লৌদুনা পুরগা লৈশাবী অহুমগী ময়ুম ময়ুমদা চত্তুনা থিল্লুই। লৈশাবী অহুমদু খুল অসিগী লৈশাবী মকোকনি হায়। অসুম্না লোয়রকপগী অদ্বাইদা পুং মখোল অমা তারকই। তা'মাইপাক লাক্তুনা হায়রৈ। তুরেল কুম্নরক্লনি চৎলসি। ঙসাই তাখিবা পুংগী পুংখোল,অদু তুরেল খোঙবান্দা খুঞ্জা ময়াম্বু থোরক্লো হায়না য়েবা পুংগী মখোল ওইরম্লে। লুমহাংহুপ্পী চোথে খুলসিগী অৱাং থংবদা চীংদগী চেম্থরকপা ঈচেল মচা অমা লৈরি। কুম্বী কালেন নাইদনা খকপা নাইদবা ঈচেল অসিবু চোথেশিংনা তরাকুক তুরেল হায়না খঙনৈ। মসি লোক্তাক্তা ইতিনফম ওইবা ঈচেল মচা অমনি। মৈতৈশিংনদি মসিবু খারোক হায়রগা খংনৈ। খারোক নৎত্রগা তরাকুক অসি চোথেশিংনা য়াম্না লুনা তৌজে। মমাংঙৈদগী হৌনা মখোয়গী খুন্দানবা খুম্থীবা মতমদসু ঈশিং ফংবা মফম য়েংনরকই। অদুগী মথক্তা কুম্মৈ অসিগী মনুংদসু খুলগী ঈশিং পিবিরিবা ইফুৎ নৎত্রগা খোঙ অমদা থৱায় ওইবা ঈশিং অসি খকপা নাইদনা পিনবীয়ু হায়না থৌনিবগী থৌরম অমা য়াওরি। মদু পাংথোক্লবা ময়াম্বু কৌরিবা ওইরম্লে।

নুংজাও মরক্তা চেনবা ঈচেলনি। ওঙ্গোক্লা ইবায়-ইনিল থোক্তনা মপুক তপ্পী যণবীনা মমৈ ফাওবা হাই-হুমদমখে, হানৌনা কুপ্লবা চীংমায়দা মচিঞ্জাক চাবদুগুম্বনি। ঈপান থাদদি ঈচেন খরা ঙাওই হায়। হোয় করিগীসু ঙাওরোই। ইনখৎলক্লিবী চোথেগী লৈশা-পাখংশিংমক্লা অসুক মমিৎ ঙাওরবদা ইপান থাদা চীংজুম পুদুনা চেল্লিবী ঈচেলসিনবু ঙাওদ্রবদি, মহাক মহৌশা খুৎশেমগী নিয়ম কায়রবী, মরমচৎ চুমদবী ঈচেলনি হায়রোইদ্রদো। তাইবং মপোক কয়াগী থবায় য়োক্লিবী মাগী তোবর্বান্দা খুঞ্জা ময়াম পরেং লেপ্তুনা ঙাইনৈ। পুঙ য়েবা লেপ্তে। য়ুমথোং খুদিংদৈ তরা মচাশিংনা থোরকপসু লেপ্তে। হায়বা তাই লাংবন থাগী শান্তি পুবা খোঙহৌনি, থিংবা ঙমদবা চৎনবীনি। মীয়াম শুনা তিল্লরবা তুংদা উরিনতা লোইশঙগী ফম্নাইবা অমনা ঈচেলগী খোঙনুংদা কুমথদুনা য়ুপান থারে। হৌনবী লাইশোন্না থৌনিরে। অহিংদুদা ঙাইহাক্কী পুংফমদুদা তরাকুককী ঈশিংনা হকচাংদা খজিকপু শোকহৌরবা অবা-অনা, তুরৈ-ঈরৈ চেনবা পুম্বা কোক্লগনি। মসি চেৎনা থাজবনি। মমা ওইবী কয়ানা মথাদা পল্লিবা মচাগী নৌরিবা মকোক্তা, মশাদা ঈচেলসিগী লাইজ ঈরিক খিকপিবদি কয়াদা নীংথিজবনো, শৈথাববু হৈত্রেদা। হোরেল-হয়েং অসিমক শরেপ কাংদোং ফাগদববু মাল্লিদা।

তরাকুক কী থৌগল মতোন লোম্নল্লবা মতুংদা মীয়াম অদু তাম্বা নাইনা য়ৈরিবা লাংদেন পুংজাওগা চাননা পুন্না শৈশকমিন্নদুনা থৌবুগী শঙ্গাই তম্লকই। শঙ্গাই য়ৌদ্রিঙৈ মরক্তা খেনখাং অহুল্লক লম্বন্দুনা পুন্না শৈশক তম্মীন্নরকই। অসোমদনা কমদৌরম্মী! ইমুং অদুগী নুপী অমনা লৈবাক্কী চফু অমদা অচাকপা মৈতাল হাপ্পা কম্বী মথক্তা খোইজু হাপ্তুনা মৈখু কাহল্লম্মী। লাক্লি বা ময়াম্বু মৈখুদুনা ওক্লিবনি। মৈ ওকপা হায়বদুনি। মখা তাবদি পাখংশিংগী কুম্মৈনি। য়েংনিংখি চোথে পাখং শাফবশিংনা শাবা জগোয়না তাদা মেরাজাওগী জগোয়দগী কয়া য়াম্না চংখোনবা হায়বদো।

**চোথে পাখংশিংগী অচুইলাম জগোই :**

ঙল্লিঙৈদসু চংহৌদে। অসঃ পাবুংগী ইমুংসি ময়ায় ওইরপ্পা চাওবা ওদিতরিয়ম অমগুম্বনি। চোথেশিংনা মমাংঙৈ য়ুমজাও শাবা ঙম্বা তান্নরম্মী। হায়বদুদি সিগুম্বা থৌদোক কুম্মৈ লাকপদা মক্না লান্নবা শোয়দনা ওইগনি। কা অহুম থোক্লা লৈবা য়ুমজাওনি। খা থংবা মায়কৈদা হিপ্নফম ফমুং পরেংনি।

মদুগা ময়ায় অমদি অরাং থংবা শরুক্কা ইহাং হাংই। ময়ায় থংবা কা (মীতৈ য়ুমজাও মওংমক্কি) গী ময়ায় ওইওরপ্না ঝাইয়ু খরুং অচৌবা অমা খিল্লি। মদুগী নোংপোক অমদি অরাংদা নক্কা ফাল্লাং থারি খা থংবদনা ফিদা অনি অদুগা নোংচুপ থংবদনা পাখং অরাংফম ওইবা অমা ফল্লি। মানা য়ুফু শেম্নদৌরিবনি। য়ুফু অসি পাখংশিংগীনি। থা ১/২ গী মমাংদগী শেম্লগা ঙসাই মখোয়না পুরক্কুনা থৌবুগী য়ুমদা, মফমসিদা থেন্দুনা থম্লম্বা ওইরমাল্লে।

অয়ুক্তা য়ুম্বুনা/থৌবুনা মখোয় পাখংশিংদা হুই অমা পী। মদু চৎনবীনি। মদু শেমদুনা থোংবা শা মতুম, লাশেৎতা খরা খরা য়োম্লগা পৈয়া অশাংবা অমদা কিশিন্দুনা পরেং শানা চরোং য়ালহল্লি। মদুগী মচীল অমনা য়ুমগী খাঙেন্দা কিশিল্লি মচীল অমনা য়ুফুদুগী মঙক্তা কিরি। অসুম্না মদুদা য়াল্লিবা শাগী লায়োম মশিং অদুনা পাখং মশিং খংনরিবনি। মদুবু "মুইথিদাং" কৌই হায়। মদু ওইরবদি পাখংশিং অদুনা শেম্বা ঝাইয়ু/শ্বাইয়ু খরুংনি হায়বদু উৎলিবনি হায়বা তাই, ফজে।

ঝাইয়ু খরুংদুগী খা মায়কৈ ওন্না তোংজি অনি অরাং ওন্না অহুম অদুগা নোংপোক ওন্না অনিনি। খা-গী অদুনা য়ুম্বুরেম্বা-রেম্বীগী নোংপোক্কী অদুনা ফম্নাইবশিংগী, অদুনা অরাংগী অদুনা মীচম অমদি মীথুংলেনশিংগীনি। নোংচুপ ওইরপ্না অতোপ্পা তোংজি অমদা ঝাইয়ু চিরি। মদুনি অসৎপা হায়রিসে। খরুং মথক্তা পাদম অমা থল্লি। মদু শোক্লা ঈশিং তুংননবা শেম্নরিবা পাখংদুনা ঈশিং হৈগদবনি।

মতম অসিদা লৈশাবীশিংদি, মনীং ইথং থংবা শরুক্তা নীংথিনা কেরদুনা কুম্মৈ য়েংদুনা ফম্নরি। ময়াম থুংনরবা মতুংদা পাখংশিংনা তোংজিশিংদু ফুনব্রা খোৎপ্রা হায়না য়েংশিল্লবা মতুংদা য়ুম্বুনা মাগী তোংজি শৎকৎতুনা য়ুপান থাই। মতমসিদা পাখং অতৈনা ফম্নাইবশিংদা ময়ামসু য়াওনা শিংজু য়েল্লি। ঝাইয়ুগী য়ুপান মতুংদা লৈয়ুগী পাত্র মচা অমা লৈশাবী অমনা পুরক্কুনা য়ুম্বুদুদা য়ুপান থাহল্লে। ইসঃ ঙসিগীসিদা লৈয়ুগী মখৈনা লৈশাশিংগী খুদোল ওইখ্রবকো। ওখাক্লা মরাং কায়রে। মীথিৎশিংদু উবদা খল্লকই "ঙম্নমক হন্নখিবা য়াই, শ্বাইয়ু (ঝাইয়ু) অমদি লৈয়ুদি পোখাদুনা লৈহৌখিনি।

লাইথৌগী পরিং লোইরবদা ফম্নাইবশিং লেংশিন্দুনা য়ুম্বুগা মা-মাগী তোংজি চুপ্নদুনা ঙাইহাক চিংমিন্নরে। মথংদা মীথুংলেনশিং। কৈশু নত্তবা ঐ

ফাওবা ঙসিদি তাদা যাত্রা পাখংলাকপা (উরিনতা) গী খুলসিগী সেক্রেটরিসু ওইরিবা, মানা ঐবু খুদাং পায়দুনা চিংশিল্লে। চহি মতাংসিদা, পাবুং থম্বালজাওগীদা পুমনৌ নৌনা থুংলবা মীথুং অহলসি ঐ নত্তনা লৈরমদবনি। (গাড়ী বন্দসিদং তৌরমদ্রবসুকো . . .) পাবুং হরাওজে। "লাকও,লাকও, ইপা'ইচা খিত্তং হেক অসি তৌমিন্নরসি। মানা কুম্মে মনুং ওইবনিকো, মসি অসি তৌন' হৌবনি।"

"বস ঃ কুম্মেদু ঐনা হৌদোকপা তাদনা তোক্লরনি করম্নো, বা-বা লাওনরক্তনা ঐসি শেংদোকচবা কাইদু . . ." মণ্ডল মণ্ডল খল্লি। হৌনবীনি হায়রবনিনা ঈবুধৌ পাখংবদা চংজরগা তাদা যাত্রা, পাবুং থম্বালজাও ঐখোয় অহম ইঙ্গিৎ অমা পিনরগা শৎ-শৎ-শৎ . . . । "কাকাগীদু ফুনবরনে, চিংবা মান্দেদা" শেন্নরিবা পাখংদুনা হায়রকই। নাক-য়েৎ শৎ য়েংলগা ফুক হৌগৎতুনা ঐনা হায়খি "অসঃ থুমখ্রেদা!" ময়াম বা ঃ লাওনা নোকই। হান্নগী ফম্ফমদা হঞ্জিন্দুনা ফম্মিন্নে। মখা অতৈ খুঞ্জা ময়ান্না ঙাইহাক চখৈ।

নিংশিংলকই। পুরুল অতোংবগী ইপা কোনিদো। "ইপা কোনি: নহাক শোল্লে, মশা ঙমদ্রে হায়বা পাওদি ঐ তাখিবনি। কুমসিগী পৌকিদা লাকউ হায়না পাও চেল্লকপদো কাওদে। ঐ চৎখিদ্রে। ইচম চম্না ইচিন-ইনাওশিংনা খম্বন্নবগী ইরাংদুদা কুম্মেগী তাংদাংবা মতম খঙবা ঙমখিদে। কমদৌনি, নোংদম্বা মানা ইপা-ইচা উন্নদবসি য়েংনিংলম্বা তাইদনা। করিগুম্বদা নহাক্লা নচাদগী হান্না লাইবক ফবা থোকখিরম্বা তারবদি, নহাক্কী থবায়না পেনবিনবা উন্নদ্রবা খুঙ্গংসিদৈ কৎচরিবা, শ্বাইয়ু, লৈয়ু মরিক খরসি, ইপা কোনি নঙগীদমক্কি।" পুরুলগী পৌকি ১/২ রক্তা মাগীদা ঐ মরুপশিংগা চৎখিবনি। ইমাদুগী সেবাদা কয়ারক কপমিন্নখি, কয়ারক কোন্নখ্রবনি। ইমাদুগী খুইরবা নিক্লবা মখুত্তুনা ইপা ইচাগী হাংলক্লবা পাত্রশিংদা পুকয়ু হৈখিবনি। য়া মশিং শুদ্রবদু কুপ্লিবা মশুপ-মশুপ্লবা চিনবান্দুনা মোমোন-মোমোন। নহাক্লা ঐবু কাওদ্রি হায়বগী নপাওদি ইফমদা য়ৌহল্লরগা, নহাকপু নিংশিংলি হায়বা বাহৈশিংসিদং নহাক্কী নাপ্পদা য়ৌহনবা ঙমদ্রবা - কয়াদা শোনলমখ্রবা নচানো ঐসে।"

"পাখংগীসু মহাও তংলুরবনিনা লৈশাবীশিংগীসু তংদ্রবদি কদায়গী য়াগনি। 'সিগী খিৎ অসি তৌরে, ইমোদো ময়ামগা মান্নরুনুকো মাদি মপাঙ্গল

সোনবনি। চাকসু অসুকতনি . . . নত্তে, ইবুংঙো নখোয়বো চাক-ঈশিংকা উন্নখ্রবো. . .।" পাবুং থম্বালজাওনা হংলকই "এঃ হৌরেল লোইরগা তপ্পা চারগে" তা'নাওচানা ফৎ শমজিনখি। থেংথরকপনরা করিনো নহাসু অহলসু ৱাহৈ পরেংসি পংশাংথনরকই। লৈশাবীশিংগী লৈযু, য়ুরম থুংখ্রবা মতুংদা লৈশাবীশিংনা খোয়জংনা মকোক্তগী শেল্লকখ্রবা তল, তল ময়োম য়েনবা হৌরক্লে। লৌশিনবা য়োৎশিনখিবদবু খজিক খজিক হায়'ৱানি। লৌথোকখিবদি খক তৌদ্রিবনিনা পুকতি ৱাই চিনদৌরি।

নহা মঙাও থিবা চহি মতাং ওইরবসু, চোথে পাখংশিংগী সেবাদি তমজনিংঙাই ওই। অহল-লমন মথক থোংবা অমত্তদা কনামত্তনা হঙ্গৎনা ঙাংদে। পোৎমক্তা পিরবসু মখূৎ য়েৎনা পোৎত্তু পায়রগা মখুৎ য়েৎকী খুৎনমদা ওইগী মখূৎনা শৌগৎলগা, মখূৎ অনিনা পি। মসি কুম্মৈ মনুংগী ৱাদা নত্তে। অদুগা চাবা থকপা লোঁয়বা মতাং খুদিং খুজাম, খুৎ হাম্নবা ঈশিং হাপ্লবা পাত্র অমগা ফদি অমগা পায়রদুনা হেক হেক কোয়না চত্তুনা ময়াম্বু খুৎ চামথোকহল্লি তৈথোকহল্লি। অসুম্না মথক থোংবা নৎত্রগা মীথুংখোয়বু সেবা তৌবা হায়বসি নুপামচাশিংদুনা চেকশিম্না তৌবদু উবদা পুক্লিং নুংশিবা পোকই।

চাওরাক্লা চামিন থকমিন্নবগী থৌরমদু লোইখ্রবদা, পাখংশিং মফি শেম্নখ্রে। জগোই শাগদৌরিবনি। "অচুইলাম জগোই" পাখং ঙাক্তনা শাবা জগোইনি। নিপাশিংনা পুং য়ৈদুনা ঈশৈ শক্কদৌবনি। জগোই হৌরে। পাখং মরি-মরি /অনী-অনী থোরক-থোরক্তুনা, ঈশৈ তাক্কক অমমম খুদিংগী জগোই শাই। ঈশৈ জগোইগী মরমদা কুপ্না খঙবা/নৈনবা পণ্ডিট অমসু নত্তে, ছাত্র অমসু ওইদে ঐদি। অদুবু য়েংলগা নৎত্রগা তারগা নুংঙাই নুংঙাইতে হায়বদি হৈজে। মশা-মউ ফবা মশক ফবখক্লা জগোইদা য়ারমদ্রে হায়বা পাখং নহাশিংদো অসিদদি চপ চনা খংলম্লনি খল্লি। ঈশৈ অমদি তালদি ওখাক নুংঙাইরে, অদুবু জগোইদুদি ইপেন পেন্দে। চিন্দবুদি হায়খি ফজে। খাঙবা ঙমদ্রমাল্লে, তা'যাত্রাগা তা'তোমালগা মফি সৎ হোংদোক্তুনা তম্বীবোই করিবোই মমাং থাদুনা জম-জম-তো অসিনি, নহাশিংসু তপ্পা তপ্পা মতীং ফুদোরকই। অসুম্না লোইশিল্লি। ঐঙোন্দা দষা অমা লাক্লে। কুম্মৈ য়েংবা লাকপীবনি, মীতৈগী জগোই অমা শাবীরমদবা য়াদে সিনি। লৈশা পাখং হুপ্না

হায়রকপনি। পাবুংনসু পাংশিনলকই "য়েংশি,য়েংশি, কুম্মৈনিনা কো অসি হৌরগা ঙাইহাক সুমদৌরে।"

তাধিং ফাওবা থেকখিদবোই খনজবা ঐনা শাদৌবা জগোইসিবু করিনো? তিন্নববুদি জগোই ওঝা, ছাত্র ওখাকনি। ঐ থাবল চোংফাও হৈতবা। থৈদুনা চেনবদি য়াদে। ইথন্ত তান থাদুনা শাগদবদো। অদু মঙাইরে। করি জগোইনোদি খঙদে "হৈরাংখোয়নিদা চানবা হৈনিদা . . ." শাখি। "শাগৎলুবদা খম্বা . . . ইপানা তানবু থাগে. . ." তাদা মেরাজাও য়াওশিল্লকই। কুম্মে মপুং হেক ফাই।

**লৈশানা ফাল্লুপ চনবা ঃ**

অহিংদু পংথেং থেংখিবদি নত্তে। তৌবতবু পুং ৭/৮ দা ফমুং চংবগী হৈনবী লৈবা ঐঙোন্দদি য়াম্না থেংলবা মানখি। ফমুংদা হিপথবদা ঘড়ী য়েংলুবদদি পুং ৮ বু তারমদে। করিনোনে! পুংশিং খঙদনা তুমথখ্রবসু য়াহৌরকপা (মিৎকপ থোরকপদি) পুংফমদুদি মহৌশানি। হৈনখিবা হায়বসি নাতৈ চাদেদা, য়েনখোয়নকা অহিংদকা খোং খোৎ তৌরিসি দন্দি নত্তবা জাৎনি, হৈনখিবদুনি, হায়বা তাই।

মমাংগী অয়ুকশিংগুম লমগী চেক্লা খোন্নুংসি, য়ুমগী পোম্বীদি খোন্নৌবীশিংনা অয়ুক্কী মঙাল হুন্দোরকপা, চীথ্বৈনা ফিদুপ হাইদোরক্লমদাইদগী হৌনা মা-মাগী হৈনখ্রবা মথৌশিং পাংথোরকই। মতম হায়বসি অঙকপনি, নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তু মমাংগী অয়ুক্কুন্না অদুম মখল্লি। অদুবু ফৌসুখোলদি অমত্তা তাদরে। থোং হাংদুনা থোরকপদদি ঙকচাননা ঙরাং ঙংদুনা হোৎচিল্লকখি হুইয়ামদো ঙসিদি মমৈ হায়র-হায়রদুনা চেনশিন্নরকখি। কাওবা য়াদবদি তা'মাইপাক্কীদা মথৌদগী পেন্সন ফংলবগুম অহল ওইরবা হুইজাও অমা লৈবদুনি। মাদি ৱাইটিং রুমদুদা বোরা অমদা তুম্মী। ঐনা ঙস্তা থোং হাবদুদা হৌগৎতুনা থোকপিরকপা জাৎ নত্তে। ইতৈমনা হৌগৎল'তুং ৱাইশিৎ-লমশেং হৌরকপৈ অদুদদি তিংলি য়াংলিরদুনা থোরক্কদৌরিবনি। কয়াদা মরাইবক ফরবা হুইনোদো!

ঙসিগী অয়ুক্কী থৌরমসি, থৌবুগীদি লৈবজাৎনি। উরিনতা লোয় শঙগী অহলশিং মখোয়গীদা চংনখিবা উই। তাঞ্জাদুদা পাবুং

থম্বালজাওদু হোবে-হোবে লাক্তুনা হায়রে - "ইমো! চিন-য়া শেংলবদি অয়ুক ঙাইহাক কোইথোরকউ। চা গ্লাস অমত্তংসু থকমিন্নসি। খঙদেদা পুম্নাং লাংবসিদা ঙৈহাক ফাও ফম্মীন্নদুনা ৱারী তৌবা ফংদে। অহিং তুম্বদি নুংঙাইকো?"

- নুংঙাইমনখ্রেদা! কদায়দগী য়ুমদগীদি সিনা হেনখ্রে নুংঙাইবা।

- ফরে, ফরে, ইনাওচাগা পুন্না হেক লাকও।

তহা তহা অমুক থোকখি। ৱারী ৱাতাই তৌবা য়াম্না পামজবা অহলনি। হৌখিবা ফাইরেন লমতাগী "ইনমপৈ" কুম্মৈদদি ঐ পাবুংগীদা লম্বনখি।

অয়ুক্তুদা পাবুংগীদা চৎলুবদু পকঙন ঙন্রে। চাবুদি মচানুপী অতোনবীদুগী মমান্নবীশিংনা পুথোরকই। অয়ুকসিগী মপুং ওইবা থৌরম হায়ববু নুপী মচাশিংনা ফাল্লুপ চনবসিনি। লোইশঙগী অহলশিংনা কুম্মৈগী থৌবু ওইরিবা অসিগী য়ুমদা শুনা তিল্লরবা মতমদা, খুল অসিগী নিংঙোল পোকপী মমা-মপা ওইবশিংনা, শরেপ-কাংদোং ফারে, লৈশা শিংদা চনবা য়ারে খল্লবী মচা নিঙোলশিংবু য়ুফু (হৌজিক্তি লিক্লি অমা) পুদুনা অহলশিংগী মফমদা কৎচরগনি। মদু অহল অমনা য়ুপান থাবিগনি। নুমিৎ অসিদগী থৌরম অসি পাংথোকখ্রবা মতুংদগী মহাক খুলসিগী লৈশা পাখংশিংগী ফাল্লুপ্তা তিনবা য়ারে। অসুম্না পাখংশিংনা ফাল্লুপ তিনবগী থৌরম্না ফাইরেন থাগী "ইনমপৈ লিন " কুম্মৈ মনুংদা পাংথোক্লে।

নুপীমচাশিংবু লৈশা ফাল্লুপ্তা চল্লে হায়না লৌখৎপিরবগী মতুংদা ঙরাং য়ান্দুনা থমখিবা "মুইথিদাং পরেংদু লৌথদুনা অহলশিংদা পিজ পিথকই। মসিগী সেবা লাংবসি পাখংশিংগীনি। নিংশিংহৌবা য়াবা অমনা কুম্মৈ হৌবদগী ঙরাং ফাওবদা পাংথোকখিবা থৌরমসিংদা মপুক্লিংদা ৱারৌবা, শাওনিংবা কনাগুম্বনা য়ুফু অমগা লোয়ননা অহলশিংদা তাঞ্জা অসিদা ৱাকৎপা য়াই। মাগী ৱাকৎ মুন্না তারবা মতুংদা অহলশিংনা মদুগী অচুম অরান বিচার তৌগনি/ৱায়েনগনি। মরাল লৈবশিংবু ৱাকোংশেল লৌদুনা চৈরাক পিগনি। চোথেশিং অসি মতম অমদা য়াম্না লাম্থিবা (শা-লান্দা থৌবা) কাংলুপ অমনি। অমরোমদা খুনবু খুল্লাকপগী ৱায়েন চৈরাক হায়বসি অসুক্কী মতিক কল্লম্মী। হৌখিবা ৱারীশিং অদু তারুরগা অমদি নিংশিংলুরগদি ঙসিগী চোথে খুন্নাইসি মপুক তপ্পবা ঈতিনফম ময়া য়ৌরবা ঈচেলগুম্লে হায়বা তাই।

**লৈশা পাখংশিংগী অরোইবা শাথেক ঃ**

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদৈ খুলগী মৌ ময়াম লাক্তুনা থৌবুগীদা চাক থোংবা হৌররে। চেংনচিংবদি নহান্না কুম্মে হৌবা নুমিত্তুদা ময়াম চংদুনা খপ্পা-খোৎপা ঙম্না হোৎনখ্রবনি। ঙসিতবু রাইস মিল লৈনরবনিনা, মিলদা ফৌ তক্লরে। খুল অসিমক্তদসু রাইস মিল অনিনি লৈরিবা। মতম অদুদদি ময়াম অসি ফৌ শুবা খোৎপা অস ওম্থোক্লা ফজরমগনি। ব্বারবসু মতমদুগী চাককি মহাও, ঙসিগী অসিনকা য়ৌরমগনি থাজদে। অমরোমদা খুলগী নিপামখৈনা শা হাৎপা-শেম শাবা তৌগনি। শেম শাবা লোইহ্নবা তুংদা, শা থোংবগী থবক্সু নিপাশিংগী থৌদাংনি।

মতম অমদদি অসুম্না নুমিৎ মঙাল লৈরিঙৈদা থোং থাকপা লোইথোক্লগা ময়াম চামিন থকমিন্নবদি অহিং কুম্মে লোইরবা মতুংদা পাংথোক্লরম্মী। অদুবু থৌওং অদুমদি ওম্থোক্লে। চামিন-খোৎমিন্নবগী থবকসি মমদ্রিঙৈদা য়ারিমখৈ লোইশিন্নবা হোৎনরে। শিংথানিংঙাই ওইবদি পিজ পিথকপগী থবকসি নিপা-নুপী তোঙানবসিনি। মসিগীসু মথক্তা নুপী অঙাংশিংবুনা হান্না লোইশিনহনবা অসিনি। অখঙ অহৈশিং, চৎনরোল করি করা কুপ্পা নৈনবা পণ্ডিটশিংনা অসিগুম্বা থৌওংশিং অসি উরগা চোথে খুন্নাইদা লৈরিবা অমদি থল্লিবা নুপী ওইবীশিংগী থাক অসি ময়েক শেংনা উবিবসু য়াই। নিংশিংহৌবা য়াবা ব্বাফম অমনা অসুন্না মীয়াম চামিন্নবা থোং থাক্তুনা শেম শারিবা পুম্বসি মীওই অমত্তনা য়াতোন তংদ্রিঙৈদা খরা খরা লৌরগা লাতোন অমদা হাপ্তুনা থোঙ্গাল ব্বাংমদা থাদোকই। মসি, ফত্তবা লাইশিংগী চাকথা পিথোক্লিবনি। চারু থক্লুবা ময়ামদা অশোয় অঙাম, অনা অয়েক থোকহল্লক্তনবনি হায়না থাজনবা লৈ।

চামিন থকমিন্নবগী থৌরম লোইরবা মতুংদদি লৈশা পাখং পুম্বা য়ুম্বুগীদা থুংলরে ময়াম পুন্নমক পুন্নাং লাংই। থওইনা জগোই শাবদা শেৎ ইনগদবা ফিজোল ঙরাং নহান্দগী শু-চামদুনা থমখিবা ময়ামদু লৈশাবীশিংগীনা মৌশিংনা পাখংশিংগীদি মদোম মদোম মনা-মানা থোকপা শেৎ ইনবা হৌনৈ। ফনেক শেৎপসি ইরায় লাইদে, অদুগীসু মথক্তা খ্বাংচেৎ অমা লাক্লিবদু মদোম হোৎনজবদা খুদোং চাবজাৎ নত্তে। তোয়না শেৎপা নত্তবনা খুৎলোয়নদে। হায়রিসিনি, চপ চানা চোন্না শেৎলবসু খ্বাংচেৎ শৎ লাকলকপদা কৌরপ হেক্তা তাই। চপ চাবা চাং অদু মীয়ায় চল্লবীশিংনদি খঙই। মখোয়না শেৎপিবদা

পোপ তাই। পাখংশিংদু ফৈজোম শেৎলি। ৱাদবু ফৈজোম শেৎপা হায়বা, মশানা নুংঙাইজবদা নত্তনা অয়েংবশিংনসু নুংঙাইনবা শেৎপা লুবা জাৎনি। অতৈদি খরবু ফরি নামৈ য়েপ্পসি ওইরে। মশানা মাংলোমদা য়েংজবদদি য়ারবোই নিংজবা তুংদগী য়েংবদদি ফিভম হেক্তা তাদবা। মশানা খরা শেৎপীয়ু হায়রকপা ইনাওশিং য়াওরকই। ফৈজোম শেৎপগী এক্সপার্ট অমা ঐ নত্তে অদুবু হৈরম্নি খন্দুনা হায়রক্লিবদুগী চোপ্তনবা মওংদা শেৎপদি ঙম্নবা হোৎনখি। ওম্থোকপা হায়দুনি ফিগাদি কনানবু জিন্সকী লোং পেন্ট থেক্কৎ-থেক্কৎতুনা শেৎলম্মী। চোথে পাখংশিংগী ৱা ঙাক নত্তে নামৈ য়েপ্তুনা খুদৈ শেৎপা, ফৈজোম শেৎপসি মীতৈ পাখংশিংসু পাক্তক্লনা হৈনপোৎ নৎত্রেদা। হৌজিক্তি কুর্ত্তা পাইজমাগী ঈহৌ অমসু কনখৎলক্লি। সুম সুম কাওথোক্লরক্লদগুম তৌরি।

শেম শাবা লোইনরবা মতুংদা লুপলাকপসু ওইরিবা য়ুম্থুনা য়ুপান থারবা মতুংদা জগোই হৌরে। পাখংশিং থোক্তুনা হৌই। নিপা অনীনা লাংদেন য়ৈ, ঈশৈ শকই, ইমুংদনি। অহৌবগী জগোইদু 'নিমোকলা' হায়বা জগোই অদুনি। লাংদেন য়ৈৱা অনিদুনা ময়ায়দা লৈরগা পাখংশিংনা কোয়না চৎতুনা শাবা জগোইনি। ঙাইহাক্কী মতুংদা লাংদেন য়ৈবা অনিদুনা চিংদুনা শুমাং থোরক্লে। ইকান কান্নদনা ঈশৈ শৈহেক অমা হোংলে "শো-ৱা-শো . . ."। মতমদুদদি ইমুংদগী নিংথিনা কে মৌরবী লৈশাবীশিং নিপাগী পরেংনা মনুং অদুগা নুপীগী পরেংনা মপান্দা পরেং অনি থোক্লা লেংদুনা জগোই পরিং চখরে।

লাইনিং, লোনচৎ জাতি বিজাতিগী শম্বল ৱাংমদা পুন্না ৱাখল মক্লদনা য়েংমিন্নবা নোকমিন্নবা য়াবা থৌরম অমা হায়বা তারবদি জগোই ঈশৈ হায়বসিনি হায়বা তাই। বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্টকী সিভিল ওফিসার কয়াদা নত্তনা চোথে খুম্নৌদা লিংলিবা মিসন স্কুল অদুগী ফাদর, সিষ্টর খরসু য়েংবা লাকই। মখোয় হোইনুগী মরুপ মপাংনি। হোইনু স্কুল অদুদা ওঝা ওইরী। ইমুংদা চংদুনা মখোয়বু অচা অথক মহাও য়েংলুই। থোরক্লগা মাঙ্গোলদা থারিবা ফিদাদুদা ফমদুনা খোয়দানা জগোইদু য়েংই। ওখাক্লা মুবী, শম ত্রৎ-ত্রৎ খোইরগা পুমফা ফানা থাদোক্লবী নুপী অমা য়াওরি। ময়া চৌরপ তৌই। মমায়দা নুংঙাইবগী মমি তাই, মানা হরাওনা নোকপদু, পাপ চেন্দ্রিবা অঙাংশিং খরদি মমিৎ কুপ্তনা, ময়া উমশিন্দমখৈ য়েংনৈ। মখোয়দদি জগোইদুদৈ মদুনা

হেন্না ঙক্না নুংঙাইরম্বসু য়াই। জগোইদা নুংঙাইরিবীদুনা, জগোই শারিবশিংদুদা য়েংলগা মমিং মথা পল্লদুনা মখোয়গী ষ্টুদেন্ট ঙাক্তনি হায়না লাকমিন্নরিবীদুদা ৱারী-শারি। পুংফম অদুদদি, মিৎকুপ অদুদদি মহাক্কী পুক্লিংদা ৱাখলদা ঙাইহাক্ত ওইরবসু খৃষ্টবু কাওরম্বা য়াই। ফৈনা খল্লুবগী ৱানি। লোইশিনলসি লোইশিনলসি হায়নরকই, অদুমক্তদা, ঈশৈ অমগী মথংদা অমা, অমগী মথংদা অমা চথদুনা অয়াম্বা নহামখৈনা লোইশিন্নীংবগী মওং উৎনদে। নোংয়াই মতুং ওইশিনলক্লবদা পুং য়ৈবা অহলশিংনা লোইশিন্নবা থৌরাং তৌরক্লে। চহি অমগী মনুংদা অসুন্না শুমাং থোক্তুনা ময়াম পুন্না হরাও তয়ামিন্নবা হায়বসি অমুক্তমক থোকপনিনা করম্না ফৎ তোক্লিংগদগেদো। লমতা থাগী য়াওশঙ মঙানি চোম্থবমখৈ, মীতৈ লৈশাবী ময়াম্না শকউদবা/শকখংনদবা মবুং-মৌপ্পাশিংগী মফমদা থাবল চোংজগে, চোংজগে হায়দনা খবরদা পার্মিসন নিনরিবদু লাংবন থাগী অহিংদুদা নিংশিংলকই। কয়াদা জুৎ চাখিদ্রবনো। মীনা খোয়দৌ শাওগৎনদৌবা থৌদোক কান ইচা চাদনা নিংশিংলকই।

পুং অমরোম তারকপা অদ্বাইদা লাংদেন পুং য়ৈবশিং অদুনা চিংদুনা ইমুংদা পাখং খরা জগোই শা-শাদুনা অহুম্লক চংলক্লগা য়ুম্বুনা ফল্লিবদুগী মমাংদা কোয়না কোয়না চত্তুনা শারৈ। অরোইবা অহুম্লক শুবা ওইনা চংলকখিবা অদুদদি, মপান্দা শাহৌবা ময়াম অদুসু অদুম্মক লোইশিনলে। জগোই লোইরবা মতুংদা পাখং অহুম লৈশাবী অহুম্না য়ুম্বুগা লোয়ননা নুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা শ্বাইয়ু খরুংদৈ তোংজি চিংমীন্নৈ। পাখংশিংনা হাল্লি। লৈশাশিংনদি তোংজি চিংমিন্নদ্রিঙৈদা হিদাক মনা মচেৎ খুল্লাকপা অমদি পাখং অহুম অদুদা য়েল্লম্মী। মদু লোইরবা মতুংদা পাখং অহুম অদুনা য়ুম্বু (থৌবু) অদুদা খুৎ লৈতানা খুরুমদুনা অমমমতা ওইনা "নহাক্লা পিজ পিথক তৌবনা হেল্লে, ঐখোয়না জগোই শাজবসিনা ৱাৎলে। শাজখ্রিবা খরদুনা পেনবীয়ু" হায়র-হায়রদুনা খুরম্মী। য়ুম্বুনসু পেল্লে-পেল্লে পোখারুরোনচিংবা হায়দুনা মখোয়বু তৌবীমল খঙবা ৱাহৈ ফোংদোক্লবা মতুংদা কুম অসিগী অচুইলিনগী জগোই ঈশৈগী থৌরম লোইশিনখি। তুম্ফমদা হল্লক্তুনা ফমুং কাখৎপদু পুং ২ চপ চানা তারে। কয়াম কুইনা তুমখিগদবা। হয়েং অয়ুক্তি ঙস্তানা লাইশঙদা কোনচন য়াইচনবা চৎকদৌরিবনি। তাংঙরিনতাগী ফম্নাইবশিংদুদি ঙসাইনা মিৎকপ ২/৪ শেৎথনরম্লবনি। ঙাইহাক্ত ওইরবসু খপফেৎ উইথবা হায়বদুনি।

**কোনচন য়াইচনবা / মীকোন-থাকোনবা ঃ**

অচুইলিনগী পুমলোই লোইবা থৌরমসি ইবুধৌ চোথে থাংবাই পাখংবগীদা তাংঙরিনতা লোয়শঙগী ফম্নাইবা অনীনা অহৌবদা তৌখিবা অদুগুম্না অথেনপোৎ কাই, কোনয়াই হুন্দুনা খেল চাং য়েংই। মসিগী খন্না-খন্না তুমখিবনা ওইরিদ্রা খঙদে পুং ৪.৩০ রোম তাবা অদ্বাইদা মথন্ত অদুম মিৎকপ থোকচরকই। ইতুম তুমখিদ্রবনিনা হাফোই-হাফোইনৈ, অদুবু অদুম হৌগৎলে। পুং তরুক তারমদাইদা তাদা মেরাজাওদু হোবে-হোবে তৌদুনা চংলকই "ওঝা অমদু হৌগৎত্রিবরা! অসোমদা অহলনা কন-না হায়হৌরবনিনে, থেংবা য়াদবা।"

ঙরাং অহিং চুপ্পা অমা লেপ্তুনা লৈমখৈ লৈরুরগা ঙসাই অয়ুক পুং ২ মুক তাবদা তুমথখিবা, মহৌসানা য়াহৌ থেংবগী হৈনবী লৈজবা তা-নাওচাবু হৌদোক্লুবসি মীওইবগী হক তেমশিংনবা থোক্কদ্রা খনবদা খৌতক চায়। অমরোমদা হৌদোকহৌদ্রগনা "অরোইবগী খিত্ত ঙাইরদুবু হৌদোকপিরক্তে" হায়দনা বারৌরক্কদ্রা অদুসু খল্লি। মঙা তরুক্লক কৌববু খুন্নক্তে। মশা নোমদুনা কৌরুবদদি "হুম-হ" হায়দুনা খুন্নকই। তারিদ্রা তারিরোইদ্রা খঙদে হায়বদি হায়রে "অহলশিংনা ঙায়দুনা লৈরে হায়নে। তোক্লসি হায়ব্রো?" কৈমত্ত খুন্নক্তে। মখা তারমদা থোরকই। মাঙ্গোলদা মচুবা মেত্তুনা ঙাইহাক ফম্নল্লগা, "অস, থেংখিবা তারে" হায়রল্লগা ইমুংদা ফৎ চংখ্রগা করিবু হায়দুনা হৌদোক্লুবনো খঙদে, তা'নাওচাদো চিংথোক্তুনা পুথোরকই। মমিৎ নোই নোইদুনা মমাই তা-খোৎ তৌরগা কেমেরা পুদুনা থোরক্লে। পম্বনদ্রে লাইশঙ তম্না অদুম চৎলে। মখোয়না তহ্য তহা তৌরিবগী মরম লৈ, মখোয়না হল্লকপা অমদি লোয়শঙ কারকপসি উরিনতা লোয়শঙদা খুনগী ফম্নাইবশিংনা ঙাইদুনা লৈরমগদৌরিবনি।

লাইশঙ মমাংদা অহল অমগা খুম্নৌগী তা'হোংবগা লৈরম্মী। করি তৌরম্লিবনো হংনরুবদা পাখংবদা চবান থাবগুম্বা থৌ অমা মীতোপ অমগীদমক মীদুগা লোয়ননা পাংথোক্লম্মী। নিংশিংবা য়াবা বাফম অমনা চোথে খুমনদুদা লৈরিবা পাখংবগী খুভম অসিবু থাজবা অনকপা অমদি অরাপ্পগী মীওই ঙসিসু লৈরি হায়বসিনি। তৌবতবু মাগী মাগী নিংজবা থাজবগী মতুং ইন্না ইরাৎ থৌনিজনিংবা লৈরগদি লাইপু ওইরিবা চোথে অহল

অসিগী (কালেনসিং) মতেং লৌই। অয়াম্বা মতমদা নোংমাইজিং নুমিৎখক্তদা পাংথোক্কল্লি। তৌবতবু লাইথোং হাংদনা ঈরাৎ-চবান থা-খোৎপদি অতৈ নুমিত্তসু য়াবজাৎনি। মসিগী লাইশোন তিনসোনসি চোথে খুন্নৌ লৈকাইগী তা'হোংবসু খরা খণ্ডবজাৎনি। নুমিৎ অদুদতা মখণ্ডই।

কুম্মৈ হৌবা নুমিত্তা তৌখিবা থৌরম পরিং অদু ইকাই কায়দনা নুমিৎ অদুদসু পাংথোক্লগা তাংঙরিনতা লোয়শঙদা হল্লক্লে। লোইশঙগী মকোক য়াইকননা ঙাইদুনা লৈরম্লে। মাঙদা তৌখিবগুম পাংথোক্লম্লগা, পুল্লপ হৌদুনা উরিনতা লোয়শঙদা লাক্লে। মফম অদুদা খুলগী ফম্নাইবা শুনা তিনলম্মী। তৌবতবু খুল্লাকপগী ফম্ফম অদুদি মতমদুদসু হাংদুনা অদুম্মক লৈরম্মী। খুল্লাকপদো ঙসিদি ময়াম পুনবসে ঙাইহাক্তা ওইরবসু য়াওবা ঙম্বা য়াই হায়খিবনি। মহাক য়াওরমদবদু পূক্লিং খংসোন শোম্বুবগুম্না তৌই।

লোয়শঙ অনিগী ফম্নাইবা শুনা তিল্লবা মতুংদা লুপলাকপনা য়ুপান্নচিংবা থারবা মতুংদা ময়ামদা হায়রকখি। 'খুল্লাকপসু ময়াম মরক্তা ঙাইহাক ফমজগে হায়।' মদুগীদমক মচানুপাগা বেঞ্জামিনগা ইমুংদা চংখিদুনা মখোয় অনিনা কোল্লগা পুথোরকখি, মাগী ফম্ফমদা ফমহল্লে। মনাক্তা করিগুম্বা তুরক-খোৎলক্লবসু শৎ হেক ঙাকহৌনবা হায়দুনা মচানুপানা শেন্নদুনা লৈ। ময়াম মমাংদা লাই শেন্নবা কালেনশিংনা থবায় হকচাং য়াওনা পূক্লিং চংনা কুম্মৈ হৌবা অমদি লোইবা অনিদা পাখংবগী লাইমাংদা কোনয়াই হুনখিবা মতমদা ফংখিবা সখিনাশিংগী পাউ পুন্নমক তম্লে।

থৌরম অদু সুপ্পা য়েংবদা ওম্ভোক্লা ফজখ্রে। ফম্নাইবা মশেল অমনা অমদা উৎনরিবা থৌগনলোন, লোই মকোক (তুইদোমপা) গী সেবা মদু পুম্বদুমদি তমজনিংঙাইনি হায়বা তাই। পুন্নমক ওইদুনসু নুমিৎ অদুদা খ্বায়দগী পেন্দবদি খুল্লাকপা অদুনা মীফম অদুগী মশা খজিক লেং-ওৎপা তৌবা নত্তনা ব্রা-লান অমত্তা ঙাংদ্রবগুম কোইয়েং য়েংলম্লগা পোত্থারুরগে হায়না ঈঙ্গিৎ পিরকখিবদুনি। করি উপায়দি লৈ? মঙোন্দা পিরম্বা খোঞ্জেল তাবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু তাইবং মপুনা ঙস্তানা লৌশিনবীখ্রবনি। মমাংগী চহি ফাওবদি লুপলাকপা থম্বালজাওনা খিৎ ফরিবা মনা নাকল অদোম নকশিন্দুনা ফোংদোক্লম্বনি। থৌওং অদু নুমিৎ অদুদদি পাংথোক্লে। মিৎসিদা উরি ঐগা নোংমা মহাক্কা বারী শান্নখিবদো। মশুনুপী অমনা মপুবোক্কী মনাক্তা লেপ্লগা

ঐনা হায়বা হংবা পুম্বদু চোথে লোন্দা হন্দোক্তুনা মপুগী মনাকোং ময়াদা হৌনা হৌনা হায়খি। মুন্না তারগা মহাক্লা মমুৎ তানা ঐহাক্লা খঙবা য়াবা থাক্তা খুম্লকখি, ঙাংলকখি। "হে অহল ওই শিনলকপা! নহাকসে ফজফম লৈতবোইকো! মীওই মপোকসিনা মদুগী লমনদি তোন্দুনা পোক্লকপনি হায়বসি হেক হেক কাওথোকই।"

কুম্মৈ লোইবা নোংঙানবগী উরিনতা লোইশঙগী মীফম অসিদি য়াম্না মরু ওইবনি। কোনয়াই সখিনাগী পাউদম তারবা মতুংদা, ময়াম অদুনা কুম্মৈ মনুংদা করি করি অশোয়-অঙাম য়াওখিবগে নৎত্রগা খৎন-চৈনবা য়াওখিবা লৈবরা, কনাগুম্বগী ৱাকৎনচিংবা থাঙ্গৎলকপা লৈব্রা হায়বনচিংবা খন্নবনি। করিগুম্বদা খৎন-চৈনবা থোকখিবা লৈরগসু মদুগী ৱায়েন থৌদানচিংবসু নুমিৎ অসিদা পাংথোক্কদৌরিবনি। হন্দক্তি কুম্মৈ মনুংদা কনাসু থরুম তৌনবা খূৎ থোক্লবা য়াওখিদ্রে। অদুনা মীতিন অদু খরমখৈ তেনশিনলে।

নুমিৎ অদুগী য়াম্না হেক নুংশিবা থৌদৌ অমা হায়বা তারবদি, খুল অসিদা পাংথোকপা মমল নাইদ্রবা অদুগা ফুরুপ অসিগীদি খ্বায়দগী মরু ওইখ্রবা কুম্মৈ অসিবু অৱা-অনা থিদনা ভিজুএল রেকোর্ড তৌখিবা ইনাওচাবু লোইশঙ অনিমক্কী ফম্নাইবা পুম্বনা তৌবীমল খঙবা উৎপদুনি। মখোয়না হায়খিবা ৱাহৈদা "পুন্সিগী থৌদাংনা চিনখিদুনা ইচানুপাসিনা খুল অসোমদা অমুক হল্লকপা ঙমখিদ্রগসু, করিগুম্বদা মখোয়গী খুদোল, চোথেগী ফি *চাউতনম* অদু হেক উবদা চোথেবু অমদি লমলাংহুপ্পী খুল অসিবু নিংশিংবা ওইবীয়ু" হায়বগা লোয়ননা ফি অমা খুদোল তম্লকখিবা অদুনি। মীশিং য়ামজদবা খুল মচা ওইজরবসু মখোয়না মখোয়গী অতিথিশিংবু মতম পুম্বদা মখোয়গী ওইশিনজনবা, নকশিনজনবা হোৎনজবা থৌওং অসিমক তমজনিংঙাইনি। অদুগুম্বা মীফম অদুগী লোইশিনলকপদা লোইশঙ অদুগী "তুইদোমপা" ওইরিবা বেঞ্জামিন ময়াম মমাংদা লেপখৎতুনা ৱা অমা হায়জগে হায়রকখি।

ময়ামদু তুমিন তুমিন লৈনখি। ৱাফমদুদি হয়েং অসি মহাক্লা মাগা উন্নবা ফংহৌদনা লৈখিদ্রবা মাগী অপোকপা অমদি মচেগী মিংদা থৌবৈগী অহল লমন খো-খোৎপবু চরা অমত্তং মাগী য়ুমদা খাঙজগে হায়বনি। খুল অসিদা মহাক য়াওং ইনবনি। মাগী লোইনবী ইতৈমা বোরনি চোথে খুলসিগী

নিঙোলনি। লুপলাকপা পাবুং থম্বালজাওগী মচলগী মচানুপীনি। হৌজিক্তি মহাক খুলসিদা য়ুম ইখোল লৈদুনা য়ুমলিংলবনি। মতম অমগী তাখুল বেঞ্জামিন ওইরগসু, হৌজিক্তি চোথে থৌবৈগী ফমলুপ চল্লবনি। মানা হায়জবদু ময়াম পুন্নমক য়ানখি। ঐগা তা'নাওচাগদসু ময়াম মমাংদা স্পেসিএল রিকেষ্টনি হায়দুনা হায়রকখি। ঐখোয় নুংথিল হনখ্রগে খল্লম্বনি। অদুবু পাক খুম্বদি ঙমদে। অমরোমদা ইতৈমা বোরনীনসু ঐসি মনাওনুপাগুম্না লুনা তৌই। কুম্মৈ হুন্নি চনবা নুমিৎতা, ঐবু "ফুরিৎ অদুক মোৎনা লিৎলগা কুম্মৈ য়াওবা হৌনব্রা" হায়দুনা নমদনা লৌথোকহল্লি। মচানুপা অহলগী শুদোক্তুনা থল্লম্বা টি সার্ট অমা লিৎহল্লগা - "তো অদুদি ফজরেদনা . . . ইনাওসে পঙথি থিবা নত্তেদা! . . . " পুন্নমক্তু খল্লুরগা ঐনা খুমখি। "নুংথিল হায়গে, ঐ ফুরিৎ থিনবা লাকখিনিদনা, নঙগীদা"।

অয়ুক্তু থৌবু পাবুং থম্বালজাওনা অহলশিংগী চাকলেন অমা শিনখি। মদুদা ঐখোয় অনিবু য়াওহনবিরে।

**বেঞ্জামিনগী ইচে অমদি পাবুংগীদমক ঃ**

নুংথিল তুম্বা হৈনদবনি। অদুবু চাক তোকপগা উইথরকখি। কুম্মৈ লোইবগী হুমাং হন্দোক্লরিবা খুঞ্জাশিংগী মরক্তা ঐখোয়সু য়াওরমাল্লে। মিৎকপ থোরকপদা তা' মাইপাক্কী ইতৈমনা হে মহি পিরৈ, হোইনুনা মখোয়দা লাক্তবা য়াদে হায়রম্মী হায়নসু তৌল্লে। "করিগীনো?" ঐ হোয়নুবুদি কী। মাগী শপ্ত ঐ খঙখ্রবনি। ঙসাইসু হংখিবনি, "নংগী মী অনীদুদি লাক্লরোইদ্রা"? লাকপা য়াই হায়রম্বনি। চাক লেম্বসি মাগী অশাওবীনি। "থেঙ্কয়ু" হায়গে হায়বগী কৌবদি ওইরম্লোই। মদু পুক্লিংদা খনবনি। পুং অহুমলোম তাবদা বেঞ্জামিনদো ফৎ ফাওদোরকই। "নখোয় হন্দ্রবা নত্রা? থেংলে হনখ্রনু, নিংথিনা পোত্থারগা হয়েং হল্লো। ঐগীদুসু ঙন্তানা লোইগনি। য়াওখ্রোকো।" ঐখোয়না হোয় হায়রে, মদুদা মহাক য়াম্না হরাওখি, মাসু ঐবুদি লুনা খঞ্জে।

লুপলাকপগীদা চৎলে। হোইনুনা কৌশিন্দুনা ইমুংদা ফমলে। ইনে, ইমা,পাবুং, বেঞ্জামিন ঐখোয় পুন্না ফমলে। চা অঙাংবা লোন্দুনা পুথোরকই। বেঞ্জামিনদি মানা ঙমদুনা থক্তে। মাগীদি লৈয়ু ওইনা . . .। "ঙসাই লাক্লম্বনি, তুম্বদুদা হৌদোকপিদ্রবনি। হয়েংদি ঐগা উন্নবা ফংলরোই অদুনা ঐনা নখোয়দা গিফ ঙসি পিগনি। নুংদাংদি সিদা চাক চাদবা য়ারোই। চানিংবা অমা

হায়রো, অমুক চখোকখ্রনু সিনেমা য়েংদুনা পোখারো। ” হোইনুনা হায়বনি। সিদি প্লেয়ার থাগত্তুনা ফিল্ম অমা চথ্বরকই।

- সৌগ্রি থোংবা চাসিনে! থাউ ঙৌদনা চমথোং, ঙারী থাক্লগা . . .

- অদুখক্তা?

- অচমবা চাবসিসু হকচাং নুংঙাইবদি হেনবনে! (পাবুংনা পাংশিল্লকই।)

- মখোয় মপা মচাসে চান্নখ্রপোৎনি।

ঙাংনা ঙাংনা হোইনু লেপ্তে, করি করিনো য়োমশিনবা উই। তাঞ্জাদু ঐ কাদুদা ফমদুনা লৈথোকনিংদে। সিনেমা কাদু খোয়জংদে। কম্মাইনা থোকসিগে খল্লিবনি। তান চাবা হায়দুনি, ইচে অহলদু হয়েং তমেংলোং চৎনবগী তিকেট ককলুরে হায়দুনা মৌপ্পানুপা কৈদিগা হল্লক্রে। ময়াম ইরাং লাংনবা তাঞ্জাদুদা অশ্বাইফাওবা থোক্লখিগে হায়রম্লগা থোরকখি। মদুদসু মানা ফৎ চেম্থোরক্তুনা হায়রকখি “চাক ঙম্না চাসিকো! ঙাইব্বা ঙম্মোই, ঙসিদি সিনেমা য়েংখাইদৌরিনি”। ঐখোয় থোরকখি লুপলাকপনসু মাঙ্গোলদা হায়হৌখি, “ঐখোয়সে ঙম্না ঙম্না হেক চায়য়েনে . . .।”

মাম্মা য়াইকনগীদা চৎলে। অহলসি খরা ঙাংন-থিরবসু ৱারী শান্নবদি য়াম্না নুংঙাইবা। ঙাম্থক অমা পায়রদুনা হৌনবী হিদাক থক্তুনা লৈরম্মী। ৱারী মখল মখল শান্নরগা অরোইবদা খুলসিদা মমাংঙৈদা শক্লরম্বা ঈশৈ, বেলেদ হায়বা তাই জুমোং-লুংতুন মেথানুগী ৱারী লিহল্লে। ওমদ্রে, খঙদ্রে, বুধি চোইরে খঙদ্রেদি হায় অদুবু ৱারী পরিং কায়দনা ওম্থোক্লা ফজনা লিরকই।

মমশিনলক্লদুনা ঐখোয়নি থোরকপদা থাও যাত্রা, সেক্রেটরিনা ঐখোয়বু থিদুনা লৈরম্মী। মানা হায়বনি, ঐনা সোমদা অসুক কুইনা লাকপসি নোংমতা চরা অমসু চামিন্নদে, অদুনা অহিংদু মাগীদা চাক শিনলে। ঙসাইদগী ঐখোয়বু থিরিবনি। ঐখোয়না য়াইকনগীদা চৎলমগনি হায়বা মাদি থাজদবজাৎনি। অসোমদনা শৌগ্রি চানিংই হায়জিনলম্মী। মীবা তানবা তারে হায়রুবু। মখোয়দা সৌগ্রি হেকপা লাকপদা পাও হায়দোকখ্রে হায়রে। তা-তোমালসিংসু ওফিসতগী হোবে হোবে হল্লকপদু লম্বী লময়াইদা গোং থেংনৈ। ৱা ঙাংদ্রিঙৈদা মানা হান্না হায়জিনলকই “চাক ঐগীদা চাগদবনিকো”।

খুম্ফম খঙনদে। কাইনথংদা ঐখোয় পুল্লপ তাদা যাত্রাগীদা পুন্না চামিন্নবদা ব্বারেপ্নরে। লুপলাকপদুদা পাউ অমত্তংদি হায়দোক্লুবা ফৈ। ব্বারী শান্নবদি মাসু নুংঙাইবনি। উপাই লৈতে। ইয়াম্বশিং অদুনা শিনবীবদু ইনবা তাখি।

চাক ঙাইবা ওইনা সেক্রেটরি যাত্রাগী য়ুমজাওদা ফন্নিঙৈদা মচানুপী অমনা খাও অমা পুদুনা চংলকই। হৌরেল নুমিদাংদি মখোয়দা চংবীরক্কদবা মান্দ্রে। অদুগা হয়েংসু উন্নররোইদবনিনা হায়দুনা গিফ পিরকই। মদু হোইনু মশানা থিল্লক্লম্মী হায়। তল, চোথেগী তল। লৈশাবীশিংনা শুবা য়াম, লৈশাবীনা শেম্বা তল অমুকসু লৈসাবীগী খুদোল। পুন্সিসি খিত্তং লৈথবকা ম্লারন্নবদিকো হায়না খনবা মতাং লাকই হায়নবসি চুম্বজাৎনি। মতমদুতদা খঙলকই। ইচাগুম্বী নুপী মচাশিংদুনা লক্লফম ওই। মখোয়গী ব্বাখল মীৎয়েংদা ঐবু লক্লবা ফাগী তৌবা য়াবা মীদানিকা খনজরিবদুসু মনুংঙাই অমনি। অদুবু নুমিৎ খরনিসি নহারোলশিংগদি অমুক্তা হেক পুনবা ফংখিদবনি। মখোয়না করি খলহৌবা খঙদ্রে। কাইনথংদা নুংঙাইরক্তে।

নুমিদাংগী চরা অদুমা চামিন্নরগা তুম্ফমদা হল্লক্লে। অঙাংশিং ইতৈমখোয় টি ভি য়েংদুনা লৈরম্মী। চাকপু তোক্লবদি অহিংসিদি ঐ য়ুংদুনা ফম্বা য়াম্না ব্বাই। ফমুংদা অদুম চংলে। তা'নাওচাদি ঙাইহাক ব্বারী শান্নরম্বা য়াই। মানা ফমুং চংলকপা ঐ তাহৌদ্রে।

অয়ুক্তা খোৎপা য়াবা খরা খোৎচিল্লগা, পুখিগদবা চে-চাং পুম্বা পেক্কিং তৌদুনা থল্লগা বেঞ্জামিনখোয়দা চৎনবা শেম শারে। লুপলাকপসু চৎকদবনিনা পুন্না চৎমিন্ননবা, অমরোমদা হৌরেন তহা তহা তৌবদা ইমা অসোনবীদু উন্নরম্বা ফংদবসু য়াই খন্দুনা অমুক্তং চংগে, চংলমগে খনবদি লৈ। অদুবু নোংসু চুই। তাঞ্জাদুদা তাদা হোংবসু লাকলে। মঙোন্দগী ঈশৈ খরা রেকোর্ড তৌনিংই হায়না তা'নাওচা হায়খিবা লৈ, অদুগীনি। তিননা কুপ্পা য়ুমনিনা লাংখ্রে। অদুনা খা থংবগী খুমঙ্গৌগী য়ুমনুংদদি য়াগনি হায়বদগী মদুদা রেকোর্ড লৌরে।

লুপলাকপা চৎথ্রবা হংবা চংলুবদদি চৎখিরম্লে। হোইনু মৈ হৌনা থবক চিল্লম্মী। ঙাইহাক ফমদুনা য়েংউ হায়রি। তাদা খুমঙ্গৌনসু, অরোইবনি, শ্বাইয়ু খিত্তংদি তংখো হায়বদগী ফমথরে। পুং ৯.৩০ নংনবা স্কুল চত্তৌরিবী হোইনুনি। চাক লোইরে। ইমা, ইনে অসোনবী অনাবী অনীবু পীজরে। মাদি,

মাদি প্লেট অমদা চাক খাবৈমুক অদু ইঙ্খাং মহি খরা হৈজিল্লগা লেপ্পা লেপ্প চাই। ইমাগী মনাক্তা অমুক চংই। ইমুং চাইরি খোৎলিদু তাশিন খোমজিনদি মমায় মশা চাওরাক্লা কৈজে। ফক্লাং ঘড়ি তোয়না য়েংই। বোই মচা খরগা শমচেৎ অমা পায়রগা মশমদা হাৎনা হাৎনা ফৎ থোকখি। "পুং অহমদা হল্লক্কনি!" হায়রম্মী। পুং মাপল মিনিট তরামঙা-।

বেঞ্জামিনগী ঐখোয় মরি, তাদা খুমহৌ অমসুং মাইপাক পুন্না চৎলে। মফমদুদসু থোং থাকপা পুমলোই লোইরম্লে। ঙসাই অয়ুক্তু বেঞ্জামিন', ঐখোয় হনথ্রবরা হায়না চ্যেক তৌবা লাক্লমখ্রবনি। ঐখোয় উবদা থোরকই। "ওঝাখোয় ইনাও ইমোখোয় লাকপসে য়াম্না নুংঙাইজরে।" ময়াম চামিন্নবদু য়াওরম্লগা ঐখোয় হল্লকখি। লমলাংহুপীগী চোথে খুলগী নুংশিরুরবা থম্মোয়শিংগী মপাওদি পুরক্লে। অদুবু বেঞ্জামিনগী পুন্সিগী পাওখোং অমদি ফোংবা ঙমদবা হল্লক্লে। আগষ্ট ১,২০০১ দা। হৈ হয়া হে, খোইয়ুম লাইনিংথৌ চোথে থাংব্রাই পাখংবও, নহাক্কী চারোন শুরোম্না শোইরোম্লবা মনাইদা মচিন-মনাও নুংশি ইহুলদি পীবিরে। তোনশিল্লিবা লমনসে, লিক্লামুক্তা ওইরবসু শিংঙমজবা পীনবীয়ু, নশু ঐনা পুনেমজৈয়ে।



লাই ইমোগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১) পোয়েট্রি ইন মণিপুর (ইংলিস) ১৯৯৯

২) অন্দোলনগী তাঙ্গোই (মণিপুরী ব্রারী মচা) ২০০০

৩) চোথেগী খুনুং ঈশৈ (মৈতৈলোন চোথেলোন) ২০০২

৪) মোলচাম ! হো মোলচাম (মণিপুরী ব্রারী মচা) ২০০৩

৫) প্রভু ঐ খৃষ্টমাস য়াওজররোই (মণিপুরি ব্রারী মচা) ২০০৫